# ERNEST HEMINGWAY

## অমসুং মহাক্কি লাইরিকশিং

### - Critic শিংনা পীবা নৈনৱারোল




*খোমজিন্দুনা শুন্দাকচবা*

**Rameshwor Sanasam**

Ernest H[illegible]

অমসুং

মহাক্কি লাইরিকশিং

– Critic শিংনা শীবা নৈনবারোল

লোমবিক্সুবা ছুন্দাকচবা
**Rameshwor Sanasam**

# খোমজিঙবা অমসুং হন্দোকচবগী ৱাহৈ খরদং

Hemingway শোক ১৮৯৯, জুলাই তাং ২১ দা Illinois কি মনুংচন্না লৈবা Oak Park তা পোকখিরম্মী। মহাক্কি মপা অদু Physician অমা ওইরম্মী। মখোয়গী ইমুংদা নুপামচা অনি অমসুং নুপীমচা মরি লৈরম্মী। মখোয়গী ইমুং মনুং কালেন খতুগী মনুংদা Michigan দা পোখাফম লৌরম্মী; Indian শিংনা খুন্দাবা চিং, পাং, ঈচেল অমসুং জঙ্গলগী লমদম ওইরম্মী, পুম্নমক অদুবু মহাক হৈননা চুশিন্ননা হিংবা ঙম্লম্মী। মহাক হায়স্কুল তম্লিবৈদা Football শান্নরোই ওইরম্মী অমসুং শোক ১৯১৭ তা গ্রেজুয়েট ওইরম্মী। গ্রেজুয়েট লোয়রবা মতুংদা মহাক Kansas City Star চেফোংগী পাউমী, অহানবা লাঞ্জাউগী মনুংদা ইটালিদা চত্তুনা মশানা য়ানিংনা Ambulance driver ওইরুবা অমসুং শাখিনা অশোক-অপন থোক্তুনা মাটার সেল অমসুং মেছিনগন্না পানবা যাউনা লায়কন্নখিবা, শোক ১৯২০ দা Middle East তা চত্তুনা Toronto Star গী পাউমী গ্রীক অমসুং টর্কিশিংগী মরক্তা মখা তানা চংখিবা লানগী পাউদম পীনবা হোৎনখিবা মীশক, শোক ১৯৩৭ তা স্পেনদা চত্তুনা স্পেনিস Civil War দা Loyalist শিংগী মীচংদা পাউমী অমা ওইনা শরুক য়াকুবা মীশক, শান্ন-খোৎনবা, ঙা ফাবা অমসুং শাদানবগী মপুং ফানা স্তান লৈরবা অইবা, খুদোংথিবা কয়া মায়োক্নদুনা চাংয়েং চথবনা মহাক্কি শিনফম ওইবা অমসুং অতৈ অইবশিংদগী হেন্দোক-থোইদোক্লা লাম্লককি ওইবা মপুং ফাববা পাউদম পীরম্মা মীশক্কি। মহাক অনিশুবা লাঞ্জাউগী মনুং শোক ১৯৪৪ দা পারিসতা চত্তুনা Allied শিংবু Nazi শিংগী খুত্তগী নিংখা তম্নবা হোৎনবা Partisan unit তা য়াউদুনা মাইয়োক য়ারম্মী। মহাক অইবা মীশক অমা ওইনা, সাহিত্যগী লমদা অতৈ অইবশিংগা খেন্ননা, মীপাল তাংদবা মশাগী তোপতোপ্পা হৈরকফম লৈজবা অমসুং পৃথিবীগী মীয়াম্না পাকশন্না খঙনরবা অইবা পোৎথোক কয়া খুদোল তৌরম্বা মীশক্কি। মহাক্না পাওথোক্লম্বা অইবা পোৎথোকশিংগী ইকাইখুম্নবা উৎপা ওইনা শোক ১৯৫৪ দা নোবেল প্রাইজ সাহিত্যগী লমদা মহাক্কি নোভেল 'The Old Man

and the Sea' দা পীরম্মী। মহাক শোক ১৯৬১ Idaho গী মনুংদা লৈবা Ketchum দা July 2 দা আত্মাঘাত তৌদুনা শিখিরম্মী।

মহাক্কি লাইরিকশিং, পৃথিবী শিঙ্গুংনা শকখঙলবা অমসুং পানিংবগী খৌরাংবা পোক্লবা পোখোকশিংবু উরুরগা অমসুং পারুরগা ঐহাক্কি পূক্রিংদা Critics কয়ানা পীরকপা নৈনৱারোল পীবগী মতাং, মহাক্না ইরম্বা অফাউবা উপন্যাস কয়া – A Farewell to Arms, The Sun Also Rises, For Whom the Bell Tolls, মরী লৈননা পারিসতা ফোঙখিবা In Our Times কি ঈচেল অনি লোংবা ৱারীশিং, A Clean and Well lighted Place, Green Hill of Afirca, The Snows of Kilimanjaro শাদানবগা মরী লৈননা ইবা ৱারীশিং, শান্নখোৎনবগী হিরমগা মরী লৈননা Fifty Grand, My Old Man, The Undefeated, The Snows of Kilimanjaro নচিংবা অমসুং মীহাৎ মীপুনগা মরী লৈনবা সংসার The Killers, The Gambler, The Nun and the Radio অমসুং To Have and Have not তা থোকপা থৌদোক কয়া থেংনরুবদা হন্দোক্লুনা উৎনিংবগী অপাম্বা ফাউরক্লম্মী। আমেরিকা সাহিত্যগী লমদা শিংথানরবা Critic শিং হায়র্বদি Malcolm Cowly না সাহিত্যগী ওইবা হৌরকফম মপা হাৎপগী থৌরম তুংদা হৌরকপা মচা-মশুশিংনা নিঙাইদনা চৎথবগী মওং নৈনবা, Carlos Baker না সাহিত্যগী কাংলোন নৈনরকপদা তঙাইফদনা চংদবা য়াদ্রবা মচাকশিং উৎপা লোয়নদা Hemingway অমসুং T.S. Eliot কি সাহিত্যগী পোৎথোক্তা মান্নবা অমসুং খেন্নবা উত্তুনা নৈনবা, Coleridge না লাউথোকখিবা ৱাঙাংশিংগা মান্নবা, Ruskin Bond গী Make What You Will Of It কি ৱাখল্লোন ফজববু শিংথারকপা মতমদা শিজিন্নবা, Emperor Marcus Aurelius কি মহৌশাগী ওইরিবা শক্তম পুম্বনু, ফজবা ওইদ্রগসু মহৌশাগী খুদোলনি খঙনা ফজবনি হায়না শিংথাবা মতৌ Hemingway গী ফিক্সনশিংদা মরাং কায়না ফংগনি। অদুগী মথক্তা Hemingway না Conrad কি মতৌ থাঙ্গৈশেংনা তমদবা ওইরগসু, মহাক্না Conrad পু য়ানিংবা উত্তুনা ঙাংখিবা ৱাঙাং কয়া য়াউবা উবা ফংগনি। মহাক্কি শিজিন্নরিবা ৱাহৈ খনবগী মতাং নৈনরকপদা অমসুং তোঙান্না মশাগী খুৎফোঙদোক নৈনরকপদা Alfred Kazin না পন্দুনা পীরিবা ৱাখল্লোন লাইয়েকপগা মরী লৈননা ফোঙদোকপা, অচুম-অরানগা মরী লৈননা

Narrative Style গী ফজবা কয়া উত্তুনা য়াওরি। Robert Penn Warren না, মরুওইনা A Farewell to Arms হায়বা অৱাবনা পোল্লোই ওইবা উপন্যাস নৈনরকপদা ফজরবা মচাক কয়া উত্তুনা পীরকপা অহানবা লাঞ্জাউগী মনুংদা থোকখিবা নুংশি-নুংওলগী ৱারী পাকরগা অমসুং Edmund Wilson গী In Our Times হায়বা ৱারীগী নৈনৱারোল পীরকপদা ঈচেল অনি থোক্লা - অমনা লাঞ্জাউগী মনুংদা মায়োক্লরিবা অৱা-অনা খুদোংথিবা কয়া অদুগা অতোপ্পা অমদুনা Michigan গী লমদমদা শান্তি ফংগনি খন্না ঙা ফাবগী খোঙচৎ পাঙথোকপা তশেংবা ৱাফম হায়রগদি শান্তি লৈতবা ৱাফম হিংশা লোয়নরম্মী।

পূম্নমক অসি উরুরগা, ঐহাক্কি পূক্লিংদা চাংজৌ নায়দনা হন্দোকলোই অমা ওইনা ফোঙদোক্লুনা উৎনিংবগী খৌরাংবা ফাউরম্মী লোয়ননা হন্দোক্লুনা থবক ওইনা পাঙথোক্লম্মী। তহানা তেল্লবা মতম খরগী মনুংদা পাঙথোকখিবা থবক ওইবনা অমসুং নৈনৱারোল পীরিবা ক্রিটিকশিংগী তোঙান তোঙানবা লাইরিকশিংগী মরমদা নৈনবিবা ৱাফম ঐহাক্লা নুং-হঞ্জিন্না উরুবা ঙমদবা অমসুং শরুক খরদং ওইনা পূক্লিংগী ঈথিলনা পুথোক্লুনা উৎনবা হোৎনরকপদা অশোয়বা কয়া য়াওরম্লোই হায়দবা ঙমদে। পৃথিবীদা লৈরিবা লোল অমদগী অতোপ্পা লোল কয়াদা হন্দোক্লুনা ইবগী চৎনবী চাউনা মফম কন্দুনা লৈবা মবম্না ঐহাক্লা তৌবা ঙম্বা থাক্লা খরদং পুথোক্লুনা উচ্চবনি মপাল নাইদ্রবা Hemingway গী লনগৈ মণিগী মতৌশুম লংনা ঙাল্লবা লাইরিকশিংদগী খনগৎলগা অমসুং খোমজিঞ্জরগা খুদোল তৌজবনি। মরম অসিনা সাহিত্যগী লমদা খঙ-হৈরবা লময়ানবশিংনা পুথোক্লিবা লাইরিক অসি মমল য়াউদে হায়না খনবিবা নৈরগসু, সাহিত্যবু পামজবা থৌমী অমা ওইনা হন্দোকপগী পান্দম থম্না পাঙথোকচবনি। পূম্নমক্কি মফমদা ঐহাক্লা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, ৱাজিং ব্রাঞ্চকি মেম্বর অমা ওইনা, পাবিনবা লাম্থোকচরি।

খোমজিঞ্জবা অমসুং হন্দোকচবা
Rameshwor Sanasam
Lamding

# CONTENTS

# MR PAPA AND THE PARRICIDES

by Malcolm Cowly, the Editor of the News Republic

## Ernest Hemingway

## অমসুং মহাক্কি পোথোকশিংদা নৈনবারোল খুদোল তম্বা

"তোমহিন ভানবা মীওইপুম্বা পুন্সিদা অনিরক শি," Paul Valery না হায়রম্মী, "অমুক্তা মী অমা ওইনা অমসুং অমুক্তা অচৌবা মীশক অমা ওইনা।" মখোয়গী অনিশুবা মীশি, মীয়ামগী মাখলদা; কাওথোক্কে খনবা মহেক্মদগী হেল্লমদবা যাই, অদুবু অতোপ্পা হিরম অমবোমদা মসি নিলখোংলব। ভাবক কয়ানা তিল্লবা থৌদোক অদুনা মীপুম খুদিংমক্কি থম্মোয়দা চাউরবা অহল ওইববা উ পাম্বী অমা শাহিং চাবা মীনুংশি খংদবা কাংবু অমনা যাম্হৎতুনা মাংহনবগী মতৌশুম মাখলদা পোকহল্লি। উপাম্বী অদুদি তোমাংগী ভাল্লম্বা চাউরবা মীশক অদুগী হোৎনজমলগী মহৈনি, মসিগী পাক্কনা আতিয়া উবা ফংহল্লমদে খাঞ্জিল্লম্মী অমসুং মসিগী উকমদ, মসিদগী হৃহবা থাক্কি শক্তি চেনবা পাম্বী অমত্তা হৌবা মথিংবা পীরম্মী। মসি হৌজিক যাম্হৎতুনা মাঙহনবা তারি চাউখত্রবা মীওইশিং অদুগী মথৌ তাবগী মতুংইন্না, অদুবু লুরিবদি অদুগুম্বা চাউখত্রবা মীওইশিং অদুগী নুঙনা শাবা শিংজংখজং সৈরম্মী মদুনা চাউববা নত্তি অদু তুপ্পবা যানবা তারি। অসুম তৌদুনা মখোইনা মশা মথং মথং ককথরম্মী অদুগী মতুংদা হাঙ্গো কয়া চুপ্পা কুমগী অহানবা নোংলৈ নুংশিংনা হুমদৎতুনা উজাও অদু তুবা হাইদুনা লৈরম্মী।

মক মরা ককপগী থৌওং অমসুং মশা শান্দোকপগী মাফম অসিবু নৈনমারোল শীবগী সংসারদা "reassessment" হঙ্গৎনা নৈনবা হায়না খঙনৈ। করিগুম্বদা সমালোচনা তৌরিবা মীশক অদুনা ওজা অমা ওইবা তারগদি, মহাক "establishing a canon (অকক্লবা নিতি নিয়ম অমা)গী মরুম থুপ্পা পনফম থোকই, মদুনা তাক্লিবদি মহাক্কি ছাত্রশিংনা পাবদা মথৌ তারিবা মচং মাহৈশিং খন্দোকপা অমসুং যাম্বা নত্রগা যামদবা থীদনা খত্তোকখিনবা মাহে পুথোকপা দরকার ওই। করিগীদমক্তনো হায়ববু ঐহাক্লা চহি কয়া চঙনা পাংথোক্লম্বা খুদোলশিংগী মরমদা

চহি নৌরিবা সমালোচকশিংনা মখোয়গী মত ফোঙদোক্কুনা নৈনৱারোল পীরকপবু অরিবা খুদম কয়াগা লোয়ননা অচুম-অরাল নৈনদুনা লাকখিরম্মী অমসুং খণ্ডজিল্লম্মী।

ওল্লিবৈগী তাঙ্গা হায়বদি June 1967 গী মনুং, অয়াম্বা আর্টিকলশিংদা মহাক্কা মরী লৈননা মহাক্কি মীংগী মমৈদা মীংথোল লৈতেং কয়া ফোঙনরকপগী মতাংদা থোইদোক্কা হোংদোক-হোংজিল তৌদনা অমুক হন্না নমথোক্লম্মী। ঐহাক মতুং তারকপা চহিশিংদা Hemingway গী আলোচকশিংনা নৈনৱারোল পীরকপা পুম্বা খণ্ডজিল্লম্মী, মসিনা কনাগুম্বা আলোচকশিংনা হোৎনজমলগী থৌনা ফোঙদোকপা উরম্মী, শিংথাবা য়ারবশিংদি Alfred Kazin অমসুং Scott Donaldson নি, মখোয়না মহাক্কি খুদোলশিংবু হেন্না ফজবা মওংদা নৈনৱারোল পীরম্মী। মসিদসু চহি লেঙ্গা খেন্নবগী কাংলুপ মশেল মরক্তা মত খেন্নবগী নৌরবা প্রমান কয়াগী মচাক য়াওরম্মী, অদুবু মসিনা ঐহাক্কি হান্ননা লৌখিবা ফিরেপ্তি হোংদোকহনবা ঙমখিদে।

"শোক ১৯৬১ Hemingway না শিবা মতমদা," আলোচক অমনা হায়, John Thompson কৌবা Stony Brook তা লৈবা State University of New York তা ইংলিশ তম্বিবা ওজা অমনা, Hemingway "পৃথিবীদা মীয়াম্না খ্বাইদগী চাউনা শকখঙবা অইবা অমা অমসুং মীয়াম্না খ্বাইদগী পান্ন বা ওইবা য়াই। অদুবু মহাক্না ইরম্বা লাইরিকশিংনা সাহিত্যদা মখা চখনা ঈনোৎ হাপ্পা ঙন্নমদে, অমসুং চীংলেম্লবা ৱাখল লৈরবা আলোচকশিংনদি করিসু লৈতবনি খঙ দুনা মহাক্কি থবকশিং অতে অইবশিং Fitzgerald অমসুং Faulkner গুম্বগা চাংদম্নরুবা মতমদা নাথৈদুনা থমলম্মী, অদুবু তশেংনা হায়রবদি মখোয় পুম্নবু মতম অমদা মহাক্কি মশেক মঙালনা খঞ্জিল্লম্বা ঙাক্তনি।

"হৌজিক্কি মতমদা অসিগুম্বা ৱাহং কয়া অমা থাঙ্গৎনরকপা য়াই," Mr Thompson না সুপ্রিম কোর্টকি জজ অমনা মীয়াম্না য়েৎনবা লৈতনা য়ানরবা রায় পাথোকপগুম্না, "পোথোকশিং অসি য়াম্না তপ্পা চাং মান্নদবাখক্তা ওই অমসুং মীয়াম হুপ্না য়ানরবা মতপু চুমথোক্কুনা অমোৎ অকাই লৌথোক্লবা হোৎনরিবা নত্রগা চাং মান্নদনা লৈরিবা মওংদা মহাক্কি (Hemingway) গী শুমহৎনিঙাই ওইরবা অতোপ্পনা তরাইনা ফঙবা ঙন্নরোইদবা খুদোল পুম্বনা তোঙান তোঙানবা মীওই কয়াগী থম্মোইদা মনিল কাদুনা লৈরি। অয়াম্বা মীওই পুম্বনা হৌজিক্তি য়ানরে হায়না লৌবা য়ারে মহাক্কি খুদোলশিংগী অকক্লবা নিতি নিয়ম লৈজবা অমসুং মথং মনাও

নাইবা গুন কয়ানা লৈতেংবগী ৱাফম The Sun Also Rises অমসুং অতৈ ৱারী মচা কয়াগী লাইরিকশিং অহানবা থাক্কি মনুং চল্লি অমসুং হিরম অসিদা কনাগুম্বা মহাক্কি মতমগী অতোপ্পা উপন্যাসকার লেঙ্গাশিংনা লৌখৎলিবা থৌরাংগী মতাংদা মঙোন্দগী থোইরম্বা য়াই অদুবু কনাগুম্বা অমত্তনা মপুং মরৈ ফাবদা মহাকপু হেনবা ঙম্লমদে।" ইচম চম্বা মওংদা Hemingway না ইরিবা খুদিংমক লৌখৎপা য়ারবা তশেংনা মতিক চারবা ঙাক্তনি অমসুং অমুক হন্না পাবগী অৱা কোকথোং থেংনগনি। "অসুম তৌদুনা মহাকপু হিরম খুদিংমক্তা মপুং ফানা মায় পাক্লবা আর্টিস অমনি হায়না খঙবা হৌরকপা তাঞ্জাদা," আলোচকশিংনা অসুম্না ৱারোইশিল পুরক্লম্মী The New York Review দা, "মহাক্কি থবকশিং অসিনা মখা চত্থনা তুংকোইনা অতোপ্পা মীওইশিংগীদমক্তা আশা তৌনিংঙাই ওইদবগুম উই অমসুং মহাক্কি লাইরিকশিং অসি অইবা মীওই পুম্বনা কাহেন্না ব্যবহার তৌরমদে।

ঐহাক Mr. Thompson না পীরিবা মত অরেপ্পা ৱাফম্লি হায়বগী মতাংদা পূক্লিংদা নুংনাংবা ফাওই। মরমদি মহাক ফর্সি পাসিন্দা কৈদৌঙেদা ৱা ঙাংবা তৌদে, মহাক্না খল্লিবা ৱাখল হঞ্জিন হঞ্জিন ঙাংই মরমদি অতোপ্পা মীওইশিংনা খল্লি মদুদি ৱাখল খল্লিবা মীশকশিংদো য়াম্না হকচিনবা আলোচকশিংনি হায়না Bourjaily না মহাক্কী অরানবনা থল্লবা য়ানিংদবা ফোংদোকপগী নৈনৱারোল পীরকপদগীদি মহাক্না Vance Bourjaily বু মখোয়গী মনুংদা অমনি হায়না লৌরমদবা য়াই। অমসুং অমবু ওইরে, অমবু ওইরে মহাক অহৌবমক্তা আলোচক অমা নত্তে। মহাক্কি শিনফমদি উপন্যাস ইবনি, মচাক মথুমগী মতাংদা মহাক Hemingway গী চাউনা লমন তোনশিল্লি অতৈ অতোপ্পা পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাওগী মনুংদা লৈরম্বা শক্লাইববা অইবশিংনা তৌবগুম। The New York Times Book Review গী আর্টিকল অমদা Bourjaily না লমন তোনশিনবগী শক্তম উৎলম্মী, অদুবু মহাকসু মহাক্কি তঙাইফদবা ইবগী শিনফম চত্থবদা অকক্লবা নিয়ম খর ঙাক্লা চৎকদবনি হায়বা ৱাফম উবা ফংই অমসুং মদু শিজিন্নবগী খুদম উৎলি।" লাইরিক পাবা মীশক অমা ওইনা মহাক্না হায়, "অমসুং অতৈ অতোপ্পা অপাবশিংগী মবমদা পল্লদুনা অসুম্না হায়, ঐ অসুম্না লৌই ঐহাক্না অদুগুম্বা সাহিত্যগী পোত্থোকশিং অদুবু য়াম্ন চম্না অনেম-অৱাং খাইদোক্তনা তোয়না থেংনরকপগী মতুংইন্না চৈথে মদুনা ঐঙোন্দা উৎপগুম তৌই ঐহাক হৌজিক ঐঙোন্দা পীরকপা লাইরিক অমা অমুক হন্না পাবগী নুঙাইবা পোকচৈ। অসিগুম্লবা চাংয়েং অসিনা; The Sun Also Rises হায়ব উপন্যাস অসি অতৈগা লাম্না য়াদবা খ্বাইদগী ফব মখলনি;

ঐহাক মসি অমুক হন্না পাবগী থবক চহি ৪ নত্রগা ৫ খুদিংগী চথে। ৱারীমচা ১৫ দগী ২০ ফাওবা লৈরে, অয়াম্বনা ঙম্লিঙৈ মতমগীনি তৌইগুম্বসুং মদুগী মনুংচন্না 'Macomber' অমসুং ঐহাক্না য়াম্না তোয়না পাবা ৱারীমচাশিংনি অমসুং ঐহাক্কি থম্মোইদা কাহেন্না অফবা মতৌ লৈবা থেংনৈ। 'A Farewell to Arms' খরা হন্থবা থাক্কিনি, য়াম্না তুংশোংথবা নত্তে - ওইবা য়াবা মওংদা চহি ৭ অমসুং চহি ৮ গী চাকা খোংজেলনি। ঐহাক চিংনবা ফাওই মদুদি Green Hills of Africa, হন্দক্তা ঐহাক্না নৌনা ফঙবা, মসিনা মথংদা লৈগদবা মাল্লি

অতোপ্পা লাইরিক খবদগী Bourjaily না পল্লি a few moving things (অহিংবা পোংশক খরা), অদুবু মহাক মখোয় অদুবু অমুক হন্না পাননবা হায়রমদে। অসুম তৌদুনা, মহাক্না পীবকপা খুদোংচাবনা থল্লবা ৱিপোর্টিকি মতুংইন্না, Hemingway গী সাধারনগী ওইবা ঙাক্কন্বা নিত্তি নিয়ম য়ারী মচাশিংগী মতাংদা ১৫ দগী ২০ ফাওবগী চাংদা হন্থহল্লম্মী, অয়াম্বনা ঙম্লিঙৈ মতমগীনি, অহানবা উপন্যাস অনি অমসুং লমকোই ৱারী অমনি। অদুবু Hemingway গী মবমদা নৈনৱারোল পীরিবা ক্রিতিকশিংনা নৈনৱারোল পীবগী নিয়ম ঙাক্লা চৎলম্মী অমসুং মখোয় অয়াম্বনা খমথোক্না অয়৷বা থাক্তা পায়খৎলম্মী মসুন্না তৌরগুম, খুদম ওইনা, Stanley Edgar Hyman মহাক্না The New Leader দা, ...."মহাক্কি খাইদগী ফরবা তাঙ্জাদা Hemingway না ঐখোয়বু থাদোক্লগা চৎখবে, মহাক্কি উপন্যাস The Sun Also Rises অমসুং খুজোক অমগী ৱারীমচা পুম্না; অশোয অঙাম য়াওদ্রবা অখোয়বা লাইরিকশিংনি, চাং হন্থবা ওইবগা অদুবু শিবা নাইররোইদৌবা অমক খুভমনি।" ৱারী কয়ানা খুজোক মমা শাগদৌরিবনো? তশেংনমক ১৫ নত্রগা ২০ দগী হন্থরম্বা য়াই মদুদি Vance Bourjaily না মখোয় অদুবু অমুক হন্না পাবদা নুঙাইবা পোকচরম্মী। The North American Riview দা Robert Emmet Long না ইবকপা মতমদা মহাক্না Hemingway গী ঙম্লিঙৈ মতমগী অমসুং অথেংবা তাঙ্জাদা ইরপ্না নিয়ম ঙাকপগী ৱাফম্বু খরা হেন্না তেনশিনবা মওংদা পুখোকপা পান্নগী মত পীরম্মী। "অয়াম্বা মহাক্কি থবক পুম্বা," Mr. Long না হায়, "চহি ২০ শুরুকপা তাঙ্জাদা পাঙথোকখিবা ওইরম্মী .... The Sun Also Rises, A Farewell to Arms অমসুং ৱারীমচা ডজন তঙ্খাই অমগুম্বা Hemingway না খাইদগী খোয়রবা মওংদা খুদোল তৌরম্মী।" Mr. Hyman না পীরিবা নোভেলদগী মশিং অমা হাপকংলগা, Mr Long না ৱারীমচা ৩ নত্রগা ৪ থাইদোক্লম্মী অদু তৌদ্রবদি "দজন তঙ্খায় অমা" অমসুং "খুজোক অমা" মান্নবাথকনি।

Leslie Fielder নসু মহাক্কি ঙল্লিরৈঙেগী খুদোললশিংদা মান্নবা অচেৎপা ৱাহৈ পীরম্মী। Fiedler গী Waiting for the End (1964) না ঐখোয়দা অসুম্না হায়রম্মী মদুদি "অহানবা উপন্যাস অনিগী অমসুং ঙল্লিরৈঙগী ৱাবীমচাশিংগী মতুংদা" মহাক পুম্নমক অদুগী খোস্থাং ফঙবা ঙম্লম্মী, অরোইবদদি ফাগী মান্না মতৌ তম্না (Parody), মশামক ওইরম্মী।" অতোপ্পা ক্রিতিকশিংনা অহানবা উপন্যাস অনি অদু ফাউবা য়ানিংদবা ফোঙদোকপগী অপাম্বা লৈরম্মী। "মদুগী অচুম্বা মরমদি Hemingway বারীমচা ইবা মীশক্তি অমসুং উপন্যাস ইবা মীশক নত্তে," Dwight Macdonald না মসিগী মায়োক্তা The American Grain (1963) দা হায়। "মহাক উপন্যাস অদুগী মপুং ওইবা শক্তম ভাব তাবা থুমদে; পাত্রশিং, সমাজগী শক্তম রাজনিতী, শেলথুমগী ৱাফম, মীগা মীগগী মরক্তা লৈনবা মরি, পুন্সিগী ৱারেং খুদিংমক.... উপন্যাস অমগী মনুংদা মহাক লম্মাংনবনা মীশিংনা তৌবগুম তশেংনমক কোয়চং চল্লুনা লৈরম্মী, মঙ্গৎপা য়াদা শরুক্তি তশেংনমক ৱারীমচাশিংখক্তনি, খুদম ওইনা Fascists শিংদু মঙৎপা অমসুং থোং থুগাইবা For Whom the Bell Tolls কি মনুংদা।"

ঐহাক Mr. Macdonald গী মায়োক্তা মবৈ যেৎপগী অপাম্বা অহিংবা লৈগনি, Hemingway গী উপন্যাসশিংগী তাঙ্কক কয়াদা পল্লিবা ৱাফমশিংনা লাইনা প্রামান পীবা ঙমগনি মদুনা মহাক্কী ৱারীদা যাউরিবা পাত্রশিংগী লমচৎ, সমাজগী ফিভম, রাজনিতী, শেলথুমগী ৱাফম, মীওইবগী তৌনলোনচৎ পুম্বা, অমসুং থবক ওইনা পায়খৎপা য়াবা মওংদা য়েংল্লুরগদি, ৱারীশিং অদুবু মপুং ওইবা মচাকশিংগা অতম্লনা মরি থম্বা তৌদনা পোৎলুম অমা ওইহন্দে; পুন্সিগী মরি লৈনবা ৱারী পুম্নদা উপন্যাস অমগী মনুংদা লম্মাংনবগী ৱাফমগী মহুত্তা, মসি তৌত্তিক উত্তুনা তাকপদা লাইনা থোক্লগনি মদুদি মহাক মাংজিল থানা, য়েংবদা চম্না উবা মওংদা, ৱারীগী পরি চুমদ্রিং চংশিল্লি, অদুবু অশেংবা ৱাফমদা য়েংলুরগদি, তশেংনমক হকচিল্লবা অরুবা মখলগী খুৎইনি, মসিনা লৌথুপ লৌকোয় কয়া লৌথোকখিবনা মরম ওইদুনা অমসুং মদুগী মতেংনা উপন্যাসকার কয়ামকমনা মহাক্কি ওবক্তা শরুক য়াবা ঙমহনগদৌরিবনি নত্রগা মখোয়না মখোয়গী খুদোংচাবা মতুংইন্না ঈ-পাও কয়াবু অহিংবা পীবা ঙমহল্লি। অইবনা ফোঙদোক্লুনা পল্লিবা ৱাঙাংশিং অমসুং প্রামান পুন্দু, অতোপ্পা থৌদোকশিংগীদমক্তা, অদুম ওইনমক ঙাইদুনা লৈবা ঙমগনি। হৌজিকমক্তা Macdonald না পীরিবা বীচারগী মওং অমসুং মহাক্কি মীৎয়েংনা ঐহাকপু করম্না নুঙাইবা পীবগে হায়বদু উৎলে, অদুম ওইনমক খন্নবা য়াববা ৱাফম ওইদুনসু,

তোঙান তোঙানবা পৃথিবীগী মহৈমশিং হৈরবা কাংলুপ্পা য়ারগদবা মওং মাল্লে। ঐহাক নিংশিংই প্রোফেসার অমনা আমেরিকাগী সাহিত্যগী মতাংদা ফোঙদোকখিবা মহাক্কি মত তম্নবা ৱারেং শৈরেং খন্নগী মতাংনা ঐহাকপু নৌহৌননা অমুক হন্না ফোঙদোকপদা মতেং পীরম্মী, "করিগীদমক্তা Hemingway গী স্বাইদগী থোইব্রবা ৱারী অনি নত্রগা অহুম য়াওরোইদৌরিবনো." মহাক্না হায়রম্মী, "অমসুং মহাক্কি উপন্যাসকা মরী লৈনবা মচাক পুম্বা লৌথোকলোইদ্রা? Hemingway অহৌবমক্তা মরুওইনা ৱারীমচাগী অইবা অমা ওইনা তমগদবনি।" "থুনমক ফজবা ফিভমদা ওইরম্মী", ঐহাক ইশামক অসুম্না খল্লম্মী, "মখোয়না 'Big Two-hearted River' মশা শান্দংতুনা পিকশিলহল্লগনি।" মথংগী খোঙথাংদনা ৱারী অদুমকপু মশা শান্দংতুনা Paragraph অমদা তেনশিনহল্লগনি, মদুবু ক্রিতিকশিংনা মসিগী অশেংবা মহাউনি হায়দুনা খুদোল তৌরগনি, মদুদগী মখোয় লেমহৌরিবা শরুক পুম্বা থাক হন্থনা য়েংলগনি fossil বিজ্ঞান হৈরবা মীওইশিংগী মতৌগুম মখোইনা খোঙ্কুল মুংথ্রবা শা অমাগী শরু শয়াং নৌহৌননা পানখংনবা শুপ্পগী শরু মচেং অমখক্তগী পাম্বেনা হোৎনবগুম্বনি। মদু পন্দুনা য়াউরিবা Paragraph মখাদা অসুম্না পীরিঃ

"He watched them holding themselves with their noses into the current, many trout indeep, fast moving water, slightly distorted as he watched far down through the glassy convex surface of the pool, its surface pushing and swelling smooth against the resistance of the long driven piles of the bridge. At the bottom of the pool were the big trout. Nick did not see them at first. Then he saw them at the bottom of the pool, big trout looking to hold themselves on gravel bottom in a varying mist of gravel and sand, raised in spurts by the current."

(ঈচেলগী ঈরোম্নুংদা লৈরিবা trout কয়াবু মহাক্না মহাক্কি মনাতোন পায়রদুনা য়েংদুনা লৈরম্মী, য়াংনা চেল্লিবা ঈচেলনি, চায়রপ্পা ঈরৈ তারদুনা মহাক্না নুং হঞ্জিন্না অথাপ্পা মখা থংবা শরুক্তা মিংশেলগী মতৌগুম লংনা মঙাল ফাউরবা পুখ্রিগী শরুক্তা, মসিগী ঈমায় লেংহৌননা ইপোম নায়রদুনা থোংদুগী শাংনা থারিবা উপাক মখাদা ময়োক্লনা খঞ্জিনবগী পুখ্রিদুগী মখা থংবা অরুবা মফমদা চাউরবা

trout শিং লৈরম্মী। Nick অহানবদা মখোয় অদু উরমদে। অদুগী মতুংদা মহাক মখোয় অদু পুম্নিগী মখা থংবা শরুক্তা লৈবা উরম্মী, চাউরবা শিংনি, মখোয় মশেল মরক্তা অমগা অমগা য়েংনরদুনা চাইনা লৈরিবা অমসুং মশেল মরাং উরিবা নুংজাউ অমসুং লৈঙেইরক্তা, ঈচেলদা কোঙোল থাগৎলম্মী।)

অদুগুম্বা Paragraph অদুগী খোম্থাং অহানবদা হৌনা তারম্মী, অদুগী মতুংদা তাবোই তাদবোই তৌবা শিথরবা খোঞ্জেল ওইজরগসু পৃক্লিং অমসুং রাখলদা ফল পীবা গুম্বা ওইরম্মী, চহি ৫০ গী মনুং ফাওনা আমেরিকাগী রারেংগী লমদমদা। অদুবু ক্রিতিক অদুনা মরাল লংশিল্লুগনি কিবদগী অতোপ্পা Paragraph অমা খনবা তারিব্রা মদুদি মখোয় কৈদৌনুংদা চাউরবা trout উখিবা লৈব্রা? মখোয়গী মশাগী ওইবা মত ফোঙদোক্লিবা অমসুং ঐহাক্তা পন্দুনা নৈনরিবা পুম্নবু ইশানা ইকায় খুম্নবা উৎলি অমসুং মখোয়দুগী মনুংদা থরদি ঐহাক্কি মরুপশিংনি, অদুবু হৌজিক মতাং অসিদদি ঐহাক্না কাওথোক্কে খনবা রাখলগী মমী অমা মখোয়না থোকহনবগুম তৌই। তাঞ্জাসিদদি য়াম্লৎলবা চাউরবা উপাম্নী অমগী অয়েকপা মূর্ত্তি নত্রে, অদু অশিবা নোংশা অমগী শক্তমনি মদুবু লমহুই শঙ্গু অমনা কোয়শিন্দুনা লৈরিবা অহানবদা মখোয় মহাক্কি অকোয়বদা চেকশিন্না কোয়শিল্লম্মী, করিগুম্বদা নোংশা অদু অহিংবগী খুদম ফংলবদি মখোয় মহাক্তা থেংননবা থৌরাং তৌদুনা লৈবম্মী, অমসুং মতুংদা, মখোয় মশেল মনুংদা অমগা অমগা থৌনা ফুদোক্লরগা, মখোয় অশিবা নোংশা অদুগী শরুদা য়াউরিবা তোংশা শেগাইদুনা চাননবা চেনশিল্লি। ঐ খল্লি শরুশিং Critical canon অদু (অফ - ফত্ত নৈননবগী নিয়ম) নি, অদুবু মখোয়না পাঙথোক্লিবা থবক্কি মরমদা য়ৈখায় থিঙ্গায় য়াউদনা তুম্মিন্না লৈবা যারোইদৌরি; থুনমক কৈজেংলাংশিংনা লাক্লগনি শরুশিং থুখাইদুনা মনুংদা য়াউরিবা bone marrow শিং চাননবা করিগুম্বা পোৎশক অমত্তা লেমহৌররোই অশিবা নোংশা অদুগী ভৌরবা কোক্কি শরু তুম্বা নত্তনা মদুনা আফ্রিকা মহাদেশকি পাক চাউখ্রবা লমহাংদা ত্রাদুনা লৈবা, অমসুং শাদানবশিংনা মদু উরুবা মতমদা অসুম্না হায়গনি, "করিগীনো, মসি, লুনা খম্থরবা মতুং অচৌবা নোংশা অমা নত্তেনা।"

অদুবু Hemingway গী পুন্সি নৈনরুবা মতমদা মহাক খ্বাইদগী চাউবা নোংশা ওইরম্মী। মহাক্না সাহিত্যগী লমদা তৌরম্না খুদোল কয়া অমসুং মীংচৎ মহাক শিখ্রবা মতুংদা হাংনবা হোংনবগী থৌরাং মনুংদা, ঐহাক রাহৈ খরদং মহাক্কি তুংকোইনা চংকদবা মমলগী মতাংদা অমসুং নৈনবারোল পীবগী থৌরমগা মরী লৈননা থেংচিনবা পামজে।

II

অসিগুম্বা মখলগী থৌদৌ অসিনা ঐঙোন্দা ইনাক কৈরাক খুনত্রা কাংবুতবু ব্যবহার তৌবা অদুগা লায়রবা তোল্ল তারবা কাঙবুবুনা হম্ফুনা য়েংবগী মতৌ ওইনা উবগুম তৌই। ক্রিতিক খুদিংমক্কা মশাগী মত ফোঙদোক্লকপা মতমদা খ্বাইদগী তোইরবা অচান- মীরাইগী মওং উৎলি মমাংগী ক্রিতিকশিংনা তৌরম্বদগী হেন্না মখা তাথনা লৌথোক্লুনা হম্ফহনবগী থবক চথরি। অসিগুম্বা থৌওং অসিদি মান্নবা মওংদা কনাগুম্বা মীশক অমনা মতাং অসিদা য়ু থকপদা হৈনরবা মীওইশিংনা চহি খবগী মমাংদা হেন্না খ্বাইদগী থোইরবা মহাও লৈ হায়না উৎনবা হোৎনবদা হেন্না হেন্না Vermouth কী চাং হম্ফহল্লগা মখোয়গী martini থকপগুম্বনি: সমাজদা য়ু থকপগী খলগী চাং ওনবা মতমদা নুপা অদুনা য়াথং তৌরদুনা Gin গী শরুক নিপাল Vermouth অমদা শিজিন্নবনা শরুক অনি ব্রাংবা হেনলম্মী সমাজগী য়ু থকপগী খলদা মশাদ শরুক মরিনা অমদা য়াল্লগা পেঞ্জবা ফাউবা মীশকুম্না মদুগী মতৌগুম অচুম- অরান অফ-ফত্ত নৈনরকপগী খলদা: Vance Bourjaily, মহাক্কা Hemingway গী উপন্যাস অনিবু পামজবা উৎখিবা অমসুং ব্রারীমচা ১৫ নত্রগা ২০ য়াউনা, Stanley গুম্না তজ্খাই অমা মীচং মীখাই নাইবা মীংয়েং পাংশোই নাইবগুম্বনি মহাক্কা উপন্যাস অমখক অমসুং ব্রারীমচা খুজোক অমখক্তবু থাগৎপা ফোঙদোকপা মসিবু খুজোক অমা নত্রগা খুজোক অনি ওইগদৌরিব্রা? Hyman মশামক্কী তৌফম থোকপা মথৌদি Dwight Macdonald দা খুরুম্বা তাবনি, মহাক্কা ব্রারীমচা খব ঙাকশেন্দুনা য়োক্তুনা থমই অদুবু মহাক মপুং ফানা উপন্যাসশিংবুদি লৌথোকই। মখোয়পুম্বা মশা মশাগী থাক কঞ্জবা গুল্লবা মীশকমক্তনি, অদুবু মখোয় খুদিংমক্তা চেল্লিবা সাহিত্যগী মমলগী চাং ওল্লুবগদি মখোয়দা কান্নরবা মচাক য়াউবা উদবদুনি।

অসিগুম্বা সাহিত্যগী চেনফম থোক্লবা মতিক মঙাল অফ-ফত্ত কাংলোন নৈনরকপা মতমদা কনাগুম্বা অইবা মীশক অমগা মরি থম্না পানশিন্নবা হোৎনরকপদা থাজনিঙাই ওইদবা মরম কয়ামরুম লৈ। মখা তারকপা ওইনা থবক্তি লমদা মসিগী অচুম্বা মরম লৈগনি মদুদি ছাত্রশিংনা খুদিংমক পাবা খঙবা ঙম্বগী ওইথোকপা লৈতে; ইন্সট্রক্তর অদুনা মখোয়গীদমক্তা খন্দোক্তুনা উৎপা তায়। মহাক্কা মখোয়গীদমক্তা পাননবা লাইরিক অমা খনবা মতমদা, মহাক শিজিন্নরোইদবনি, তাংনা থোকপা থৌদোক খরা নত্তনা, মদুদি অইবা অদুনা অতম্না ফোঙদোক্লিবা ব্রাফমদা থোইদোক্লা পূক্লিং থিংজিলুনবগী অচুম্বা মরম লৈরমদে।

তোপতোপ্পা মতাং হায়রগদি অইবা কয়ামকম্না লাইরিক অমা পুথোকপনি, শাগৈ অমতগী ওইবা অফাউবা মীওই কয়াগী কাংলুপনি। Hemingway মখোয়দুগী মনুংদা অমা নত্তে। মহাক্না ইরম্বা লাইরিক খরদি য়াম্না কা হেন্না অতোপ্পা অইবশিংগী পোথোক্তুগী ফবা ওইরম্মী। লাইরিক খরদি য়ানিংদবা য়াউদনা ঐহাক্না চঙজবগা লোয়ননা খুদোল তৌজরি, খুদম ওইনা পল্লবদা মদু অমখক্তা ওইবা য়াই। Across the river and into the trees; অমসুং To Have and Have Not মসিগী থাক য়ৌদে, খুদিংমক তোঙান তোঙানবা অচুম্বা মরম লৈবননি, অদুবু হায়রিবা লাইরিক অনিমক্তা তাঙ্কক কয়া য়াউরি মদুবু থাদোক্কে খনবদা তুকচবা পোকপা মতাং য়াউরি।

For Whom the Bell Tolls হায়রিবা উপন্যাস অসি লাইরিক্কি শরুক খরদা মায়পাক্তবশিংগী মনুং চল্লমদে। হায়রিবা লাইরিক অসিনা ঐঙোন্দা Hemingway না পুথোকপা পোথোকশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী শক্তি লৈরবা চয়েৎনবা কয়ানা থল্লবা থবক্তি হায়না ব্রাখলদা মমী তাই অমসুং মসি খ্বাইদগী শাংবসু ওই। ক্রিতিকশিংনা হায়রিবা লাইরিক অসি তোয়না খন্ন - নৈনবদা য়ৈশিন্দনা নাথেদুনা থমই, মখোয় ভাব তারবা মওংদা ব্রাহৈনা ফোঙদোকপা তৌদনা খ্বাইনা য়ানরবা মতৌগুম, অদুবু মদুনা উলিবাদি পুন্নমক অদু ওইরিবা ফিভমদগী মখা চংশরকপা ফলননি সাহিত্যগী ওইবা পোথোক্কী মগুনদগী তোঙান তাবননি। অতোপ্পা অবস্থা অমদনা মসি য়াম্না মায়পাক্না মীয়াম্না পান্নবদুনি, ক্রিতিকসশিংনা মতম পুম্নদা য়াম্না পাকশন্না যোল্লবা উপন্যাস অমবু থাজদবদুনি। মসিগা মরি লৈননা মহানবা চহি খবদা Hundred thousand hardbound copies য়োনখিবদুনি মসি Hemingway গী masterpiece নি হায়না নোংমগী লাইরিক্কি মরমদা অফ- ফত্ত খন্দোক- খঞ্জিল তৌরিবা মীশকশিংনা লাউথোক্লবা মতুংদা For whom the Bell Tolls হায়বা উপন্যাস অসি The spanish civil war গা মরি লৈননা ইরুবনা অহেনবা শোয়নাইরবা মচাক কয়াগী অৱা- অনা য়েংনরম্মী, হিরম অমা ওইরম্মী ক্রিতিক কয়ানা কাওথোকপা পাম্বা; মসিনা তোঙান তোঙানবা রাজনিতী দলগী কাংলুপ: Fascists, stanlinists, Troskyites , Pacifists, Spanish Patriots নাকল অনিমক্তা, অয়াম্বনা মপুং ওইবা মীৎয়েংদা মরী থম্না নৈনরিবা ৱাফম ওইবনা খুদিংমক্না মসিবু শাউরম্মী। মতমগী খোঙলৈনা তুংওইনরকপা তাঞ্জাদা, হায়রিবা উপন্যাস অসিবু ক্রিতিকশিংনা রাজনিতীগী হিরমদা য়েংলগা শাথিনা হুন্দুনা মমথরম্মী মদুদি ক্রিতিকশিংনা মদু পাবগী

ৱাখল লৈরমদে অমসুং মখোয়গী পূক্লিং থিংজিল্লমদে। শিংনবগী মতৌগুম মসিগী মায়োক্তা পন্দুনা ঙাংবা ইবনচিংবা তৌরমদে, অরানবা খঙনা খঙনা লান্না অর্থ লৌরে হায়বগী ৱাফম লৈরগসু, মখোয়না পীরিবা বিচারগী মওং মীয়ামদা উৎলমদে

খুদম ওইনা হায়রবদা Daight Macdonald না পীরিবা বিচার মওং, হান্নসু হায়খে, “অহিংবা শরুক্তি ৱারীমচাখক্তনি, খুদম ওইনা fascist শিংবু হাৎপা, থোং থুগাইবা For Whom the Bell Tolls কি মনুংদা।” মহাক্কি ওইবা মততি লাইরিক অসিদা য়াউরিবা পিকস্রবা শরুকশিংনা মপুং ওইবা শক্তমদগী খায়দোক্লবদি হেন্না ফবা ওইগনি হায়বা ৱাফম লাইরিক অসিনা য়ানিংদে। Fascists হাৎপখক্তং ভাবনা শাগৎপা ওইনা তোঙান্না খায়দোক্লুনা থমগদ্রা, অদুবু মসি উপন্যাস পুম্না অদগী মনুংদা Hemingway না খুদোল তৌরিবা মুর্তি অদুগী তঙাইফদনা চঙবা মমীনি। লাইরিক অদুগী অরোইবা শরুক পেজ ৪০ গী মনুং চন্না শিংথাদুনা য়াউরিবা ৱাফম থোং থুগাইবা মতমদা Robert Jordan শিবগী মতাং তশেং- তশেংনা লাইরিক অদুগী মমাংগী লামাই ৪০০গী মনুংদা য়াওবিবা সমস্যাশিং ৱাথোক লাম্লোক্কি মখা পোল্লি। Hemlet কি act মঙা য়াউবা ৱারীনা On act play ওইবদগীদি মসি ৱারীমচা অমা ওইবদগী হেনবা নত্তে।

Jordan না থোংদা থেংনখিবা লানগী মরমদা হায়বা য়াবা অহেনবা ৱাফম কয়ামরুম লৈরি। উপন্যাস অদুগী অরোইবা শরুক ওইবগী মথক্তসু, মসি ওই ইকোন কোনবা থৌদোক পরেং অমা থোকখিবগী মতুংদা অরোয়বনি হায়রিবা ৱাফম অদু মখল মখা কয়ামরুমগী লাইরিক্তা চথবগুম তৌরম্মী। ঙল্লিঙৈ মতমগী Hemingway গী হেরোশিং মান্নবা মখলগী ৱাখল মীৎয়েং লৈবা ঙাক্তনি, ঐখোয়না মহাকপু Nick Adams নত্রগা Frederic Henry নত্রগা Jake Barnes কৌবা য়াই, অমসুং ৱারীগী মতুংইন্না মহাক Robert Jordan ওইনা অমুক হন্না থোরকই। হেরো অদুগী থৌনা ফবগী খোঙচৎ Michigan গী মনুংদা হৌরকলম্মী, অদুবু মখোয় মখোয়গী Climax (খমথেংনা ৱাংবা তাঙ্কক) A Farewell to Arms তা অহানবা ওইনা য়ৌই, মতম অদুদা, লান্না Spy (লাঙ্জাবনি) হায়না মরাল শিজিন্দুনা, মহাক Italian Army থাদোক্লম্মী (ৱাখল অমরোমদসু, সমাজগী থকশি খাশি লৈরবা নিয়মগী ৱাংমদা) থোংদা থেংনখিবা লানফম মমাংদা থোকখিবা থৌদোক্কি মতাং মদুনা ৱারীগী climax য়ৌখিবগী ফলনি হায়না লৌবা য়ারে, হায়রিবা থৌদোক অদু অতোপ্পা থোং অমদা থোকখিবনি; হন্দক্কি তাঙ্গা অসিদদি হেরো অদুনা মহাক্কি লাইবক্লা পুরকপা ফলবু

য়াঙ্গে মদুদগী A Farewell to Arms কি মনুংদা, মহাক ঈচাউনা ঈমায় চোল্লবা তুরেলদা চোংথদুনা খুদোংথিরগদবা অদুদগী নপ্পোক্লম্মী। Hemingway না ইরিবা লাইরিকপুম্বা অমগা অমগা মরি লৈনবা তোঙানবা মখল কযানা তিল্লবনি; মরী থম্লিবা রাফম পুম্ববু ক্রিতিকশিংনা নৈনরারোল পীরকপা মতমদা থাক থম্লা উশিনবা ঙমদবদুনি। রাবী অমগী মনুংদা চেল্লিবা ঈচেল অদু থাজবা য়ারবা অথোইবা খনগৎলবা লাইরিক ওইরবসু, চাং রাংদবা য়াই অদুবু ওমরনি Stanley Hyman গী রফম পল্লদি চাং অদু চাউথোকহল্লে ঐখোয়না মদুবু অতোপ্পা রারীশিংগা লোয়ননা পাবা মতমদা, মদুদগী ফংলকপা ফল ওইনা উপন্যাস অদুগী মগুন থাক হেনগৎহল্লম্মী। অয়াম্বা শরুক পুম্বা নমুনা অমতগী ওইবা খুদোল ঙাক্তনি।

Leslie Fielder না ওন্ন- তৈনবদা ঙল্লিডৈ মতগী তেল্লপ্পা পীবা খুদোল অনি নত্রগা অহুম অমসুং মশাগী চহি কুম্লা শুরকপদা ঈবা রারী খরখক নত্তনা, অদুগুম্বা নমুনাশিং অদুগী নুংগী ওইবা শক্তমদি অশিবা, নাইতোম তাবা, অমসুং কান্নদবদা অরেম্বা তাবনি, অদুবু পুম্লমক অদু Hemingway না পান্দম থম্লিবা মরুওইবা রাফম নত্তে।

"A clean, Well -Lighted Place" মনুংদা, খুদম ওইনা, the old waiter অদুনা হায়, "মহাক্না করিবু কিবিবনো? মসি অকিবা অমসুং কিবনা থল্লবা অরাবা শক্তম ওইরমদে। মসি করিসু লৈতবা রাফম্লি অমসুং মহাক্না মদু খঙলম্মী।" অদুবু The old waiter অদুনা খমথেংনা ধর্ম থাজদবগী রাফম থুপ্পবা থম্মোয়গী কাচিন্দগী ফোঙদোকপা মতৌ মানবা ওইরবসু, মহাক করিসু লৈতবনি হায়না খনবা রাখল ঈথিলগী মায়োক্তা অরাবা কোক্লনবা পাম্বৈ পুথোকপগী মত পীরম্মী; মসি ওই নুপা অদুনা মতোমতা অহিং চুপ্পা লংনা ঙাল্লবা মৈঙালদা ফমদুনা লৈবা, নুঙাইরবা Café কি মনুংদা মহাকপু থকশি খাশি অমসুং ফজরবা লৈতেং হৈগল্লোন কযানা কোয়শিন্দুনা লৈগদৌবিবনি। মদুনা তাক্লিবদি তঙাইফদনা চঙদবা য়াদবা মসক পীবগী রাফম পল্লি, মদুবু ঐখোয়না অতোপ্পা রারীশিংদা তশেংনা তেল্লা মপুং ফানা উবা ঙম্বা মদুগী তশেংবা হীরমদি অকিবা, নাইতোম তাবা অমসুং কংসু লৈতবা কান্নদ্রবা রাফমগী মায়োক্তা পল খাগৎতুনা থম্বা পাম্বনি।

পাকশন্না য়েংবা মীংয়েংদা মগুন হেনগৎহনবগী মতাংদা, মী অমগী চঙদনা য়াদ্রবা মচাক্তি থকশি খাশি নিয়ম ঙাক্না চৎপনি অমসুং মখা তানা থকশি- খাশিগী রাফম মীওই পুম্বদা লৈবা তঙাইফদবনি মহাক অদুনা মী অমা ওইনা হীংদুনা লৈবা তারবদি, রাখলগী ঈথিলনা মহাকপু হৈঙাল ওইনা নিঙখাইদুনা মহী চেলহল্লোইদবনি।

মসি খ্বাইদগী কল্লবা অথিংবা পীরিবা পলনি। "নুপাগী পুকচেল চেল্লি, ঐগী ইচানুপা," পোরোহিত অমনা, Hemingway গী ওল্লিডৈ মতমগী তেল্লপ্পা খুদোল তৌবা ব্বারেংগী মনুংদা Sam Cardinella দা হায় মহাক্না ফাঁসি সগাইদা থৌরিগী চৈথেং ফংলদুনা মহাক্কি তোংশা পুন্না মথৌনা তৌরকত্রবা তাঞ্জাদা। হৌজিক অকিবা মায়োক্নরিবা মীশক্কি। মদুনা Hemingway দা হেন্না তুক্কচবা য়ানিংদবা অশিবা হায়বা থৌদোক্তগী হেন্দোক্না ফাউবগুম তৌই। শিরমদাই তাঞ্জাদা থকশি- খাশিগী নিয়ম ঙাক্না চৎপা হায়বসি অকনবা নিয়মগী মখাদা ব্বাখল পূক্লিং লাকশিনবা মথৌ তায়, মদু তৌদ্রবদি লমজেল চেল্লগনি "অপাইবা চাকগুম অকস্বা যাওরবোই," Robert Jordan না For whom the Bell Tolls কি মনুংদা তৌবগুম। থবক খুদিংমক পাংথোক্নবা হোৎনবদা মপুং ফানা পুক্লিং থিংজিনবা তাই তুং অমসুং মাং য়েংনা চত্থগনি, তাঞ্জা অদুমক্তা, অদুগুম্বা অতম্না পায়খৎলিবা থবক অদু, পুন্সি চুপ্পগী ওইরম্মী। তুং মাং য়েংনা থকশি খাশিগী নমনা কায়দনা চত্থরে খঙলবা মীকুপ্তা মদু অফবা তাঞ্জা লাক্নগনি পায়খৎলিবা থৌবমদুগা লোয়ননা অমসুং মদুমক্না মপুং ফারবা মত ফোঙদোক্নবগী পাম্নে ওইবগনি। লোইননা মতম অমত্তদা তাম্থোকখিনবা উপায় অপান্ননা ফোঙদোকপা তৌদবা অকিবা পুন্না থকশি- খাশিগী নিয়ম ঙাকপগী মথক্তসু, শিবগী মরী থম্লনা Hemingway গী fiction শিংদা নাকোইননা মত পীবা নত্রগা তশেংনা থোকখিবা পুম্নমক্কী ক্ষতিপুরন লৈ, হায়রিবা ব্বাফমদুমক মহাক্কী মপুং ওইবা ব্বাবীগী শরুকনি। অসিগুম্বা মহাক্কী থবক্কি মওং অসি, মীওইশিং অদুনা তোয়না নৈনবা ব্বাফমদি নত্তবা মহা অমগী নিংশিং মমীদগী ঐহাক্না পুথোক্লম্মী অমসুং লাইনা খঙবা ওল্লম্মী হায়বা ব্বাফম লৈরে, অতৈ অতোপ্পা মীওই কয়াদসু অসিগুম্লবা মান্নবা নিংশিংবগী মমী লৈরম্বা য়াই। ঐঙোন্দা লৈরিবা ব্বাফমদি মসি Paris তা শোক ১৯১৭ কালেনগী ওল্লিডৈ শরুক্তা মাঙওইননা থোকখিবা ব্বাফমনি। ঐহাক French army দা খুৎশু- খুৎলাই হোনবা ত্রক ড্রাইভর অমা ওইনা লৈরিঙৈ মতমদা ছুটি লৌদুনা পোত্থারম্মী, য়াম্না লেমজনিঙাই শিনফম ওইরমদে মতম অদুদা কনাগুম্না মীওই অমগী মরুপ অয়াম্না মখল - মখা কয়াগী flying corps তা মীং চনশিল্লম্মী অমসুং অঙক- অঙকপা পাইবগী খোঙচৎ কয়াদা পুন্সিগী অরোইবা শরুক থেংনরম্মী। Lafayette Escadrille, খুদম ওইনা পল্লবদা, অয়াম্বা চাংচৎতা হিংবগী মতম থা ৩ ফাওবা যৌদবগুম তৌরম্মী। জুন থাগী অয়ুক অমদা ঐহাক পুক্লিংদা আমেরিকান এভিয়েসন্দা মীং চল্লগে হায়না ব্বারেপ লৌরম্মী, মতিক চাদবা পাইলোত অমা ওইগনি হায়বা ব্বাফম

ইশামক্কা খঙজরদুনা অমসুং ঐহাকপু লানফমদা হন্না থাজিন্দুনা, অতৈদগী হেন্না, শিরগনি হায়বা ৱাফম খঙলম্মী, অদু ওইদুনসু ৱারেপ্তি লৌরম্মী। খঙহৌদনা ঐঙোন্দা অহোংবা অমা লাকখিরম্মী। Champs- Elysies দা চেশনট পাম্বীশিংনা মচু শংবা হেঙ্গৎলম্মী, মখোয়গী মপাল হেন্না মঙ্গামচু মাল্লম্মী, শোরোক্কি নাকলদা ফুটপাথতা চৎলিবা নৈশাবীশিং হেন্না ফজবা শক্তম চেল্লম্মী, অমসুং অমুক্তা মাংদা থোকখিদ্রিবা মঙংদা অতিয়াগী শংবান্নবা মচু ফজবা হেঙ্গৎলম্মী, ঐগী পৃক্তিং ৱাখল থৌবা হেঙ্গৎলম্মী অমসুং ঐহাক্কি নুঙাইবগী চাং হেঙ্গৎলম্মী শিবনা থরাক থরাক য়ান্দুনা লৈরবা তাঞ্জাদা। চিন্দা লাঞ্জাউগী মতমগী ঈশৈ অমা ঙংলদুনা, শোরোক্কি কোনা কয়া ফাওরদুনা, লম্বী চৎলিবা খুদিংমক্তা মোমোন মীনোক্কা য়েংলদুনা, ঐহাক Restaurant অমদা চঙলম্মী অমসুং ঐহাক্কা খ্বাইদগী থৱাই তজবা মখলগী চিঞ্জাক য়াথং তৌরম্মী অমসুং মদুবু মায়াগী মতৌ ওইরবা য়ু লিক্কি অমনা চামথখিরম্মী।

তানশিল্লকপা লৌশিংনা পুন্সিদা ফল তাবা ঙম্লমদে, মরমদি ঐহাকপু আর্মি ডাক্তরশিংনা বিক্রুইট তৌ হায়বা য়ারক্তরবদগী, অদুবু মমৈথংদা ঐঙোন্দা Hemingway গী ৱারেং পারুবদগী তুংকোইনা চৎকদবা অফবা ফল মশক খঙবা ঙম্নবা হোৎনবদা মতেং পীরম্মী। মসি মতম অমগুদা হিংবগী মমল খঙবা অমসুং শিবগী মমল খঙবা ওই, ৱাখল খুদিংমক অমগা অমগা মরী লৈনৈ। মরমদি ইরিঙৈগী মীকুপ্তা, অশিবা হায়বা ৱাফম অসি অতিয়াদা মফি থোংদ্রবা উচেক্কি পাক্ক লেং লেং চত্তুনা লৈবগুম তৌই - নত্রগনা তুমিয়া খোঞ্জেল থোক্তনা জুরা পাই, ফ্রেঞ্চ পুলিসমেনশিংনা সাইকল তোংবগুম, নত্রগা কৈজেংলাংগী থিন্দোরকপা মনাতোন্না মহাক্কী মকোলগী মপাল থোক্কা লৈবগুম "The Snows of kalimanjaro" গী মনুংদা - মবমদি মহাক্কি ৱা ঙাংদবা মতৌনি, অইবা মশামক অনিরক হন্না হীংবগী মতৌগুম উই, মহাক্কি লৈরিবা ৱাখল লৌশিং পুম্বা অতৈ অতোপ্পা সাধারনগী মীওইশিংদগী হেন্না মতিং লৈনা উই। মহাক শাহুইগী মতৌগুম অযুক্তি নুংশিং মনাতোন্দা চিংশিল্লি। মহাক্কা অপাবশিংদা মহাক্কি তোপতোপ্পা মখলগী তরু তনানবা মতৌ ওইরবা অমসুং তনৌববা ৱাখল্লোন পী হায়দুনা মশাদা ফাওই প্রসিগুম্লবা মপাম্বোংগী ওইবা পৃথিবীদা অমসুং মদুনা মওং অমদা হৌজিক মতমগী অতোপ্পা উপন্যাসশিংদগী তোঙান্না তাবা, মান্নবা ঙমদবদুনি। মসি ময়াই থংবা যুগক্কি কবিতাশিংবু পারুবা মতমদা কনাগুম্বা মীওই অমনা ফংবা ঙম্বা গুণ মখল অমদি, মদু পুম্বা মীওইবনা ইবনি মহাক্কা মহৌশা লাইরেম্বীনা পীবা নুঙাইবা পুম্নবু মখোয়গী ৱাখলদা মথৌ হাপ্পি মদুদি অশিবা হায়বা থৌদোক্কা শোরোক্কি খুনিংথেক শাবা মফমদা লুমদুনা হাৎকদবগী ঙাইদুনা লৈরবসু।

মহৌশাগী খুদোল চীং, পাৎ, তুরেল, সমুদ্র, নোংচিং, অহিং- অশাগী ফিভম trout নত্রগা marlin ফাবা, চিঞ্জাক্কি মহাউ, Campfire গী অকোয়বদা যু থকপা, চাউরবা শাশিং হাৎপা, নুংশি নুংওলগী লমদা খোঙদাবা; পুম্নমক অদু Hemingway না পাংথোক্লিবা মিত্রংগী থৌদৌনি। অদুগুম্না রাখল্লোন অদু যাম্না নুংঙাই হরাউ তয়াম্বগী মচাকসু ওই, ইচম চম্না পাংথোকপা ওইরবসু, মবমদি মহাক তৌশিন্নদুনা মতৌ তমগে খনবদগীদি হেন্দোক্লা মহৈমশিংগী মপুং ফাববা জ্ঞ্যাননা লৈতেংলবা মীশক্লি; অদুবু মহাক খ্বাইদগী থোয়বা মওংদা মশা কোমথোক্লা মহৌশাগী ওইবা দৃশ অমসুং পাংথোক্লিবা থবক পুম্না শুগাইনা মচা ভানা শিংথাবদুনি। মহাক খুদিংমক্তা মীশুল হাপ্পা ঙমই, মদুনা ওক্লি চীংগী দশ অমা শিংথারকপা নত্তমদা লোয়ননা চীং অদু তোংশাদা নাধা ফাওবা যৌনা কাগদৌরিবনি নত্রগা চীংগী মোংশোংদা লৈরম্বা তিম্বংশিংনা খোংউপ তোংদবা খোঙয়াদা থিনবগী চৈনা ফাওগদৌরিবনি, পুম্নমক অদু অঙকপনা থল্লবা নিংশিং মমীদা লাক্লম্মী। উরুম্দা লুমদুনা লৈরিবা মঙ্গ্রেম্নবা মতৌবু থোয়না যৌশারুদা তৌদনা মহাক্কি লাইরিকপু পাবিবা অয়াম্বা মীওইনা নুংঙাইবা পোকপদা কল্লকপা ফাওই। মথং মনাউ নাইনা চহি লেপ্পাগী কাংলুপ মীয়োল ৩ নত্রগা ৪ গী নহারোলশিংনা মহাক্লা চংলম্বা থবকশিংদা চঙনা নুংঙাইবা থীনবগী খৌরাংবা পোক্লম্মী, মহাক্কি নুংঙাইবা শরুক য়াশিংবা ফাওরম্মী, মদুদগী ফংলকপা ফলনা, মহাক্লা পাম্জরম্বা লমদমশিং, মহাক চাউনা শিংথাবা মংলং মরুওইবা শেলমীৎলোনগী শক্তি চেল্লবা মীশক অমা ওইখরম্মী। A second Flowering দা ঐহাক্লা ইবগুম্না, "হোয়, মহাক্লা ঙাম্মী অদুবু key west অমসুং Bimini দা পুরক্লম্মী অমসুং শাদানবা খুৎপু অমা অথাংবা আফ্রিকাগী লমদমদা, অমসুং আমেরিকা মচা কলেজ ছাত্রশিং ১০০ দোম, অদুগী মতুংদা লিশিং লিশিং, Pamplona দা পাংথোকপা চহিগী কুম্মোদা, Ski গী পোথোকফম Tyrol অমসুং Idaho দা, bull fight স্পেন পুম্বদা Venice, Milan, Paris, Havana গী রেষ্টুআরান্টশিংদা: মফম পুম্বদা মহাক্লা নুঙাইবনা পুন্সি লেনখিবা মহাক্লা কুলি পীগদবগে হায়বদু মতিং ফুদোক্লনা ঙাংখিবা, অমসুং নীয়াম ওপ্লা ঈচেলগী মতৌগুম চেনশিল্লকখিরম্মী।"

ঐঙোন্দা নুংঙাইবা পীরিবদি মহাক্কি পুন্সি য়েংলুরগা নত্তে। অযাম্বা অইবশিংনা মাইকৈ অদোমদা য়ানিংদবা ফোংদোকই, মবমদি মফম অদুদা লাইরিকশিং অমসুং লাইরিক ইদুনা সাহিত্য শুরিবা মীওইশিংগী ফিদা ফংলোই হায়বা মরম লৈবননি। অদুগুম্লবা য়ানিংদবা থৌদৌ অদুদা শরুক যারুবা তৌদনা, ঐহাক্লা

Hemingway বু মহাক্না পাঙ্গল থৌনা পাংথোক্লম্বা হিরম কয়ামরুমদা হায়বদি শান্নবোই অমা ওইনা অমসুং লাঞ্জাওগী মতমদা ঈ-পাও খোমজিল্লম্না মীশক অমা ওইনা মমল ৱাংলবা অইবা অমনি হায়না শিংথারি। মহাক মখোয় অদু শিজিন্নবগী অচুম্বা মরম লৈবননি, মহাক্না ইরিবা লাইরিক খুদিংমক্তা মদুগী মমী তাই, মদু মহাক্না পামজবদগী পাংথোক্লম্বনি। প্রজাশিংদা মীয়াম হুপ্না অচুম্বা মরম উৎলকপদদি লন্নাইগী ওইবা ফিভমদগী খেন্ননা লৈগনি। মদু অসুম্না ওইরগনি পোৎশকশিংগা লোয়ননা খুদোল ভৌবা। "নহাক্না চৎকদবা মফম চৎপা তারি নহাক্না ভৌগদবা নথৌ পাংথোকপা তারি নহাক্না উনিংলিবা মফমদা য়েংদুনা উরে" মহাক্না The fifth column অমসুং the forty nine গী ৱাংমাং য়ানবদা পন্দুনা হায়রম্মী, "হৈনিংবা পোক্লবা নহাক ময়া পঙলবা খুলাই পায়দুনা ইন। অদুবু ঐহাক মদু হায়রপ্না কোলহনগে অমসুং পঙলবা ময়া অমসুং ঐহাক খঙই মদুদি খুৎলাই অদু চাখৎনবা নুঙ অমুক হন্না শেমদোকপা তাবি অমসুং নুঙখংনা ফুদোক্লনা মওং তাননবা শেম্বা তারি অমসুং থাংফেংনুঙদা ফেংবা তারি অমসুং খঙই মদুদি মদুগী মতেংনা ঐহাক কবিগুম্বা থবা ইবা তারি, অদুগী মতুংদা মদু লংখৎপা ফাওরগনি অমসুং মঙাল লৈবগনি অমসুং মখা হায়রনিঙ্গাই লৈরবোই, নত্রগা তান-তানলগনি অমসুং থাউ থাক্লগনি হাপফমদা থম্লগনি, অদুবু শিজিন্নরোইদৌরি।"

মসি খেংনরকপা থৌদোক কয়াদগী ফংলকপা অরিবা মখলগী পাউতাক ওইববফাওবদা শোক ১৯২০ গী মনুংদা লৈরম্বা ৱাখল্লোন পুস্বদা চাউরবা ফিদা অমা কনবা শুল্লম্মী। Hemingway না মসি অতে অইবাশিংনা পাঙথোক্লম্বা থবক্তগী হেন্না থাপ্না চঙশিনলম্মী। অরোইবা শকক্তগী য়াম্না শাংনা চৎখৎনা, তশেংনমক অনিশুবা লাঞ্জাওগী মমাঙদা মহাক —— ইগদৌরিবা চাংদগী হেন্দোক থোইদোক্লা তঙাইফদনা চংবা মচাকশিং খোমজিল্লম্মী। "The snows of Kilimanjaro" (১৯৩৬) তা অমসুং মহাক তৌগে মতাগুম মচাক কয়ামরুম ৱাৱী দরুন অমগীদমক্তা লংথোক্লম্মী, খুদিংমকতুবু Paragraph অমা নত্রগা অনিদা পীকশিন্দুনা হস্থহল্লম্মী অদুগুন্নবা শিগদৌরবা হেরো অদুগী নিংশিং মমীশিং, অইবা ( author ) অমসুং ৫৩ শনিমক্লা তঙাইফদনা তৌদবা য়াদ্রবা ৱাখলগী মমীদগী নাম্থোক্লবা হোৎনরম্মী। "নহাক্না ইননবা খুৎলাইগা লোয়ননা" শিজিন্নবগীদমক্তি Hemingway না মহাক্কি কোক ওইনা লৌরবদি মমি খুদক্তা মীপাইনিঙাই ওইবম্মী অমসুং কয়ারক হন্না ভজনগী চাংদা থম থেংলবা খুদোংথিবা মশাদা থেংনরম্মী অমসুং কোঙা চৈথেং ফংলবা Boxer অমগী মতৌগুম, মদুগী

মনুংদা অমদি, অনিশুবা ইয়ার প্লেনক্রাস আফ্রিকাগী মনুংদা থোকখিরম্মী, মহাক কৈদৌঙৈদা ফাৎলকপা ঙমখিদে। মসি ঐখোয়গী মাংজবনি, অদুবু ঐখোয়না কাউরোইদবা য়াফমদি অদুগুম্বা মমল তাংলবা থৌনা ফবগী খোংচৎশিংদা, সাহিত্যগী নত্তনা, অতোপ্পা নাকল অমদা ঐখোয়না নিংশিংদুনা লৈরগদবা য়াফম খর লৈরম্মী, পুম্নমক অদু পৃথিবী পুম্নগীনি। মীয়াম মরক্তা লেল্লিবা মহাক্কী পুক্নিসিমক কলাবিদ্যাগী খুৎশেমনি ফাগী মরাং কায়না তৌদুনা মহাক মখল মখা কয়াগী শান্নখোৎনবগী নিয়ম নৈনরম্মী, নুংশি নুংওলগী য়াফম য়াউনা লাঞ্জাউগী মরমদা, অমসুং শাদানবা, মহাক্না পৃথিবী অসিবু হেন্না দ্রামাগী মওংদা ওম্থোক্লম্মী হান্না লৈরম্বা ফিভমদগী মহাক য়াওদবা মওংগা খেন্ননা।

অদুবু মহাক্না পাংথোক্লম্বা থবকশিংনা ঐঙোন্দা নুঙাইবা পী, মহাক্কী পুক্নি মরেল নত্তনা, অমসুং করিগীদমক্তনো হায়রগদি মহাক্কী সাহিত্যগী পোথোক অমসুং মসিগী মীংচৎনা মমৈথংদা ঐঙোন্দা চার শন্দোক্লবা হোৎনবা অমসুং মশা শন্দোক্লবগী মতাংদা ঐঙোন্দা অপনবা পীরম্মী। য়ারীমচা খরা খক নত্তনা করিগুম্বা অহিংবা পোৎশক খর মহাক্কী থবকশিংদা লৈররোইদ্রা? করিগীদমক্তা মহাক্কী উপন্যাসশিং অসি খন্তোকলোইদৌরিবনো অমসুং ইকোন কোনবদদি Hemingway গী নিতি নিয়ম পুম্বা লোয়না হম্বহল্লগা অহাঙবা চেনাখক্তং থমগদৌরিব্রা? অদুম ওইনমক মীংচৎ লৈরবা ক্রিতিকশিংনা মপুং ফানা য়ানিংদবা উৎপগী শাজৎ মওং লৈবা থেংনরমদে। Daight Macdonald ফাওবা মাইকৈ অদোমদা খ্বাইদগী নকশিন্না চংবা মীশক ওইরবা ফাওবদা মহাক পোৎশক খরদি কন্দুনা থম্বা পাম্মী। শোক ১৯৬৪ A Moveable Feast কী খবর কাগজশিংদা পীরকপা রিভিয়ু খরদা অসিগুম্বা শাজৎ মওংগী মতাং পন্দুনা খঙহল্লকপা, অদুম ওইনমক, লৈরম্মী, তোঙান তোঙানবা মীওই কয়ানা খুদোংচাবনা থল্লবা নৈনবারোল পীরকপগা লোয়ননা "চহি য়ামখৎলক্লবা নুপামচা মহাক ওইরম্মী," The Washington Post তা Glendy culligan না হায়রম্মী, "অকোনবদদি Hemingway বু মহাক্কি মতৌ তম্বা মীওইশিংনা হেন্দোকখিরম্মী।" ঐহাক ঙকপা ফাওরিবদি কনা অইবগী করি লাইরিক্তা মহাক্কি পুক্রিংদা খল্লিবনো। Harrisburg Patriot News দা মশক মমীং ফোংদোক্তবা লাইরিক্কি মরমদা নৈনবারোল পীরিবা মীশক অমনা Hemingway গী লাইরিকশিং পারিবা মীওই পুম্বা লাইরিক পুম্বদুগা লোয়ননা অইবা মশামকপু তোকথোক্লবা হায়ম্বা পাল্লম্মী।" মহাক্কী মীংচৎ মহাক্না হোৎনবা কন্না শাগৎচরম্বনি, "নৈনরিবা মীশক অদুনা হায়রম্মী," মীয়াই চল্লবা

মীওইশিংগী মীরোলদা লেং ওত্তুনা চৎলগনি মদুদি মহৌশানা নহারোলশিংগী থম্মোইদা য়াউদুনা লৈরগনি।

Pennsylvania গী মনুংদা লৈবা Harrisburg তগী করম্বা খোল্লাউনা করি মত ফোঙদোকই অতৈ অতোপ্পা সাক্ষীশিংগা লোয়নরগা অসিগুম্বা নৈনদুনা থিজিনবগী থৌওং হেন্না পাক চাউবা মীৎয়েং লৈফম থোকই মদুদি মসিনা শোকহল্লিবা মীশক অতম্বনা Hemingway গী মায়োক্তা নত্তনা অতৈ কনা অমত্তা নত্তে। মহাক শোকহল্লবা মীশক ওইবা খক্তা নত্তে; মহাক অহানবা ফাওবা ওইরমদে। Thomas Wolfe না কয়ারক হন্না হঞ্জিন হঞ্জিনা হাৎনবা হোৎনরম্মী। মদুগীদমক্তা মহাক্কী মতাংদদি হেন্না ঙাকপিনিঙাই ওই অমসুং Dos passos, মহাক্না নুঙনা থাদুনা হাৎপা তৌদ্রগসু, সাহিত্যগী সমাজদা পাপ লংশিনবগী চাউরবা পোৎলুম কোকথোং পুরম্মী অমসুং মরুভূমীদা তাম্থোকখিরম্মী। মখা তারকপা ওইনা, তোঙান তোঙানবা চহি লেঙ্গাশিংগী মীওই কাংলুপ মদুগী মনুংদা Hemingway সু মীওই অমনি অমসুং মখোয়না নৈনদুনা থিজিন হুমজিনবগী মপুং ওইবা পম্বুং ওই। মহাক্কী মতমগী মীওই চহি লেঙ্গা খরদি অদুগুম্বা হন্দুনা ঙাংবগী ৱাফমদা য়াঙশিল্লমদে, পনবা য়াবা মীওইশিংদি Faulkner, Fitzgerald অমসুং Edmund Wilson নি, অদুবু মসি অরুবা ওইরোইদৌরি মদুদি মখোয়না পীবা মতকি মতাং ঐখোয় উগদৌরি। থাজবগী ৱাংমদা মতম শাংনা মীয়াম্না খঙনরমদবা ৱাফম সাহিত্যগী ওইবা মপাশিংবু ধর্মগী থৌরম পাংথোকপগুম্না হাৎপগী চৎনবী ঐখোয় অরুবা তাঙ্কক অমগী মনুংদা থৌদোক কয়াগী সাক্ষী ওইবা তারি।

অসিগুম্বা হৱাউ কুম্মৈ, ইতিহাস লৈত্রিঙৈগী মমাংদগী হীংদুনা লৈরম্লবা থৌদোকশিংগী মরমদা মঙাল খরা ফঙবা ঙম্লবা, ঐহাক্না অসিগুম্বা ফাওরবা passage অসি Totem and Taboo গী অরোইবা তাঙ্ককতগী লৌথোক্লগা লাম্থোকচরি। অদুগী ৱাহৌদোঙ্গা Freud না Darwin না হায়রম্বা ৱাহৈশিং নৌহৌনা নিংশিংলদুনা খুদোল তৌরম্মী মদুদি মীওইবা সমাজগী অহানবা মওং অসি Primal horde (ইহান হানবা চাউববা মীতিন) ওইরম্বা য়াই, মদুগী মনুংদা তমথিরবা, মীহৌ- চাউববা মপাদুনা নুপী খুদিংমক মহাক্কীনি হায়না কনশিল্লম্মী অমসুং ইনখৎলক্লিবা মচাপুম্বা লোয়না তাম্থোক্লম্মী। অসিগুম্বা ৱাফম অসিবু Anthropologist শিংনা শোয়দবনি হায়বা অচেৎপা ৱাহৈ কৈদৌনুংদা পীরমদে, অদুবু Freud নদি মশাগী ওইবা মত পীবদা হেন্না দ্রামাগী মতৌগুম ৱাফম অসি য়াই।

"One day (he said) the expelled brothers joined forces, slew and ate the father, and that put an end to the father horde. Together they dared and accomplished what would have remained impossible for them singly... Of course cannibalistic savages are their victim. The violent primal father had surely been the envied and feared model for each of the brothers. Now they accomplished their identification with him by devouring him and each acquired a part of his strength."

(নোংমদি (মহাক্না হায়) তাম্থোকখ্রবা মচিন মনাওশিং অদু খুৎশম্নদুনা পুনশিল্লম্মী, মপা অদু হাত্তোক্লম্মী অমসুং চারম্মী, অসুম তৌদুনা মপা অদু লোইশিল্লম্মী। পুল্লপ পুনশিল্লগা থৌনা ফুদোক্তুনা মখোয়না পাম্বা থবক পাঙথোক্লম্মী, হায়রিবা থেংনগদৌরিবা ৱাফম অদু নাইতোম ওইনা পাংথোকপগী ওইথোকপা লৈরমদে.... ৱারীগী মতুংইন্না অদুগুম্বা মীশা চাবা মীওইশিং অদুনা মখোয়গী মায়োক্তা লৈরিবা মখোয়না শোকহল্লবা মহাক অদু চাথোক্লম্মী। তন্নথিবা হৌদোরকপা অহানবা মীশক ওইরিবা মপা অদু তশেংনা মচিন মনাউ খুদিংমক্না য়াম্না কল্লকচবা পোকপা অমসুং কিনিঙাই ওইরবা নমুনানি হায়না মখোইগী পূক্লিংদা ফাওরমগনি। মখোয় হৌজিক মশা মশাগী শক তাক্লবা থৌরম কয়া মপা অদুগা লোয়ননা পাংথোক্লবা হোৎনবদা মহাক্কি শদোংশিং য়োৎশিল্লদুনা খুদিংমক্না মহাক্কি পাঙ্গলগী শরুক খর ফংননবা হোৎনরম্মী।)

মৈহৌরোলদগী লৈরক্লবা মপা হাৎপগী থবক্পু Freud না শুগাইনা তাক্লবা হোৎনৈ, মসিবু পাপকি হৌরকফমনি হাযনা পল্লদুনা অমসুং অসুম তৌদুনা মসিদগী ধর্ম্ম চৎনবা হৌখিরম্মী। ৱাফম অসিগা মরী লৈননা ঐহাক মখা তানা পনবা তৌররোই। সাহিত্যগী জগৎতা ধর্ম্মগী থৌরমগুম মপা হাৎপা চৎনরোলগী মনুংচন্না লৈ হায়বা ঐহাক্না মফম অসিদা মত পীজরি। অনৌবা মীরোল খুদিংমক নত্রগা চহি লেঙ্গা খুদিংদা পামজবা মতৌ লৈগনি, অদুগী মতুংদা কিবা পোক্লক্কনি, অমসুং কল্লকনবগী নমুনা ওইরক্কনি মখা তারকপা মীরোলদা নহা ওইরিবা নুপা অমসুং নুপী পুম্বা; অদুমওইনমক, মখোয় মশাগী ওইবা পুক্সি ভাব তাবা ঙমই, হায়রিবা পুম্বা ফোঙদোক্লকপা মতমদা মখোয়না পাম্বা মাইকৈদা পৈথগনি, অমসুং মরম অদুনা মখোই অতোপ্পা অতৈ মীওইশিংগী নমুনাদগী নিংতম্না নাম্থোক্কনি। অদুগুম্বা নমুনাশিং

অদুগী অফবা কান্নগদবা মরম লৈজরগসু, মখোয় য়াম্না তোয়না য়ানিংদবা ফোঙদোকই, মখোয়দুগী থবক পুন্না মথং মথং য়াবা ঙল্লমদে। লোয়ন-লোয়ননা হাত্তোকখ্রবা মমা মপাগী লৈজরম্বা ৱাখল লৌশিং পুন্না মশাদা চুপশিন্দুনা তিনশিল্লে হায়বগী ৱাখলল্লোনগা লোয়ননা মখোয়বু চাথোক্লম্মী।

মপা হাংপা অনৌবা মীরোলগী মরমদা হায়রগদি, Hemingway থোইদোক হেন্দোক্লা শোকহল্লবা মহাক্কি মায়োক্তা অতম্মনা পান্দম থল্লিবা মীশক্কি, মরু ওইবা ওইথোকপা য়াবা মরম অমনা মহাক মপা অমা ওইবগী গুন য়াম্না চাং ৱাংনা লৈবননি। শোক ১৯৩০ গী মনুংদা লৈরম্বা থম্মোই চেংলবা উপন্যাসকারপুম্বা, লোয়ননা শিনমী কাংলুপকি লালহৌগী মরমদা ইরম্বা উপন্যাসকারশিং, লম্বী অমদা নত্রগা অতোপ্পদা মহাক্কী মচাশিং ওইরম্মী, লোয়ননা শোক ১৯৪০ গী লাঙ্গাউগী উপন্যাসকার পুম্বসু হায়রিবা উপন্যাসকার পুম্বদুনা মতম শাংনা মখোয়গী মাংওইননা Hemingway না ফাওরম্ববু বিহন্দ্রিবা মতমগী মনুং মখোয় পুম্ববু মহাক্লা খম থেংনা থৌজাল হৈবা উৎলম্মী, অদুবু মতুং তারকপদদি মখোয়না মহাক্কা শিংনদুনা লাম্বা তৌগে হায়না খল্লকপা মতমদা, মহাক্লা মখোয় অদুবু অমমমতা ওইনা মীয়াম মরমক্তগী তাঙ্খোক্লম্মী। মখোয় অয়াম্বনা মহাক্কী মায়োক্তা খুৎশম্মনা মহাকপু হাংনবা হোংনৈ হায়বা ৱাফম চিংননিঙাই ওইদে Hemingway তশেংনমক, মহাক্কী নৌরিঙৈ পুন্সিদা মখোয় পুম্বদা মীওইবগী মীনুংশি য়াওদবা নমুনা ওইরম্মী, The Torrents of Spring মহাক্কি অহুমশুবা লাইরিক্তা Sherwood Anderson বু ধম্মগী থৌরম পাংথোকপগী মতৌগুম হাংপা, মঙোন্দগী মহাক মমল য়াম্নবা পাউতাক কয়ামরুম ফংলম্মী। নহা ওইরিবা মীওই পুম্বনা অসুম্না মরৈ য়েংকনি মদুদি মখোয় শিখ্রবা মীবু অমুক হন্না হাংননবা হোংনরম্মী।

Hemingway গী হোংনজমল অমসুং মহাক্কী মীংচত্তা লিশাং শিংনা লান্দবগী মরমদা ঐহাক্লা হায়বা পাল্লিবা ৱাফমদি ক্রিতিকশিং, মীওইবগী চংনবী লোনচংকি ৱাংমদা হেঞ্জিন্না উশিল্লে অমসুং মরাল লৈরে অমসুং তৌবিমল খণ্ডদ্রে হায়বা ৱাফম্নি। মসি ইশাতগী ওইবা লন্নাইগী ৱাফম নত্তে, মরমদি ঐহাক হৌজিক লৈরিবা মীবোল অসি কন্দুনা থম্বা পামজৈ নত্রগা চহি কুম্থ্রা হেন্না থবক পাংথোকখিবা মীশক, অমসুং মহাক্লা শাগৎলম্বা ৱাখল্লোন য়েংলুরগা মহাকপু শিংনদুনা লান্দাবা মাই পাক্লবগী মরম লৈত্রবনি খল্লি। খায়দোকপা য়াবা মচাক পুম্না লৌথোকখ্রবা মতুংদা, Hemingway গী খুদোল পুম্না, মপুং ওইবা মীৎয়েংদা তশেংনমক মতম পুম্বগী ওইনা লেংদনা লৈরগনি মদুদি মহাক্কি হোংনজমল পুম্না মতম খরগী

ওইনা তুম্না মাঙহনম্ব্রবসু অমসুং লৈনুংদা ফুমজিনম্ব্রবসু, চহি ১০০ গী মতুংদা মসি অমুক হন্না লৈনুংদগী তৌথোক্কুনা Melville গী মতৌগুম ওইরখিগনি। ঐহাক্না য়ানিংদবা ফোংদোকপগী মরমদি আমেরিকাগী সাহিত্যবু কন্দুনা থম্বা পাম্বদগীনি। Hemingway না ইবা হৌরকপা মতমগা চাংদমনরবদি মসি হৌজিক পাকশন্না সাহিত্যগী লনগৈগী তুংনফম হেন্না ওইরক্লি অদুম ওইনমক পুম্নমক অদুবু মতম অমদা কা হেন্না শিংথাবা তৌরমদবা মমল হম্হনা লৌরম্বা পোংশকশিং ওইদুনসু তশেংনমক মতম কুইনা চংকদবা মমল নাইদ্রবা সাহিত্যগী লনগৈনি।

---

# THE WAY IT WAS

Carlos Baker, Hemingway's official biographer

*"The job of the last twenty five years was for the writer or artist to get what there was to be got (artistically) out of the world extant"* – Ezra Pound

"অইবা অমগী মথৌদি অচুম্বা ঙাংবনি," শোক ১৯৪২ গী মনুংদা Hemingway না হায়রম্মী। মহাক মদু চহি কুন চুপ্পা থাজদুনা লাকখিরম্মী অমসুং মহাক্না হীংলিবমখৈ মখা তানা থাজগনি। ঐখোয়গী মতমগী অইবা অমত্তনা মহাক্না তৌবগুম্মা অকিবা ফংলবা চেংশিন ৱাহৈ শীবনদে, অসুক্কি মতিক পামজনা কনবা তৌরমদে, নত্রগা অচুম্বা ঙাংবা হায়বা ৱাফমবু অইবনা তৌদবা য়াদ্রবা মথৌনি খন্না শিজিন্নরম্মী অমসুং মহাক মদুগী মপুং ফারবা উৎপা য়ারবা খুদম্নি। মহাক্কী অচুম্বা ঙাংবগী থাক মতম শাংনা তুংদুনা লৈরম্মী, অদুগী মথক্তসু, অসুক্কি মতিক চাং ৱাংই অমসুং অচেৎপা ৱাফম পাল্লি মদুদি মহাক অনিশুবা থাক্কি প্রমান নত্রগা অতৈ অতোপ্পা হিরম কয়াদগী ফংলকপা ওইবা য়াই মহাক্কি লৈরিবা তানশিল্লকপা লৌশিংনা ফংবদগীদি হেন্দোক্তে। "ঐহাক্না উরুবা খক্তমক ঐ খঙই," হায়রিবা ৱাহৈ পরেং অসি মহাক্কি মচিন্দা অমসুং ইবা মতমদা তোয়না শিজিন্নবা ৱাঙাংনি। মহাক মশামক্না করি থবক পাঙথোকখিবা, মহাক্না থেংনখিবা কাওবা ঙমদ্রবা থৌদোক্কী শৈরেংশিং মহাক খঙলম্মী, মদুমক্তি মহাক্না য়াম্না পামজনা হায়গে খল্লিবা। মহাক্না অথিংবা য়াওদনা পুথোরকপা পুম্নবু মহাক য়ানিংদবা ফাউরম্মী হায়বা নত্তে। অদুবু মহাক মতম পুম্নদা মহাক্না তশেংনমক খঙলবা ৱাহৈশিং খন্দোকপা তাঞ্জা লাকপদা য়াম্না মরুওইবা ৱাফম খরা তঙাইফদনা হোংদোক্লবা য়াদ্রবা ৱাহৈশিং পুথোকপা অমসুং মতাং চানা শিজিন্নফম খঙদোকপনি।

মহাক্না ইরিবগী অহৌবা পান্দমদি, হৌবদগী লোয়বা ফাওবদা, পারিবা মীশক অদুবু মহাক্না য়াম্না তোয়না পনবা ৱাহৈ "The way it was" বু পুথোক্নুনা খঙহনবা অমসুং মীশক অদুগী থম্মোইবু খুদুম চনবনি। মসিগী মওং মতৌ য়েংলগদি য়াম্না চম্বা ৱাহৈ লৈতেংনি, থোইদোক হেন্দোকপা মওংগী শরুক কয়ানা তিল্লবা

লায়না ভাব তাবা ঙঙ্লোইদবা খুদোলনি অমসুং Hemingway না মসিগী ৱাখল্লোন অমসুং ৱাহন্থোক মহাক্কি পুন্সিগী মনুংদা কয়ারক হন্না ওন্থাং ওনশিন তৌরম্মী। মতম খুদিংমক্তা হেন্না হেন্না চাউনা লুরবা মাইকৈদা চঙশিল্লম্মী। অদুগুম্বা ৱাখলল্লোন অদুগী মনুং হঞ্জিন্না লৈরিবা ৱাফমদা, অদুম ওইনমক, কনাগুম্বা মীওই অমনা ৱাখল মীৎয়েংদা অচেৎপা থম্না হোংদোকপা তৌদনা থিজিনবগী থবক্তা হৌবা অমসুং লোয়বা নাইদবা মতম খুদিংমক্তা লৈরগদবা খুৎলাই অহুম শিজিন্নগনি: (মফমগী মরমদা মুন্না খঙবা), (অচুম্বা মরমগী জ্ঞান লৈবা), অমসুং (দৃশকি ৱাখল ফজনা লৈবা)।

পূম্নমক অসিগী মনুংদা, অহানবা ওইনা, ভাব তাবা ঙম্লিবদি Hemingway দা sense of place কি অকনবা কল্লকচবা মতৌ উবা ফংই। "নহাক ভুগোল য়াওদ্রবদি, য়ুম্ফম ওইবা মওংদা, মহাক্না অমুকখক George Antheil দা হায়রম্মী, " নহাক্কি করিসু লৈতে।" নহাক্কি লৈরে, অসুম্না হায়বা তারে, হোত্রোং হোবা মচাক য়াওদ্রবা দ্রামাগী শক্তম মফমগী মরমদা মপুং ফানা জ্ঞান লৈরবা অইবা তাংনা থোকই। অইবা খরদি মখোয়গী উপন্যাসকি মনুংদা ভুগোললিক অবস্থা নত্রগা লম্মীৎ তুমিৎকি জ্ঞান মপুং ফানা চেকশিন্না পুথোক্তুনা উৎলি, মখোয়না মদুবু শিল্লাংবা মতমদা য়াম্না লায়না খঙবা ঙমগদবা মওংদা তরু তনান উৎলি। মীওই খরদি পারিস সহরগী মনুংদা ষ্ট্রিট অমগী Corner দা লৈবা Café অমদা অয়ুক্কি ব্রিকফাস্ট লৌননা থীবা চৎপা মতমদা হেন্না পৈশা তিংদনা অমসুং মওং তানা পাঙথোকপা ঙম্মী হায়বগী রেকোর্ড, মতুংইন্না লৈরম্মী। নত্রগা অঙনবা অয়ুক্তা Venice সহরদা থাইনগী থাক কাফম লৈবা চেকপলগী মখোংদা লেপ্তুনা লৈবা মতমদা মদুগী অকোয়বদা খোঙথাংগী খোম্থাং তাবা ফংবা অমসুং অমসুং মদুদগী Adriatic সমুদ্রগী নাকনদা লৈরিবা মফমদা মাইওন থম্লম্মী। নত্রগনা, (স্পেনগী অয়ুক্কি চিঙ্খে হুল্লকপা পুং ৬ তারকপা তাঞ্জাদা Corral Peurta Rochapea দগী লাক্লগা রোমদা Pamplona গী ষ্ট্রিটশিং ফাওদুনা ষন লাবশিংনা Bullring তম্না চেনবা উগনি।

ঐহাক্না য়াহৌরকপা মতমদা রোকেট পোকখাইরকপগী মখোল তারম্মী অমসুং সহরগী চিদাইদা লৈবা Carrals তগী ষন লাবশিং থাদোরক্লে হায়দুনা লাউথোকরক্লম্মী .... খুরবা সহরগী মখা থংবা লম্বী পুমহাং হাংলম্মী। সহরগী লৈরিবা বেলকোনি খুদিংমক মীনা কৃক কৃক ইন্নরম্মী। খঙহৌদনা মীয়াম অম্না সরক্তা কুমথরকলম্মী। মখোয় পুল্লপ তাশিল্লগা সরক্তা চেল্লম্মী। লম্বীগী মথক থংবা শরক্তা

মখোয় Bullring তম্না ফাওদুনা লাক্লম্মী অমসুং মখোয়গী তুংদসু হেন্না মীশিং য়াম্নবা কাংবু অমা হেন্না য়াংনা চেল্লম্মী অমসুং অদুগী মতুংদা তুং শোথহৌবা কাংবুনা মাংদা চেল্লিবা কাংবু অদুবু ফঙবা ঙম্নবা তশেংনমক চেল্লম্মী। মখোয়গী তুং থংবা শরুক্তা অহাঙবা মতেক অমা লৈরম্মী, অমসুং অদুগী মতুংদা ষন লাবশিং অদুনা, খুরুপ থৌরদুনা, মখোয়গী মকোকশিং অমুক থাঙ্গৎ অমসুং অমুক থাদ তৌরদুনা চেল্লম্মী। লম্বীগী কোনা থেকচিল্লকপা শরুক যৌরকপদা উবা ফংখিদ্রে। নুপা অমা তুরম্মী, লৈকুত্তা থরো থরো ওল্লম্মী, অমসুং তুমীন হিগুনা লৈরম্মী অদুবু ষন লাবশিং অদু চুমদ্রিং চেনখিরম্মী অমসুং নুপা অদু লৈ হায়বা খঙলমদে। মখোয় পুল্লপ চেল্লম্মী।

ঙৌরবা লুরবা চেবাংথক্তা ইন্দিয়াগী মুক্তা চুবগুম মদুগী নমুনানি হকচাংদা তেকখৎপা ফাওরবা অমুক্কী দৃশনি। অহানবদা উরিবসি ঙৌরবা মী চৎক্রবা সহরগী গলিনি, হায়রিবা অদু মথক্তগী উবনি, হাংই অমসুং চিকই। অদুগী মতুংদা কনাগুম্বা অমনা হেক্তা উরগনি অহানবা মী কাংলুপ অমা চেবাংদা চুবা মান্না চেনবা পুম্নমক অদুগী মতুংদা লল্লপ তৌবা হেন্না য়াংনা চেনবা মীওইশিং ষন লাবশিং অদুগা নকশিন্ননা। অদুগী মতুংদা তুং শোথহৌরবা মীওইশিং ফাগীগী মতৌ মান্না, মখোয়দু ওই, "তশেংনমক চেল্লম্মী।" অসিগুম্বা মীৎ থক্তা ঙাল্লবা মঙাল অসিগী মতুংদা "পিকশ্রবা অহাংবা শরুক খরা, " অশোয়বা অরানবগী নিংবা কায়নিঙাই ওইবা মতাই ফিবালনি। অদুগী মতুংদা চেদা চুবা মান্না চেল্লিবা ষন লাবশিং অদু নমুনা অদুগী অরোইবা শরুক্তি, চেদা নমুনা পুথোক্লিবা মীশক্তুমক্কী খুদোল ওইনা লৈকুত্তা তুমিন্না লেঙদনা লৈরিবা মীশকতুনি হায়না মশামকপু শক্তাকপনি অমসুং লাইনা ভাব তাবা ঙম্লোইদৌবগী ওইথোকপা লৈ।

অসিগুম্বা থৌদোকশিংদা মখা তানা মশা তেকখৎপগী থবক অসি Hemingway না য়াহৌ ঙন্না হৌগৎপগী হৈনবী শাজৎ মওংগা লোয়নরম্মী। হেন্না পামশিনবা মওংদা মহাদেশ পুম্বদা লৈরিবা সহরশিং নুংশিবগা লোয়ননা মশা তেকখৎপা হেঙ্গৎলম্মী, কলাগী মীৎয়েংগা লোয়ননা অয়াম্বা শরুক্তা খুরুম্বা য়ারবা পোৎশক্লি হায়বা খঙই, অমসুং মশামক অকনবা নিয়মগী মখাদা অদুগুম্নবা মফমগী ওইরিবা ফিভম উবা ঙম্নবা অমসুং তুংদুনা থম্বা ঙম্নবা তমদুনা হৈনহল্লম্মী, নাতৈ চাদবা মখলগী শিনফম ওইববা ফাওবদা, লোয়ননা মহাক অদুগুম্বা ফিভম অদুবু মথং মনাও নায়না পাঙথোকপা ঙম্নবা শিল্পি।

সহরশিংগী মতাংদা হায়রগদি অমসুং Hemingway না শামজনা খল্লিবদি লাটিনগী সহরশিংনি। অসুম তৌনা চোংশি চোংলি তৌবা লমহাং, তুরেলশিং, পাংশিং, Trout ফংবা ঈচেলশিং, gulf কি ঈচেলশিং, বনশিং, জঙ্গল কয়া, চীংশিং, অমসুং সহরগী গলিশিং, Wyoming দগী Tanganyika ফাওবা Tagliamentro দগী Irati ফাওবা, Key west তগী Golden Horn ফাওবা। "কনা অমত্তনা সাহিত্য হায়বসিমকপু চেকশিনবা তৌদে," Stevenson না হায়রম্মী, করিগুম্বা মফমদা, "মীওই অদুনা মমীংগী খোঞ্জেল তাবা মতমদা তোপতোপ্পা মখলগী হৱাউবা ফাওদে।" Hemingway গীদি মীংগী পামজবা ফজনা ভাব তাবা ঙমই। মসি মহাক্কি sense of place কি মনুং চল্লি। অদুবু মীং নত্তনা লেমহৌরিবা শিজিন্নরিবা লোল পুম্বা য়াম্না চেকশিন্না পুথোকই। Thomas wolfe কি উপন্যাসতা, নত্রগা Carl Sandberge গী শৈরেংদা কনাগুম্বা মীশক অমনা ফঙবা ঙম্লোই, অসুক্কি মতিক তোয়না থোকপা থৌদোকুম, ইচম চম্বা মীহাং মীপুন অমসুং নিলখোংবগা লোয়ননা হৱাউ তয়াম্বা, মদুনা গীতরগী তারাদা ঈশৈ মখল কয়ামরুমগী শুর থোকহনবগুম শিজিন্নরম্মী। Hemingway না Country অমসুং land হায়বা ৱাহৈশিং পামজে। মহাক্না মহাক্কি থবকশিংদা ৱাহৈশিং অসিবু তরাইনা খঙবা ঙম্বা মওংদা য়াম্না তোয়না শিজিন্নবা উরুবগা ঙকপা ফাউই। মহাক মফম অমদগী অতোপ্পা মফমদা চৎপা পাম্মী, অমসুং লৈতানা মফম অদুদা লৈবা পাম্মী, মতম খরখক্তগী ওইরবসু মহাক্না চৎকে হায়না খল্লবা মফম খুদিংদা। মসি অৱাংথংবা মেচিগানগী The Big Two Hearted River গী খোঙবান ওইবা য়াই নত্রগা Burgrete গী মথক্তা লৈবা Spanish equivalent (স্পেনগী মান্নবা লমদম) ওইনা য়াই। মসি Guadarrama গী চীংদোল ওইবা য়াই মফম অদুদা El Sordo না শিখিবা নত্রগা Veneto গী চোংলি চোংলি লাউবা লমদম হায়রিবা মফম অদুদা Colonel Cant well না লমঙানু ওইরবোই খন্দুনা mallards কৌবা খরা শীকপা লমগী ঙানু মখলশিং কাপখিরম্মী। মসি মফম পূম্নমক্তা থোকপা য়াই কুইনা লেংদনা লৈরগদবা মপং ওইবা পোৎশক্কি, মসি অনিমক্তা মশামক অমসুং লাইরিকশিংদা তুংদুনা তুং কোয়না লৈরগনি।

খ্বাইদগী ঙনবা মহাক্কী ফোঙথ্রবা লাইরিকশিং, মচল চানা শব্দোক্না শিংথাই, মদুনা অয়াম্বা শরুক্তা Neoclassical গী মচাকশিং উৎলি। The Sun Also Rises তগী passage অমা খুদম ওইনা লৌরসি, য়াম্না ঙল্লিঙৈ মতমগী ওইদবসু

ফজ্জনা মহুৎ শিনবা য়ারবা মতাংনি। মসি Jake Barnes অমসুং Bill Gorton অনিমক্না Irati Valley দা ঙা ফাবা খোঙচৎকা মরি লৈনৈ।

" It was beach wood and the trees were very old. Their roots bulked above the ground and the branches were twisted. We walked on the road between the thick trunks of the old beaches and the sunlight came through the leaves in light patches on the grass. The Sunlight came through the leaves in light patches on the grass. The trees were big, and the foilage was thick but it was not gloomy. There was no undergrowth, only the smooth grass, very green and fresh, and the big gray trees were well spaced as though it were a park. "This is country," Bill said."

(মসি সমুদ্র খোঙবালগী উমং ওইরম্মী অমসুং হৌরিবা উ পুম্বা অরিবা চহি য়াম্লবা ওইরম্মী। উ পাম্বীশিং অদুগী উরুশিং অদু লৈমায়থক্তগী হেক্কৎনা লৈরম্মী অমসুং উশাশিং অমগা অমগা য়েংশিন্নরম্মী। ঐখোয় সমুদ্র খোঙবাল তম্না চাউরবা উজাওশিংগী মরক ফাওনা শরক্তা চৎলম্মী অমসুং নুমীৎকী মঙালনা উনাশিং ফাওনা নাপীথক্তা মচেৎ মচেৎ লাংবা ফাওনা তারি উ পাম্বীশিং অদু অচৌবা ঙাকনি অমসুং অশং অমালশিং অদু থানা উরম্মী অদুবু মম্বদি ওইরমদে। উখাদা হম্বুবা থাক্কী পাম্বীমচা অমত্তা হৌদে। নাম্লবা নাপীখক্তমক হৌরম্মী, য়াম্না শংবা অমসুং তেকখৎনা উরম্মী, অমসুং উৎ মাম্লবা উ পাম্বীশিং চাং মান্নবা পার্কনা তৌবগুম হৌরম্মী। "মসি Country নি," Bill না হায়রম্মী।)

মসি ৱাখলদা মমী তারিবা মীশক অমনা য়েকপা য়ারবা লৈবাক অমগী চিদায়গী চপ চাবা শক্তম অমনি অমসুং Hemingway না শিজিন্নরিবা নুংঙাইরবা মচু কয়ানা তিল্লবা দৃশনি। মদুদগী হেন্দোকপা ৱাফম অমনা অদুম ওইনমক, অসিগুম্বা paragraph অসিদা Dr. Samuel John son গী Imlac না মসিগী মরমদা নৈনরকপা মতমদা করিগুম্বা য়েংনিঙাই ওইবা য়াবা মরম ফংলমদে হায়বগী অচুম্বা মরম লৈরম্মী। সমুদ্র খোঙবালদা হৌরিবা উ পাম্বীশিং অদুগী শিল্লাংবগী খৌরম ফাওবদা, খুদম ওইনা ৱাহৈশিং থনবদা, তরু তনাপ্পি অমসুং মহৌশাগী ওইবা শক্তম চেল্পি। অশং অমালশিং অদু থাই, অদুবু অমম্বা মতৌ ওইদে। উ পাম্বীশিং অদুগী মখাদা হম্বুবা থাক্কি পাম্বী অমত্তা হৌদে নত্রগা মসিগা মান্নবা চিন্দা ফোঙদোকপা

য়াবা বাহৈ ফংদে। The sage of John son' Rasselas না ইনখৎলক্লিবা কবিশিংদা পাউতাক পী টুলিপ লৈরাংশিংগী শাংনা লৈরিবা পরেং মশিং থিগে খনগনু নত্রগা জঙ্গলগী লৈরিবা অশং অমাল পুম্বগী উরুম শুগাইনা তাক্কে খল্লুগনু। মহা ওইরিবা Hemingway দি ইনখৎলকপা কবি অমা ওইরবা ফাওবদা অদুগুম্বা পাউতাক অদু ইল্লি। মহাক্লা মদু লোয়রবা মতমদা, মসি হায়বগী ওইথোকপা লৈ অমসুং ঐথোয়না মসিগী মরমদা মরি লৈনবা ৱাফম Gorton না হায়খিবা ৱাফম পুনবা য়াই, "মসি Country নি"।

পৃক্লিং লাকশিন্না পুথোরকপা থবক খুদিংমক্তা, মচু কয়ানা তিল্লবা এডজেক্টিভ য়াওহন্দনা অমসুং অচম্বা মওংগী ঈশৈ মাল্লবা বাহৈ পরেংশিং কমপাউণ্ড সেন্টেনস মঙা কপপ্লেকস সেন্টেন্স অমা, paragraph অসি চানরবা মওংদা থাঙ্গৈশেংনা অচুম্বা মরম কয়ানা তিল্লগা শেম্বনি: সমুদ্র খোঙবালগী উমং, লিরবা উ পাম্বীশিং, লৈপাক্লা কুপশিন্দ্রবা উরুশিং, য়েংশিন্নরবা উশাশিং, থারবা মউশিং নুংশাগী মঙালনা মচি মচিদা লাংবা, নাল্লবা শংলবা নাপীশিং, অশং অমানশিংনা ওইহনবা উরুম অমসুং নুংশা মঙাল চংবা গুম্বা। মহাক্লা পুম্নমক্লা খঙনরবা মহৌশাগী ওইবা দৃশ অমা পী হায়না কনাগুম্বা অমত্তনা হায়বা ঙম্লোই মফম অদুদা তশেংনমক তরং তরং উরবা অচুম্বা পাউদম মরাং কায়না য়াওই। অমরোমদনা, মফম অদুগী মহৌশাগী ওইবা অশেংবা শক্তম তাকপদা চেকশিন বাহৈ পীনিঙাই মথৌ লৈত্রবরা খল্লি। কনাগুম্বা মীশক অমনা মফম অদুগী মশাগী ওইবা বনগী শক্তম তরু তনাল্লবা অমসুং মথং মনাউ নায়বা মওং লায়না খঙবা ঙমগনি। মফম অদুদা শিমুৎ শিংনাং তিঙ্খংনচিংবা উরুম্না মরম ওইদুনা হৌবা ঙমদে, অমসুং নাপীশিং অদু মতিক চানা নুমীৎকি মঙাল ফংই মদুনা গালিচা ফিদাগী মতৌগুম হৌরিবা ওই। চিংননিঙাই ওইদবা মওংদা, Neoclassical গী মহাউ য়াউনা, মনুংগী ওইবা মচাক পুম্বনা থকশি খাশিগী শক্তম অমা পী মদুগী মনুংদা পারিবা মীপুম্না মশা মশাগী অপাম্বা মতুং ইন্না মহাউ লৌবা ঙমগনি য়াম্বা য়াই নত্রগা য়ামদবা য়াই মহাক্কী ৱাখলনা শাগৎল্লকপা অমসুং হল্লকপা মচাক্কী মতুংইন্না ফংবা ঙমগনি।

মফমগী লৌশিংগা লোয়ননা, অমসুং মসিগী শরুক অমা ওইনা, অচুম্বা মরমগী লৌশিং মখৌ তাই। লেপ্পা নাইদনা চেষ্টরিবা ঈচেলগী মতৌগুম মহাক্লা ইবা লাইরিকী লামাই খুদিংমক্তা অচুম্বা হায়বা ৱাফম ফংগনি Thrace কি মনুংদা রিফ্যুজি য়াউবা রেল ডাবানা চেনবগুম নত্রগা সিফাই তোংবা গারীশিংনা সড়ক্তা Isonzo দগী চেল্লকপগুম ওইগনি খন্না থাজরম্বা পুম্বা অইবা মশানা নত্রগা লীলাগী

পাত্রশিংনা ইচম চম্বা মওংদা চাং ৱাংলমদে। অদুবু অচুম্বা হায়বা ৱাফমদি, উবা ওম্না, তাবা ফংনা অমসুং শোক্লবা মতমদা লৈ খঙনা, অচুম্ববু লৌথুপ লৌকোই লৈতনা, চিনগী ওইবা ফীজেৎ লৈতেং তৌদনা শাফু কন্না পুথোকপা Hemingway গী ৱারেংশিংদা মচাক ফজনা য়াউবা উগনি।

করিগুম্বা মতমদা, মরু ওইনা ওম্লিংৈ মতমগী মহাক্কী খুৎথাদা, অতম্মনা পাল্লিবা পান্দম ফঙবা ওম্নবা অচুম্বা ৱাফম হেঞ্জিন্না য়াউবা উগনি, অদুম্মা ওইরবা ফাওবদা পারিবা মীওই অদুনা পীরিবা passage অদুগী পান্দমগী মায়োক্তা লান্না অর্থ হন্দনবা চেকশিনফম থোকই Barnes না মপুং ফানা পাঙথোক্কে খল্লিবা খোঙচৎ sense of place কা মরী লৈননি মহাক্না Bill Gorton গা লোয়ননা Paris সহরগী গলি ফাউদুনা চৎপা মতমদা অমসুং হায়রিবা খোঙচৎতুমক পাঙথোক্কে খল্লম্বা sense of place ৱাংমদনি, অদু ওইদুনসু মসি পুথোকপা অরুবা ওই। Seine তুরেলগী ওইথংবা খোঙবালদা Ile St Louis ফাওরগা Madam Lecomte গী restaurant কি মাইকৈদগী লাকই, অমসুং তাঞ্জাগী মতুংইন্না Boulevard du port Royal কী মনুংদা লৈবা Café select তা থুংই। অদুগুম্বা খোঙচৎ অদু লামাই অনি কল্লি। অদুম ওইনমক খর হেন্না শাংথবগুম উরম্মী অমসুং মখা তানা থাগৎপা য়াবা থবক অমত্তা Jake অমসুং Bill অনিমক্না চাকলেন-মতুং হকচাং ফগদবা মওংদা পায়খৎপা শাজেল নত্তনা তৌরমদে। Madame Locomte গীদা (অচুম্বা মরম অমুক হন্না) মখোয় "roast chiken অশংবা হৱাই উরি, আলু অঙৌবা, অমসুং Apple pie খর মাখনগা লোয়ননা চারম্মী।" পারিস মচাশিং নত্রগা মীরৈবাক মচাশিংদা সহর অসিবু খঙবা কাঙবু, মখোয় চাকলেন চারবা মতুংদা করি করম্বা থৌরাং পায়খৎকদগে হায়বা ৱাফম তশেংনদি নুঙাইবা অদুবু খঙবদা অরুবা ওই। অতৈ মীওইশিংগীদমক্তদি মুনিসিপালিটি অদুগী তশেংনা ওইরিবা অচুম্বা মরম নত্রগা চয়েৎনরবা লম্মীৎ তুমিংকি ফীভম খঙবগী মনুং চল্লি। হেন্দোক থোইদোক্না য়ামখ্রবা পুম্ববু দ্রামাগী ওইবা পান্দম ফংবা ওম্নবা চুমহনবা তাই পুম্নমক অদু হেঞ্জিন্না থোকপগুম উগনি।

হৌজিক ফাওবদা পারিসতা লৈবা মতমদা মদু the way it was ওই। মফম অসিদা থোংশিং, গলিশিং, মীয়াম তিনফম লম্পাক অমসুং café শিং লৈরে। নখোয়না পুম্নমক অদুবু চৎনরোলগী মনুং চন্না ঙাক্না চৎলবদি, নখোয় café তা লাক্কনি মফম অদুদা Lady Brett Ashley না বারদা অৱাংবা স্টুল অমদা ফমদুনা লৈবা, মোজা তোংদবা মখোঙ কারন চন্দুনা কাচিন্দা মমীৎ কুপ্তুনা য়েংদুনা লৈবা উগনি।

The sense of place অমসুং the sense of fact ৱাখলনা শাগত্তুনা তিনশিনবগী থৌদোক থোক্লবদি, অমসুং তৌরবদি, অদুগুম্বা তিনশিন্নবগী নিয়ম মখাদা, ড্রামাগী পুক্তি পোক্লগনি, অহুমশুবা মচাক অমা দরকার ওইরগনি। মসিবু the sense of scene কৌবা য়াই। মফমশিং হায়বসি Geography দগী হন্থবনি, অচুম্বা মরম হায়বসি নুংগী ৱাফম্নি অমসুং মতেং ফংবা ঙম্লরোই, ৱাখলনা শাগৎপা মমীগী কান্নরবা ঈচেলনা পুম্নমক অদুবু ফাওনা চেন্দবা তারগদি অমসুং মপুং ওইবা শক্তম অদু লেং লেং চৎলগনি অমসুং থুজিলহল্লগনি। মদু মতৌ করম্না ওইগদৌরিবা, খুদম ওইনা পল্লবদা, Romero অহানবা ষনলাবা অদুবু Pam plona গী bull ring দা হাৎলবা মতুং অনিশুবা নুমীত্তা the Fermina fiesta গী থৌরম পাঙথোকলোইদ্রা?

মখোয়না লোলা অদুদা অশিবা ষন লাবা অদু খংইন ইনশিল্লম্মী অদুগী মতুংদা চৈনা ফুরম্মী, মীশিং অদু চেল্লম্মী, অমসুং লোলাশিং অদুসু মাংলোমদা চংশিল্লম্মী, মখোঙশিং অদু কন্না থাংলমদুনা, খুরুপ থৌরম্মী, অমসুং ষন লাবা অদু, মচি নাম্মা থাঙ্গৎলদুনা, মকোক্না নাকন্দা তারদুনা লৈঙোইথক্তা নান্না তারদুনা অমসুং অঙাংবা গেটকি ৱাংমদা লৈরম্মী।

"They had hitched the mules to the dead bull and then the whips cracked the man ran, and the mules, straining forward, their legs pushing, broke into a gallop, and the bull, one horn up, his head on its side, swept smoothly across the sand and out the red gate."

মফম অসিদা অশিবা ষন লাবা অমা লৈরে, মীশিং, লোলাশিং, চৈশিং, লৈঙোই, অমসুং অঙাংবা গেট থিংজিল্লবা কাম্খুল মানবা মফম অদুনি অমসুং অচুম্বা মরমনি। অদুবু মফম অসিদসু, অসিগুম্লবা ফজনা শৈথারবা ৱাহৈ পরেং অসিদা, ভার্ব তরেৎ লৈরে, এডর্ভাব অনি, অমসুং এডভার্বিয়েল ফ্রেজ মঙা পুম্নমক তিনশিল্লম্মী অমসুং অমগা অমগা মতেং পীনরম্মী তোঙান তোঙানবা ওন্নতৈনরবা অচুম্বগী মরমদা অমসুং পোৎশিং অমসুং মখোয় অদু থমই য়াম্না থুনা লেং ওত্তুনা কনাগুম্বা অমনা ৱাহৈ পরেং অসিবু scene গী মতাংদা পেনবা ফাওরবদি, অমসুং করিগীদমক্তা ওইরিবনো হায়না খল্লবদি, পাউখুম অদু অসুম্না ওইগনি মদুদি মসি য়াম্না মায় পাক্লবা ফজরবা শৈরেংনি হায়না মদুনা ওই, ঐখোয়গী লৈরিবা অৱাবা ৱাখল পুম্বা জয় তৌবা ঙমলে হায়না। অশিবা ষন লাবা অদুগী লেংবা ঙমদ্রবা অমসুং

শক্তি য়াউদ্রবা মতৌগী মরক্তা মহাকপু চুমতগী খঙইন ইঙ্গুবনি (a placid verb) নান্না চৎখিরম্মী অদুগা লোয়ননা মশা অদু ইকোন কোনবদদি লৈঙোইথক্তা তুরম্মী অমসুং উখিরমদে, হৃমাং তাবমখে হোৎনবা হায়বা ভার্বশিং: তোইনা কায়বা, চেনবা, অরাবা থেংনবা, অমসুং চিংখাইবা লাকই। মসি ভার্ব broke হায়বদুগী চপচাবা মওংনি মদুদি রাহে পরেং অদু শাংদোক্লা তাদুনা লৈগদবা অদু লোয়শিল্লমই অমসুং নান্না তেনশিল্লম্মী। য়াওরিবা রাহে পুম্বা, রাহে পরেংগী শরুক খুদিংদা, দজন তঙ্খাই অমগী s's মদুগা য়ানশিন্নরগা th কি খোঙ্হোক swath অমসুং smoothly, মসি হায়রপনা লুবা রাখল খন্থদনা তৌবা য়াবা থবক ওইদে। মখোয়না ষন লাবা অদুনা শিখিবগী মওং লায়থোকহল্লি।

পল্লিবা passage অসিগী মরুওইবা মরম থবক মপূং ফাননবা লৌখৎপা থৌরাংশিংনি নান্না লোয়শিল্লম্মী মথং মনাও নাইনা অমসুং মপূং ফানা মায় পাক্লম্মী। অতোপ্পা ওন্ন তৈনবা পনবা য়ারবা খুদোল কাংখোং চাইববা অমসুং মপুং ফানা মায়থিরবা মতৌ উৎপা কনাগুম্বা মীওই অমনা মখাগী পীরিবা Death in the Afternoon দগী লৌথোকপা খুদম ওইবা য়ারবা মতৌ ফঙ্গনি। মসিবু পামজনা চশ্থরিবা মীশক "খুদম ওইনা উৎপা য়ারবা" bull fighter অমনি, মহাক্কী রাখল মওং কায়রবা।

" In your mind you see the phenomenon, sweating, white faced and sick with fear, unable to look at the hornor go near it, a couple of swords on the ground, capes all around him, running at an angle on the bull hoping the sword will strike a vital spot, cushions sailing down into the ring and the steers ready to come in."

(নহাক্কি পূক্লিংনা লৈরিবা মতৌ অদু উরে, হুমাং চেন্থরদুনা, মায়দা ঈ থাংদ্রদুনা অমসুং কিবনা নাবা ফাওরদুনা, মচি অদুদা য়েংবা ঙমদ্রদুনা নত্রগা মনাক্তা নকশিন্না চংবা ঙমদ্রদুনা, থাঙ জুরা অমা লৈমায়থক্তা তাদুনা লৈ, টুপীশিংসু অকোয়বদা চাইনা তাদুনা লৈ, ষন লাবা অদুগী নাকল অমদা চেল্লদুনা অমসুং থাঙশাং অদু খুনগৎলগা মফম চাবা য়েংলগা থিনশিরা খল্লি, রিং অদুগী অকোইবদা cushion শিংনা চাইনা তাদুনা লৈ অমসুং শিল্লি লাংলিবা কাঙবুনা চংগদবগী থৌরাং তৌদুনা লৈ।)

লৈরিবা passage অসিগী মনুংদা place কি রাফম নুংঙাইতবা মওং ওইরম্মী। অচুম্বা মরম (facts) সু কাংখোং চাইবা মওংদা উই, মসিনা তাক্লিবদি নিংবা কাইনা নুংদা অকিবা পোকই হায়বনি মদুমক্তা মপাম্বোংগী লৈতাদ্রবা ফিভমগী দাইত্য ওইগনি। মসিগী মনুংদা ভাবশিং অসিগী তৌফম থোকপা মথৌ হম্বুবগুম উই, অমসুং মহৌশাগী ওইবা ফি থোংদ্রবা মতৌ অকক্লবা পনখৈ মনুংদা মগুন হম্বুনা লৈবগুম উই। খুদম ওইবা য়ারবা মতৌশিং Unable to look, and hoping to strike, not looking and striking মহাক চেল্লি অদুবু খুদোংচাবা মাইকৈ ওইদে। চায়না তারিবা থাঙগী মতৌ লৈমায়থক্তা অমসুং টুপীশিংনা অকোয়বদা অমসুং ফমফম cushion শিংনা চায়না তারিবা বেঞ্চতগী নাম্বোক্তুনা, মদুবু ভাবকশিংনা মহাক্কী হেন্না পংবা মওংবু করেম্মরম্মী অইবনা ভাবক্কী মওংদা থবক্কী লমদা ৩শেংনা খোঙদারিবা কাঙবুবু চাউনা ইকায়বা পীবগী মওং নাকোইননা পল্লি, চাংদম্নদুনা শাউরবা ষন লাবা অদুবু সন্দংনি হায়না, হনুবী নুপীগী শক্তম্মি খন্না রিং অদুগী মনুংদা চংবা মতমদা মখোয় তুমীন ঈংনা চিক্লা লৈরগনি অমসুং খুদম ওইনা লৈরিবা ষন লাবা অদুবু হাৎপা ঙম্লরোই।

Hemingway না খুদোল তৌরিবা কলাগী শক্তমদা sense of place অমসুং sense of fact তঙাইফদনা চংই। অদুবু তশেংনা শাগৎলিবা মওংদি, মদুগী মনুংদা খেন্নরবা মচাক কয়াবু পুল্লপ তিনশিনলগা য়ার্নশিন্নরবা কলাগী খুদোল ওইনা পুথোকই, অমসুং মদুবু থবক ওইনা পাংথোক্লবা হোৎনবদা sense of scene গী মতেংনা ওইহল্লি। লাটিন লোল ঙাংবা লৈবাকশিংদা য়াম্না তোয়না চভুনা café কি তেবল অমদগী তিল্লিবা মীয়ামবু য়েংলদুনা নএগা বারগী বেনচতকি, Hemingway Browning না য়েংবা মীৎয়েংগা লোয়ননা মহাক্কি কাংলুপকি মনুং চন্না মহাক্কি লেঙ্গা কবিশিংদা তৌবগুম উই।

*You saw go up and down valladolid*
*A man of mark, to know next time you saw...*
*Scenting the world, looking at full in face.*

---

# WHAT HAPPENED

Hemingway না পান্দম থমদুনা তৌরিবা থবক খুদিংমক সাহিত্যগী পোখোক্তা হেন্না মগুন লৈনা, মফমগী মরমদা, অচুম্বগী ঈচেল অমসুং দৃশগী মতাং পুম্বা তরু তনান্না চঙদবা য়াদ্রবা মচাক ওইরবসু মসি পুন্নপ্না য়েংবা মীৎয়েং ওইরগদি হেন্না লুশিনবা মওংদা য়েংবদা নুঙাইগদবা তাঞ্জা অমখক ওই। য়াম্না রাখল বুদ্ধি থৌরবা অইবা অমা ওইবা মরম্না, পুম্নমক অদুবু পুন্নপ পুনশিন্নগা চান্না নুংশিননা থবক তৌমিন্নবগুম উই, place and fact কা লোয়নননা শগোল জুরা অমগা scene গী য়াথং মখাদা পাংথোকপা মতৌগুম উবা ফংই। মদুগী তারকপা ফলনা তোয়না পৃক্লিংদা থুক লাউবা অমসুং পেনবা ফাওবা নুঙাইববা দোলাই লমজেল অমা য়েংবগী মতৌগুম ওই। অদুবু থৌদোক অসি, পুম্নমক খন্থরবা তুংদা, মরুওইনা মপান্থোংগী ওইবা উৎলিবা শক্তমনি। পুম্নমক অসি Plato গী আত্মাগী ওইবা শগোলদু নত্তে।

মথা চত্থনা থরগা হেন্না হাপচিনবা য়ারিবা মতাংদি নুংগী ওইবা পুক্লিংগী ফিভম অমসুং মদু মপান্থোংদা থোক্লিবা থৌদোকশিংগা মতম থরখক্তগী ওইরবসু তৎনা থানবা য়াদ্রবা অমসুং চান্নবা মওংদা অতম্ননা মরি লৈনৈ উৎলি। কুনশুবা সতাব্দিগী অথেংবা শকুক্তা Samuel Putnam না Hemingway হংবা মতমদা মহাক্কী পান্দমগী মীৎয়েং কবিনো হায়না অসুম্না পাউখুম পীরম্মী: "ঐহাক্না উরুবা পুম্বা ইশিন্দুনা থমই অমসুং পৃক্লিংদা ফাওরকপা রাখল পুম্বা শ্বাইদগী ফরবা মওং অমসুং অচম্বা মতৌগা লোয়নননা ঐহাক মদু হায়বা ঙমই।" মপুং ফারবা থাক লৈরে হায়না লৌবা তারগদি, মতাং অসিদা, শ্বাইদগী ফরবা মওং অমসুং অচম্বা মতৌগী মরমদা য়াম্না তোয়না থেন্ননা লৈবা থেংনগনি, অমসুং মদুগী অচুম্বগী মরম তাঞ্জা অদুদা হেন্না হেন্না ময়েক শেংনা হেনগৎনা ভাব তাবা ঙম্মী হায়বা উৎলি। অদুবু হৌবদগী লোয়নরকপা মহাক্কী পান্দমদি উৎনবনি অমসুং উত্তুনা লাক্লি মহাক্না ঙম্বা ওইরবদি, মহাক্না উরুবা পুম্বা অমসুং মহাক্কী পৃক্লিংদা রাখলগী তশেংবা মরী তাকপগী রাফমনি।

মসি Hemingway গী হৈনবী শাজৎ ওই মহাক্না সাহিত্যগী অফ-ফত্ত নৈরকপা মতমদা কনাগুম্বা অমনা হেঞ্জিন্না উশিন্দুনা মশাগী হৈশিংবা উখোক্তুনা নৈনরকপবু মহাক্না খমথেংনা শাউবা উৎকনি, কলাগী ওইবা রাখল্লোনগী খুদোল

তম্বা মতমদা কা হেঞ্জিনবা নৈনবারোল পীশিন্দুনা নৈনববু অমসুং উশিনববু মশামক্না য়ানিংদবা ফাওই। মসিমসু প্রমান ওইনা ফংই, অদুম ওইনমক, মহাক্কী ওল্লিবৈগী পুন্সিদা, চাউরাক্লা শোক ১৯২২ গী অদুবাইদা, মহাক্লা অনৌবা মখলগী কলাগী মচাক অমা পুথোরকলম্মী মদুবু অসুম্না কৌবা য়ারবা "থকশি খাশি অনি থোক্লা খঙবা ঙম্বগী নিয়মশিং (The descipline of double perception)। পীরিবা term অসি তশেংনমক চানবা ওইদে, অনিথোক্লা খঙবা ঙম্বগী পান্দম্না মপুং ফাবা ওইরিবদি মীংয়েং অমগী মখাদা অপুনবা শক্তমনি। মসি মীপুম খুদিংমক্লা পুন্সিদা মমীৎ অনিমক্লা উরদুনা থেংনরিবা বাফমনি, মী খুদিংমক্লা মদুবু হায়রপ্লা নিংবা কায়নিঙাই ওইরবা মায়কৈদগী পোৎশক অনিমক্তুবু উদুনা লৈরবসু, অনি পুন্দুনা থবক তৌমিন্নগনি পুনশিল্লবা শক্তম অমা পুথোক্লবা হোৎনবগা লোয়ননা নুং হঞ্জিন্না মদুদা মমী তারগনি। শোক ১৯২২ গী লোয়শিল্লকপা তাঞ্জা মহাক্লা Near Eaet তগী হল্লকপা মতম Hemingway গী মতুংইন্না মহাক অকনবা মওংদা double perception গী মতাংদা হোৎনরম্মী পূক্লিংদা করিগুম্বা থবক অমা পাঙথোক্কে হায়না খনবা বাখল মমী লাক্লবা মতমদা মদু মহাক্লা অচুম্বমক খঙবা লৈরগসু তশেংনা থোক্লিবা থৌদোক্কী মরমদা, মহাক মহাক্কী খ্বাইদগী চাউরবা খুদোংথিবা চেদা ইশিন্দুনা থল্লমদাই তাঞ্জাদা থেংনরম্মী, "তশেংনমক করি থৌদোক থোকখিবগে হায়বা অমসুং করি করম্বা অচুম্বা পোৎশক্লা অদুগুম্বা বাখলগী অকনবা ঈথিল পুথোকখিবগে হায়বা" য়েংলিবা মীশক্তুদা ফাওরম্মী। মহাক মদু ফঙবা ঙম্নবা হোৎনবদা অবাবা কোকথোং মায়োক্লে হায়বা ঙক্লিংঙাই ওইদে "অশেংবা পোৎশক, মথং মনাউ নাইনা শিনবা থৌশিল অমসুং অচুম্বা মরমনা বাখলগী অকনবা ঈথিল শেল্লিবনি।" অচুম্বা পোৎশক অমা হায়বসি ওইনিংবা মওংদা ওইবা য়াই, নহাক্লা মদুবু অমোৎ অকায় য়াওদনা "তশেংনা তাক্লবদি" মতিক চারবনি লোয়ননা লাইবক ফবা হায়বদু ওইরবনি, নহাক্লা পীরিবা বাঙাংশিং অদুগী চৎনবা য়াবা তাঞ্জা লাক্লগনি, কলাগী লমদসু অমসুং অকনবা বাখলগী ঈথিল শাগৎপদসু তুং কোইনা চৎনরগনি মতম পুম্বগী ওইনা।

হিরম অসিগা মরী লৈননা তৌফম থোক্লবা মথৌদি কনাগুম্বা মীওই অমগী মশা মতোমতগী ওইবা হান্না লৈরম্বা থাজবশিং মুখৎপনি। অদুগুম্বা বাফমশিং অদুনা নহাক্লা তৌগে খল্লিবা থবক্কি লম্বীনি, নহাক্লা থাজরম্বা লম্বীদু ওইরম্মী। অদুবু "oughts" and "assumptions" হায়রিবা বাহৈ অনিসিগী মুন্ফমদা লেপ্পগা থবক পায়খৎকে খল্লিবা মীশক্তু য়াম্না খুদোংথিনিঙাই ওই মহাক্তুমক্লা অতোপ্পা

মীওইশিংগী ৱাহৈশিং অরোই খল্লবদি অমসুং Rene Descartes না দর্শন শাস্ত্রদগী ফংলকপা ৱাখল অসুম্না কৌবা তারে, "অহৌবা অমা অহৌবমক্তদা" হায়বা ফজরবা সাহিত্যগী ৱাখলল্লোন ফংবা ঙম্লম্মী। তোমথিল ঙাল্লিবা হকচিল্লবা অচেংপা ৱাখলগা লোয়ননা পূক্লিংদা থাগোন্নরিবা অইবা অমসুং য়েংদুনা থিজিল্লিবা মীশক অমনা মায়াগী মতৌগুম খঞ্জিনদুনা লৈরিবা হান্না থাজরম্বা ৱাখলদগী নাম্থোক্লগা তরু তনান্না উননবা তাঙ্গা মতম চানা লাক্লগনি অমসুং পূক্লিং থিংজিনবা ঙম্লগনি।

মহাক্কি থবক, অদুগী মতুংদগীদি, মশামকপু মপুং ফাননবা হোৎনবা double perception ফংবা ঙম্নবা হোৎনবনি। মীওই মপোক্তা করিগুম্বা খরা অচুম্বা পুথোক্লবা হোৎনবা অমসুং মদুনা মতমগী মতুংইন্না তোয়না থোক্তবা অওনবা কয়াগী মায়োক্তা তুংদুনা লৈরগনি, অদুম ওইনমক, কনাগুম্বা অমগী মশাগী অওনবা লাকপা মতমদা হৌজিক ফাওবদা নাকোইননা ঙাংগনি, মহাক মশামক মশাদা য়ানিংবা ফাওনা থল্লিবা পান্দমগী শরুক খরা তোঙান তোঙানবা অনিগী মরক্তা লাম্বা ফংলে খনগনি Pole অনি অদুদি অমনা inward-outward অমসুং অতোপ্পা অদুনা outward-inward নি। অহানবা মখলসি দরকার ওই (মতম খুদিংমক্তা মতমগী মতুংইন্না অহানবা ওইদ্রগসু) মনুং হঞ্জিন্না উবা ঙম্বনি অমসুং তিনশিন্নরবা ৱাখলগী চয়েৎনবা মতৌ কয়া মদুনা য়েংদুনা থিজিল্লিবা মীশক অদুগী পূক্লিংদা অবস্থা কয়া থোকহনবা ঙম্ববু শুগাইনা তাকপনি। অতোপ্পদুগী দরকার ওইরিবা পোৎশক্তি তশেংনা থোকখি হায়বা অমসুং মফম তাকপনি মদুনা মপাম্থোংগী ওইবা তোঙান তোঙানবা থৌদৌ অমসুং অচুম্বা মরম পুথোক্লুনা ৱাখলগী ঈথিলনা পীবা ফল করি ওইবগে তাকপনি।

অনিশুবা কাংলুপকী পোৎশকশিং অমসুং ওইরিবা অবস্থাশিং, অহানবা কাংলুপতা য়াউরিবা ৱাখলগী ঈথিলগী চয়েৎনরবা মতৌ কয়াগা মরী লৈনবগী মতাং খন্নরকপদা T. S. Eliot না কৌরম্বা " Objective correlatives" কা চানবগুম উই। মহাক্কি ৱাহৈশিংনা মখোয়বু তোঙান তোঙানবা মমীং থোল্লি a set of objects (পোৎ কাঙবু অমা), a situation (অবস্থা) a chain of events (থৌদোক মথং মথং) মদু পুম্বদুনা অদুগুম্বা অকক্লবা ৱাখল ঈথিলগী হৌরকফম নিতি নিয়ম ওইগনি। অসুম্না মপাম্থোংগী অচুম্বা মরম থেংনরবা মতমদা মদুবু ৱাখলনা ফংলকপা লৌশিংগী পাম্বৈনা তাম্থোকখিগনি, পীররে, ৱাখল ঈথিল খুদক্তা পোক্লগনি।" মহাক্লা মখা তনা হায় কলাগী ওইবা ৱাখলল্লোন "enevitability" (তঙাইফদনা চঙদবা য়াদ্রবা মচাক) দা "Complete

adequacy of the external to the emotion" (মপাঙ্খোংগী মপুং ফারবা মচাক ব্রাখল ঈথিলদা) য়াউই। Mr. Eliot কি কাংলুপ পুন্নগী ওইনা শৈথারিবা মওংসিগা Hemingway গী চংনরোলগী ওইবা খুদোলগা চানবা মতৌ উই। অদু ওইনমক অসুম্না খণ্ডজিনবা য়াই মদুদি Eliot না য়াম্না তোয়না শিজিন্নবা থবক্কী লমদা খোঙদারকপদা মহাক্কি হৌরকফম ওইরিবা ব্রাখলগী নিতি নিয়ম শেম্নগা খেন্ননা লৈবদুনি, মহাক্না চয়েংনবনা থম্নবা সাহিত্যগী নিংশিং খুদম কয়া মথং মথং পুথোক্নুনা শিজিন্নবনা মহাক্কি Objective correlatives কি মপুং ওইবা নমুনানি। মখোয় পুন্নদু শেমদুনা পুথোকপনি য়াম্বা নত্রগা য়ামদবা থিদনা, পৃক্লিং ঈথিলগী অথিংবা পীবা ঙম্নবা অমসুং মঙাল পীবা ঙম্ননবা পারিবা মীশক্তুদগী ব্রাখল ঈথিলগী পাউখুম ফংননবগীদমক্তা (খুদম ওইনা Waste Land দা য়াউরিবা the Wagnerian Passage গুম্না), সংস্কৃতিগী ওইবা পনখৈগী ব্রাখলদা তাক্কক খরফাওবা মখাপোন্না শিজিন্নদুনা উংপনি। Hemingway গীদি, নাকল অমরোমদা, Objective correlatives শিং অসি কাহেঞ্জিন্না শিজিন্নদে, মদুমক ঙাক্না চংকনি অমসুং লমজীং লমতাক পীগনি হায়বগী অকনবা নিয়ম লৈতে। মখোয় অদু চুম্নতা হঙ্গংনা য়েংলুবনি অমসুং খোঙ্গুল লিক্নবনি, কলাগী পান্দম অমসুং সাহিত্যগী ওইবা মায়োক য়ারিবা ব্রাফম নত্তে, অদুবু তশেংনা উরুবা পোংশকশিংনি অমসুং হকথেংননা থেংনরকপা থৌদোক কয়াদগী খণ্ডবনি।

Hemingway গী নমুনা অসিনা Eliot তগী হেন্না তোপতোম্না খুদোংচাবা লৈ। মদুদি কনাগুম্বা মীওই অমনা ব্রাখল ঈথিলনা পীরকপা মতশিং মনুং চন্না য়াউরিবা পোংশকশিং অদু খঙননবা হোংনরকপদা মপুং ওইনা ব্রাফম অনিগী মখা পোল্লি: পারিবা মীশক্তুগী লৌশিনবা ঙম্নগী শক্তি পীরিবা ব্রাখল ঈথিলগী মত অদুদা; অমসুং মহাক্কী ব্রাখলগী মঙলান অমসুং কদাই ফাওবা মহাক্না লৈরিবা ব্রারী অদুদা মীনুংশি পোকপগী অমসুং পৃক্লিং থিংজিনবগী থাক লৈরবগে হায়বা ব্রাফম। Eliot তা হায়রিবা ব্রাফম অনি অসি মান্নবা মওংদা চেংশিন্না য়াউই, অদুবু অহুমশুবা মচাক অমা হাপচিল্লি। অহুমশুবা অসি মসি অহানবা মচাক অনি অদুবু লাকশিন্নবা অমসুং পনখৈ থম্ননবা লৌখংপা থৌরাংনি, মসি থেংনরকপা সাহিত্যগী লৌশিংনা ওইহল্লকপনি। Wagnerian passage দা কনাগুম্বা মীওই অমগী ব্রাখল ঈথিলগী পাউখুম মপুং ফানা ফঙবা ঙম্লোই মসিগী হৌরকফম মহাক খণ্ড্রবদি, মসি উবা ঙমগনি মসিগী হৌরকফম অমসুং অনৌবা অমসুং অনিশুবা থাক্কি য়াওকম, অমসুং য়াম্না থুনা অরেম্না চাংদম্নবা অমা অনিগী মরক্তা শেম্না ঙম্লগনি। খরখক্তং,

পূম্নমক নত্রগস্, "Twice-removed" (অনিরকহন্না লৌথোকপগী গুন) Eliot কী Correlatives না উৎলি, মসি মখোয় অদুবু মচু শিথনা উননবা অমসুং তাংনা থোকপা মতৌনি উহন্নবা থৌরাংনি। মখোয় মপুং ফানা লেং লেং চৎনা অহিংবা পোৎশক ওইনা ফঙবা ঙম্লোই অমসুং খুদক্তা correlatives শিজিন্নবসি মপুং ওইনা চাংয়েং তৌদুনা থিজিল্লিবা অবস্থাশিংদগী তশেংনা ওইহল্লকখিবা মতৌনি মদুনা ইরিবা মীশক অদুদা ব্রাখল ঈথিল পোকহনবা অমসুং মদু মহাক্তা পারিবা মীশক্তুগী ব্রাখলদা ফাউহন্নবা থিরি।

Hemingway দা লৈরিবা Objective correlatives কি ব্রাফম মখল অনি থোক্লা ফংগনি, তোঙান তোঙানবা লম্বেলদা পুল্লপ্লা থবক তৌমিন্নবা লৈরগস্ নম্ফদা থুগাইবা য়াবা মওংনি। অহানবা অসিবু things-in-contex (য়াওফমদা লৈরিবা পোৎশিং) কৌবা য়াই: অচুম্বা মরম পুম্বা তোঙানবা মখলগী শিল্লাংবা অমা চংই মদুনা অমগা অমগা মরী তাকপা অমসুং মদুগী ফলনা খঙবা ঙম্বগী লেঙবা নাইদ্রবা লমদম শাগৎলি। অনিশুবা মখল things-in-motion (লেং লেং চৎলিবা পোৎশকশিং) কৌবা য়াই, অচুম্বা মবমশিংবু শিল্লাংবগী ব্রাফম, মখোয়গী মনুংদা মরী তাকপা মতমদা কৈদৌঙৈদা হোংদনা অয়াম্বা মতমদা লৈতে। অসিগুম্বা অনি পুনশিল্লবা মওং অসিবু কনাগুম্বা মীওই অমনা তোঙান তোঙানবা থোকখিবা থৌদোক্তি মতুংইন্না মমিং থোনবা য়াই, অদুগুম্ববা মফম অদুদা থৌদোক কাংলোন নৈনবকপা মতমদা শিজিন্নৈ। থৌবম ব্রাথোক লাম্হোক্লচিংবা মতম মতমগী মতুংইন্না মথং মনাউ নাইনা লাক্লনি, করিগুম্বা অকক্লবা থৌরম অমনা মথং মনাউ নাইনা চথরকপদা অবেপ্পা উবা ঙম্ববগী লম্বী ফংবা ঙম্লবস্। অসিগুম্বা তোপ তোপ্পা মখলগী লৌশিং অসিগী মরমদা মহাক্তি পূক্লিংদা করি থোকখিবগে হায়বা খঙবা লৈরবদি, নহাক মদু পুথোক্লনা উৎনবা খুদোংচাবা ফংলগনি নুং হজিন্না লৈবিবা কলাগী শক্তম য়েক্লনা তাক্লগনি, মদু "the way it was" নি।

তুং কোইনা চৎনবা ইবা তাবদা, মরম অদুনা, things-in-contex অমসুং things- in-motion থিবা তাবনি অমসুং শিজিন্নগনি মদুনা য়েংদুনা থিজিল্লিবা অইবদা চানবা ফল পীবা ঙম্বা ওইগনি। অদুম ওইনমক অদুগুম্বা correlative অনি অদু য়াউবা উরগস্, মসিনা মপুং ফাববা ফল পীবদা মতিক চাদ্রিবা ওই কনাগুম্বা মীওই অমনা খঙবা অমসুং হায়বা মহাক্তি পূক্লিংদা মখোয় লৈবা মতমদা "what really felt"(মহাক তশেংনা করি ব্রাখল পূক্লিংদা ফাওবগে) হায়বা ব্রাফম য়াওদ্রবদি ফংবা ঙম্লোই। মরুওইবা মহৌশানা পীরকপা ফলগী মতেংনা মচাক খনবা মতমদা,

হায়বদি pole অনিমক্তা (ওন্নতৈনবা মাইকৈ অনিমক্তা) য়াউরিবা মরি লৈনদবা মচাকশিংবু মুখংনবা অমসুং মরুওইদবা কয়াবু লৌথোকখিগদবনি হায়বা ব্রাফম, তরু-তনান্না Hemingway গী phrase দা (ব্রাহৈ লৈতেংদা) পল্লি, 'stated purely" কি ব্রাফম। অইবা মীশক অমা ওইনা থবক তম্বগী লমদা খোঙদারকপা অহানবা চহি মঙাগী মনুং অমসুং মথংগী চহি মঙাদা মহাক্না ইবগী লৌশিং চাউখৎহল্লক্ষী অদুক্কি মতিক খেঙজেল য়াংশিন্না, অসিগুম্বা double perception গী থকশি-খাশিগী নিয়ম অসিনা মহাক্কী খ্বাইদগী থোইরবা সাহিত্যাগী লমদা কলাগী শক্তম চংখোন্না শাগৎনবা হোৎনবদা শিজিন্নবা নিতি নিয়মশিংনি। মসিদগী খরা হেন্না ফবা অমা থিবা অরুবা ওইগনি নত্রগা হেন্না অৱাবা ওইগনি। মসিনা নহা ওইরিবা অইবগী অথোইবা হিরমনি! মমৈথংদা অতৈ নিতি নিয়ম কয়া অহানবা মচাক অসিবু মেনখৎনবা হোৎনবা লৈরগসু, মসি হৌজিক ফাউবদা মহাক্কি পূক্নিং থিংজিনবগী লমদা চাউনা ফিদা কন্দুনা লৈরি।

# TRUTH AND FALLACY
# (অচুম্বা অমসুং অরানবগী ৱাফম)

Hemingway না সাহিত্যগী লমদা মখা শাংথনা ফিদা কনবা ওস্না অমসুং মহাক্না অফাওবা অইবা অমা ওইনবগী য়াংলেন শকদি থবক ওইনা পাঙথোকপা য়াবা হিরমশিংদা শৈথাদুনা ইবননি অমসুং মসিদা য়ুম্ফম ওইবননি। "pure" (মকত্রবা) নত্রগা কাংলোনগী ওইবা ফজরবা শক্তম, অদুগুম্না তোপ তোপ্পা ঈ পক্কবা তরু -তনাল্লবা মতৌগা লোয়ননা পুংজা খুদিংমক্তা মবৈ য়েৎপা য়ারবা, মহিনা মপং ওইনা ফমজিল্লবা পোৎশকশিংদা মীৎয়েং অমা থম্বা তৌদনা পায়খৎলিবা, মদুবু ফলখক্কগী খল্লগা পায়খৎপা অমসুং চাংয়েং তৌদুনা থিজিল্লিবা অইবশিংনদি কয়া পূক্লিং থিংজিন্দবা ওই। কনাগুম্না মীওই অমনা পুক্লিংদা চিংনবা পোকপা য়াই মদুদি কাংলোনগী ফজরবা শক্তম হায়বসি তশেংনমক তোমথিল ভাল্লবা অইবশিংদা পামজফম থোকই মদু নত্রবদি মহাক ওন্ন তৈনবা নাকলগী ওইবা নাপলগী লম্নেলদা খোঙদাবনা মরম ওইদুনা মহাক Philosophical critic (দর্শন শাস্ত্রবু চুম্মী নত্রগা লাল্লি নৈনবা) অমা ওইরক্কনি। মদুনা অচুম্বা ওইরবদি, মহাক্কী অইবা অমা ওইবগী পুন্সি মতম খুদিংমক্তা খুদোংথিবা মায়োক্লগনি, অদুবু Hemingway দি মদু নত্তে। সাহিত্যগী ফজরবা কাংলোন মহাক্কি মশাগী ওইবা দর্শন শাস্ত্রনি, মহাক য়াম্না কন্না অরানবা মখলগী মীত্রংগী মতৌ ওইরবা পোৎশকশিংদগী থাপতাক্লবা মীয়াম্না খঙনা উন্নরবা ৱাফমদগী নাথৈনবা মশা চেকশিল্লম্মী, অমসুং মতম পুম্বদা মদুগী মহুত্তা মহাক্কি মমীৎপু ফজনা তম্বীরদুনা পোৎশকশিংদা অমসুং মখোয়দুনা পীরকপা ফলখক্তদা মীৎয়েং থল্লম্মী। অশেংবা থৌদোকশিং অদু মহাক্না শোক ১৯৪৯ দা ইরম্মী, মদুনা শেম্মী "লৌশিং, থেংনরকপদগী ফংলকপা লৌশিং, য়ু, রোত্তি, থাউ, থুম, অঙ্গুর মহি, ফমুং, অঙনবা অয়ুক, নুমীদাং, নুংথিলগী মতম, সমুদ্র, নুপাশিং, নুপীশিং, হুইশিং, পামজরবা ঈঞ্জিন পানবা গাড়িশিং, সাইকলশি, চীংশিং, তম্পাক, চুমদ্রিং চুম্বা অমসুং থেকচিনবা রেল লম্বী, রেল গাড়ীশিং উখিবা অমসুং উখিদবা.... উমংদা পৈদুনা লৈরিবা উতুপশিংগী মরক্কগী লময়েন্না খোঙবা, নাপীশিংগী নুংশিরবা মনম অমসুং নৌনা মৈ থারদুনা শউনগী মনম অমসুং সিসিলি,"। অসিগুম্বা লৌশিং অমসুং তানশিল্লকপা লৌশিং শৈথারদুনা অমসুং মখোয়গী মমিং খঙদ্রবা মান্নবা

পোৎশক পুন্না, অইবা অসিনা পৃথিবী অসিবু মমুৎ তানা খণ্ডবা ঙমই। মহাক থবক্কী লমদা সাহিত্যবু ফজনা শিংথাবা মীশক অমা ওইরবদি অমসুং মহাক্কী পান্দম্মা "invent truely" অচুম্বা পুথোকপা অদু ওইরবদি মহাক ফজনা লৈতারবা মীশক অমা ওই। থেংনরকপা থৌদোকশিংগী লৌশিংনা মহাক্কা তৌগদবা থবক মহাক খণ্ডই। য়েংদুনা থিংজিনবনা মহাক কদাইদা চৎকনি হায়বা খণ্ডই। অফাওবা থবক্কী লমদা খোঙদারবা Aristotle না Poetics তা তৌবগুম।

মতম অমদা অসুম্না হায়রম্মী, Aristotle না নত্রবসু, সাহিত্যগী ফজবনা তিল্লবা প্রদেশ অদু তশেংনা অচুম্বা অমসুং ফজবগী শক্তম্নি. লমচৎ শাজৎ ঙাক্না চৎপা অফবা প্রদেশনি। Hemingway লমচৎ-শাজৎকি মবমদা ইবনা মহাক্কি মতাংদা হায়বা য়াবা কয়ামরুম লৈবি। কলাগী ওইবা ফজবা শক্তম খক্তবু শিংথাবিবা Hemingway না খ্বাইদগী পামজবা মওং উৎলে হায়বসি তশেং তশেংনা মীরিবা নিতি নিয়মশিং মহাক্কি sense of place অমসুং facts অমসুং Scene হায়রিবশিং অসিনা "descipline of double perception" বু মতেং পাংশিল্লি অচুম্বা ঙাংবগী মক ওইবদু পল্লি।

পোৎ খুদিংমক্কি মরমদা অচুম্না থীবা অমসুং ফংননবা হোৎনবা অরায়বা থবক নত্তে। নহা ওইরিবা অইবা মীশক অমগীদমক্তদি, রাফম থাস অকবা চয়েৎনবনা থল্লবা ওইবনা মহাক চেকশিন্না হিগী মাইওন চুম্না তাই অবানবা কযানা থল্লবা ঈপাক লান্নবা হোৎনবদা, উনা রানা মরক্তা লৈঙেইগী বক্কব শাবগুম, নত্রগা অকোয়বদা কল্লকপা ফাওনা পামগদবা খোইচাক থারগা লোৎশিন্না লাং থাকপগুম। অরানবা অহুমখক চোংথোবক্কি: the pathetic মীনুংশিংগী থম্মোই (চেনবা), the apathetic (থৌশাবিদবা নত্রগা পৃক্কিং চংদবা) অমসুং অসুম্না কৌগদ্রা Kinetographic (শরুক খরগী মতেংনা থরাই হান্না) নি।

Ruskin না অহানবদু মমিং থোল্লম্মী। মসি ওই মীনুংশিগী থম্মোই চেনবা) মরমদি মসি অকনবা রাখলগী ঈথিল (emotion ) হেক্কিলখিবদগী ওইরকপনি। মসি অরানবা ওইগনি, ঐথোয়বু তশেংনা অকনবা রাখল ঈথিলনা খুদুম চল্লবা মতমদা মসি পোৎশিংনা ওইবিবা মওং উননবা হোৎনবদা খমথেংনা অকবা ওইগনি। অঙকপাদি অসুম্না ওইবা য়াই মদুদি Hemingway মশামক্কী কয়া হকচিম্না য়ৌশিন্দবা মত ফোংদোক্লদুনা "erectile writing" গী মরমদা রাশাং ঙাংদুনা অমসুং ইদুনা, হায়রিবা লাইরিক অসি Waldo Frank কি Virgin Spain in Death in the Afternoon দা করেম্মদুনা ইবা মওংনি। তঙইফদবা ওইনা,

ৱারী মতেক অদুনা য়াম্না চম্না অরায়বা মওং ওইরগসু, ৱাখলনা লৌশিনগে খল্লকপদা মীনুংশি লান্না উৎথিবনা মরম ওইদুনা চাউনা অশোয়বা ওইহল্লি। অদুবু অনিশুবা থাক্কি ওইনা অমসুং অচুম অরানগী কাংলোন য়েংলুরগা, মসি ফোংদোকপগী অরানবা অমনি, মরমদি করিগুম্বা লান্না উরকপা পোৎশক অমবু অচুম্বা শক্তমনি হায়না শুগাইনা তাকপা ঙম্লোই। অইবগী ৱাখলদা emotion গী চাং কুংশিনবা হেঞ্জিল্লবা, মসিনা মশাগী লম্বেলদা অসুম চঞ্চবা তারবদি, পুম্নমক অদু মহাক্কী ৱাহৈ খনবগী থৌশিলনা লেপকনি। Charles Kingsley গী Alton Locke তা Ruskin না খুদম অমা ফংলম্মী মদুগী মনুংদা ইরিবা খুৎই অদু মীরমচৎ ওইদবা মওং উৎলি মরমদি অইবা অদুনা মহাক্কি কুংশিল্লবা emotion গী চাং লাকশিনবা ঙমহৌদবগীনি লৈশাবী অমনা কোঙ্গোল মনুংদা শিরম্মী অমসুং সমুদ্রদা হি হোনবা অদুনা মহাক্কি হকচাং লৌখৎলম্মী।

They rowed her in across the rolling foam-

The cruel, crawling foam

"কোঙ্গোল অদু তমথিবা ওইদে," Ruskin না হায়, "নত্রগা মসি উপ্রাকনা শিংলগা চত্তে। অসিগুম্বা অহিংবা জীবশিংগী মরমদা অমসুং মখোয়গী শাক্ত-নৈনরকপদা পূক্রিংগী ওইবিবা ফিভমদগী চেল্লিবা গুনশিংনা তাক্কি মদুদি অচুম্বা মরমবু অৱাবনা ঙাকলৌ পীদবা মখল অমনি তমথিরবা ৱাখল্লোন পুম্না মান্নবা ফল লৈগনি। মপাম্বোংগী ওইবা পোৎ খুদিংমক্তা মখোয়না অরানবা মতৌ পুথোকই ঐখোয়গী ৱাখল মীৎয়েং পুম্বদা পুম্নমক অদুবু নৈনরকপা মতমদা মীনুংশিগী অশোয়বা লৈবদগীনি হায়বা খঙই।"

Ruskin না মখা তানা হায় মদুদি খ্বাইদগী চাউবা অইবা অমা ওইরবদি অসিগুম্বা মখলগী লান্না ফোংদোকপগী ৱাখল অমসুং মমী য়াম্না তোয়না লৌশিনবা তৌদে। অসিগুম্বা ৱাফম অসিদি অনিশুবা অমসুং অহুমশুবা থাক্তা লৈবা অইবশিংনা য়াম্না নুংঙাইজবগা লোয়ননা পাঙথোকই। মসি মশানা মশাবু মীনমজবগী মওংনি, অকনবা ৱাখল ঈথিলদগী পোক্লকপা মীনুংশিগী মতৌনি। অফবা অইবশিং মখোইগী পূক্রিংদা ফাওরকপা ৱাখল ঈথিলদগী ওইহল্লকপা জীবশিং নত্তে; মফম অসিদা লূববা ৱাখল পবিং অমা লৈরি মদুগী মতেংনা পৃথীবি পুম্নবু মপুং ফানা তরু তনান্না উবা ঙম্বগী শক্তিনি।

পাংথোক্লিবা থবক্কি থাক্তা মরী লৈননা অহৌবমক্তদা মদুনা চেকশিন্না অকনবা নিয়মগী মখাদা মীনুংশিদগী পোক্লকপা অবানবা পুম্না লৌথোক্লগা, Hemingway

মশাগী থাজবা অমা লৈজরম্মী মদু অঙাওবা মখল অমগুম্না ওইবা, মহাক্কী পুক্নি লিশাংশিংনা হায়বদি, অদুম ওইনমক, হিরম অনিমক্তা শিজিন্নবা য়াবনি, য়াম্না চেকশিন্না লাকশিল্লগা, দরকার লৈরকপা মতাংদা শিজিন্নগনি। হেঞ্জিন্না শিজিন্নবা emotion দি, অদুম ওইনমক, কৈদৌঙৈদা অয়াবা পীরোই। মসিনা ব্রাখলদা মমী তারিবা পোৎশক অমসুং মদু ফোংদোকপদা অকায়বা পীগনি। অসুম তৌদুনা অয়াম্বা উরুবগী অমসুং ঙাংথোকপগী হৈনবীগী হৌরকফম নৌহৌনা নিংশিংলকপা অকনবা ব্রাখলগী ঈথিলদগী ওই অদুবু পূম্নমক অদুদি চজিক ওইরবনি। কনাগুম্বা মীওই অমনা অসিগুম্বা হৈনবী শাজৎ অসিবু থৌশাদনা তরাইনা শিজিন্নরবা, খুদক্কি ওইবা ফল অহুম ওইরকপগী থাজবা লৈ। অহানবদা, নহাক্তা তশেংনা উখ্রবা পোৎশক্তু উবা ঙমগনি নহাক্তা উগে হায়না খল্লবা পোৎশক্তুগী মহুত্তা অনিশুবদা, নহাক্কি পূক্লিংদা ফাওখিবা ব্রাখল খঙবা ঙমগনি নহাক্তা পূক্লিংদা ফাওগে হায়না খল্লম্বা ব্রাখলগী মহুত্তা অহুমশুবদা, নহাক নহাক্তা তশেংনা উখ্রবা পোৎশক অদু নহাক হেন্দোক্তা শিংথাবা ঙমগনি অমসুং পুক্লিংদা অরানবা ব্রাখলগী মহুত্তা উখ্রবা পোৎশক অদুগী মমী তমগনি। অমসুং উবা ঙমগনি।

Hemingway গী ঙক্লিংঙৈ থৌরাং পুম্বা, মরম অদুনা, পূম্নমক নান্না তনৌ- তনৌবা ওইনা মদুনা করি ফল পীবা ঙম্বগে হায়বা পাঙথোক্কে খল্লিবা থবক অদুদা চুমদ্রিং য়েংশিল্লগা লৈশি-লৈথোল তৌদ্রবা ব্রারেং ওইনা লাম্থোকই। খুদক্তা পনবা য়ারবা হোৎনজমলগী মহৈদি In Our Times কা মরি লৈননা Paris চেফোঙদা উৎখিবদুনা মসিগী চাউরবা খুদমনি। মসি, খুদম ওইনা অমদা bull fight (কাউ ফাবদা) Act one গী শরুক অমনি:

"They whack whacked the white horse on the legs and he kneed himself up. The picador twisted the stirrups straight and pulled and hauled up into the saddle. The horse's entrails bung dwn in a blue bunch and swung backward and frward as he began to center the monos whacking him on the back of his legs with the rods. He cantered jerkily along the barrera. He stopped stiff and one of the mons held his bridle and walked him forward. The picador kicked in his spurs, leaned forward and shook his lance at the bull, Blood pumped regularly from between

the horse's front legs. He was nervously unsteady. The bull could not make up his mind to change."

(মখোয়না অঙৌবা শগোল অদুবু মখোঙদা চৈনা শেং-শেং ফুরম্মী অমসুং মহাক চুমদ্রিং লেপখৎলম্মী। শগোল থৌরিবা মীশক অদুনা চুপ্পি অদু চুমদ্রিং চিংখৎলম্মী অমসুং য়েৎশিন্নরম্মী অদুগা শাবলদা পুল্লপ থল্লম্মী। শগোল অদুগী থিবোং-থিরিন শংবান্নবা মচুগী চরোং ওইনা য়াম্থরকলম্মী, মহাক্না চৎপা খুদিংগী মাংদা অমসুং তুংলোমদা হায়রম্মী, নুপা অদুনা শগোল অদুগী খুদুংদা য়োংচৈনা কল্লম্মী। শগোল অদু হুল্ল-হুল্লদুনা অঙম্বদা কারম্মী। মহাক চুমদ্রিং লেপখৎলম্মী অমসুং ring servent শিংগী মনুংদা অমনা মহাক্কী লগাম পায়রম্মী অমসুং মহাকপু মাংলোমদা চৎহল্লম্মী। শগোল থৌরিবা মীশক্কুনা মহাক্কি খোঙনেৎতা য়াউরিবা য়োংপীনা শগোলদা হেন্না য়াংনা চেন্নবা থীল্লম্মী, মহাক মাংলোমদা ঙাথরম্মী অমসুং মহাক্কি মীংশেল ষন লাবা অদুদা নিক্কুনা কিহল্লম্মী; শগোল অদুগী মমাংগী মখোঙ কারক্কগী ঈ লেপ্পা লৈতনা চেম্থরকলম্মী। মহাক লৈতাদবা ওইরম্মী। ষন-লাবা অদু মহাক্কি ব্রাখল হোংবা ঙল্লমদে।)

অসিগুম্বা পিকতক তৌবা ব্রাহে ১৪০ য়াউবা Passage অসি অইবগী ওবক তম্বা হৌগংলকপগী শাজেলনি, স্পেনিস কমিটি মীতিংগী অকুপ্পা মরোলনি। অহৌববু থৌশাদবা তৌদনা (শগোল অমবু ষন লাবা অমনা মচিনা ব্রাইখাইরম্মী) নত্রগা অরোয়বদা (শগোল অদু অমুক হন্না ব্রাইখাইবা তারি অমসুং শিরগনি), অমসুং নহা ওইরিবা অইবা অসি পাংথোক্লিবা ওবক অদুগী ময়াই চবুক্তা পূক্লিং থীংজিল্লি। মহাক্না উরুবা পুম্বা ইদুনা ফোংদোকই, তশেংনা মহাক মদু উই। মহাক্কি মীৎয়েংদগী অতৈ অতোপ্পা শিংথাবা য়ারবা পোৎলমশিংবু লৌথোকই, অইং অশা-নোংচিংগী ফিভম, মীয়াম, bull fighter শিং ঙাইদুনা লৈরিবা, ফমফমগী টিকেৎ মমল, মহাক্না ফল্লিবা bench গী অকনবা মতৌ, থংননা ফল্লিবা কাংবুগী মনম, অতিয়াগী মচু, অইং-অশাগী চাং। মদুগী মতুক্তা মহাক শগোল অদু য়েংই, অমসুং শগোল অদুগী অকোইবদা করি থোকখিবগে হায়বা মহাক থি অমসুং পূম্নমক অদু পাংথোকপদা অকিবা ফংনা পূক্লিং থিংজিল্লম্মী। মহাক্না ঙাংবা মতমদা শগোল অদুগী পাখৎপা মওং পূক্লিং লৈতাদবগী মরমদা পন্দুনা ইরমদে নত্রগা ষন লাবা অদুগী হনবা নাইদ্রবা ব্রাখলগী মরমদা। হায়রিবা পুম্না অসি খুদক্কি ওইবা মীৎনা উবা ফংবা মগুনশিংনি, শাশিং অদুনা মখোয়না পাংথোকপা থবক্না উৎলিবা। ব্রারেং অসি অসুক্কি মতিক তরু তনাল্লি মীৎনা উবা পাউদমগুম। মসিগী মনুংদা

লৈতেং ওইবা ৱাহৈশিং য়াওদে। অতৈ কনা অমা নত্তে দরকার লৈরবা মচাক শেংদোক্লিবা মীশক্তি হায়না, অমসুং লৌখৎপা য়াবা খরখক্তমক লৌখৎলি। ৱারেং মতেক অসিদা Similes (পোৎ অমগা অতোপ্পা পোৎ অমগা চাংদম্নবা) য়াওদে, metaphors (ৱাহৈ নত্রগা ৱাহৈ লৈতেং তোঙানবা মওংদা হোংদোক্তুনা শিজিন্নবা) সু য়াওদে literary allusions (সাহিত্যগী ওইবা নকোইননা ঙাংবা ৱাঙাং) য়াওদে, pathetic illusions (মীনুংশিগী ওইবা অরানবা ৱাখল) য়াওদে, balanced clauses (ক্লোজশিংগী চাং মান্নবা) ওইদে। মসিদা লৌনম অমখক লৈরে, মদু অফবা মরমগীনি: অহুমলক হন্না হায়বা ৱাহৈ অসি শিজিন্নে, মদুনা উৎলিবা থৌদোক অদু হেন্না চেৎশিন্না মরা তাহল্লি মরমদি "forward" মফম অদুদা ষন লাবা অদুনা অচোৎপা মচীগা লোয়ননা লেপ্লি। অদু নত্তবা তারবদি, ৱাখলগী মমী করিসু ওইররোই। মফম অদুদা থাইনগী শগোল অমা লৈরে, ফিভম ফত্রবা মতৌদা লান্দারকপা মতমদা ঙাকপীনবা তাঙ্গা ঙাইদুনা লৈরম্মী।

মহাক কৈদৌনুংদা মান্নবা হিরমদা খনবা তৌদ্রগসু মশামক্তা, Ruskin না Hemingway গী ৱারীবু পামজরম্বা য়াই (Story)। মহাক্তা Thackeray গী Vanity Fair দা পীরিবা গী মতাংগা নাকয়েক্তা থমদুনা চাংদম্নবা ঙমগনি: মতম অদুদা Brussels তা chapter ৩২ গী মনুংদা মহাক্তা মহাক্কী মপুরোইবা George গী য়াইফনবা মহাক অচুম্বা মরম পঙবদগী Waterloo দা মহাক অদু শিদুনা লৈরে খঙদবদগী, ঈশ্বরদা তুমিন্না প্রার্থনা তৌবা পল্লি। Ruskin না শিজিন্নরিবা সাহিত্যগী চুমদ্রিং পীবা জবান্দা, লমচৎ-শাজৎকি ওইনা পাক শন্না শিংথাবা তৌদনা নত্রগা নুংগী ওইবা লৈশি লৈথোলগী লৈতেং কয়া হক্তুনা হাপ্পা তৌদনা ওই মদুদি "Make what you will of It" কি Fiction গী কাংলুপনি। কাংলুপ মখল অমনি তশেংনা মাইয়োক য়ারিবা Pathetic fallaly গী ৱাখল্লোনবু Spartan গী পণ্ডিতশিংগী মত "What you will" না মশা মতোমতগী পেনবা নুংঙাইবা ওইজসনু। অদুগুমদুনা Hemingway বু স্পেনিশ মীটিংদা মখোয়না হায় মদুদি The Way It Was নি অমসুং অইবা ওইনা পুথোক্লবা তাঙ্গা লাকপা ওইসনু।

শগোলগী মরমদা পল্লিবা passage অসিনসু তশেংনা উৎলি থৌশাবিদবা অরানবগী মতৌ অমসুং মফম অসিদা অচুম অরানগী বীচার অসুক্কি মতিক উৎত্রে অমসুং চাইথোক্তা থমদ্রে মরমদি অকনবা ৱাখল ঈথিলগা মরি লৈনবা পুম্বা মহি কংনা শুমদোকপ্রে। অহানবা মীৎয়েংদা, মসি চুমই, কনাগুম্বা মীওই অমনা হায়বা ঙমগনি

মদুদি Hemingway না মশামক অমসুং মহাক্কী লাইরিকপু পারিবা মীওই পুম্বগী অকনবা ৱাখল ঈথিল অনিমক্তা থৌশানা তৌরমদে। উৎলিবা শক্তম অসিদা সাহিত্যগী ওইবা নাকোইননা ফোংদোকপগী ৱাফম য়াউদে মদুনা মতৌ করম তৌদুনা য়েংদুনা থীজিল্লিবা মীশকশিংগী থম্মোইদা Rosinante Agonistes কি ৱাফম ফাওহনবা ঙম্বা মফম অদুদা মীওইবগী থম্মোইনা হেক্কপা য়ারবা মীনুংশিংগী লৈরাং ফংবগী প্রমান লৈতে, মীওইবগী মীনুংশি উংনবগী মীংনা উবা ঙম্বা ঈচেল থাজিনবগী ৱাফম য়াওদে।

অদুমকপু কুপ্পা থিজিন্দুনা পারিবা মীশক অমদা চিংনবা লৈতনা নুঙাইবা ফাওবা ঙমগনি। পীবিবা passage অসি ৱাখল ঈথিল য়াওদবসু নত্তে, তরু তনানদবসু ওইদে, নত্রগা তমথিবা মতৌসু ওইদে। শগোল অদুদা মীনুংশি পোকপগী ৱাফম (নহাক মীওইবগী কাংলুপ্তা লৈরবদি শোক্কবা শগোল অদুদা মীনুংশি উংনবদি) ফোংদোক্লি অইবনা অকুপ্পা ৱাবোল খন্দোক্লগা: শগোল অদুনা লেপ্পুনা লৈবা ফিভম হৈনদবা লাম্লেং উৎপা, চোংথোরক্কবা থিবোং - থিরিন্না হায়দুনা লৈবা, অঙম্বদা খুরুপ থৌনা কাবা, খোঙনেৎকি য়োংপীনা থিনবা, অমসুং অল্লাবগী মতৌ ওইরবা ঈগী ঈচেল কামথোবকপানি। শগোল থৌরিবা মীশক অদোমদা য়েংলুবা মতমদা মীনুংশিগী থম্মোই চেন্দবা য়েক্কবা মতৌগী শাজৎ মখলনি অমসুং অকোইবদা লৈরিবা ring servants শিংগী থবক্তা চোংথোরক্লি ভাবশিং শেৎ-শেৎ ফুবা, চিংলম্মী অমসুং তানশিল্লম্মী, অনিশুবা খুৎফু অমসুং খোঙনেৎকি য়োংপীনা থিনবনি। মীনুংশি উৎপা অমসুং য়েক্কবগী মতৌ অসুক্কি মতিক চেকশিন্না লাকশিল্লি অহানবদা Aristotle গী নমচৎ-শাজৎকি ওইবা নিয়ম শিজিন্নবনা ঐখোয় পুক্লিংদা মীনুংশি ৱাংপগী অশোইবা লৈব্রা খল্লি। ওইরিবা মান্নবা মওং অসিমক্তা, কাহেন্না মপাম্লোং হকচাংগী ওইবা খমথেংনা মীনুংশিং উৎপবু চেকশিন্না লৌথোকখিরম্মী। লেমহৌরিবা শরুক্তি পুকচেল পীকপগী মওং ওই, হায়রিবা মতৌ অদু অইবগী প্রদেশ মখল অমনি অদুগী মনুংদগী অইবনা মীনুংশি অমসুং থৌশাবিদবা মতৌগী অরানবা অনিমক লৌথোকখিনবা থিরি।

অসিগুম্বা সাহিত্যগী ফজরবা কাংলোন "the emotive mean" (পুকচেল পীকপা ৱাখলগী ঈথিল) অসিনা মরম ওইদুনা মদুবু শিজিন্নরিবা মীশক্তা ফোংনা অয়েৎপা খরা পীরক্কবা ৱাফম পুথোকই। করি করম্বা থৌরাং পায়খৎকদৌরিবা, মসি হংনরক্লি, অমসুং মদুগী করি করম্বা নুং হঞ্জিনবা ৱাফম পুথোক্কদৌরিবা? মখা তাবা শিং কদাইদা লৈব্রবা? শগোল অদুগী মমা মপানা কনানো অমসুং ঐখোয় মহাক্কী মরমদা মরী মতাগী ওইবা মীনুংশিগী ৱাফম খরা

শেমফম থোক্তবরা? Hemingway গী কলাদি, Wyndham Lewis না শোক ১৯৩৪দা ইরম্মী "(মপাঙ্খোংগী কলানি) অমসুং, ঐহাক্না মদুদা য়েংলুবা মতমদা, হন্থবা থাক নত্তনা করিসু ওইরমদে।" Lewis অরেম্বা তারম্মী, মহাক্কী মতমগী মীওইশিংনা তৌবগুম, অসিগুম্বা অখন্নবা কলাগী শাংথ্রবা শক্তমদা মহাক্না অসুম্না তৌবম্লবদি, মহাক Hemingway না শাগৎলিবা মুর্তিশিংগা লোয়নননা থবক তৌই হায়বসি উরম্না য়াবনি অমসুং হেন্না ফারবা ৱারীশিংগী মপাঙ্খোংগী শক্তমনা উৎলিবা থৌদোকশিংদগী হেঞ্জিন্না লুশিনবা মত কয়া ফোংদোক্লি হায়বা খঙলম্বা য়াবনি। কুপ্না নৈনরিবা অমসুং মীনুংশি উত্নুনা পারিবা মীওই পুম্বনা য়াম্না কা হেঞ্জিন্না উশিনবা ওইদ্রগসু। মহাক্না Henry James না য়েংবা মীৎয়েংবসু কয়া থৌশারমদে, মদুনা Hemingway গী ৱারি মতেক মতেক কয়াদা শিজিন্নবিবা "an exemplary acecdote" (খুদম ওইনা পনবা য়াববা নুঙাইববা ৱারী) মদুনা ওইবসু য়াবা "a little rounded drama" (অপিকপা তোয়না থোক্লিবা ড্রামা) নি হায়না ঐখোয়গী লৈরিবা খ্বাইদগী থোইরবা critics অয়াম্বনা য়াম্না তোয়না Hemingway গী ফজরবা সাহিত্যগী হৈথোই-শিংথোইববু হন্থনা লৌরম্মী।

মহাক্না পাঙথোক্কে খল্লিবা থবক অদুনা অক-ফত্ত নৈনবগা লম্বীরেমদা লমজীংনা তারবদি, নত্রগা পাংখৎকে খল্লিবা থৌরাং অমসুং নুংগী ওববা ৱাফমদা অককুবা থমদুনা মত ফোংদোকপা ওইববদি, Hemingway শিন্দম্বা খুৎহৈবা অমা ওইনা মতম খরগী ওইনা মখোয় অদু য়ানববা থৌরাং তৌরম্মী। মহাক হৌরম্মী, মহাক মদু তৌগদবনি হায়বা মহাক খঙলম্মী, থবকলোমদা মায়পুননা, অমসুং মহাক্কী পুক্নিংদা ফাওরকপা ৱাখলশিং ইচম-চম্বা মখলগী থৌদৌ ওইগদবনি।" ঐহাক ইবা তমগে হায়দুনা হোৎনরম্মী, খ্বাইদগী চম্বা পোৎশকশিংদগী হৌরগা," মহাক্না মহাক্কী প্রোগাম ১৯২২ দা ডাংবা বাঙাং ১৯৩২ দা মহাক্না ফোংদোক্লম্মী। Biology গী চাংয়েংশঙদা থিজিনবগী থবক তৌবগুম্না; কনাগুম্বা মীওই অমনা তপ্না তপ্না থাক নাইনা থিজিনাগনি অমসুং হেন্না লুবা থক্লাই পানবা জীবাশিংগী মরমদা খোঙ থাংজিল্লক্কনি। মহাক অদুনা হঙোইগী মহুত্তা মীনা হৌরবদি, নহা ওইরিবা Biologist অদুগী পঙবনা মরম ওইদুনা মহাকপু লৌনম unscientific চুমদবা ৱাফমদা ওইবা ৱাখল্লোন্দা পুননবা তৌরকপা য়াই, অমসুং মহাক মখা তানা শিংলি মচাশিং মরক্তা ওইরিবা ফিভমদগী লম্মাংনবগী খুদোংথিবা থেংনরগনি। শোক ১৯২২ গী মতুং তারকপদা Hemingway গী খুৎই পুম্বা ওল্লিঙৈ মতমগী পোত্থোকশিংগা চাংদম্নবদা লেপ্পমক হেন্না ফত্তবা ওইরমদ্রে মরমদি মহাক থবক তম্বা

য়ীশক অমা ওইনা অকনবা থৌরাংশিং পায়খৎলম্মী। মহাক ঙল্লিডৈ ফিভমদগী হেন্না খুমাঙ চাউশিনবা ঙল্লম্মী মদুনা পোথোক অদুগী মরুওইবা পুম্বা মাংহনবা তৌদনা। মহাক্না তল্লকপা খুদিংমক থবক্তা শাংথনা মখা তানা শিজিন্নরম্মী লোয়ন-লোয়ননা মহাক অতৈ পোৎশকশিংগী মবমদা তল্লম্মী।

মহা ওইরিবা Hemingway গী য়্বাইদগী খুদোংথিনিঙাই ওইরবা অশোয়বা অমদি (পোৎ অমবু লেংহনবগী শক্তি পোৎ অদুমক্কি শকক থরনা পীবা) গী অরানবনি। মসি মপুং ফানা চুম্লে হায়বা ব্রাফমগী মনুং চল্লি মরমদি ঐখোয়না য়্বাইদগী ফববা মখলগী কলা থোক্লিবা থৌদোক্কুগী অশেংবা শক্তমদগী ঐখোয়না য়েংদুনা থীজিল্লুবা মতমদা ফংবা ঙমগনি। মসি Kinetic ওইগনি মরমদি মসি মীংনা লেংহনবনি। মসি য়েকখোৎপগী মনুং চনগনি মবমদি মসি ফোটৌনি। ঐখোয় মীশিংনা তৌনবা থবক উরুবগা ইশিল্লি, মখোয়না হায়বিবা পুম্বা, মখোয়গী ওইবিবা শকেম ঐখোয়না পাম্বা মওংদা। ঐখোয় মীংশেল অমগা অমসুং মাইক্রোফোন অমা পায়রে ঐখোয়গী পুক্সিদা, অমসুং পাউদম্লে, মপুং ফানা খনগৎলবা অশেংবা থৌদোক্কি মরমদা, মসি খোঞ্জেলশিংগা মবি লৈননা পাঙথোকই।

অসিগুম্বা প্রোগাম অসিগী খুদোংথীবা, অকনবা নিয়মগী মখাদা চত্থরবদি, য়াম্না তশেং তশেংলম্মী। মপুং পান্দম থল্লিবা অইবা অমগী অপাম্বদি মীৎনা উবা অমসুং অচুম্বা ঙাংবনি, অদুবু অচুম্বা হায়বা পোৎশকশিংসিমক্না য়্বাইদগী থোইনা তৌগে খন্না ইরিবা মীশক্তুনা অনিমক পাঙথোকপা নত্তনা করিসু নত্তে। কনাগুম্না অইবা অমত্তনা মী অমসুং শাশিংনা পাংথোক্লিবা থবক্কি পাউদম, অচম্বা মওংদা অসিগুম্বা, পোৎশিংগী লৈরিবা ফিভম ইশিন্দুনা থমগনি, নত্রগা তশেংনা লৌশিনবা অমসুং পুথোকপা ঙমগনি হায়না পনখিবা তৌখিদ্রি "the way it was" সিবু মহাক্না মপাম্লোংগী উরুবা শক্তম ইশিন্দুনা থমগনি, মখোয়না ওইগদৌরিবা মওংদু খক্তনি। মওং কায়ববা পোৎ খুদিংমক লৌথোক্লবা হোৎনরকপদা অচুম্বা হায়বা ব্রাফম মওং কায়রগনি।

শোক্লবা শগোল অদুগী মরম পীরকপা মতমদা মসি মওং কায়বনি হায়না কৌদবা ঙম্লোই। অদুবু মসি অদু ওইদুনসু হেন্না কন্না পুক্লিং থিংজিনবগী শরক হোদ্রবা কুংশিন্না চাং ব্রাংনা য়াওরি মদুদি পীরিবা ব্রারেং মতেক অসিদা থাগৎপা য়াবগী মওং উবা ফংই bull fight কি চাউরবা শন্দোক্না তাক্তুনা য়াউরিবা ব্রাফম মফম অদুগী মওং মতৌ, সহর অদু অমসুং জাতি অদুগী মমীং মদুগী মনুংদা শন্দোক্না তাক্লিবা থৌদোক্তু থোকখিবা মফম নিংশিংলুবা তৌদনা অমসুং পনবা তৌদনা মাংদা শন্দোক্না তাদুনা লৈরিবা ব্রারেং মতেক অসি অইবগী পূক্লিংদা ফাউরকপা ব্রাখল ঈথিলনা

মচাক হুল্লকপনি। অইবগী অসিগুম্লবা ৱাখলদগী পোক্লকপা ৱাফম অসিবু থাদোক্লবা মরেঁ কয়া অমা কনাগুম্বা মীওই অমনা হেক্তা থাঙ্গৎলকপা য়াই মবমদি মহাক হেঞ্জিন্না থবক তৌরে হায়বা তাক্লে মদুনা পারিবা মীওইশিংদা মহাক চুম্না থবক পায়খৎত্রে হায়বা উৎলে।

অকুপ্পা মরোল শীবদা খজিক্তুং অশোযবা য়াওখিবা "(defect)" অশোয়বা অমসুং "(excess)" কা হেঞ্জিনবা মতৌ অনিগী মরক্তা পুল্লপ লৈত্তোই মপে শেম্বগী থৌশিলগুম মফম অদুদা পোং খুদিংমক থমজিল্লি, মরি লৈনবনি খণ্ডদে, লৈনদবনি খণ্ডদে, ঐখোয়না অতিয়া মকোইদা চাউববা শক্তম অমা ওইনা উদ্রিবা ফাউবা মদুবু কান্নদবা থৌশাদবা য়ারবনি হায়না চত্থরবদি মফম অদুদা পুকচেল শীকপগী থৌশিল অমা লৈরে। তাঞ্জাদুমক্তা Hemingway না The Sun Also Rises ইবম্মী, মহাক্লা মহাক্কী খুৎই অদুবু হন্না চন্না পাবদুনা ওইথোকপা য়াবা মচাক কয়া মহাক্লা উৎকদৌরিবা তশেংনা থোকখিবা থৌদোক্কী মরমদা ফোটো কয়া হাপচিনবা য়ান্নবা শিল্লম্মী। মহাক পায়খৎলম্মী মশাগী মত ফোংদোকপগী অযাবা শীরম্মী, খুৎশেমগী ৱাবী, পুক্লিং থিংজিনবা, ৱাগল মণ্ডলনা শাগৎপগী থবক তেঙ্গা চাউনা শাফু শীবা ভম্বা মওংদা মহাক্লা শোক ১৯২২ দা তৌরম্বদগীদি হেন্না পাঙথোকলম্মী। অগুম্না পাঙথোকপগী ফিরেপ মহাক মহাক্কী পূক্লিংনা অচুম্বা থৌশিলনি হায়না য়াজরম্মী মরমদি মহাক অচেৎপা খোঙফমগা লোয়নন্না মশাগী মত ফোংদোকপগী মতাং থবক মহাক্লা মহাক্লি থবক তম্বগী মতম মওংদা লৌথোকখিরম্মী। হৌজিক মহাক Kinetography গী মরমদা পাউদম্লবা থেংনরকপা থৌদোক্লা শিরকপা লৌশিং অচুম্বা মফমগী মতিক চানা লৈরে অসুম তৌদুনা মহাক মশানা মশাবু অনৌবা পোং পুথোক্লবগী হিরমদা থাজবা লৈরে, মহাক কৈদৌনুংদা চেকশিন্না য়েংশিল্লগা পুথোকপা নত্তনা অতৈ অতোপ্পদা তৌদগসু। Hemingway, অসুম তৌদুনা, ওল্লক্লিবা Kinetography গী অশোয়বশিং কাহেন্না লৌথোকলমদে। মহাক মশামক্কী ৱারী ওইনা "the mean position" (পুকচেল শীকপগী মওং) মখা চত্থরম্মী, লোয়নন্না, অচুম্বা ভাংবগী ফিরেপ চেৎশিহল্লম্মী: "A writer's job is to tell the truth" (অইবগী মথৌদি অচুম্বা ভাংবনি)। অদুগী মতুংদা মহাক মখা তারম্মী। "His standard of fidelity to the truth must be so high that his invention" (মহাক্কি অচুম্বা ভাংগী অচেৎপা থম্মোয়গী থাক অসুক্কি মতিক ৱাংগনি মদুদি মহাক্লা অনৌবা পোং পুথোকপদগী মরমদা) মদুনা মতম পুম্বদা লাক্কনি থেন্নবা থমথদনা "মহাক্কি থেংনরকপা লৌশিংগী পাম্বৈনা, তেন্না চুম্বা মরম শীবা ভম্বা

থৌদোক পুথোকপা তায় অচম্বা মরম লৈবদগী হেন্দোক্লা।" মসিগুম্বা ৱাঙাং অসি শোক ১৯৪২ দা থোকখিবনি, চহি ২০ চুপ্পা মচাক কয়ামকম খোমজিল্লি থেংনরকপা থৌদোক্তগী ফংলকপা লৌশিং য়াউরবা মচাকশিংনি। মসি coleridge না লাউথোকখিবা ৱাঙাংগা য়াম্না নকশিন্নবা চংলি, মহাক অদুনা মহাক্কি মতম পুম্বা সাধারনগী ওইবা অমসুং থেংনরকপা থৌদোক্কি লৌশিংদা য়ুম্ফম ওইরগা ফোংদোকপনি: "কবি অমনা মহৌশাগী হান্না লৈজরম্বা ফুরিংথাউদগী মচাক্তা লৌগদবা নত্তে; মহাক অতোপ্পদগী পুবগী থবক তৌগনি, অমসুং অসুম্বা পুরুবা পুম্বা পুরুবগী থবক্তুমক্লা অমুক হন্না শিংগনি। মহৌশা লাইরেম্বীবু তশেংনমক চাংয়েং তৌ, অদুবু ইয়ু নিংশিং মমীদগী; অমসুং হেন্না থাজৌ নহাক্কি মংলান ৱাখল পরিংদা নহাক্কি নিংশিং মমিদগীদি।"

Hemingway না অচুম্বা মরমবু নকশিন্না মপুং ফানা পামজবগা লোয়নন্না কবি লৈবগে হায়না খাঞ্জনবা, তাঞ্জাদুমক্তা অচুম্ববু পামজনা ঈবাংচবগী ৱাফম তাংনা থোকপা চহি মনুং ওইরম্মী, মহাক্তি মহাক্কি পুন্সি চুপ্পা সাহিত্যগী ফজরবা শক্তমগা মরি লৈনবনা খুদম চন্না চখবতা নত্তনা, খ্বাইদগী খোঙফম চেংলবা মতৌ, মহাক্কি পোথোকশিং মখা তানা হিংগনি হায়বগী অরেপ্পা ৱাফমসু ওই। মহাক্না লেপ্পা নাইদনা লোল্লুকপগী তঙাইফদবা মচাকশিং অমসুং অশোয়-অঙাম য়াউদবা নুঙাইহৈবা থৌদোক কয়া খুদোল তৌই মদুদি অচুম্বা হায়বা পোৎশক খেংননবা হোংনবদা অকনা ওইগনি হায়না ফোংদোকই, কবিগুম্বা অখন্নবা তাঞ্জা অমদা মসিনা অইবগী তম্পাক্তা তাবকপা লৈরগসু। লাইরিক অমগী অফবা শরুক্তি, শোক ১৯২৯ দা মহাক্না Fizgerald দা হায়বা মতাংদা, কবিগুম্নদা অইবা অদুনা পোৎশক খরগী মরমদা মহাক্না হেক্তিন্না তারবদি নত্রগা থৌদোক অদু মহাক্কি লৈখা তারবা পুক্নিংগী অকাই অতোয় ওইবা য়াই, লাইবক ফবগী শরুক খবা মঙোন্দা লাক্লগনি। অদুবু অনিমক্তা অচুম্বগী হৌনলোনচংপু লৌদুনা শিজিন্নরবদি, মহাক অদু অতোপ্পগুম্না ফবা ওইরগনি, মখোইগী পায়খৎকে খল্লিবা থৌরাংগী মরমদা মশানা তানা খেন্নবা লৈরগনি। মখল অমগী অচুম্বা মওং, অদুম ওইনমক, মসিবু কলাগী লমদা শিজিন্নরবদি, মদুনা ইরিবা পোৎশক অদু মতম্না পুরকপা নিংথাইবগী থৌদোক্তগী কনবা ঙম্লগনি। মরমদি অচুম্বা হায়বা পোৎশক মশা মউ ফরবা লেংদ্রবা শক্তমনি, পামজনা যোকখৎচরিবা পাউতাক্লা লিৎশিন্না মনুং ফাউনা চঙবা ঙমদ্রবা অমসুং মতম খবতগী ওইবা ঈশিং নুংশিং অমসুং অইং-অশানা শোকহনবা ঙমদ্রবা ওই।

# THE BEAUTIFUL

অচুম্বা হায়বা ৱাফমদগী খোঙথাং অমত্তং চত্থরগা ফজবা অমসুং সাহিত্যগী নিংথিরবা কাংলোন কনাগুম্বা অমনা লৌশিনবা ঙমই। চুম্নতগী ওইবা তোংন-তিন্নরগা অচুম্ববু মশক খঙবা ঙম্বনি। ফজবতবু ইরাংলিবা Hemingway না অচুম্বা মরমদা কা হেন্না শিংথাবা লৈরবসু, মহাক অচুম্বগী মওং মতৌ অমসুং মসিবু করিনা ওইহল্লকপনো হায়বা পনবা তৌরমদে। Fiction মক্তসু ফজবগী মতাংদা কা হেন্না লৈশি লৈথোন্দুনা ফোংদোকপা থেংনদে মসিগী মপুং ওইবা শক্তম শেম্বদা Ruskin বু নিংশিংলগা, কনাগুম্বা মীওই অমনা Hemingway গীদমক্তা "Make-What-you-will -of it" গী খোঙথাং ফজবা পোংশক খঙনবা হোৎনবদা লৌখৎলি। মসি অসুম্না ওই করিগুম্বা Hemingway না Herbert না হায়রম্বা ৱাফমদা হৈ শিংনা য়ানিংবা ফাওবা তারগদি: " To live according to natural law, this is also the release of the imagination. In discovering truth, we create beauty." (মহৌশাগী নিয়ম মখাদা হীংগনি, মসি ৱাখল মঙলান্দগী থাদোরকপনি, অচুম্বা পুথোক্লবা হোৎনবদা, ঐখোয় ফজবা শেম্লি।

ফজববু শিংথাবা মতমদা Hemingway গী সাহিত্যগী নিংথিজরবা কাংলোন, মদুবু অচুম্বনি হায়না লৌবা তারগদি ফজবা শক্তমবু ভাবনা শাগৎনবগী অহানবা তাক্কক ওইনা উই, মহৌশাগী ওইবা ফিভমনি হায়বগী ৱাখলদা থোইদোক্লা থাগৎনিঙাই ওইদবা মওংগা লোয়ননা; মদুসু ফজবা মখলনি। অথিবা শক্তম হায়বসি Hemingway দা খেন্নবা থমদনা লোয়ননা চৎলি মহৌশাগা মান্নদবা অমসুং মহৌশাগী ওইদবা পোংশকশিংগা লোয়ননা: নুপী ওইদবা নুপী, খুদম ওইনা, নত্রগা নুপা ওইদবা নুপা, লৃদ্রবা, মীচেল মীরোং মীরক মীচিম্ফি, মীখা থাবা পৃম্নমক অসি য়ানিংবা ফাউদবা মওং মতৌনি ফজবা শক্তম হায়বসি লমদমগী ফজবনি, নুপা অমসুং নুপীগীনি, হেন্না পূকচেল চাউবা উৎপা শাশিংগীনি, তরু-তনানবগীনি, পূকচেল শেংবগীনি, ফজনা মঙাল পীবগীনি, লোৎশিন্দুনা থমদবা থৌনা ফবগী থবক্তি।

ঋারেং মতেক অমা, ফজবা হায়বা পোৎশক অমসুং মহৌশাগী ওইরিবা শক্তমগা লোয়ননা Emperor Marcus Aurelius না মখাদা ফজনা লিরদুনা ফোংদোক্লি।

"অঙ্কুর চরোংনা যাম্নূনা পানবা; নোংশাগী পিশুম, লমওক্কী কোঙ্গোল ঈরিক কারবা মতৌ, মখোয় অদুবু, ফজবগী ঋাংমনি হায়না খন্নবা ওইরগসু, অদুম ওইনমক মখোয় মহৌশাগী ওইবা মতৌনা মরমনি, মখোয় ওই ফজবা অমসুং নুঙাইরবা ওইরক্লি।"

The comely হায়বসি ওইরক্লি হায়বনি, পকচবনি, মদু থস্মোয়দা মহৌশাগী ওইবা চুমই হায়না ফাউবা ঋাখলনি। কনাগুম্বা মীওই অমনা Hemingway না ইবা লাইরিক পারুবা মতমদা মহাক মশামক্তুবু অদুগুম্বা লৈরিবা ঋারেং মতেক অমনা ফাজিন্দুনা থম্বা খেংনগনি, মহাক্না মসিমসু পুখোকপা য়াই মদুদি মসি মহৌশাগী ওইবা লোযনরিবা পোৎশক্লি হায়না সাহিত্যগী কাংলোন অরা অনা নিংথিজবা মতৌবু লমচৎ-শাজৎকা মরি লৈননা নৈনবনা, মসিগী তঙাইফদনা চঙবা ফংনবা হোৎনবদা মতেং পী।

Emperor অদুগী খুদুং ইন্না, কনাগুম্বা মীশক অমনা মাইওন থম্বা য়াগনি শামুগগুদা অমসুং ইজ্জৎকি মহৈ ফংলবা যন লাবদা খুদম পীবগা লোয়ননা 'The Green Hills of Africa' গী মনুংদা, হায়রিবা লাইবিক অসি কাহেন্না অপাবশিংনা থাগৎত্রবা ওই। শামুগগুগী মরমদা:

"There he was, long-hulked, hearry-sided, pre-historic-looking, the hide like vulcanized rubber and faintly transparent tooking, scarred with a badly hom wound that the birds had packed at, his tail thick, round, and pointed, flat many-legged ticks crawling on him, his ears fringed with hair, tiny pig eyes, moss growing on the base of his horn that grew forward from his nose. M'cola looked at him and shook his head. I agreed with him. This was the hell of an animal."

(মফম অদুদা মহাক লৈরম্মী, শাংনা তারদুনা, নোয়রবা নাকলশিং ওইরম্মী, ইতিহাস লৈত্রিঙৈ মমাঙগী শক্তম চেল্লি, মউল অদুনা থোমজিল্লবা রবর মান্না অমসুং হায়ফেৎ মনুং ফাউনা উবগুম তৌরম্মী, মচিদা শোকখিবগী ফিভম তাদনা ফগৎলকপা

মতৌ উরুরগা হৈনদবা ফাওরম্মী মদুদা উচেকশিংনা তোংদুনা লৈরিবা, মহাক্কি মমৈ অদু থাই, মতুম তাই, অমসুং মচিন তুমই, মহাক্কী মথক্তা মখোঙ য়াম্না পাল্লবা পাক্লা উরবা তীলশিংনা উপ্রাক্লা শিত্তুনা চৎলি, মনা অদু মতু চোমই, অপিকপা মমিৎ ওক্নুম্না পাল্লি, চিখোংদা ইশং হৌরম্মী মদুনা মাংলোমদা মনাতো তম্না শন্দোরক্লম্মী। M'cola না মঙোন্দা য়েংলম্মী অমসুং মকোক হায়রম্মী। ঐহাক মহাকপু য়ারম্মী। মসি শা অমগী নরক্কি মতৌ ওইরম্মী।)

অসিগুম্বা ৱারেং মতেক অসি মায়োক্লবনা মরম ওইদুনা, মহৌশা লাইরেন্বীগী শক্তমবু পামজনা ইরাৎচরিবা মীশক অমনা ফজনা মরৈ য়েৎপা য়ারবা লম্বী অশিবা শামুগণ্ডা অদুগী শক্তমনি। ঐখোয়না Marcus Aurelius কি খুদং ইনবা তারগদি মসি শা অদুগী মহৌশাগী ওইবা মওং মতৌনি, মরম অদুনা অসুম্না ৱারোইশিন পুশিল্লকপা দরকার ওই মদুদি শমুগণ্ডা অদু মহৌশাগী ওইবা শক্তম লোয়নবনা মরম ওইদুনা, ফজরবা পোৎশক্কি খুদমনি অমসুং মতম পুম্বদা নুংঙাইবা পীরিবা পোৎশক্লি। Hemingway না য়াম্না চেকশিন্না অসিগুম্বা পোইন্টশিং তাশিল-খোমজিল্লদুনা মহৌশাগা মান্নদবা অমসুং মহৌশাগী ওইদবা থৌদৌ কয়াশিং থাবা অসিবু মহাক্লা মদুবু, অদুম ওইনমক, মরৈ য়েত্তুনা থৌশাদবা মতৌ লৈগনি। ইতিহাস লৈত্রিঙৈ মমাংগী শক্তম, খুদম ওইনা হায়রবদা, হৌজিক ওইরিবা সংসারগী ফিভম নত্তে; থোমজিল্লবা রবর মপৈ মাল্লবা মউনগী শক্তম, হৌজিক মতমগী মনুং তশেংনা উবা লৈরগসু, হায়রপ মসি খুৎশেমগী মতৌ ওইবা মশক থীবা মতৌ শাদুনা ওই। অশোকপা মচিগী মতৌ, মওং তাদনা ফজিল্লকপা মওং মদুদা উচেকশিংনা তোংলগা চাক্তারিবা, পূম্নমক অদু উরুরগা মহৌশাগা মান্নদবা মতৌগী মওং উৎলি। অদুগুম্বা সাহিত্যগী ওইবা নাকোইননা ফোংদোক্লিবা মাং তাক্লিঙাই ওইরবা মহিকশিংনা চাক্তাবা, অসিগা চাংদম্নরিবদি শিরবা শগোলগী নিংজোলদা হয়িং শঙ্গুনা চাক্তাবগুম উই হায়রিবা মতাং অসি লাইরিক অসিগী শরুক খরদা পন্দুনা য়াওরি। চাউবগী চাং হস্নুনা য়াওরবা মমীৎ অমসুং মচিগী মখোংদা ঈশংনা হৌবা মহৌশাগী ওইদবা শক্তমনি, থৌশাবিদ্রবা লাইরিক্তা য়াওবা কোকফাই শৌরবা fastoon গী মতৌনি। মসি য়াম্না লান্দাগল্লবা শা অমনি, শাংনা তাদুনা লৈরিবা মশা অদুগা চাউবগী চাং চানদবা ওইবা, লৈরিবা মশাগী কুপত্রবা শরুক পুম্না মহৌশাগী ফিভম নত্তবা, অরানবা মখলগী য়ানশিন্নরবা ঈ মরীনা শেম্বা শক্তম, নহাক্লা য়েংবা মতমদা শা অসিবু অসুম্না ওইব্রা হায়না খনবা সাহিত্যগী ফজরবা কাংলোনগী লমদা

অরানবা ওইরবা, শম্বা হায়ববদা, অনসুং সাধারনগী ওইনা য়েংননিঙাই ওইরবা পোংশক্লি।

চাউবা পিকপগী চাং কায়রবা, মতৌশাগী ওইদবা মতৌ, অমসুং মতৌশাগী নওবা পোংশক্লা মহৌশাগী ওইবা অসিগী মাংলাঙনা, কনাগুম্বা অমনা ইজং, কনবা ঙম্লবা মন। লাবা অমগী মঙং কায়ববা শকুম থাংজিন্না গুমগনি, কয়াকক হন্না মায়পাক্লবা শাদানবগী খোঙচং মতুংদা অংখিবা ওইরম্মি।

"It was a huge, beautiful kudu bull, stoned-dead, on his side, his horns in great dark spirals, widespread and unbelievable as he lay dead five yards from where we stood.. I looked at him big, long-legged, a smooth grey with the white stripes and the great curling, sweeping horns, brown as walnut meats, and ivory pointed, at the big ears and the great, lovely, heavy maned neck, the white chevron between his eyes and the white of his muzzle and I stooped over and touched him to try to believe it. He was lying on the side where the bullet had gone in and there was not a mark on him and he smelled sweet and lovely like the breath of cattle and the odor of thyme after rain."

(মসি অচৌবা ওইরম্মি, ফজববা ইজং লৈববা নময়ন লাবা, নুংমগুম শিদুনা লৈরম্মী, মহাক্কি নাবন্দা, মহাক্কি অমুবা কোল্লপতৌবা মচিনা খিনগংনা লৈরম্মী, শন্দোক্লা তারদুনা মহাক শিদুনা লৈরে হায়বা থাজদ্রদুনা ঐখোয়না লেপ্পুনা লৈরিবা মফমদগী গজ মঙা চখোক্লগা... ঐহাক মঙোন্দা য়েংলম্মি, চাউই, মখোঙশিং শাংই, তনাম্বা উৎমানবা মচুনি অঙৌবা মচুনা ফৈনা লাংবা অমসুং মতু খোয়না চোমই, মচি কেংই, বালনটকুম ঙাংলৈনবা ওই, অমসুং শামুময়াগুম মচিন তুম্মী, চাউরবা মনা অনি অমসুং চাউরবা মতৌ, নিংথিজৈ, কুংনা থানা হৌরবা মশোং পাল্লবা চাউরবা মঙক মমীৎ অনিগী মরক্তা অঙৌবা পরেংনা কোয়না লাংবা অমসুং মচিল অমসুং মনাতোন অঙৌবা মতৌ অমসুং ঐহাক চংশিল্লম্মী অমসুং মশা শোক্লম্মী মদুবু থাজবা পোক্লদুনা মহাক চেকয়াননা হিপ্লম্মী মফম অদুমক্তা নোংমৈ গুলিনা পানখিবা অমসুং মফম অদুদা শোকখিবগী দগে থিবা ফংদে। মহাক নুংশিবা

মনম চেল্লম্মী অমসুং অহিংবা শাগী মতৌ মাল্লম্মী অমসুং নোং মতুংদা ওইবা মনম নুংশিববা নাপীগী মনম নমলম্মী ।)

মসি অশেংবা শাদানবা অমগী সাহিত্যগী ওইবা ফজববা কাংলোনবু শিংথাদুনা অমসুং লৈশি লৈথোক্দুনা ইবা মখলনি। শাদানবা নত্তবা মীওই ফাওবনা, মখোযগী য়াখলনা লাম্না ফংবা মওংদা নত্রগা শা হাংপবু যানিংদবা ফোংদোক্নুনা অথিংবা পীবিবা মীওইশিংগী মত্তা অসিগুম্বা মওং ইদুনা ফোংদোকপদা অযাবা পীদ্রগসু, শাদানবনা পামজনা চথবিবা য়াফমদা শকক যাবা ওমগনি থৌজাল মীনুংশি উৎপগীদমক্তা, শক্তি লৈববা, নিংথিজববা, চাং চানা ফজববা শা অদুগীদমক্তা চাউবগী চাং, তক- তনাল্লবা মহৌশাগী মচু অশোক অপনগী খুদম ফংদ্রবা মশা, অমসুং মহৌশাগী নুঙাইববা মনম মদুনা নাপী শিংনা চাবা শা অদুবু শাঙিং চাবা জীবশিংদগী খেন্ননা উই, পূম্নমক অসিনা ইজ্জৎ লৈববা ষন লাবা অদুগী সাহিত্যগী ওইবা ফজববা কাংলোন্দা পূক্লিং চিংশিন্নিংঙাই মতৌনি।" ফজবা শক্তম. নিংথিজববা মতৌ.... 'নিংথিজববা মওং অসিগুম্লবা য়াতৈশিং, অরাবা কযা খাঙনা শাদানবগা মবি লৈননা থৌজক্তি চিবোং পানবা শাজি ফাবগী লুহুপ উপ্পগুম, পুম্নমক অসি চঙজবা ত্রৌদনা শিজিন্নবি। মফম অসিদা শাদানবগী অমসুং ফজববু পামজনা লাংচবিবা মীশক অমদা শা অমগী মবমদা মঙবা মঙ ওই, মবমদি শাম্নুগঙা অদু ঈ চুপ্পা অমসুং শদোং চাবা তীলশিংনা চাক্তাববা মঙলানগী শক্তম্ম।

Hemingway গী থবকশিংদা লৈনিবা নিংথিজববা মগুন কযা অসি মহৌশাগী মতৌ ওই উ পাম্নীদা উনা পানবগেম উই। মহাক্কী ইনিবা লামাইশিংদা মহৌশাগী ওইবা ফজবা দৃশ চেকশিন্না মথং মনা - নাইনা শিংথাবকপনা উথোকই, যাম্না চেকশিন্না চাংযেং চথবগা, যাম্না মবম চান। হৈশিংনা উৎপা কলাগী খুদোললনি। শিংথাবিবা খুদিং মতম পুম্বদা, অতম্না পাওথোক্লবা থবকশিংগা মাব লৈননা উৎলি। ফজবা শক্তমলা নত্রগা আথবা মতৌবা শেম্লবা লমদম অদু মশক থীবগী নত্রগা ফজবগী মনুং চনবা য়াই মীওইবা সমাজগী থৌদোক খুদিংমক মদুগী মনুংদা ওইরিবনি। কবিগুম্বা মতমদা Frank Norris কি মনুংদা তৌবগুম, মহৌশাগী ফজবা হায়বা য়াফম অসি নুপা অমসুং নুপীশিং য়াওনা তৌনিবা থবক খুদিংমক্তা চাউনা খেন্নন লৈ হায়বা উংলি। Hemingway না মহৌশাদু শিংথাদুনা ইনিবা অইবশিংগী অবিবা লৌনম মখল অসি হবাউনা অমসুং তাংনা শিজিন্নে, কৈদৌঙৈদা হেজিন্না খুৎলাই ওইনা পায়বা চৈগুগী মওংদা তৌদনা, অসুম্না Norris in The Octopus, নত্রগা Steinback in The Wayward Bus তা তৌবগুম না তৌবিবা

থবকশিংদগী ঐখোয়না করি ফঙবা য়াবগে হায়না খীবা তারগদি তোয়না হোংদোক হোংজিল তৌদুনা তোংশিং য়ানশিন্নরবা পোখোক ফঙই মদুগী মনুংদা মহৌশাগী ফিভম্না তুংওইননা নুংগী ওইবা ৱাফম ওইনা থমই অমসুং নাকল অমদনা মীওইবগা মরী লৈননা পাংথোক্লিবা থৌদোক্না মপাম্থোংদা উংলি, নত্রগা অনিগী ময়াই থাপ্লা মান্নবা মফমদগী।

Hemingway না ইটালিগী পণ্ডিতশিংনা পীবা ওন্ন-তৈনবা মতশিংবু কুপ্না নৈনদুনা পাঙথোক্লিবা থবকশিংগী মরুমদা করি লৈবগে হায়না মতম পুম্বা থিরম্মী, মদুনা অচেৎপা ৱাফম অমসুং মতেং পীব্রা ঙমব্রা হায়দুনা থিবগুম অতোপ্পা কলাগী পোংশকশিংগা মহাক্লা ফোংদোক্লিবা মরু ওইবা মহৌশাগী ওইবা prose fiction দা শিজিন্নবা লোন্দা অমসুং ৱাহৈ খনবগা মরী লৈননা য়েংশিল্লম্মী। য়াওফম মতাং চানা ৱাহৈশিং অমসুং অঙ্ক মশিংশিং থম্লা হায়বসি মহাক্লা ফজনা মমুৎ তানা খঙবা মরম লৈবনা চিন্দগী থোকখিবা ৱাঙাং, মওং মতৌ য়েক্নুনা তাকপা, অমসুং Scene গী মরমদা অমসুং মতাং অসিদা মহাক "contextualist" T.S. Eliot কুম ফবা ওই, মহাক অদুনা মসিগী তোপতোপ্পা শিজিন্নফম পুথোক্লমদবা ওইরগসু থবক্কী লমদা শিজিন্নরম্মী। Hemingway না মহৌশাগী পোংশকশিংদা চাননবা মওংদা য়েংশিন্দুনা থিজিনবগী হিরমদা মশামক য়াম্না অকনবা নিয়মগী মখাদা তম্না লৈরগসু, মহাক্কী শিজিন্নবগী অরেপ্পা মওংনা পোংশিং অদুবু খুদুম ওইনা উত্তুনা শিজিন্নবদা অখিংবা পীদে। মহাক্কী double perception গী থকশি-খাশি নিয়মগী মখাদা মহৌশাগী দৃশকি মগুন অমসুং তঙাই ফদনা চঙবা মচাক ওইরিবা মপুং ওইবা হিরমগী ফল মদুনা দৃশকা মরী থম্না নৈনবদা অনিমক্তা য়াম্না কন্না পুক্লিং থিংজিনবা ঙম্বগী দরকার লৈ । মখোয়শিং অসি, পুন্না হিরম কয়ামরুমদা থবক তৌমিন্নবনা, মপুং ওইবা ফল পুথোকই।

Hemingway গী ফজবা ৱাখল্লোন্না মশামক্তা ওংলি, মহাক্কী থল্লোই মহি চেল্লি, মীওইবা খুদিংমক্লা মহৌশাগী ওইবা খুদোলনা পীবা লমগী ফজবনা নত্রগা নিংথিজবা শক্তম চেল্লবা শা উরুরগা তৌবগুম । মতাং অসিদা লোলগী ওইবা অচুম অরানগী বিচার তৌবা হৌরে। মহাক অচুম্বদগী অরানবদা ওন্থোকপা খুদিংমক্তা শাঙই। মহৌশাগা মান্নদবা অমসুং মহৌশাগী ওইদবা খুদিংমক মহাক্লা মদুগী চাং ওল্লবা মতুংদা মশামক্কি ওইবা ৱাফমদা ৱারোইশিন পুরকই। মীপুম খুদিংমক, মশা মশাগী সাধারনগী ওইবা মথৌ পাংথোক্লিবা, নত্রগা মীওই কাংলুপ মহৌশাগা মান্নদবা মওং থবক তৌবা

ওন্না অদুগা মীওইবগী হৈলোনচংনি হায়না শাজং মতৌ উংনবা হোংনবা পুন্না, ইচম চন্না মওংদা মহাক্কি পুক্নিংদা ফজবগী চৈথেং শী, হায়রিবা ব্রাহ্মেদুমক মহাক্কা মরী লৈননা শিজিন্নবা য়াবা মওং লৈত্রগসু।

অসিগুম্না ব্রাকম অসিবু মীওই কাংলুপ অমদগী খনগৎলগা খুদম ওইনা উত্তুনা তাকপা য়াই হায়রিবা মীওই কাংলুপ অদু মপাঙ্গোংগী ওইবা ফজবা শক্তম চেন্নবা ঙাক্তনি, অদুবু, হৈজিক মতমগী মীদি ওইবা, য়েংবদা নুংশিবা ফাওনবা, মোংলবা সহরগী মীওই ওইবা, অমসুং অচেৎপা ফিরেপ লৈবা কাংবু ওই। মসি bull fighter কাংবুগী উৎলিবা শক্তমনি, থাজবা য়ারবা নোংমৈ পায়বা, লেংজুম পেটি ফাবা অমসুং গুলি হাপকম খাউ পানবা কাংবুগী মীহুৎশিংনি, মখোয় পুন্নপ তাশিন্নগা খন-লাবশিং অদুবু থাগৎলদুনা অয়ুক্তা লমজং গেটতা লৈরিবশিংনি।

“মীহুৎশিং অদু, মহৈশানা মথিক নেম্না টুপী উপ্পা মতমদুগী ওইনা মকোই মশাম কক্তুবা, মখল মখা কয়াগী খোঙ্গোক্তা লাউ খোংলদুনা, অদুবু পুম্নমক অদু মমীত্তি তমথিবা মতৌ ওই, মখোয় মরৈ য়েংনৈ অমসুং খন্নৈ।”

Browning গী পোখোকশিংবু য়েংশিল্লিবা কবি Goya না অসিগুম্না মীওইশিং অসিবু ব্রাখলদা অসুম্না উরমগনি, মখোয় অদুবু Valladolid তা থেংনরমগনি। অদুগুম্না মীওই পুম্নবু ফজবা হায়বা ব্রাকমদগী থাপ্পা লৈ হায়না খল্লগসু অদুম ওইনমক মখোয় মহৈশাগী ওইবা ফিভমনা থোকহনবনি অয়ুক্কী তাঙ্গাদা অহাংবা লমহাংদা অকে-অমৌগী মতৌগা লোয়ননা য়েংবদা নুঙাইবা ফাওববা corral গী লমদমদা, মখোয় অদু ওই ফজবা মতৌ অমসুং থাগৎনিঙ্গাই ওই ফজবতবু পামজনা শিংথারিবা অশেংবা মীশকশিংদা।

কনাগুম্না অসুম্না খনবা মীওই অমনা অসিগুম্নবা মাঙদা তাদুনা লৈরিবা ফিভম অসিবু মরম শীদুনা মরৈ য়েংপা ওমগনি মদুদি মহৈশাগী ওইবিবা ব্রাফম পুন্না কৈদৌঙেদা লমচৎ-শাজংকা মান্নবা পাশ্নে অমত্তনা লৌখৎপা য়ারোই। Neohunanists শিংনা তোয়না পন্দুনা ঙাংবো ব্রাফম লমচৎ-শাজংকা মহৈশাগী ওইবা মতৌগা মান্নবা লৌবদা য়ানিংদবা ফাওই, মখোয়না অসুম্না মরৈ য়েংলি মদুদি নুংগী ব্রাফমদা ফজনা অশোয়-অরাল কয়াবু য়েংশিল্লগা মহৈশাগী ওইরিবা মতৌবু কুপ্পা থুগাইবা ওমগনি লৈরিবা সমাজনা খঙনরবা চৎনবীগী থাক্তা চান্নবা অমসুং মত অমত্তা ওইনা পুরকপা ওন্না ওই। খুদম ওইবা য়াবা, ডজন কয়া অমা, মদুনা মতৌ কয়া্না সমাজগী চৎনবী নিয়ম খোঙ্গাউনরবা মীওইশিং, লমচৎ- শাজংকি নিয়ম

ঙাক্কা মহৌশাগী মীশিং, মশানা পান্না মওংদা তৌনিংবতা তৌরবা মীওই কয়া অমা উৎননবা খোমজিনবা য়াগনি।

অসিগুম্না য়ানিংঙবা ফোংদোকপা মখল অসি ইচম চম্না ওইদনা অক-কন্তা নৈনবগী অপাম্না লৈরবদি, মখোয় অদু অচম্না মওংদা মরী লৈনদবা ওইগনি। Neohumanist শিং অসি, মখোয়গী মশাগী ওইবা মহৌশাগী খুদোল মরাং কাইনা য়াউরবসু, মখোয়গী মনুংদা অয়াম্বনা থবক্কী লমদা সাহিত্যগী ফজরবা কাংলোনবু ভাব তাবা ঙক্লি হায়না তশেংনমক মরি লৈনবা ঝাফম থাজংপা তৌদে। সাহিত্যগী ফজবা কাংলোনগী অহানবা চঙদবা য়াম্রবা মচাক্কিদমক, হায়রিবা হিরম অদুগী মনুং চন্না Hemingway য়ামদ্রবদা, থবক খরা তৌই, অসুম্না ওই মদুদি মসি সংসারগী ওইবা লমচং-শাজত্তা য়ুম্ফম ওইগনি। Anton chekhov না হায়রম্না লমচং শাজংকা মরি লৈনবা ঝাফম, "the aim of fiction is absolute and honest truth" (ফিকসনগী পান্দম মপুং ফারবা অমসুং পুকচেল শেংবা অচুম্বা ওই) হায়বা ঝাফম্না মহাক ফজনা য়ানিংবা ফাওই। মহাক Marcus Aurilius পুসু য়ানিংবা ফাওই মদুদি মহৌশা হায়বসি comely and beautiful ওই, Hemingway না মহাক্কী থবক পুম্বদা মনুং ফাওনা মপুং ফানা প্রমান উৎপা লৈরগসু মদুদি মহৌশাগী ওইবা শক্তম হায়বসি অকক্লবা লমচংকি নিয়ম অমসুং লমচং-শাজংকি মওং অকক্লবা পনখৈ হায়না শুগাইনা তাকই। অচুম্বা অমসুং ফজবগী ঝাখল পরিংদা থবক পায়খৎপনা, মসি উবা ঙম্বগী ওইথোকপা লৈ "the way it was" বু য়েংশিন্দুনা থিজিনবদা য়ুম্ফম ওইবগুম্না, মশক থিবা অমসুং শোয়নাইরবা মতৌবু শিংথারগা, মহৌশাগী ওইবা ফজবা মতৌবু খমথেংনা নুংশিবগী ফল ওইনা পুক্লিংদা লংখৎনা মঙাল পীবগা লোয়ননা হকচাংদা নুঙাইরবা মখলগী মৈশা ফাওহল্লি।

---

# THE SABIDURIAN

## (স্পেনিস ৱাহৈনি, অর্থদি মহৌশাগী ওইবা লৌশিং ৱাখল পুক্নিংগী মতুংইন্না পাউ ফাওনবা)

সাহিত্যগী ওইবা ফজববা কাংলোনবু ইবাংচবিবা Hemingway না মপূং ফানা খঙবা ঙম্নবা, যেক্লিবা মুর্ত্তি অদুগী মনুং থংবা শকক্তা কবি কবন্না শকক যাওবগে হায়না থিবা দবকাব ওই। মপালথোংগী ঈচেল অসুম্না ওঈ মদুদি মহাক্না পুথোক্লিবা পুস্ববু আর্টিস অমা ওইনা হোৎনবিবা পুস্বগী অপুনবা মায়থোঙ খঙনবা হোৎনবগী মবম অচুম্বা পোৎশক উবা অমসুং হায়বা "natural" (মহৌশাগী) ফজবনা ওই। অচুম্বা ঙাংবা হাযবা ৱাফম্না অইবা পোখোক অমগী মমল লেপ্পনবা খ্বাইদগী ফববা লদ্বীনি। Hemingway না উৎলিবা মপাম্থোংগী ওইবা সাহিত্যগী ফজববা কাংলোনগী মতাংদা শিংথাবগা মবী থম্না হায়বা তাবগদি, মফম অদুদা সাধাবনগী ওইবা মত ফোংদোক্নুনা উৎনবা ৱাফমনা Conrad না মহাক্কি মীযাম্না শক শঙনবব লাইরিক The Nigger of the Narcissus কি ৱাংমাং যানবদা ফোংদোকপা ৱাফমদগী হেন্না ফবা ওইদে।

"অইবা অমা হায়বসি .... ৱাখল খনবা মীওইগুম নত্রগা বিজ্ঞান হৈবা মীওইগুম্না অচুম্ববু থী। অমসুং কলা হাযবা পোৎশক অসি অসুম্না তাকপা যাই পুক্নিং অনি লোৎদ্রবা হোৎনবগী পাম্বৈনা খ্বাইদগী ৱাংবা মখলগী অচুম্বা বিচাব মীৎনা উবা ঙম্নবা সংসাবগী মনুংদা থীবনি ... মসি হোৎনবা মখল অমনি মসিগী পান্দমগী মওং ফংননবা হোৎনবনি, মসিগী মচু পুথোকপনি, মসিগী মঙাল থিবনি, মসিগী মমীনা কবি ওইহল্লি য়েংবনি, পোৎশিংগা অতম্মনা মবী থম্না অচুম্বা মবম থিবনি অমসুং খুদিংমক অদু তঙাইফদনা চঙদবা য়াদ্রবা মচাকশিংনি, মতম কুইনা তুংদুনা লৈননবা দরকাব ওইরিবা পোৎচংনি।"

Hemingway না Conrad পু পামজবা ৱাফম মমাঙদা হান্না ওইরম্বা ফিভমদগী মমৈথংবা শকক্তদি হস্তুরকলম্মী, শোক ১৯২৩-১৯২৪ গী মনুংদা মহাক্না পীখিবা জবান্দা য়ানবগী প্রমান ৱাঙাং কয়া পন্দুনা ফোংদোকই, Conrad কি মায়োক্তনা লৈবা মহাকপু হম্বুনা লৌবা লেমজনিঙাই ওইরবা মীওইশিংদগী অচুম্বা মবম

শীদুনা ওাক-শেন্না থম্মনবা, অমসুং ফজ্জদবা মওংদা মমল লৈতবনি অমসুং মরু ওইদবনি হায়বা ৱাফমদা শরুক য়াবা তৌদনা লৈরম্মী হায়রিবা মতৌ অসি Conrad না শিবা মতমদা য়াম্না চাং ৱাংনা থোক্লম্মী। শোক ১৯২৪ দা the Trans-atlantic কি মনুংদা Ford না Conradশু নিংশিংবগী শরুক অমা ওইনা মেনখৎনবা চেফোং অমা পুথোকপা মতমদা Hemingway না মশামক্কি ফিরেপ শেংদোক্লম্মী।

"ঐহাক্না শাখিবা conrad কি অনিশুবা লাইরিক্তি Lord Jim ওইরম্মী" ( Hemingway না হায়রম্মী)। ঐ মদু লোযনা পাবা ঙমখিবমদে। মসিনা মরম ওইদুনা ঐহাক মহাকপু থাদোক্কে। মরমদি ঐহাক মখোয় অদুবু অমুক হন্না পাবা ঙম্লমদে। মদুগী মরম, ঐহাক্কি মরুপশিংনা হায়বগুম্না মহাক অফবা অইবা অমা নত্তে হায়বা ৱাফমদা য়ুম্ফম ওইরগা ওইবা য়াই। অদুবু, থোয়না খল্লুবা তৌদনা ঐহাক মতম পুম্বদা ঐহাক্না ফংবা ঙম্না conrad কি লাইবিকপুম্না অমসুং ঐঙোন্দা পিরকপা মহাক্কী লাইবিকশিং শারম্মী।"

লাইরিকশিং অদুবু অমুক হন্না পাবা ঙম্লরোইদ হায়বা ৱাফম খঙলদুনা, মহাক উপন্যাস মবিশক তুংশিনদুনা থম্লম্মী। অদুনা পুম্নপ্না অনাবা কহনবা ঙম্না হিদাক অমসুং ময়াই কাবা পোৎশক ওইনা শিজিন্নবা যাবা মহাক্না করিগুম্না তাঞ্জাদা তুকচবা অমসুং হৈনিংদবা ফাওরক্নবা মতমদা "অইবা পোত্থোকশিংগা লোয়ননা, অইবশিং, অমসুং ইরিবা পুম্না অমসুং ইবগী থবক হেঞ্জিনমনবদগী ওইগনি হায়বা ৱাফম্না লাক্লবদা।" Toronto গী মনুংদা মমাং Autumn চাহগী খাতুনা মহাক অহম্মক অদু মথং মনাউ নাইনা, মখোয় অদুবু মপু ওইবা মরুপ অমদগী ৱাইরগা পারম্মী। মহাক্না মহাক্কি ঈ-পাউগী চেফোঙ মঙোন্দা থাবা মতমদা তুরেল তাফমদা লৈবা কয়লা শেকফম Distric, Ontario গী Georgian সমুদ্র খোঙবালগী অৱাংদা লৈবা মফমদা ফংলে হায়বগী পাউ খোমজিন্নবা হোৎনবগী খোঙফমদা, মহাক ফোটো য়াওনা নৈন-ৱারোল শীবা কোপী অহুম অমসুং The Rover লৈরক্লম্মী, "Sitting up in bed in the Nickle Range Hotel" দা শাবম্মী।

"অযুক্কি তাঞ্জা লাক্লবদা (মহাক্না হায়রম্মী) ঐহাক য়ু থকপা মীশক অমগী মতৌগুম ময়াই কানা ঐঙোন্দা লৈরিবা conrad কি লাইরিক পুম্না লিশাং শিংনা পারম্মী। ঐহাক্না আশা তৌবম্মী, মদুদি লাইবিকশিং অসি শাবনা হন্দক্কি খোঙচৎ অসি কোয়বা ঙম্লগনি, অমসুং পূক্লিংদা নুপা ওইবগী শক্তি মাংহ্রবা নহা অমগী

ৱাখল ফাওরম্মী। অদুবু, ঐ খল্লম্মী, মহাক ৱারী কয়া অমা মখাতা না ইগনি। মহাক্কি মতম মরাং কায়না লৈরি।"

মতুং তারকপদা লাইরিক্কী মবমদা খন্ন-নৈনবগী শকক অমা ওইনা পুন্নমক্তগী মখোয়না পীরিবা মতনা অথোইবনি খনবা Critic শিংনা The Rover হায়রিবা লাইরিক অসি ফত্তবা মখলনি লৌরম্মী। অদুবু হৌজিক Conrad শিখিবম্মী, অমসুং "ঐহাক্না ঈশ্বরদা আশা থমজে". Hemingway না হায়বম্মী, "মখোয়না কনাগুম্বা চাউববা মীয়াম্না খঙনববা সাহিত্যগী লমদা শক্লাইব্বা খুৎ হৈবা মীওইশিং শিংথারম্বা য়াই অমসুং Conrad পু মহাক্কগু ফত্রবা ৱাবীশিং ইননবা হুন্দোক্লম্মী।"

মীয়াম্না পাম্নবা মতমগী চংনবীনি খন্না Conrad পু হক্কবা থাক্কী অইবনি শিংথাবগা লোয়ননা T.S. Eliot পু "অফবা অইবনি" হায়না থাগৎপগা ইরোইনরম্মী। Hemingway গীদমক্তদি:

"করিগুম্বদা ঐহাক্না Mr. Eliot পু তকথাইদুনা ফজনা উফুল ওলহল্লগা অমসুং উফুল অদুনা Mr. Conrad কি মোংফমদা থিকচিনবা হায়বা ৱাফম খঙলল্লবদি; Mr. Conrad য়াম্না মতম কান্নদনা অমুক হন্না হিঙৎলক্কনি, য়াম্না থুনা হিঙৎলকপা মতৌদা অশাউবা উৎলদুনা, অমসুং ইবা হৌই, ঐহাক হয়েং অমুক অঙনবদা লণ্ডন্দা মক মবাং তক্লবা খুৎলাইগা লোয়ননা চংলগনি।"

Hemingway লণ্ডন্দা খোঙদারুবা নত্রগা Canterbury দা থিকচিল্লবগী থবক অমত্তা তৌরমদে। মহাক্না অসুম্না তৌবল্লবদি, কুমখ্রবা মীশক অমসুং মং তৌথোক্লিবা অনিগী মরক্তা ৱারী শান্নবগী হিরম conrad পু শক্তাক্লবা অমসুং মহাক্কি মরমদা ৱাংমাং য়ানবা ওইরম্বা য়াই। অদুগুম্বা fiction বু য়াম্না চিন্দোল লৈতোন শেংনা ভাকশেন্না থম্লবগীদমক্তা, conrad না মরু ওইবা নিংশিংবা য়াবা পোইন্ট অহুম শেমই অইবা অমা ওইরবদি অচুম্বা ৱাফম থীগদবনি হায়না কন্না তকশিনবগী মথক্তসু।

অহানবা অদুদি ৱারেংদা শিজিন্নরিবা লোলগী মরমদনি। ৱাহৈ লৈতেং "ইচেলদগী নৌনা লৌখৎলকপা নুঙ মচাশিং" হায়রিবা ৱাফম অদুবু Ford Madox Ford না Hemingway গী ভক্তিভৈগী পোথোকশিংদা য়াম্না পামজনা তৌরম্লবু চেকশিন্না পুক্লিং থিংজিন্দুনা শিজিন্নবা ৱাহৈ খনবগী থবক পায়খৎত্রবদি ফংবা ভক্লোই। শোক ১৯২৬ তা Hemingway না Samuel Putnam দা হায়রম্মী মদুদি, "easy writing make hard reading," (লাইনা ইবনা

পাবদা অরুবা ওই) অমসুং মহাক্না খল্লম্মী, মহাক্না ঙল্লবদি, "To strip language clean, to lay it bare down to the bone" (লোল তক-তনান্না শিজিন্নবা তাবদা মসিনা ফোঙদোক্লিবদি কুপ্না নৈনববা মতুংদা ৱাহৈশিং অমসুং ৱাহৈ লৈতেংশিং মুথৎপা, পূম্নমক অদু করিগুম্বা মওং অমদা লান্দবা ওইরগসু। ৱাহৈ শিজিন্নবগী শ্বাইদগী লুবা ৱাফম অমনা, শক্লাইববা অইবা খুদিংমক্কি থস্মোইদা ফাওবগুম্না অমসুং Hemingway না হায়বম্মী, মদুদি অসুম্না ওই "all our words from loose using have lost their edge" (ঐখোয়গী ৱাহৈ পুম্বা তবাই- তবাই চেকশিন্দনা শিজিন্নরবদি পনখৈ য়ৌবা ঙমদনা মাংবা ওইগনি। অচুম্বা মবম অসি খঙলদুনা, Hemingway মতম খুদিংমক্তা তপ্না ইবম্মী, অমসুং চেকশিন্না অমুক হন্না পাবম্মী, ককথৎলম্মী, ৱাহৈ অমগী খোনম্লোক পীবা মতমদা মযেক অমগী থাদোকপগী হৈনবী শিজিন্নবম্মী, মহৎ শিঙ্গিল্লম্মী, পরেং অমদা ৱাহৈ শিল্লাংবগী থৌওং চথবম্মী মদুনা ৱাহৈ পবেং অদুবু ৱাহৈ কা হেন্না শিজিন্নদনা পাঙথোকপা ঙম্নবা চাংযেং তৌবম্মী, অমসুং অদুগী মতুংদা ৱাহৈ পুম্বা থাদোবক্তুনা শিজিন্নবম্মী।

অসিগুম্বা অইবা অসি মশানা তানা conrad কা য়ান্নবা তাবনি। মসি লেপ্লা নাইদনা নিংহন্নবা তৌদবা চেকশিনবগী থৌশিল চথবা খক্তনা ৱাহৈ পবেংশিংগী মওং শক্তমগীদমক... magic suggestiveness কি লৌনমগী মতৌগুম শুমহৎনিঙাই ওইনা মত পীবা) মঙাল পুবক্লম্বা য়াই মহৎ শিন্নবা য়াম্না থুনা মচু শিথবক্লবা ৱাহৈ কয়াগী মীয়াম্না পাক শম্না শিজিন্নবিবা ৱাহৈগী মনুং চন্না: অবিবা অবিবা ৱাহৈশিং, তোয়না শিজিন্নদ্রবা মচু শিথবক্লবা ৱাহৈশিং, মতমগী মতুংইন্না চেকশিন্না শিজিন্নদবদগী মমী শামজল্লক্লবা ৱাহৈশিংগা মবি লৈননা Magic suggestiveness হায়বসি Hemingway গী ফোঙশ্রবা লাইবিকশিংদা শিজিন্নদ্রবা ৱাহৈ লৈতেং মখল অমনি; অদুম ওইনমক মহাক্না শিজিন্নবিবা লোল খুদিংমক্তা magic suggestion গী ৱাফম অবিবা লাইবিকশিংগী মনুংদা অমসুং অবিবা ৱাহৈশিংদা মমী তাই। মখোয়গী মপাম্লোংগী শক্তম্না মীযাম হুপ্না শিজিন্নবিবা লোলগী মনুং চন্নবদি, নুং হঞ্জিন্না লৈবিবা শক্তমদা ৱাখল মঙলান্না শাগৎপা অখোয়বা শক্লোল উৎনবগী মচাক য়াউই, হায়বিবা ৱাফম অসি অশেংবা অইবা খক্তনা শেম্বা ঙম্মী। অমসুং অসিগুম্বা ওইথোকপা লৈরবা থবক অসিগী খুদম্নি মদুনা লীলা কথা অমা থোকহনবা ঙল্লবা, মপানগী ওইবা মওং নত্তবদা, অদুবু শিজিন্নবিবা ৱাহৈশিংগী মথাদা, Hemingway গী তাংনা থোক্লবা মীথোই মীহেন ওইনা ফোংদোক্লবা ৱায়েংশিংগী মনুং থংবা শরুক্তা উৎলিবা তাক্কক অমনি।

অনিশুবা তাঙ্কক অসিবু না অসুম্না কৌই "Communication through temperament" (ৱাখল পুক্লিংগী ফিভম মতুংইন্না পা ফাওনবা)। স্পেনিস ৱাহৈ Sabiduria গা ফোঙদোক্লিবা ৱাফম অসিগা য়াম্না নকশিন্নবা মতৌ উবা ফংই। মসিবু অসুম্নসু কৌবা য়াই Natural knowledge হায়না, মহৌশাদগী ফংলকপা লৌশিং), মসিগা করিগুম্বা মওং অমদা মান্নবা তৌদ্রবা দর্শন সাস্ত্রনা শিনফম ওইরবা মীশকশিংদা চেক্লিবা গুন Wisdom (তানশিল্লকপা লৌশিং)গা, অদুবু পামজবগা লোয়ননা থিরিবা মীওই পুম্বদা লৈবা লৌশিং মখোয়গী পুক্লিদা তোয়না থেংনরিবা মখলনি। Conrad কি মতুংইন্না, "অইবা মীশক অমনা ঐখোয় মীওই পুম্বদা মদুগী শরুক অমা লাউরি মদুদি ঐখোয় Wisdom গী মখা পোক্লোইদৌবনি, ঐখোয়দা চেনগদবা লৌশিংদি মহৌশানা শীবা খুদোলনি অমসুং তাল্লগা ফংবা নত্তে অমসুং অদুগুম্বা মরম লৈবনা তুং কোইনা মতম পুম্বগী ওইনা চংনগনি...fiction হায়বসি, মসিবু কলা অমা ওইনা শিংথাবা তাববদি, মীওইদুগী পুক্লিং ৱাখলগী লৈবিবা খলগী চাংগা মবী লৈনৈ। অমসুং অচুম্বগী মনুংদদি মসি অসুম্না ওইগনি... পুক্লিংগী ওইরিবা খলগী চাং অমনা অতে অতোপ্পা খলগী চাং মখল মখা কয়াদা মখোয় অদুগী তোয়না হোংবা অমসুং অথিংবা থমদ্রবা শক্তিশিং শিজিন্নদুনা থোক্লিবা থৌদোক কয়াবু মখোয়গী অশেংবা নুংগী অর্থগা লোয়ননা খুদোল তৌই, অমসুং লমচং- শাজংকি ফিভম শেম্মি, মফম মতমগী মতুংইন্না পুক্লিং ঈথিলগী ওইবা সমস্যা পুথোকই।" কনাগুম্বা মীওই অমনা অসিগুম্না অবোইবদা য়াওরিবা ৱাহৈ লৈতেং, "the emotional atmosphere of the place and time" অসি উরুবগা খঙজিনবা য়াই মসি ওই Hemingway না হল্লিবা অর্থ "the way it was" গী চপচাবা মান্নবা খুংফোংদোক্লি। Conrad না মখা তানা অসুম্না হায় অইবা অমনা পামজনা খুদোল তৌরিবদি ৱাখল পুক্লিংনা খঙবা ঙম্বা ওইগদবনি। তশেংনা মসিনা অইবা অদুনা খ্বাইদগী পামজনা থিরিবা মতৌ অরোনবা ৱাখল ঈথিলগী ঈকুং ফংবা ঙম্নবা হোংনবনি।

মসি Hemingway গী ওইবা সাহিত্যগী কাংলোন অমসুং থবক্কী লমদা উংনবা মখল অমনি। কনাগুম্বা মীওই অমনা মহাক্কী Sabidurian images শাগংনবা হোংনববু অমসুং লিংখংলিববু মহাকি উপন্যাসশিংদা নত্রগা মহাক্কি মীহৌ চাউবগী মতৌ লৈববা ৱারীমচাশিংদা য়েংবা মতমদা, মহাক অদুনা উই, Mr. Theodore Bardacke না হন্দক্তা নৌহৌনা খঙখিরম্মী, "this

underlying use of association and emotional suggestion", (নুংগী ওইবা পুন্না থবক তৌমিন্নবগী ৱাফম অমসুং পুক্লিং ৱাখল ঈথিলনা পীরকপা ঈজিং) উবা ঙমই অমসুং তাবা ফঙবা ফংই "objectively reported details" (পোৎশকশিংগী ওইবা পীরিবা অকুপ্পা মবোল)গী মতেংনা । অসিগুম্বা শক্তি অসিগী অবেপ্পা মওংনা Malcolm cowley না অসিগুম্বা ৱাফম অসি হায়বা ঙমহল্লি মদুদি "Hemingway গী ৱারেংশিং অসি খ্বাইদগী ফবা মওংদা নুংগী ওইবা খমথেংনা লুববা ৱাখল ফোঙদোকই অমসুং মাংজিল থানা চংশিল্লি তোঙান তোঙানবা থাক্তা, হায়বিবা গুন অসি মহাক্কি খ্বাইদগী ফববা মতৌ তম্বা অইবশিংদা য়াউবা উদে।" মশামক্কি ওইবা মসি শিজিন্নবগী মতৌনি" পাঙথোকপা য়াবা মখল অমগী অইবা ওইনা ফোংদোক্লবা শক্তমনি... কনাগুম্বা মীওই অমনা হেক্সিয়া পুক্লিং থিংজিল্লবদি লাইবক ফবা ওই। মফম অদুদা মবিশুবা অমসুং মঙাশুবা পাক চাউবগী চাং অদু ফংবা ঙম্লগনি।

মহাক্কি অয়াম্বা লাইবিকশিংদা, অকনবা মওংদা দাযিত্তা খঙনা চংশিল্লি অমসুং অমুক হন্না থৌনা হাপ্পি অবিবা পুম্বব, অরিবা ৱাহৈশিং অমসুং মহৌশাগী ওইবা ৱাহৈশিং, পুক্লিং ৱাখলগী মমীদা সাহিত্যগী ওইদবা লোম্দাশিংগী মবমদা Sabidurian ওইবিবা Hemingway লেপ্লমক অসিগুম্বা থবক অসি তৌই। ঐখোয় ৱাফম অসিদা মহৌশাগী ওইবা শাহিং চাবগী শাজং মতৌ লৈববা নোংখাক-নোংলাওনি হায়না পাউখুম পী, নত্রগা Dr. Jung গী খাঙবা কনবগী থৌনা মত ফোংদোক্লনা "Wise old Man" অমসুং " Shadow" দা হন্না হন্না মাইয়োক যাবগী নিংশিং খুদম ওইনা তৌবগুম। ঐখোযগী অচুম্বা ৱাফমদা যুম্ফম ওইবগা শাগৎপা ৱাখল্লোন মীওইবগী Brain cell দা মপা মপুদগী চথবকপা ঈমবিগী সম্ব য়াওবগা মরী লৈননা ঐখোয়না য়াবা, নত্রগা Bentham গী Psychological Hedonism (মনোবিজ্ঞানগী ওইবা পুক্নি হায়বসি হবাউ তয়াম্না লেনবনা পান্দম ওইগদবনি) হায়বা হৌজিক মতমগী থজনববু শুগাইনা তাকপা তান্না ঐখোয়গী পাউখুম ওইনা, ঐখোয় মফম অসিদা মদু থোইদোক্লা মরী লৈনবা দরকার ওইদে। অদুম ওইনমক ঐখোয় অচুম্ববু শুগাইনা তাক্লি, ৱাফম অসিদা Hemingway না ইবা ৱারেং পুম্বদা মপুং ফানা থবক তৌরি।

ঐখোয়না ফংবা ঙম্বা কলাগী পোথোকশিংগী মনুংদা হিংদুনা লৈরিবা মপুং ওইবা শক্তমদি Corad না মহাক্কি ৱামাং য়ানবদা কৌরম্বা "the presented

vision" নি। মসি মখল অমগী মীৎয়েং ওইবা য়াই 'য়ানিংদবা ফাওবগী নত্রগা মীনুংশি উৎপগী, মীপাইবা শোকপা নত্রগা হুয়াউ-তয়াঙ্গী।" মসিনা পল্লিবা মরুওইবা ৱাফমদি মসিগী মনুং চন্না কনাগুম্বা ৱাখল খনবগী শক্তি লৈরবা জীব পানবা মীওইবা অমত্তনা তোঙান তানা মফম অমদা লৈরোই, মহাক ময়োল লমদমগী শরুক অমনি। মরমদি খুদোল তৌরিবা ৱাখল মীৎয়েংনা হেক্তংহল্লি "মদুনা য়েংদুনা লৈরিবা মীওইশিংগী থম্মোইদা তঙাইফদনা নুংশি চান্নবা হিংমিন্নবগী ৱাখল পোকহল্লি, অদুগুম্বা অপুনবা লিচিং অদুগী হৌরকফমগী মরমদা থিরবদা অঙকপনা থল্লবা ওইবা, হোৎনজমনগী মহে, হুয়াউ তয়াঙ্গগা লোয়নননা, আশাগা লোয়নননা, তম্না ঙমদ্রবা লাইবক্তি ফিভম, মদুনা মীপুম খুদিংমকপু অপুনবগী লংলানা পুনশিল্লিবা, অমসুং সংসারগী মীওইবা পুম্নমু মীৎনা উবা মওংদা।"

অসিগুম্বা "Presented vision" গা মরি লৈনবা হিরমদা Hemingway য়াম্না তশেংনা তরু- তনানবা ওই "অফবা লাইরিক পুম্বা" মহাক শোক ১৯৩৩ দা ইরম্মী, "মখোয় অদু তশেংনা তোকখিবা থৌদোক্তগী হেন্না চুম্বা ওইরম্মী অমসুং নহাক মহাক্না ইবা লাইরিক অমা পারবা মতুংদা পুম্নমক অদু নশাদা থোকখিবগুম ফাওগনি অমসুং মমৈথংদদি নশামক্না পুম্নমক্কী মপু ওইবগী ৱাখল ফাওগনি; অফবা পুম্বা নত্রগা ফত্তবা খিবিক, থমথেংনা নুঙাইবা কৈনিংচিৎ অমসুং অৱাবা থৌদোক পুম্বা প্রজাশিং অমসুং মফম অমসুং ঈশিং-নুংশিৎ অমসুং অঙৎ-অশাগী ফিভম্না করি ওইরম্বা। নহাক্না করিগুম্বা খরা ফংবা ঙন্নবদি নহাক্না পোৎশক অদু মীয়ামদা লাম্বোকপা ঙমগনি, অদুগী মতুংদা নহাক অইবা অমা ওইরগনি।"

তোঙান তোঙানবা লম্নাই মীওইশিং অইবা অনিগী মরক্তা শাক শম্না নত্রগা অথম্নবা হিরমদা য়ানবা ঙন্নোই। অইবা মীওই খুদিংমক্তা, সাহিত্যগী ফজবা কাংলোনগী ওইবা অমসুং চৎন-পথাপকি ৱাফমগা মরী লৈননা ঙাংবা তারবদি; কনাগুম্বা মীশক অমনা ফংবা ঙমই Blake কি থৌনা য়াওদনা শোম্বাংননা ফোংদোকপা ৱাহৈশিং "ঐহাক ইশাগী ওইবা চৎন-পথাপ ইশানা শেমজগনি নত্রগা অতোপ্পা মীওইশিংগী মীনাই ওইগনি।" Hemingway কৈদৌনুংদা মহাক্কী ৱামাং য়ানবদা ফোঙদোক্লিবা ৱাফম অমসুং নমুনা লৌবা তৌরমদে। অদুম ওইদুনসু মহাক ঙাংথোরকপা ৱাঙাং খুদিংদা পুম্নমক্তি মফমদা পল্লি অইবা অমগী চংদবা য়াদবা মচাক ভান্নকপা মতমদা conrad পু মপুং ফানা য়ানিংবা উংলি। "ঐহাক্না ফংগে খল্লিবা

ঐগী পান্দমদি ওই, অইবা মাহৈগী শক্তিনা নহাকপু তাহনবনি, নহাক্কী মাখলদা কাউহনবনি। মসি ওই, পুন্নমক্কি মাংদা, নহাকপু উবা ঙমহনবনি। মদুদা - মথা তানিংঙাই ওইহ্রে, অমসুং মসি খুদিংমক্কি মরমদি মসিনা মীওইবা ঐখোয়গী মপাম্ভোংগী ওইবা অমসুং মনুং হক্তিন্না লৈরিবা মাফম ঐখোয়না খঙবা ঙম্বা পুন্নমকপু লমজিং-লমতাক পী। অইবা অদুনা মহাক্কী পান্নিবা মাফম ফঙবা ঙন্নবদি, মসি অসুন্না ওইগনি মহাক্কী শক্তি মনুংদা লৈরিবা খুদিংমক্কি মতেং লৌরগা মহাক মহাক্কী লাইরিকপু পারিবা মীওইশিংদা মদুগী চপ চাবা মহাউগা লোয়ননা মখোয়গী থম্মোয়দা হোংজিন্নি "the way it was" বু।"

# ALFRED KAZIN

## Hemingway the Painter, Professor of English at Hunter College

*Our people went to America because that was the place for them to go then. It had been a good country and we had made a bloody mess of it and I would go, now, somewhere else as we had always the right to go somewhere else and as we had always gone... Let the others come to America who did not know that they had come too late. Our people had seen it at its best and fought for it when it was well worth fighting for. Now I would go somewhere else.*

- Hemingway, Green Hills of Africa

Hemingway গী ইকোন কোনবা ফোটো অমদা মহাক্না Idaho গী শরক্তা মালটিন অমা কাউবগা চংপা উৎকনি। মহাকপু মোমোন মীনোক লৈত্রবা চীংজাউশিংনা কোয়শিল্লি। মহাক য়েংবদা থবাই নুঙাইতবা নুংশুক নুংজান্নবা মতৌ মাল্লশ্মী, মহাক্কী তৌরিবা মতৌ অদু উরুরগা প্রমান ওইনা খমথেংনা শাওবা মাল্লশ্মী, অমসুং মহাক নাইতোম ওই। লৈরিবা ফোটো অদুনা উৎলিবা শক্তম Idaho গী পুমহাং হাংলবা মতৌ খক্তা উই।

Hemingway গী মশাদা য়াওরিবা পোকপদগী হৌনা লোয়নরকপা মহৌশাগী খুদোল অমনা মহাক্না মশাগা চান্নগদবা অমসুং পামজবা মফম খনবদা পূম্নমক্তগী তোঙাল্লি মদুমক্না মহাক Idaho দা পুন্সিগী অরোইবা শরুক থেংনখিবগী মরমনি। অমসুং চুম্নদগী শাদানবা অমসুং ঙা ফাবা খোঙচংখক্তগী ওইদে। মহাক্কী পুন্সিগী তাক্কক খুদিংমক্তা মহাক্কী অনৌবা ইননবগী দরকার ওইরিবা মচাক ফংবা ঙম্নবা, শান্নরোই অমা ওইনা অমসুং অইবা মীশক অমা ওইনা মচাক তানশিনবদা থমগী ওইবা খৌরম পাংথোকপগুম লৈবাক অমগী চিদাই লমদা খোঙদাবনা মহাক্কী চান্নজবা অমসুং পামজবা মতৌনি। লৈবাক কয়ামরমগী অখন্নবা মফমশিংদা কোইনা লংকৈ চত্থুনা সাহিত্যগী মচাক তানশিনবগী হৈনবী Hemingway দা লৈ অমসুং

অইবা Henry James খক্তনা মহাক্কি মতমগী মমাংদা লৈরম্বা লিংথাবা য়াবা মীশক্তি। James ফাওবা লেংলবা ইউরোপকি মনুংখক্তনি অমসুং কৈদৌঙেদা মশাল লাম্না চংলমদে। মহাক লেপ্পমক ইকোন-কোনবা ওইথোকপা য়াবা ঙমখৈ লমদম থিখিরমদে।

অয়াম্বা আমেরিকাগী কোয়না চংপা অইবশিং, Melville হিরোই Mark Twain ছাপা কোয়চং চংলগা নম্বা মীশক, পাউমী, অমসুং লেকচররগুম্বা মীশকশিং, মখোয় তঙাইফদনা জীবিকা থিনবগীদমক তোঙান তোঙানবা মফমশিংদা লৈবম্মী। Hemingway অযাম্বা মতমদা মহাক্না খ্বাইদগী প্যমজবা চংপা য়াবা মফম খনবগা মবি লৈনৈ। মদুনা মহাক্না চংকে খল্লিবা মফমগী মমীনি। মহাক কালেন থাগী অঙনবা শকক্তা "up in Michigan" দা মতম লেল্লম্মী মবমদি মহাক্কি ইমুং মনুংগী ওইবা কালেনথাগী পোত্থাফমনি। অহানবা পৃথিবীগী লাঞ্জাও মতুং ইকান কাম্নদনা মহাকপু Toronto Star (চেফোঙ) না Turks অমসুং Greek শিংগী মবক্তা মখা চখনা তৌনবিবা লানগী পাউদম ফংবা ঙম্লনবা থাবম্মী। অদুবু মহাক্কি Michigan অমসুং Balkan শমজিন্নবগী ৱাবী In our Time দা মদুনা মহাক্না থেংনবকপা থৌদোকশিংগী লৌশিং খনগৎলগা ওইহনবা অঙকপা ৱাবী ওইনা শেমলম্মী। মফম অদুদা Hemingway ওইনবগী ৱাফম লাকলে অমসুং অইবা মওংদা Hemingway গুম্না। লাইরিক অদুদা য়াউবিবা পুম্না মশামক্কি ৱাহৈ পবেংশিংগুম লাকশিন্দুনা থমলম্মী। মহাক মপুং ওইনা নিংতম্বা মীশক অমনি। মহাক মশামক্না মশাগী পুক্নি লম্বী শেমজবনি।

কালেন খতুগী মনুংদা Michigan দা লৈবা অঙকপা মতৌ ওইরম্মী। মসিসু অঙকপা অমা ওইবম্মী মদুদি মহাক Paris কি মনুংদা Café অমদা ফমদুনা লৈবা মতমদা "the best town for a writer to be" (অইবা অমা ওইবক্নবগী খ্বাইদগী ফরবা সহর) অমসুং, café তা ফংবা crime অমা চারগা, অহানবা Nick Adams কি ৱারী ইবা হৌবম্মী শংবাম্নবা মচুনা মখুম পানবা নোটবুক অমদা Pencil মচিন তুম্নবা খুংলাই অমগা লোয়ননা পেন্সিল হায়বিবা খুংলাই অদু মহাক্না চংলিবা মফম খুদিংদা লোয়নরম্মী। পেন্সিল অমবু শুবিনা মচিন তুম্বা যাম্না মাঙনিঙাই ওইবম্মী। চহি কুম্মগী মতুং A Moveable Feast কি মনুংদা, নহাক্নসু ৱাফম অদু পুখোক্নম্মী মদুদি "Wasfful" মসিনা অতোপ্পা মীওইশিংগী ৱাবেং শিজিন্নববদি, Hemingway গীদা নত্তনা নহাক নিংশিংলুবদা কয়াগী মতিক

তোক্পুনা অমসুং লাইরনা লৈরে হায়বা য়াগনি। অমসুং করম্বা মতম অমসুং করম্বা মফমদা লাইরবা হায়বা ৱাকমসিংবু থেংনরবা হোংনবদা অসুক্কি মতিক লায়না থোকপা মওং ওই মদুদি নহা ওইরিবা মতৌ মনাউ অনি পিক্লিবা মচাগা লোয়নন্না নোংমগী খরচ দোল্লাব মঙানা লেনবা অমসুং Austria দা চৎতুনা Sking তৌবা ৱারীগী মতুংদা পল্লোইদ্রা? মসিনা হাংলবা চাকখাউদা চরা অমতং ফংনবা হোংনবা মতেং ফংবা ঙমগনি লোতুনা লৈরিবা মচাক পুন্বগা লোয়নননা Cezannes কি মনুংদা Luxembourg তা থোকপগুম হেন্না ময়েক শেংনা উই, লৌশিনবদা হেন্না লায়না থোকই নহাক্কী ইরিবা অদুগী পান্দম নহাক্না Cezannes না শিজিন্নবিবা লমদম অদুগী মবমদা মশক খঙবা ঙম্বা মতমদা।”

Hemingway না থুংলুবা মফম খুদিংমক, মহাক্না ফাওদুনা চৎখিবা মফম পুম্বা, করিগুম্বা পাম্বে অমনা Hemingway বু অইবা অমা ওইনবগী মবমদা থেংনরকপা মচাকশিংনা মহাক্কি মগুন হান্নী। মহাক থোইদোক-হেন্দোকপা মখলগী পকশিন্ননা থবক তৌঙম্বা মীশকনি। মহাক্কি অফাউবা খুংলাম্থোক Style গীদমক্তা পোং কয়া লৌথোকপা তন্নম্মী, অদুবু Michigan গী trout ফংবা ঈচেল নত্রগা Paris সহরগী গলি অমা শিংথাবা মতমদা অতৈগী নঙনা ষন্দ- মাত্র চান্নবা খক্তগী ওই। Michigan হায়বা লমদম অসি পুম্নমক অবিবা যুগকি পুন্সি মবেল, শাবমচং চৎপা, পুম্নমক্কি মথক্তা মশাদা ফিথোংদ্রবা মীওইশিংনা খুন্দাবা লমদম, Hemingway গী ৱারীদা তৌবগুম থৌশাবিদ্রবা অৱাবা শক্তম চেন্নবা লমদমনি। Paris হায়বা সহর অসিনা ইলেক্ট্রিক ঙান্না থান্নম্মী, মীনা কৃক কৃক ইম্ননা লৈবা, অদুবু পুম্নমক্কি মথক্তা ফাগী মতৌ মান্নবা লুপনা খন্দ্রবা The Sun Also Rises কুম উরম্মী। Maurice Utrillo গী মতুংদা কনামঙনা Paris কি গলিশিংবু শকখঙনা লোয়নবা মীরৈবাক মচা Hemingway গুম্না তৌবা লৈরমদে অমসুং মহাকপু লমদম অদুগী লৈরিবা মওংনা নুংশিনা হরাউ তয়াম্না ওকপা খক্তমক তৌরম্মী মমীংগা লোয়নননা - Rue du Cardinal Lemoine, Place de la Contrescarpe মফম অদুদা মতম পুম্বদা খজিক্তং মমীংগা লোয়নননা পনবা য়াবা “The dancing club was a balmusette in the Rue de la Montagne Sainte Genevieve” মদুনা Hemingway দা মহাক্না ইরিবা লায়াই খুদিংগী শরক্তা মহাক্না Paris তা মীনৌ অমা ওইনা মহাক্কি ৱাখলদা তুংশিন্নকপা পুৱা লৈতেংদুনা শিজিন্নবগী শক্তি পীরম্মী।

মহাক অনৌবা পোৎশকশিংবু খণ্ডনিংবগী মৌরাংবা পোক্লম্মী, অচুম্বা বিচার হায়বসি করিনো খণ্ডলম্মী, মহাক কবিগুম্বা মফম অমগী দবকার ওইবা মচাক ফংনবা হোৎনরকপদা মহাক মাংজৌননা মশাদা মৌরাং লাংশিন্দুনা থন্দ্রপ্রম উরম্মী, মহাক্না মদুবু মশক খণ্ডলবা মতুংদা য়াম্না থুনমক অতোপ্পা মী ওইশিংবু তুক্কচনা যেংবা হৌরকলম্মী। অখন্নববা মৌবম হায়র্বাদ অথোই-অহেন লমজেল তান্নবকপা মতমদা থেংনবকপা মৌশিংদা য়ুম্ফম ওইবা মচাক কয়া মাংজিল থানা উৎলম্মী। Victorian মমা মপানা হায়বা ইম্দ্রদুনা, হায়ফুলদগী চহি অমা মপাল থোক্লকুবা মতুং মহাক মশামক থবক্কি লমদা খোঙদারম্মী, Red cross তা Volunteer ওইনা ইটালিয়ান ফ্রন্টতা চঙলম্মী অমসুং মশামক য়াম্না শাথিনা ঈ'যাম খঙনা অশোক অপন মশাদা থোক্লম্মী। Middle class কি মপুং ওইবা শক্তম চেনবা নুপামচা "Our best families in Oak Park" ওগী হৌবকপা, মশাগী চহি ১৯ শুবকপা মতমদা মতম কুইনা তুংদুনা লৈবগদবা লাঞ্জাউগী মমী অবি - তুজুং, অমসুং অশিবগী বাফম মশাদা ফাউবপ্লোইদ্রা ? অমসুং Hemingway নত্তনা কনা ওইদে মহাক্না থেংনখিবা অশোক-অপনবু চাউনা শিংথাবগী মীকুপ লাক্লোইদ্রা? মতমদুদগী হৌবদুনা মসি মহাক্কি লাঞ্জাউ ওইবম্মী, লাঞ্জাউ মহাকনি। Tolstoy গী Sebastopol বাবীশিং পাকবগা Green Hills of Africa দা শাদানবা চৎপা ম তমদা Boulevard de Sebastopol দা নোং মবক্তা সাইকল অমা তোংলগা সড়ক্কি মখা থংবা শকক্তা থৌবগী বাখল পোকহল্লম্মী।

অমসুং ঐহাক Tolstoy গী মরমদা অমসুং লাঞ্জাওগী মবমদা হেংনরকপা মৌশিং লৈবগী খুদোংচাবা অইবা অমা ওইনা ফংলে খল্লম্মী। মসি হিবমশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী মপুং ওইবা অমসুং লেপ্পমক চুম্না ইননবা হোৎনবদা অক্ষবা ওইবা, লাঞ্জাউগী মরমদা মখোয় উকবা তৌদবা অইবশিংনা মতম পুম্বদা য়াম্না মীহৌজবা অমসুং বাফম অদুবু মক ওইদবনি হায়না খনবা, নত্রগা মহৌশাগা মান্নদবা মতৌ লৈবা, নত্রগা হিরম অমা লাইনা চেল্লবা মতৌনি, মতম অদুদা, তশেংনমক, মসি মাংখ্রবা পোৎশক অমা মহৎশিঞ্জিনবা ঙমদ্রবা মতৌ লৈরম্মী।

নহাক্কি মশাদা শোকখিবা অদু য়াম্না অবাবা মতৌ ওইনা ঙাক্লিউগী বাবীশিংদা অমসুং লালগী ফুক্কা বারীশিংদা চুমদ্রিং চংশিল্লম্মী। In Our Times হায়রিবা লাইরিক অদুনা অথন্নবা চৈথেং অমা ফংলবদা হকচাংগী ওইবা পাউখুম য়াউদনা passage শিং ইননবা তক্সিরম্মী। চাউরবা মৌশিংগী মপু ওইবা বাখল খুদক্কি ওইবা

খুদোংথীববু জয় তৌবগা পোকই; পুন্সিগী মনুংদা কলাগী লমদা তৌবগুম। Hemingway তশেংনমক মায়োক্লদুনা খুদোংথীবা মথং মথং থেংননবা শিনবা দবকাব ওইবস্মী। মহাক হিংসাগী ঋাফম থিননবা শিল লাংলস্মী। তশেংনমক খুদোংথীবা মায়োক্লবনা মবম ওইদুনা, মহাক মহাক্কি লৈজবিবা শক্তি পুম্বা অনৌবা খুদোংথীবা অমা থেংননবা কনাগুম্বা অমা নত্রগা কবিগুম্বা পোংশক খবা মায়োক্লবগী মতৌগুম লৌবস্মী। মহাক্কি মমৈথংগী পুন্সি, অবা চৈথেং ফংলবগী মনুংদা মহাক্লা হায অইবা অমগীদমক্তদি নিংখাযবনা মবম ওইদুনা মশামক থৌবি কোঙ্গোযদা শিজবনা অফবা ওইগনি অমসুং "মতম অদুদা মীনুংশি খঙদনা যাঙ্কুৎতুনা হাংপা অমসুং মশামকপু মশাগী নম্ফুনা মহাক্কি পুন্সিগী লেমহৌবিবা শকক্তা ইননবা মহাক্লা থ্বাইদগী ফবা অঙম্বা থাক্তা হোৎনবনি। য়ামদ্রবদা মহাক থৌবি য়াল্দুনা শিবগী ঋাবী লাকপা থেংনবগনি।"

অসিগুম্বা খুদোংথিবা মাযোক্লবগী দবকাব ওইবগী মবম, লেপ্পমক শিংনবগী মতৌনি, মসিনা কবিগুম্বা খবা হায়বদি International গী থাক্তা লৈববা শান্নবোইখক্তনা ফংবা ঙমগদবা ওই। In Green Hills of Africa (১৯৩৫) মহাক হৌজিক ফাওবদা মদু মশক খঙবা ঙমলে হাযবগী চাউথোকচবা লৈবস্মী।

"And you know w hat you want?"

"Absolutely, and I get it all the time"

মসি অখন্নবা মতমগী খুদমনি অমসুং তোপতোপ্পা মশাগী থাজবনি। যাম্না লৈশি-লৈথোন্দুনা ঙাংবা তুংদা ওইবক্কদবা ফলগী খন্দ্রবা মীওইশিংখক্তনা শিনফমগা মবি লৈননা অসুম্না ফোংদোক্লস্মী। Hemingway না কুপ্পা খুগাইদুনা মশামক্লা থিজবিবা পোংশক্তে লনথুমগী নক্তে মীংচংকিনি। মপুং ফানা খেন্নববা, থ্বাইদগী থোইববা মখলগী মীওই, চিংননিঙাই য়াওদনা তোপতোপ্পা মহাউ য়াওববা মীপাল তাংদ্রবা ওইবা মঅসুং মহাক্কি মতমদা ঋাবেংগী লমযানবা ওইবস্মী। অইবা পোংশক হাযবসি খুদিংমক ওইবস্মী। Hemingway না পায়থংখিবা খোঙচং, খোঙচং অদু অশিনগী লমদমদা মদুদি Ezra Pound না হৈনিংদনা অমসুং মবম চানা খল্লস্মী মহাক Cantos তা ইবস্মী; মদুনা খমথেংনা হিবম অদুদা পুক্লিং থিংজিনবা অমসুং ফলগী মবমদা খুমাং চাউশিল্লকপা ওইখোকপা লৈবস্মী ঐখোয়না তোয়না অমুক হন্না পাকবগী ঋাফম নত্তনা "The Battler", "Fifty Grand", "Big Two-Hearted River" মদুদা হৌজিক ফাওবা ঐখোয়গী

শ্বোর থিংবা ঙমহল্লি। কনাগুম্বা আমেরিকা মচা অমত্তনা "In our Time" অসিগুম্বা অশেংনমক হকথেংনবা মচাকশিং পুথোকখিল্লি। পারিবশিংবু কনা অমত্তদা অহোংবা পীবা তৌল্লি, মরমদি কনামত্তনা অইবা হায়বা পোংশক অসিবু মশক থোক্লা পুথোকপা লৈরমদে।

অসুম তৌদুনা Hemingway না "অশেংবা হায়বা পোংশক" অমসুং "পোংশক ওইনা উংপা য়াবা" মচাক পুথোক্লুনা অইবগী অহানবা চংদবা য়াদ্রবা মচল ওইহল্লম্মী। মহাক লামাইশিংদা পুজিগী শক্তম য়েক্লম্মী, ঐখোয়বু উহল্লম্মী, ব্রাখল ফাউহল্লি অমসুং পুজিনা পীবা খুদোল মহাউ তংহল্লম্মী মসিগী য়ানশিন্নদ্রবা অমসুং লৌথোকনিংঙাই য়াউদ্রবা অশেংবা মতৌ উংলি। অসুম্না ওইবা য়াই ঐখোয়গী তশেংনা লৈরিবা অমসুং খঙলিবা পুম্বা ঐখোয়গী বুদ্ধিনা লাম্বা ফংবগী মনুংচল্লি, মদুদি মদুগী ওন্ন-তৈনবদা লৈরিবা পোংশক্কী মরমদা ঐখোয় করিগুম্বা অমা খঙবা তৌদে, মদুদি ঐখোয় হিংদুনা লৈরিবা পুজি অসি নাম্থোকপা য়াদ্রবা জীব পানবগী দ্রামা মখল অমনি। অয়াম্বা অইবশিংনা মখোয়না পুথোকপা থবকশিংদা মসিগী ব্রাকম পন্দুনা য়াউরমদে, মখোয়গী বুদ্ধিনা লাম্বা ফংবা অকক্লবা পনখৈগী মনুংদা, চেংশিন্না পল্লি মদুনা ঐখোয় মখোয়গী থবক্তি মরমদা ফংলকপা লৌশিংগী মচাকশিংনি মদুগী মতেংনা মখোয়না হিংননবা হোংনবগুম ওইরম্মী। Hemingway গী লাইরিকশিং পারুবা হায়বসি মতম পুম্বদা পুজি অসি মখা তানা হিংখিগদৌবগুম পূক্লিংদা ফাওই। লোয়ন-লোয়ননা মতম অমত্তদা পীরিবা ফলদি হরাউ-তয়াম্বনি মহাক্তি লৌনমগী মওং ওইরবা ব্রাহৈ পরেংশিংদগী ফংবনি, মঙাল লৈনা তোঙান-তোঙানবা মওংদা থোম্থাং য়ৈরিবা ব্রাহৈশিংদগীনি, পূক্লিংদা তুংদুনা লৈরিবা পুম্বা Passage অদুগী মমীদগী ওইরকপনি। মীপুম খুদিংমক করিগুম্বা থরা তোপতোম্না মওংগী তরংনা ঙাল্লবা ব্রাফমদা নকশিন্না পুশিল্লম্মী।

অয়াম্বা পোংকশিংদা Hemingway চুংশিংনবা ঙম্লম্মী, খ্বাইদগী শিংথানিংঙাই ওইরিবদি মহাক্তি তানশিল্লকপা লৌশিংনি। করিসু লৈত্রবা থৌদোক অমবু মহাক্লা য়োংগী থাজিনবগুম মফম চানা থমদুনা, মহাক্তি তোপতোম্না মহৌশাগী খুদোলগা লোয়ননা লংখংনা উহনবা ঙমলম্মী, মদু মশা মতোমতগী ওইবা মঙালনা থোকহনবনি। ব্রাকম অসিমক্তি মহাক্লা পুম্নমক্তগী থোয়না থৌরাংজবা, মহাক্লা শিরগদবা থৌদোক কয়াদগী তুংশিন্দুনা থমহৌবা পোংশক্তি। মহাক্তি অনশিল্লকপা লৌশিংশিংবু তুংশিন্দুনা থম্বা অমসুং লনগৈ ওইনা য়োক্লুনা থম্বা ঙম্বা মহাক্তি

তোপতোল্লা পিথোরকপা শক্তিগী মতেংনা মহাক্কি পুন্সিবু সাহিত্যগী ওইবা হেন্না শেল তিংদবা ফল অমা ওইনা ওষ্কোকপা ঙমই, মহাক্না মহাক্কি শেংলবা পনথে মনুংদা শিকপ্রবা পোংশক নত্তবশিং মীচেল কয়াবু পুন্সিল্লকুনা শিজিন্নরম্মী। মহাক্না মখোয় অদুবু শিজিন্নবগী লমদা "rain" কৌরম্মী অমসুং "rain" গী থৌরম শাংথোক্লম্মী Hemingway গী Style বু মাংদবা পোংশক অমা ওইনা তেক্ত- কায়দনা থম্নবগীদমক্তা।

মহাক্কি কুপপ্রবা ৱায়োলশিংনা ঐখোয়দা থৌদোক্লা থল্লবা পৃথিবী অমা পুরক্লম্মী অদুবু ১৯ শুবা শতাব্দিগী উপন্যাসশিংগুম্না থাবা ওইরমদে। নুঙাইবা ফাওদ্রবা পৃথিবী, অকুপ্পা মরোল পুম্বা নাত্তে চাদবা মওংদা চাউথোক্লা উহল্লবা, বোম থাদবনা ঐখোয়দা হিংশাগী মতৌ থোকদৌরে হায়না খঙহনবগুম ওই। Modernism গী অঙকপনা থল্লবা পোথোক কয়াগী মতৌগুম, মসি থল্লোইদ্দা অৱাবা মতৌনি ফাওগনি। A Farewell to Arms কি মনুংদা Isonzo তুরেলগী খোঙবান্দা Italian battle Police অমসুং Officer শিং মখোয়গী troop শিংগা কায়নরক্লবশিংগী মরক্তা Caporetto দা লানফমদগী খোঙফম হন্দোরকপা তাঙ্গাদা খুৎ থোক্লরকপা ওই। মরাইবক থীরবা ওফিসারশিং অদু ৱাহং হংবগা লোয়ননা অহৎকপা খুদক্কি দন্দি পীরবা মতমদা অকি তুজুংগী দৃশ মতম অদুদা হেঙ্গৎহল্লি। অহিংগী মতমনি। Battle Police শিংনা টৌর্চ লাইট পায়রদুনা মৈঙাল অদুদা মহৌশা থোক্তবা মওংদা মরাল লৈরবা মীওইশিং অদুগী মায়থোংদা গুলি কাপশিল্লি, টৌর্চ লাইটকি মঙালদা Goya's Disasters of War গী মনুংদা।

মখোয়না ঐহাকপু পরেংশানা লৈরিবা ওফিসারশিং অদুগী তুংথংবা শরক্তা পুশিল্লম্মী হায়রিবা মফম অদু তুরেল খোঙবাল লমহাং ওইনা তৌবা মীওই কাংলুপ অমনা পুন্দুনা লৈরিবা মাইকৈনি। ঐখোয়না মখোই লৈরিবা মাইকৈদা চংশিনবা মতমদা নোংমৈ কাপলম্মী। ঐহাক নোংমৈশিংদগী মৈঙাল থোরকপা অমসুং কাপ্পগী মখোল তারম্মী। ঐখোয় কাংলুপ অদুদা চংশিল্লম্মী। মফম অদুদা ওফিসার মরি পুল্লপ্পা লেপ্তুনা লৈরম্মী, মখোয়গী মাংদা নুপা অমা লৈরম্মী মহাক্কি নাকন্দা Carabinieri শিংনা কোয়শিল্লম্মী। মী কাংলুপ অমবু Carbinieri শিংনা লেপ্তুনা ঙাকশেল্লম্মী। অতোপ্পা Carbinieri মরি অমনা ৱাহং হংলিবা ওফিসারশিং অদুগী মনাক নক্লা লৈরম্মী, মখোইগী Carbines শিং ফিভম শেল্লদুনা ঙাইরম্মী। মখোয় টুপী অপাকপা উপ্পা Carbinieri শিংনি। ঐহাকপু শেন্নরিবা মখোই অনিনা

ঐবু ব্রাহং হঙ্গদবা মতম ঙাইদুনা লৈরম্মী। ঐহাক ওফিসারশিং অদুনা ব্রাহং হংলিবা নুপা অদুদা য়েংদুনা লৈরম্মী। মহাক মশা নোয়বা পোক হৌরবা মী শিক্তক তৌবা লেফটেনেন্ট কর্নেল ওইরম্মী অমসুং মহাক লৈরিবা Column অদুদগী খন্দোরকপনি। ব্রাহং হংলিবা ওফিসারশিং পুম্নমক মতিক চাবা মতৌ লৈবম্মী, ঈং তম্না মতৌ অমসুং ইটালি লোন্দা য়াথং তৌবা ওস্না মখোই অদুনা কাপ্লম্মী অমসুং মখোয়বু কাপকদবা নত্তে।

"নহাক্কি ব্রিগেড?"

মহাক্না মখোয়দা হায়বম্মী।

"রেজিমেন্ট?"

মহাক্না মখোয়দা হায়রম্মী।

"কবিগীনো নহাক্না নহাক্কি রেজিমেন্টকা লোয়নন্রিবা?"

মহাক্না মখোযদা হায়বম্মী।

"নহাক খঙব্রা ওফিসাব অমনা মহাক্কি লান্মীশিংগা লোযনগনি হাযবা?"

মহাক খঙলম্মী।

পুম্নমক অদু ওইবম্মী। অপোম্না ওফিসাব অমনা হায়বম্মী।

"মসি নহাক অমসুং নহাকুম্না মী ওইশিংননি মদুদি শাহিং চাবা মীনুংশি খঙদ্রবশিংন। ঐখোযগী শেংলবা ইপা লৈবাক্কি লৈহাউদা খোঙদাহল্লিবা"

"ঐ নহাক্কি অযাবা নিজবি," লেফটেন্টে কর্নেল অদুনা হাযবম্মী।

"অসিগুম্লবা নহাক্না পাঙখোল্লিবা লৌনম লাংনা মবম ওইদুনা ঐখোয় মায় পাক্পগী মহৈ মাংলম্মী।"

"নহাক কবিগুম্না ম রমেদা খোঙফম হন্দোকপা লৈগ্রবা?" লেফটেনেন্ট কর্নেল অদুনা হংলম্মী।

"ইটালি কৈদৌঙৈদা খোঙফম হনবা তৌদে।"

ঐখোয় ব্রাহৈশিং অসি তাবদুনা মফম অদুদা নোং মবক্তা লেপ্তুনা লৈবম্মী। ঐখোয়গী মাংমক্তা খজিক্তং লৈয়াইনবপ তৌনা ঐখোয় ওফিসাবশিং অমসুং বন্দিশিং লেপ্তুনা লৈবা মায়োক্লবম্মী।

"নহাক্না ঐবু কাপ্পা তাববদি," লেফটেনেন্ট কর্নেল অদুনা হায়রম্মী, "চানবীদুনা খুদক্তা কাপ্পু মখা ব্রাহং চখবা তৌদনা। মখাতানা ব্রাহং হংবা অপংবা মতৌনি।" মহাক Cross কি খুদম উংলম্মী। ওফিসারশিং অদু মশেল মনুংদা ব্রা তান্নরম্মী। মীওই অমনা চেদা কবিগুম্না খব ইবম্মী।

"মহাক্কি খুৎপু লাম্নী থাদোকপা মীশক কাওুনা হাৎকদবনি," মহাক্না হায়বম্মী। য়েক্লিবা শক্তম অদু তশেংনমক য়াম্না ময়েক শেংনা উই - অমসুং অসুম তৌদুনা ব্রাবেং মতেক খুদোল তৌই। "মশা নোয়বা পোক-হৌববা পীক্তক তৌবা লেফটেনেন্ট কর্নেল অদু" লামায় অদুদা মতম পুম্বদা থেংনগনি, খমথেংনা ভুকচবা ব্রাঙাং শিজিন্নদুনা 'মখা তানা ব্রা হংবা তৌদনা ঐহাকপু খুদক্তা কাওুনা হাংলু। ব্রাহং হংবা হায়বদু অপাংবগী মতৌনি।" Hemingway পামজনা অমসুং ইকাই খুম্না, Italian, Spanish, অমসুং French লোলশিং অবেম্না থম্না মতৌ তম্বগী হৈনবী লৈবম্মী। Stupido হায়বা ব্রাহে অসি মপুং ফানা ভুক্তচৈ উৎপনি। ছাত্রশিংগী মীবোল কয়ানা, modernism য়োকখৎতুনা শ্বাইদগী নৌবনি খন্না (অদুবু অবোইবদি নত্তবা) মহে মশিং তম্বগী চংনবী লৈ, হৌজিক মতমগী ওইনা ব্রা ঙাংবা মতমদা ব্রাহে মশিং হন্থনা শিজিন্নবা, পবেং কয়ামকম মশিং হন্থহন্নগা অমনা মহৎ শিজিনবা থাপ্না লৈম্ববা পোৎশকশিংগী ফল ওইনা Hemingway না ঐখোয়দা মহাক্না কোংদোক্লিবা অর্থ উহন্নবা হোৎনবদা প্রমান পাম্থে কয়া শিজিন্নবনা, ঐখোয়বু নাক নক্না পুশিল্লি, ভুবেল খোঙবান্দা উৎলিবা দৃশ অদুনি। উকবা হাযবা ব্রাফম য়াম্না মক ওইবনি; Hemingway হিবম কয়াদা হায়বদি লায়েকপা মীওইশিংদগী অমসুং অথন্নববা লালগী থৌদোক মীৎনা উবা ঙম্না মদুগী দৃশ কয়ামকম Stendhal, Tolsloy, Crane চিংবদগী তম্লম্মী, মদুনা মহাক Caporetto দা চত্তুনা খুদকতুমক্তা লানগী জ্ঞান তানশিনবা ঙমহল্লি।

অদুবু উৎলিবা অদুগী য়াম্না মকওইবা ব্রাফমদি Hemingway গী উৎপা মথৌ তাবদগীনি, ব্রাহং হংবা অমসুং নোংমৈ কাপ্না অবানবা ব্রাফম ওইনা চখবকই, মপুং ফানা চুমদবা বীচাবনি, কিনিঙাই ওইবা মওংদা লাল্লবা অতে থৌদোক্তম্না খাঙবা ফনবা অমসুং ব্রাখল পুক্লিং ফাথবা ঙম্না মীওই খক্তনা "In Our Time" তা তৌবগুম মশা নোয়বা পোক হৌবা অপিকপা লেফটেনেন্ট কর্নেল অদুনা, য়াবম্মী। মরমদি মখোয় অদুনা মতম পুম্বগী ওইনা মপুং ফানা ভুকচববা মীওইশিংদগী থাক ব্রাংবা হেল্লি।

Hemingway মহৌশানা পীখোরকপা খুদোল কয়াগী ঙম্না লৈতেংই। মহাক্কি শ্বাইদগী চাউবা খুদোল মহাক্কী অঙকপা মতৌ ওইববা য়েক্লিবা শক্তমগী ফল অমসুং মদুগী য়ুম্ফম্না ওই হৌজিমক চথদুনা লৈরিবা চু মদবা বিচারগী ব্রাখল মঙোন্দা ফাওহল্লি, পোৎ খুদিংমক্কি থম্মোইদা লোয়নদুনা লৈরিবা

অয়ানবা হায়বা ব্রাকম, মদুমক্তা আমেরিকা মচা অমনা অব্রাংবা থাক্তা কাবা ওন্বা মদুবু মহাক্লা শুগাইনা অব্রাবা মতৌ ওইরবা হিরো অমনি তাকনি। "অতিয়াগী মখাদা চাউরবা কাং খোং চায়রবা ক্বিডম অমা লৈরে," চাইনিজশিংনা হায়। ওসিদি মখোয় ব্রাকম অসিদগী রাজনিতীগী নুঙাইবা লৌরি, শতাব্দি কয়া চংনা মীয়াম্গু ওৎলকপনা ময়ম ওইদুনা মদুদগী তোকখোকপা তম্মী। Hemingway Middle West তগী আমেরিকা মচা অমনি "গনতন্ত্র চৎলিবা লমদমনি।" মহাকপু মশা মতোমতা মীশাল তাংদনা হীবা ওন্নবা মপা মমানা অরিবা American religion মখাদা য়েংলকপনি। মহাকপু, প্রজাশিংগী ওইবা হিংদুনা লৈরিবা সংসারনা ইনশিল্লম্মী অমসুং মী খুদিংমক লুবগী ওমখৈ নাইদ্রবা অপংবগী কোম্লংলোমদা চংশিল্লি হায়বা মহাক খঙই। অদুবু মহাক, ২০ শুবা শতাব্দি চংশিল্লরুবা ফাওবদা মশাগী ওইবা লম্নাই নিয়ম খরা ওাক্লা চংকনি হায়বা ব্রাফম লৈরম্মী মদুদি, Lady Brett না The Sun Also rises তা মসিগী মরমদা হায়রম্মী "deciding not to be a bitch" (হুই অমোম অমা ওইরোই হায়বগী ব্রাবেপ), মসি কনাগুম্বা মীওই অমগী ধমগী মহৎশিনবা মতৌনি হন্না হন্না শিজিন্নরবা মতুং, অসিগুম্নবা পুথোক্লবগী খোল্লাউ অসি কনাগুম্বা মীওই অমগী রাজনিতী ওইবকই। অসুম চথবকপনা হায়বিবা নিয়ম অসি ৩০শুবা শতাব্দিগী মনুংদা অঙকপা মওংদা মশামক্লা অয়াবা শীববা নিয়ব কয়াবু মশাগী লমচৎ-শাজৎ মওংনি খন্না লাওথোকখিবা ব্রাফম তশেংনমক ময়াং কংশিল্লরুম্মী, অব্রাবা মতৌ লৈরবা অইবগী খুৎই, Hemingwav গী খুৎইনি। অসিগুম্বা নমুনা অসি চাউখৎপা নাইরম্মী "The disasters of War" (লাঞ্জাউগী অব্রা-চৈথেং) অদুবু মসিনা করিগুম্বা পাম্বৈ অমগী মতেংগা লোয়ননা অখন্নবা মীওই খবধুদি অব্রা-অনাদগী কল্লম্মী, আইন হাযবদু অসুম্না ওইবম্মী অমসুং পুবোহিত পুম্নসুনি।

পাবিসকি মনুংদা Hemingway গী খাইদগী চাউরবা ওজাদি Gertrude Stein নি, Hemingway না ফাওরক্লবা মতমদা মহাক্লা মহাকপু শাউরম্মী মরমদি মহাক্লা Hemingway বু য়াম্না হম্ববা থাক্তা লৈবা মরু ওইদবনি হায়না লৌবা মহাক্লা অতোপ্লা মীওইশিংদা তৌবগুম খনবদগীনি। মান্নদবা মওংদা Hemingway, মঙোল্দা লৈবিবা ব্রাখল মশামক্তি নাপল অমসুং খোইচৎনবনা মপুং ওইবা মতৌনা থীংবা ওমদবা অশাউবা উৎলম্মী মহাকপু থৌওই উশিত্তবা উৎলকপা মতমদা করিগুম্বা মওংদা খজিক্ত-ফাওবা নাচুংবা তৌরমদে, Stein

কৈদৌঙেদা থাজবা য়াংলমদে। অয়াম্বা মতমদা মহাক মশাগী ওইবা অমসুং ইমুং মনুংগী থাক্তা থবক পাইখৎলম্মী মদুদি মহাক্কি ওক্সিঙৈগী অইবা পুম্না য়াম্না ময়েক শেংদবা নাকল অমরোমদা হায়রগা থম্মী মরমদা পাংথোকপা সভাগী শাউজেলগুম ওইরম্মী। মান্নদবা মওংদা Hemingway, মহাক মতম পুন্নদা মশাগী ওইবা য়াফম অমমুং রাজনীতি পুল্লপ অমত্তা ওইনা পুনশিনবা, মহাক্কী থবক মওং অমসুং পৃথিবী অসি ওইরম্মী, অমরোমদা য়াম্না হৈশিংনা প্রমান পাম্লে ওইবা য়াঙাং শিজিন্নদুনা মহাক্কি খুৎইশিংদা অতৈ অতোপ্পগী পোথোকশিংবু থোইদোক্না শিংথানিংঙাই ওইদে হায়বগী য়াখল ফাওরম্মী। হেন্না ফবা, থরগা হেন্না ফবা, French Garage owner অমদগী মহাক্কা ঙাংখিবা য়াঙাং অদুদি Hemingway না The Sun Also Rises কি অহৌবদা - "You are all a lost generation " মহাক অসুম্না ঙাংলম্মী মদুদি ১৯ শুবা শতাব্দিগী মনুংদা করিগুম্বা য়ানিংবা মতৌ অমত্তা থীবা ফংলমদে।

Hemingway অরিবা যুগকি লোয়শিল্লকপা তাঞ্জাদা পোকলম্মী অমসুং মহাক্কি মরাইবক্তা সতাব্দি অদুগী মনুংদা চাউনা কাং খোং চাইদুনা লৈরিবা ফিভমবু ফোংদোক্নুনা ঙাংননবা তম্লম্মী। মঙোন্দা লৈরিবা ওকপা ফাওরিবা য়াফমদি খুদিংমক মঙোন্দা চুশিন্নবা ওমদবা অমসুং মহৌশাগী ওইদবা য়াফমদা খুদক্তা ভাব তাবা ঙম্মা চোংথোরকপা, খুদোংথিবা ওইরিবা হিরমগী মতাংদা, পুন্সিদা খাঙমদবা চৈথেং কয়াগী থাক, লম্লাইগী নত্রগা রাজনীতিগী ওইরবসু হিরম খুদিংমক্তা নুপীশিংগী ওইবা হকচাংগী ওইবা অকিবা লোয়নজে অমসুং নুপাশিংগীসু অদুমক লৈজে; অনিমক মুম্বানবগী ওগানশিংগা মরি লৈনে, মুম্বানবগী ইন্দ্রিদা শোকহনবা অমসুং মদুবু ইকাই খুম্না লোয়নবগা মরি লৈননা। Hemingway মশামক খঙলমদবা য়াই মফম কদাইদা অমসুং মতৌ করম্না ফাওরবা, চেকশিনবগা লোয়ননা শাফরবা, কিবনা ইম্রবা শান্নরোই, করিগুম্বা মতমদা অঙাউবগী মতৌগুম লান্দাগাম্লবা মীশক অমনা, অসিগুম্বা অথম্নরবা হিংসাগী থবক অমসুং হকচাং কয়াংকি ওইবা লৈথাইবগী থবক্তা অকিবা ফাওবা-মসি "The Battler" গী মনুংদা শুগাইনা তাক্কি মদুদি থবক ফদ্রবা কোইচং চকুনা হীংবা মীশক অমগা থেঙ্গায়নবগী য়াফম লৈরিবা য়াফম্বু মরি লৈননা মীনুংশি খঙদবগী মতাংদা, খুদোংথিবা, অমসুং চুমদবা বীচারনচিংবা খুদক্তা ভাব তাবা ওমই। মুম্ফলোনগী ইন্দ্রিগা মরি লৈননা অকাইবা থোকপা হায়বসি সংসারগী মনুংদা লৈরিবা পোৎশক্কি মদুদি Hemingway খঙনা মদু লোৎশিন্দুনা থম্বা ওমলম্মী

অমসুং অদুম ওইনমক য়েলহৌগৈগী অরিবা ঋরী ওইহল্লদুনা The Sun Also Rises অমসুং Death in the Afternoon গী মনুংদা চথরম্মী। অদুবু Hemingway গী অওকপা ফংনা লৈরিবা মহাক্কি শোয়নাইরবা পূক্লিং লৈতাদ্রবা মওং অমসুং মহাক্কি নুংগা ওইবগী চাংদবা য়াদ্রবা মচাক অনিগী মরক্তা অমগা অমগা লৈনবা মরিদা চাওনা অহোংবা পুরক্লম্মী হায়বা তশেংনা ওইথোকপগী ইঙ্গিৎ ফংলম্মী করিগুম্বা খরা তোপতোপ্পা মওংদা ফল পীবম্মী। শোয়নাইরবা মতমদা মহাক মশামক্তা য়ানিংদবা ফাওবা পুম্নমক অদু লোৎশিন্দুনা থম্বা তাবনি অদুবু শিজিন্নবা য়াদ্রবা মতমদা থম্মোইদা ফাওরিবা চৈনা মতম পুম্বগী ওইনা মশাদা লোয়নদুনা লৈরিবনি, মদুমক্তা মঙোন্দা পৃথিবী অসি লোয়বা নাইদবা লৌনম লাংনা থিল্লি হায়বা উল্লম্মী। মামেরিকা মচা অমা ওইবগী লায়না শক্তি ফংবা গুমগনি খনবা দবী অখন্নবা ওইনা মহাক্কী পুন্সিদা য়াম্না তোয়না পনখৈ থম্মলম্মী অমসুং অথিংবা পীরম্মী। মশামক মীকুপ নাহুম শিংনা লৈরম্মী। অদুবু চেকশিন্না হেন্না চেকশিনবগা লোয়ননা, লাঞ্জাও অমগী মতুং অতোপ্পা লাঞ্জাও অমা থোকপগী নুঙাইতবা থৌদোক লৈবম্মী। Hemingway মহাক্তা লানফম উহৌদ্রবা অইবশিংগী মরমদা শিংথারকপা মতমদা মখোয় অদুবু গুক কনবা থৌশাদবা তৌরমদে। তুমীন ঋা ঙাংতোক্তনা লৈবগী হৈনবিনা মহাকপু শোকহল্লমদে অমসুং মহাক্তা তৌরিবা খুদিংমক জ্যান তানা তৌরম্মী। ( Gertrude stein অরেম্বা তারম্মী মদুদি, ফ্রান্স Nazi শিংনা লৌশিল্লবা মতুং মখোইগী মখাদা হীংবা, মহাক অওকপা মওংদা মশা কনজরম্মী অমসুং মহাক ওইরম্মী) শাখিনা মরাল শিবগা লোয়ননা পাউখুম পীরম্মী মদুদি মহাক "indifferent" (খোয়জংদবা) ওইবা উৎলম্মী, Hemingway নিংশিংবা ওইনা চিঠি অমদা পাউখুম পীরম্মী, "অসিগুম্ববা শিংথানদ্রবা লেমহৌখাক ওইরবা মীওইশিং কৈদৌঙৈদা মখোয় গল্লিশিংদা নোংমৈ কাপ্লবা উদ্রবা, মখোয় লালহৌ অখা তৌজসনু... তারো - মখোয় কৈদৌঙৈদা মৈশাগী অশাউবা চৈথেংগী থৌরম তাদ্রিবা মীওইশিংনি, তুকচবা, চুমদবা ঋাখল পরিং, অমসুং নুঙাইবা য়াওদনা অরানবা থাজবনা মপুং ওইবা ঋাফম শেমলম্মী অমসুং চাউখৎপা নাইরক্লম্মী মদুবু মখোয়না খোয়জংদ্রবা মতৌ কৌরম্মী।

সমাজ রাজনীতিগী শক্লোন, পৃথিবি পুম্নমক অসিনা লেম্না নাইদনা লাঞ্জাও থোকহল্লি অমসুং সমাজদা কাং খোং চাইবা ফিভম অকিবা শক্তমগা লোয়ননা প্রজাশিংগী জ্যান তাবা ঋাংপনা থোকহল্লি হায়বা খুদক্তা মযেক শেংনা খঙবা ঙমই।

প্রজাশিংনা যাজনীতিগী নত্রগা মীয়ামগী লাইবক্কী মরমদা ওইরিবা ষিডম খঙবা ঙমদবনা মখোয় পোল্লেপফম খঙদনা ককঙাউনরম্মী।

Hemingway গী অপাম্বা খুদোংথিবা মতৌ ওইরবা হিংসা, শাদানবা অমসুং ঙাফাবা, লাঞ্জাউ - মহাক লাঞ্জাউ কয়ামরুম উরম্মী অদুবু মহাক কৈদৌঙেদা সিফাই ওইরমদে - নত্রগা মহাক নবক্কি সমস্যা থোকহনবা মীশকসু ওইদে অমসুং নুপা অমা ওইবগী হৌনশা মশানা মশাবু চাংয়েং চখজবনি। পূম্নমক অসি মহাক্কি মীরোলদা তঙাইফদনা চংবা থৌনা লিংজেল খরদা নকশিন্না পুশিন্নবা হোৎনবা লম্বী ওইরম্মী। অহৌবমক্তগী, মহাকপু নহা ওইবিবা খৃষ্টিয়ান জেন্টলম্যেন অমা ওইনা Chicago গী শ্বোর ফুনগৎনা মী চিন্নবা সহর ময়োলদা চাউবকপনা মরম ওইদুনা - Oak Park, "যুগী দুকানশিং লোয়শিন্নকপা অমসুং চর্চশিংনা লৈবা হৌরকপা" - হিংসাগী থবক্তা মহাকপু শুমহৎলম্মী মহাক্তা য়েক্লিবা শক্তমগা মবি লৈননা কৌবম্মী "In our time"। মহাক, হৌজিক মতমগী মীয়াম্না শকখঙলবা অইবশিংগী মতৌগুম, মহাক মপুং ওইনা bourgeois কাংলুপকি মনুং চন্না হৌরকপা মীশক ওইরম্মী, অমসুং মবম অদুনা মহাক খঙলম্মী মদুদি, লমচৎ শাজৎকা মবি লৈনবা ব্রাফমদা, bougeois গী সংসাব উপাই লৈতবা ওইবম্মী।

মফম খুদিংমক্তা খুদোংথিংবা মায়োক্লবদুনা, মহাক্কি পুক্নিদা খুদক্কি ওইবা অশোক অপন অমা থোকহন্নবা মহাক মশামক্তা মহাক্কি হিংলিঙে মতম মনুংদা য়াম্না কন্না হোৎনরম্মী। অমসুং খুদিংমক তশেংনা পাংথোকলম্মী। Gertrude Stein নোকলম্মী The Autobiography of Alice B. Toklas দা মদুদি শিনফমগা মবি লৈননা নুপা অমগী থৌনা লিজেল লৈবা শান্নরোই ওইবা মীশক অমগীদমক্তদি, Hemingway তশেংনমক থোৎনৌবা ওইবম্মী। The Best Years কি মনুংদা John Dos Passos না হায়রম্মী মদুদি Hemingway মতম পুম্নদা ফমুংদা চঙদুনা মহাক্কি মশাদা থোকখিবা অশোক অপনশিংবু ফংগৎলকপা ঙাইদুনা লৈরম্মী। মহাক্তা অমাং অতা থোক্লবা থিবা তৌরুদ্রবসু, মসিনা মহাকপু খীরকলম্মী। অঙাং ওইবিঙেদগী হৌনা মহাক মশাদা শাখিরবা মখলগী দাগ য়াওনা মখল কয়াগী অবা অনা থেংনবম্মী মদুমক্তা মহাকপু হাংপদি ওইবমদে। নুপামচা অমা ওইনা মহাক তুরম্মী অমসুং চৈতেক অমনা মহাক্কি থৌনাউগী তুংথংবা শকক্তগী হাউনা থিন্নম্মী, মদুনা মহাক্কি Tonsil অলিমক শরুক খরদা শোকহন্নম্মী। শোক ১৯১৮ গী মনুং ইটালিদা মহাক Red c[illegible] কি মেম্বর ambulance driver

ওইনা সিকাইশিংদা লোৎলম কয়া ফংহন্নবা হোৎনবা driver অমা ওইরম্মী, লোকখাইরকপা mortar shell না মখোঙদা মচেৎ ২০ গী মথক্তা চঙদুনা লোকহল্লম্মী; মহাক মতম অদুদা মেচিনগন মরুনা অনিরক পাল্লম্মী লানফমগী মমাংথংবা শরক্তা হেঞ্জিন্না লোক্লবা লাম্মী পুখোরকপা মতমদা। ২০ শুবা সতাব্দিগী মনুং, অইবা নহা অমা ওইনা পারিসকি মনুংদা, মহাক্কি মরাইবক্তা অত্তিয়াদগী তারকপা Skylight কী মচেৎনা মহাক্কা মপা চানা মখাদা লেপ্তুনা লৈরিঙৈদা লোকহল্লম্মী। লোক ১৯৩০ দনা মহাক্কি কার Wyoming গী মনুংদা খুদোংথিবা থোক্তুনা মথক মখা ওল্লম্মী অমসুং মহাক্কি য়েৎথংবা পাম্বোম Windshield গী মতোন্না তুং থংবা নাকন্দগী থারম্মী অমসুং শাখিরবা মওংদা শরু তেক্লম্মী, অতেকপা শরুনা তোংশা ফাউনা থোরক্লম্মী। মতম অমদনা, মহাক্কি মনাওনুপা Leicester না হায় Hemingway নোংমৈনা Shark অমা কাপ্লম্মী, অদুবু গুলি অদু মচেৎ কয়াথোক্লা কায়রম্মী মদুদগী থোবকপা মিশি মচেৎশিংনা মহাক্কি খুবোম অনিমক্তা মকম কয়ামরুমদা চঙলম্মী। লোক ১৯৪৯ দা মহাক Venice কি চোৎলি চোৎলি লাউবা লমদা ঙানু কাল্লা মতমদা মহাক্কী মমীত্তা Shell গী মচেৎ অমা পাইশিনখিরম্মী, শাখিরবা মথলগী লাইজৌবা ওইরম্মী; লোক ১৯৫৩ মহাক এরোপ্লেন কায়বা আফ্রিকাদা থেংনরম্মী, মহাকপু কন্নবগীদমক্তা চৎখিবা অমসুং খুঙৎলুবা প্লেন কাইবম্মী অমসুং মৈ হৌদুনা চাক্লম্মী; মহাক Nairobi গী মেডিকেল হোসপিটালদা থুংলম্মী, মহাক্কি নুংগী ইন্দ্রি ময়োল মফম কায়না লোক্লম্মী, মহাক্কি য়াংলেন শক লোকখিবম্মী অমসুং হকচাংগী শকক অশোকপশিংদগী ঈ থোক্লম্মী।

Hemingway বু মহাক্কি থবক্তগী খাইদোকপা রাখল য়াউদবা মওংনি। মহাক্কা মহাক্কি পুন্সি অপাবশিংদা লাম্বোকই, শিবা অমসুং খুদোংথিবনা নুংগী ময়োল ওইবা অর্থ ফোংদোক্তুনা মতাং চানা খুদিংমক্তা bullfighting, Sport অমসুং লাঞ্জাওগী মরমদা, অমসুং পারিবা মীশকশিংবু মহাক্কা পামজনা চখবিবা খুদোংথিবা অমসুং অকি তুজুং লোকপনা মপুং ওইবা রাজনীতিগী ড্রামাদা নক্কা চিংশিল্লম্মী। মহাক্কি মশাদা য়াউরবা খুদোলদি হন্না হন্না খুদোংখিবা থোকখিবগী যৌদোক মশক তাকপনি (মশামক তঙাইফদনা তৌদবা য়াগ্রবা মওংনি থন্না মরী থমলম্মী অদুনা ঐখোয় মহাক Shotgun suicid (গুলিগী আত্মাঘাত) থেংনখিবগী রাকম য়ানিংবা কাউরম্মী) Truk শিংনা Greek শিংবু তাম্বোকখিবা In our Time গী মনুংগী Chapter দা অশোক অপন থোকখিবগা মরী লৈননা, মন লাবগী মচিনা

Bullfighter অদুবু ৱাইখায়বা (নুংগী ইন্দ্রি ময়োল খুদক্তা মওং কায়বা In Death in the Afternoon দা অমসুং The Sun Also Rises কি মনুংদা Jake Barnes হকতিন্নবগী শক্তি চেন্দবা অমসুং Across the River and into the Trees দা Colonel Cantwell না তৌবগুম থৌদোক করামকুম থোকখিরম্মী।

কনাগুম্বা মীওই অমনা চথবা য়াগনি, Hemingway না তশেংনা শায়থংলম্বা থবকশিং, "Indian camp " হায়বা ওল্লিগৈগী ৱারী মনুংদগী, ৱারীদা Indian husband অমনা মথক থংবা কাদা লৈরিবা ফমুংদা মশাগী খৌনাউ মহাক্কি নুপীদা (Indian husband গী) চাউরবা ছুরি অমনা মবুক লেনখাইদুনা অঙাং পোকপা মতমদা ওপরেসন তৌরম্মী অমসুং মদুবু ফুট মাপল শাংবা শউলগী চাউরবা থৌরিনা ফোংচিল্লম্মী, ফাগীগী মওংদা থৌদোক অদুবু মতুং তারকপদা করেম্মদুনা Islands in the Stream দা Hemingway না শন্দুনা ৱারী শারম্মী মশামক্তা German Submarines শিং তান্নবগী মতাং। মসিগী মরুওইবা মরমদি মহাক্কি আত্মা লাঞ্জাউ মনুংদা লৈ হায়বনি। মহাক্তা ঐখোয়গী থম্মোয় জয় তৌরম্মী, হায়বা য়াই হৌজিকসু মতম পুম্বগী ওইনা, মরমদি মসি পৃথিবীগী মশাম্ফোংদা উৎলিবা শক্তম হিংসাগী থবক লেপ্পা নাইদনা হেঙ্গৎলক্লি। Hemingway নাপল কানা ৱাজাউ ঙাংবা অমসুং মশাগী মতনা অথোইবনি খনবা থেংনরকখিবা পুম্বগী মনুংদা ওইবা য়াই, অদুবু মহাক অশেংনা আর্টিস অমা ওইবগী লেংদ্রবা শক্তমনি। মহাক্তা ফোংদোক্লুনা উৎলকপা ৱাখল ঈথিলগী মমী পাউতাক্তা থল্লি, মহাক্কি ৱাখল খনবগী শক্তি চাউরবা অচুম্বা পুথোক্লবগী শক্তিনি। মহাক, অমাং অতা হায়বসি ঐখোয়গী ইথক্তা লৈরিবা লাইনি হায়বা খঙলম্মী, মদুদি শিবগী অকিবনা ঐখোয়গী কিরেপ লেপ্পি, মদুদি মীওইবা হায়বা কাংলুপ অসি শিবা নাইহনি হায়বগী থাজবা লৈত্রবদি অচুম্বা বিচার লাকপগী ওইথোকপা লৈতে, অসুম তৌদুনা অসিগুম্বা কিনিঙাই ওইরবা শতাব্দি অসি লোয়বা নাইদ্রবা মীয়াৎ মীপুনগী থৌদোক অমসুং মরাল লংখিল্লুবগী ৱাথোক হৌরকলম্মী।

Hemingway গী ৱাইদগী চাউরবা খুদোলদি হৌজিক্কি মতমদা অশোক-অশাল থেংনদুনা মশাদা ফাউবা অনা চৈথেং কয়াবু মশক থোক্তা উৎপা ঙম্বগী শক্তি চেনখনি। কলাকার অসিনা পৃথিবি পুম্বা মশাদা য়াউরি খম্না থবক তৌই।

Hemingway খরগা হেন্নসু থবক মথাতানা তৌরম্মী মশামক্তা মহাক্কি দেশকি ওইবা শতাব্দি অসিগী মনুং খুৎশা হৈবগী লমদা কান্নব্রবা থৌওং, থৌশিল, অমসুং মখল মখা কয়াগী খুৎলাইগী মরমদা রাখল তুংদুনা লৈরম্মী। Hemingway বু মীয়াম্না মীপাল তাংদবা মশাগী ওইবা থোইদোকপা শক্তম চেনবা মীশক্তি খঙনবম্মী, মহাক্না মশক থোক্না পুথোক্নুনা মীয়ামগী পুক্লিং চিংশিনবা ঙম্নম্মী, মরমদি মহাক্কি উৎলিবা রাখল্লোম্না চাউরবা ওইথোকপা য়াবা অপনবা পীবা ওইরম্মী। মহাক্কি পূক্লিং ফিভম য়াম্না ইংনা তপ্না নাপল কাববা থবক্তি লৌশিংনি, শিনফমগা মরি লৈনব্রবা অমসুং পুম্নমক্কি মথক্তা নিযম নাইনা, মচাক শুবা থৌওং মহাক্না শুগাইনা তারুম্মী। ময়েক শেংনা কনাগুম্না মীশক অমনা শান্নখোৎনবগী লাঙ্গাওগী, bull fighting গী মবমদা নুঙাইবা পোক্কনি মদুদি মহাক খুদিংমক্তা চাং য়াম্না রাংনা হৈশিংনা পুক্লিং থিংজিনবা দবকার ওইবদগীনি। Hemingway য়াম্না হৈশিংবা, ঈ-পাও খুদিংমক খঙবা ঙম্না ওইবম্মী অমসুং য়াম্না থুনা নহাক্না খঙলিবা রাফম নঙোম্দা হায়রক্কনি। মহাক্না রাবী অমগী মনুংদা য়াউরিবা মরুওইবা মতাং যুগী চপচাবা মমীং, মেছিন অমগী চপচাবা horse power পাবিসতা থোকখিবা থৌদোক্কি চপচাবা পুংজা - Lady Brett না The Sun Also Rises তা থোঙদাবকপা নিংশিংলক্কনি নুপী অমনা য়াম্না light sweater অমসুং skirt শেৎলগা হিগী নাকচেৎ মান্না থোবকপা মতমদা। "মহাক পুম্নমক অদু হৌবকলম্মী।"

Hemingway ইবা পান্নম্মী, Nick Adams না "Big Two Hearted River " দা Camp শাবা পাম্বগুম, খুৎহৈবগী অকুপ্পা মবোল মচল শুনা। মহাক অদুগুম্নবা সংসার অদুদগী হৌরকপা মীওইনি মদুগী মনুংদা মীশিংনা হৌজিক ফাওবদা শগোলনা লংফৈ চৎলিবা, মখোয়গী শগোলশিংবু য়াম্না চেকশিন্না তৌরম্মী, মখোয় মশা মশাগী পোৎ শেমজিল-শাজিল্লম্মী, মফম খুদিং চৎলম্মী, মখোয়গী চিঞ্জাক তোয়না থাবা অমসুং চাননবা শানচিংবা মশানা কাপচরম্মী। মী অমা ওইনা, মশাগী মখুৎনা থবক শুগরগা হীংবা হায়বা রাখল্লোন মহাক থাজরম্মী ইবা হায়বা রাফম ফাওবদা মহৌশানা খুৎনা পাংথোকপগুম। মসিমক্তা মহাক্কি চাউরবা পুথোকপগী রাখল্লোম্দা লমজিং পিরিবা মদুদি লাইয়েকপা (Painting) না অইবা অমদা করি মতেং ওইবগে হায়বদু উৎলি। Kansas city star অমসুং Tononto Star খবর কাগজগী থবকশিংনা অহানবা চঙদবা য়াব্রবা মচাক্কি মরমদা ভম্বীরম্মী: ইবগী শিনফমগা মরী লৈননা ইবা হায়বসি কনাগুম্না মীওই অমগী

পূক্লিংগী অনিংবা কোংদোক্কুনা ইবনি, নহাক মদুগী মনুংদা য়াউরিবা অচুম্বা মচাক পুম্বা ইদুনা উংপা তারি, চুমত্রিং, মীয়াম্না খওননবা মতৌদা মদুদা মত কোংদোকপগী শরুক খজিকতং ফাওবা য়াওবা তৌদনা নত্রগনা অরেম্না নাইদবা মওং কোংদোকপা তৌদনা, নত্রগা নহাক্না খওলিবা অদুগী মরমদা খুদম পীদুনা উংপা তৌদনা। নহাক "reach the reader", পাখিবা মীশক্তু য়ৌনা চংশিন্বা তাই হায়না managing editor শিংনা হায়রম্মী, খবর কাগজ অমগীদমক্তা ইবা তাবদা পারিবা মীশক্তুনা Hemingway বু অতোম্না ডজন অমরোমগী খবর ইরিবা মীওইশিংদগী খেন্নদা উহ্নবা মখৌ তায় হায়না কোংদোক্লম্মী।

নহা ওইরিবা Hemingway না ফ্রান্সতা উখিবা অয়েকপা লাইশিং, য়াইদগী পামজনা, 27 Rue de Fleurus, Gertrude Stein গী লৈফমদা, মদু কলাকার অমগী খুংমক্না পুথোকপা মেজিগকি মতৌগুম শুমহৎনিঙাই লৈবরা মতৌ, অনৌবা খওবা ওন্নগী কাংলোন য়াউববা অমসুং য়াইদনা উম্নবিবা খুন্নাইগী পোৎশিং ওইবম্মী। মহাক্কি বাখল মাওলান অমসুং লমদমগী ওইবা লৈবিবা পোৎশিংগী মরমদা উত্তুনা অয়েকপা লাইশিং অদুনা পীবা নুঙাইবদগী হেনবা লৈরম্লোই খল্লম্মী মপান্দা লৈবিবা আমেরিকা মচা অমদা অয়েকপা লাইরিকশিং থেংনবা হায়বসি লোয়বা নাইদনা চখরিবা তানশিল্লকপা জ্যাননি। "ইউরোপ" চাউরবা অয়েকপা লাই অমগী শক্তমনি থম্মোই ময়াই কাহল্লম্মী, য়াম্না হৈশিংনা লাক্সাউগী অমসুং শন্না-খোংনবগী মরমদা সাহিত্যগী মচাক ওইনা লৌশিনবা ওন্নম্মী, অমসুং অইবা শিনফম নিয়মনি হায়বা খওলম্মী। অয়েকপা লাইনা সাহিত্যগী লমদা Hemingway বু চাউনা মতেং পাংলম্মী Gertrude Stein ফাওবনা দমকাব ওইবদগীদি, মহাক মমৈথংদদি লাইয়েকপা কাংবুনা হেন্না অয়েকপা লাইদগী চেকশিন্না তৌরম্মী। "পীথোরকপা গুন" অমসুং "মীগী তৌবা ওম্বা শক্তি" মহাক্কি হেন্না মক ওইবা হিরম ওইরম্মী। Stein লাই য়েকপা শুকওম ওন্নম্নোইদবনি অমসুং অচুম্বা মরম মহাক John Hopkins কি মেডিকেল কলেজ মসিনা মরম ওইদুনা থাদোকখিবনি অমসুং অতৈ অশোয়বা কয়া মরম লৈবদগীনি। Stein গী অফাউবা Cezannes মহাক্কি থাজনিংঙাই ওইদ্রবা মবুং Leo না পুথোকপনি অমসুং লৈয়কপনি, মহাক্কি Matisses না Michail অমসুং Sally Stein না ওইহনবনি। মহাক ইয়ুং মনুংগী ওইবা অয়েকপা লাইশিং খোমজিন্নপী Leo না Cubism (হৌজিক মতমগী জ্যামিতি মওংদা য়েকপা লাই মখল) দা অপাউবা

ফোংদোরক্পনা মরম ওইদুনা লাই লৈবা লেপখিরম্মী। মহাক্না হৈনজরিবা ৱাখলগী মমী তম্নবা হোৎনবদা অয়েকপা লাইগী মখা পোল্লম্মী। Hemingway গা মান্নদবা মওং অমনা মহাক পৃথিবী অসিদা লৈরিবা অচুম-অরানগী ৱাফমদা মপ্তোন্দা থোইনা ৱাখল ঈথিল লৈবা উদবদুনি। মহাক্না য়াম্না কন্না থৱাই লুপ্পিবদি "Psychology" নি মহাক্না থেংনরব্বা খুদিংমক্কি লুনা লৈরিবা ঈরোল্লুংগী অচুম্বা থিবদুনি। Composition দগী (লেংশিনবগী থবক) লেমদা চথরকপনা, মীওইবগী পূক্লিং নৈনবনা মহাক্না খ্বাইদগী পামজবা হিরমথক্তা ওইবা মশাগী পেঙ্গবা ওইরম্মী। "মীওইবগী পূক্লিংনা লৈরিবা ফিভম্‌ইদুনা তাক্লি... মীওইবগী পূক্লিংদা ইরগদবা মওং ইদুনা য়াওরি অমসুং মরম অদুনা মসিগা মীওইবগী লমচৎ-শাজৎকা মরী লৈনদে।"

Stein মশাগী লোয়নজরকপা য়াম্না হৈশিংবা কাংলোন খণ্ডবা মীশক ওইরম্মী, তেনশিন্না পাউতাক্কি মওংদা ৱাঙাংবা অমসুং পাইরক লৌশিং লৈবা, মহাক্না "The Continuous present" কৌবা ৱাফমদা য়ুম্ফম ওইরগা লেংশিনবগী থবকপু তশেংনা পুথোকপা মীশক ওইরম্মী। 27 Rue de Fleurus তা লৈরিবা অয়েকপা লাইশিং উবমদবা তারবা, মহাক্না ঙাংবা ৱাকোই ৱারেম, অমসুং ৱারী ৱাতাই লাই য়েকপগী মরমদা তাবমদ্রবা Hemingway তশেংনবক Hemingway ওইরমদবা য়াবগী ওইথোকপা নৈ। মহাক্কি The Autobiogrphy of Alice B Tokkas তা মহাক্না Hemingway বু কল্লকপগা লোয়ননা চৈবম্মী মদুদি Hemingway যাম্না নোম্বা কনবা য়োংজাউ ওইরম্মী, মহাক অতোপ্পা মীওইশিংগী ৱাখলল্লোন অমসুং থবক্কি কাংলোন পুম্ববু খুদক্তা লৌশিন্বা ঙম্বা ছাত্র অমা ওইরম্মী। লাইয়েকপা হায়বা হিরম অসিদা চাংদম্নক্নবা মতমদা থৌশাদবা উৎপা অমসুং মহাক্না লাই য়েকপদগী থৈদোক্নবা হোৎনরিবা লম্বীনা অমসুং Psychology বু হেন্না লুম্না লৌবগী ৱাফম্না, মীৎকি মীৎয়েংগী ওইবা বিচাবদা Hemingway না খুদোংচাবা মহাক্কি মথক্তা ফংলম্মী।

Stein গী থম্মোয়বু, অপিক অপিকপা পোৎলমশিংনা শুমহৎখিরম্মী, খুৎশেমগী ওইবা পোৎশকশিংদা খেন্নবা উরম্মী, মহাক্কি Ford car শুম্বা পোৎশক্না অমসুং পুন্নমক্তুশুনি। ৱাহৈ পরেং পুম্বা লোইনমক ৱাহৈ পরেংশিং ওইরম্মী, অদুবু ৱাহৈ পরেং খুদিংমক মশাগী ওইবা মগুন লৈজে। মহাক্না থাজরম্মী মদুদি ৱাহৈ পরেং অমা হায়বদু ইগদৌরিবা পুম্বগী শোজেনি, অমসুং মহাক্না লেপ্পমক শিজিন্নরম্মী অমসুং শন্দোকক্লম্মী, "in composition one thing

is as important as another thing" (লেংশিনবগী থবক তৌবদা পোৎ অমা হায়বসি অতোপ্পা পোৎকুপ্পা মরুওই)। Kenneth Burk না হায়বগুম্মা, ঐখোয় ৱাহৈ পবেং কয়ামরুম শেম্লি ৱাহৈ পরেং অদুমক্তা মখোয়, মহাক্কি ইমুং মনুংগী ওইবা কুইনা ভুংশিন্দুনা থম্লরুবা ৱাহৈ পবেংশিং ওইরম্মী। William James's Psychology course কি য়াম্না বুদ্ধি থৌবা ছাত্রি অমা ওইনা, মহাক মশাগী ওইবা থাজবা লম্বেলদা চৎলম্মী, মহাক্না হায়দোবকপা খুদিংমক মশামক্না পোক্লদুনা কোংদোকপা ওইরম্মী। মহাক্না ৱাহৈ পবেং অমনা লমাই অমগী লংখৎনা উবা শরুক অমনি, মদুনা সাহিত্যগী শাগৎনবা মচাকনি। অদুবু মহাক মগুক কয়া থৌশাদবা মতৌ উংলি, মহাক মশামক উজবম্মী পাউতাক ৱাহৈশিংগী মশুনি, অতোপ্পা মীশকশিংনা চৈবক্কনি খন্দনা অকিবা থমদবা, অমসুং অহিংগী মতমদা ইরম্মী অমসুং মহাক কয়া থৌশাদনা চুমথ্রিং ইবম্মী নাকোংনা তারুবা পুস্বা চেবাংদা। মহাক্কি ইকোন কোনবা লাইরিক, Hemingway গী অকোনবগুম্মা, পাকথোক চাউথোক্লা উংলম্মী অমসুং মচোই তারবা শিজিন্নবিবা Style ৱাবী ৱাতাইদা য়ুম্ফম ওইরম্মী।

Stein গী য়াম্না হৈথোই শিংথোইবা মওং অমনা ৱাবী ৱাতাইদা অমসুং থোইদোক হেন্দোক্লা অতোপ্পা মীওইশিংনা শাবা ৱাবী তারুবগা ওইবম্মী। Cezanne অমসুং Matisse গী অনৌবা অয়েকপা লাইশিং উকবগা কবিনা মহাক্কি থম্মোই শুমহৎপগে হায়বগী মরম তশেংনা ওইরম্মী মদুদি কবিগুম্বা খবা, পোৎ খুদিংমক মতিক চানা অনিংবা অপাম্বগী ৱাখলগী খল লৈববতদা পাংথোকপা গুল্লম্মী পৈবপ তৌবা খুৎথাগী পরেং অমসুং থানা মচু শংজিনবা অখন্ননা Matisse মচু শিজিন্নবদা থানা অয়াকপা মখল, মদুনা পরেংগী শরুক্তা, হবাউ তয়াম্বা উত্তুনা তাম্বা নাইববা মচু শিজিন্নবা মদুনা ৱাখলগী মমী অমা শাগৎপা য়াবা নমুনা অদুগা শকচবা মওংদা মদুমক্না মীৎপু পেলহনগদৌরিবনি। মুর্তি খুদিংমক অকুপ্পা মচাক কয়ানা তিল্লগা শেম্বনি। অকুপ্পা মচাক খুদিংমকপু চাং ৱাংনা পুক্লিং খিংজিনবগা লোয়ননা নোপ্পা কল্লবতদা মশক খঙবা ঙমই। জগৎ অসিসু অদুগুম্বা মচাকশিং অদুনা তিল্লগা শেম্বনি। Cubists শিংনা (জ্যামিতিগী মওংদা শিজিন্নবা লাইয়েকপা কাংবু) থুনমক প্রমান উংলম্মী মদুদি পোৎশক অমা হায়বসি মওং নাইদবা পোৎচাক কয়ানা তিল্লগা শেম্বনি। ঐখোয় ক্যুব অমদগী ক্যুব অমদা. এতোম অমদগী এতোম অমদা চৎলি.

মহৌশা লাইরেপ্পীনা মতম কয়া চঙনা থরাই পানবা জীবশিংবু শেম্বগুম অমসুং মদুগী ফজনা পূম্নমক ওইহৈরিবনি।

Hemingway গী মীৎয়েং লাই য়েকপগা মরী লৈননা হায়বগদি কা হেন্না থাজবা থমদবা মওং উৎলি অদুবু তশেংনমক শিংথাবা তাববদি মহাক্কি পূক্লিংগী অপাম্বা অমসুং মদুগী নমুনাদা য়াউবিবা মহাকপু হরাউহনবা ওম্বা মচাক্কা হেন্না নকশিন্নে। খুৎইগী মবমদসু, Hemingway অমসুং Stein অনিগী মরক্তা খেন্নবা উবা ফঙনি। Stein গী ময়েকশিং বাংই, শন্দোক্কনি, থৌশাদনা পৈথরক্কনি, লোয়ননা বাহৈশিংগী মবক্তা চাউনা কা কনগনি বাবীগী মতুংইন্না, মদু মহাক্কি পূক্লিং বাখলগী হৈনবা শাজংকি মরীনি। Hemingway গী ময়েকশিং কুংশিন্না থমগনি, চেকশিন্না অমসুং তপ্না মওং শেমগনি। পূম্নমক অদু উকবগা "Big Two -Hearted River" গী মনুংদা Nick Adams না Camp শাবা ঐভোন্দা নিংশিংহল্লি, Hemingway গী মশামক্লা থৌবাং তৌববা, পামজনা চেকশিঞ্জববা, ইথক- ঈপোম নাইনা শিজিন্নরিবা Object শিং উত্তুনা তাকপা অতোপ্পা মওং অমনি।

He started a fire with some chunks of pine he got with the axe from a stump. Over the fire he stuck a wire grill, pushing the four legs down into the ground with the boot. Nick put the frying pan on the grill over the flames, He was hungrier. The beans and spaghetti warmed. Nick stirred them and mixed them togather They began to bubble, making little bubbles that rose with difficulty to the surface. There was a good smell. Nick got out a bottle of tomato catchup and cut four slices of bread. The little bubbles were coming faster now. Nick sat down beside the fire and lifted the frying pan off.

উতুপ অমদগী শিংজংনা ককপা উচালগী শিঙ মচেৎ খবগা লোযননা মহাক মৈ চুথৎলম্মী। মৈথক্তা মহাক্না য়োংলিনা শেম্বা য়োংশবি অমা থমলম্মী, মখোঙ মরিমক লৈনুঙদা বুটনা নেৎশিল্লগা চঙহল্লম্মী। Nick য়োশিবি মথক্তা খাঙ থাঙৎলম্মী মৈরি থোক্লা চক্লবা মৈথক্তা। মহাক্না হেন্না লাম্বা ওইবম্মী। হরাউরি অমসুং Spaghetti শাগৎহল্লম্মী, Nick মখোয় অদু ওৎলম্মী অমসুং পুল্লপ তিনশিল্লম্মী। মখোয় কোজোল কাবক্লম্মী, পিকশ্রবা কোজোল মচাশিংনা বাংনা

ঈমায়দা কারককল্মী। মনম-নুংশিরম্মী। Nick খাজেন অশিনবগী Catchup শিক্তি অমা নৌথোরক্লম্মী অমসুং য়োতি মকক মরি থোক্লা শেল্লম্মী। হৌজিক অশিকপা কোজোলশিং থুজিনবা হেজিল্লম্মী। Nick মৈনাক্তা ফল্লম্মী অমসুং খাঙ অদু থাংথরম্মী।

মতাং অসিদা চাউরবা থৌদোক মাঙজিল থানা থোকখিবা লৈরম্মী, Hemingway Huckleberry Finn বু মশক খঙলম্মী। Nick Adams না মহাক্লা কারকপা Trout শিং উচেক মতু মান্না পাল্লবা উনাগী লৈরোল শেল্লগা থল্বা থৌদোক্লা Huck না মপাদগী নাম্বোক্লবা লাংখিবা থৌদোক নিংশিংহল্লি। মহাক মথং মনাউ নাইনা মহাক্কি লৈরিবা পোংশিংগী মমীং পরেং শেল্লি, মহাক্লা ফংলকপা পোংশিং, পোংশিং অদু মহাক্লা থাজবা শোয়দ্রে খঙবমক্তা ওইরম্মী।

The old man made me go to the skiff and fetch the things he had got. There was a fifty-pound sack of corn meal and a side of bacon, ammunition and a four-gallon Jug of whiskey and an old book and two newspapers for wadding besides some tow. I toted up a load, and went back and sat down on the bow of the skiff to rest. I thought it all over and I reckoned I would walk off with the gun and some lines and takes to the woods, when I run away I guessed I wouldn't stay in one place but just tramp right across the country, mostly nighttimes, and hunt and fish to keep alive and so get so far away that the old man nor the widow couldn't ever find me any more.

" অহল ওইরবা মীশক অদুনা ঐহাকপু হি অদুদা মহাক্কি লৈজবা পোং পুন্না লৌরুনবা থাল্লম্মী। মফম অদুদা পাউণ্ড ৫০গী চেং / গেহু য়াউবা বোড়া অমা, ওকশাগী নাকল তম্বাই অমা, গুলিশিং, অমসুং গেল্লোন ৪ গী Whiskey য়াউবা পাত্র অমা অমসুং অরিবা লাইরিক অমা অমসুং খবর চে অনি য়োম্বদা শিজিন্নবা থৌরি খরগা লৈরম্মী। ঐহাক পোংলুম অমা পুখম্মী, অমসুং হল্লিলম্মী অমসুং হিগী হিবান্দা পোথানবা ফমলম্মী। ঐহাক পুক্নিংদা পুন্নমক হৌদ্রে খল্লম্মী অমসুং ঐহাক পুক্নিংদা নোংমৈ পায়রগা [illegible]শানগনি অমসুং থৌরিগা লোয়ননা অমসুং উমংশিংদা চংশিনগনি, ঐনা মুমদগী নাম্বোক্লুনা চেল্লকপা মতমদা। ঐহাক ভাবনা শাগংগা ভল্লম্মী মদুদি ঐহাক মফম অমদা লেংদনা পোথাদুনা লৈরোইদ্র অদুবু ঐহাক

খুদক্তা কোয়চং চংলগনি লৈবাক্তি চিনায়লম শিন্থুনা, অয়াম্বা মতমদা নুমীৎদাং ওইনা, শাত্তানগনি অমসুং ঙা ফাগনি হিংনবগীদমক্তা অমসুং অসুম তৌদুনা অথাম্বা মফমদা চংলগনি মদুনা হন্নুবা অদুনা নত্রগা লুত্রাবী অদুনা অমুক হন্না ফঙবা ঙম্নরোইদৌবা মফমদা।"

France তা Hemingway বু মহৌশাগী ওইবা ফিভম্না লাই য়েকপনদা চঙনবা চিংশিনবনি মরমদি লৈবাক অদুদা লৈফম থোকপা মচাক মরাং কাইনা ফংলম্মী। খুদম ওইনা পল্লবদা মহাক্না খঙলিবা সংসার অমসুং পান্নিবা ইননবগী মচাক পুম্বা বাংলমদে। মহাক Chicago গী Art Institute তা লময়ানবশিংগী খোমজিন্নকপা লাই কয়ামরুম উখিবা লৈরগসু, France তা লৈবা মতমদা ঈংরাজী ইননবগী তানশিনলকপা জ্যান শরুক অনি হেক্কংলম্মী অমসুং মহাক্না লমদম অদুগী গলিশিং উরুরগা ময়াই কাবা, থোংশিং, ম্যুজিয়মশিং পূন্নমক্না শুমহৎপা, অফাউবা মীওই কয়া হায়বদি Gertrude Stein, Ezra Pound, James Joyce, Ford Madox Ford উম্নরুবনা মঙোন্দা য়াম্না হৈশিংনা হায়বা ইনবা তারিবা মীশক অমা ওইনবা শেম্বদা মতেং পীরম্মী। অমসুং মদুদগী য়াম্না শক্তি লৈনা শেমদোক শেমজিন তৌরবা মতুং নমুনা পুথোকপা মীশক ওইরকলম্মী। Stein না হায়রম্মী: "ঐনা পামজবশিংগী মনুংদা অমা ওইরিবদি ঐবু চহি লিশাংশিংনা ঈংরাজী খঙদনবা মীশকশিংনা কোয়শিন্দুনা লৈবনি। মসিনা ঐগী মীংশিং অমসুং ঐগী ঈংরাজী তোঙান্না ইতোমত্ত হেন্না কুংশিনবা চংদা বাখল খন্নবা থাদোক্লম্মী।" মদুমক্তি Hemingway গী পুক্রিংদা ফাওরিবা বাখল মসি মহাক্কি; অঙকপনা থল্লবা নহা ওইরিঙৈগী মরুওইবা Paris তা তানশিনলকপা লৌশিং A Moveable Feast তা উত্তুনা অসুক্কি মতিক ফজনা শেমলম্মী, হায়রিবা লাইরিক অসি মীফম্ভগী থবক Stein, Ford অমসুং Fitzgerald নচিংববু মাংহন্নবা তৌই হায়বগী হোংনবা লৈরগসু অমসুং শুকচেল্ল তিংনা মহাক্না Hadley গা লোয়ননা লুহোংবা কায়খিবা পুম্বা অয়োনবা লমরেলদা মীনম্বগী মতৌ লৈরগসু শিংথানিঙাই ওইরম্মী। মহাক্না ফাউরবা মতমদা মহাক হায়রমদে মদুদি মহাক কাওঙমদবা মওংদা নাপলগা লোয়ননা থোইচংনবা মতৌ লৈ হায়না। মহাক্না খঙদবা ওইরম্মী, "লাইরবা অমসুং নুঙাইবা," A Moveable Feast কি মনুংদা, অদুবু মহাক ফাউরবা মতমদদি য়াম্না তমথিবা মতৌ উংলম্মী। মীংচংনা মহাকপু মৈরি থোক্না চাকহন্নলম্মী ঘুনা চাকথেকপদগী হেন্না কনশিন্না অমসুং Stein গী হায়বা ইনবা পিকপা য়োংজাউ ওম্বোকলম্মী। তমথিরবা

মতৌগী নাপল্লগা লোয়ননা অয়াবনা থল্লবা নরক্তা হিংবগুম মশামক মসিনা মহাকপু নুঙাইহল্লমদে। লাইয়েকপনা মহাক মশামক য়ামল্লবদা হিংলোইদৌবগুম থল্লম্মী।

Hemingway গীদমক্তা French paintings না হেন্না কাল্লবা শীবদা American technique তনি লৈরিবা অকনবা বাখলগী ঈথিল, নুংশি-নুংঙল, অপাম্বা অশাউবগা মরি লৈননা, নমুনাগী হিরম, খুৎশু-খুৎলাইশিং অমসুং শিজিন্নরিবা পোৎলম পুন্নমক মাংজিল থাবা ওইরম্মী। মসিনা মঙোল্দা শীরম্মী, পারিসতা মীরৈবাক মচা লাইয়েকপা মীয়োলশিংনা তৌবগুম, বাখল অমদা Baudelaire না মখোয় অদুবু Luxe, Calmet volupte কৌরম্মী। Marc chagall কৌবা অতোপ্পা মীরৈবাকমচা অমনা পাবিসতা অসুম্না হায়রম্মী: “মচুশিং অমসুং মওংশিং অসিনা উৎকদবনি, অয়েংবা তাঞ্জাদা, ঐখোয়গী মঙলান মীওইবগী নুঙাইনবগীদমক্তা।” Hemingway খুদোংথিবা পুন্সি মরেলদা হিংলম্মী, লাইবক থীবা মতৌ হায়রগ মান্না, মহাকপু খুদোংথিবদা চিংশিনবনা মরম ওইদুনা অমসুং য়ু কা হেন্না থকপা পৃথিবী শিন্দুনা লৈরিবা বাচৎ-বানোম তৌদুনা খুদোংচাবা থীরিবা মীশকশিংগা তিন্নরুবনা লমজীং ওইদুনা মহাক থম্মোইনুংদা অকাই-অতোয় থোক্লম্মী; মহাক মশাদা য়াউরিবা অফাউবা মতৌ অদুগী শোকহল্লবা মীশক ওইরম্মী। নুঙাইবা থৌদোক্তা তিল্লবা লাইয়েকপগী শিনফমনা মহাকপু চিংশিল্লম্মী, মহাকপু মহাক্কি বাখল মঙলানগী লমদম শাগৎনবা হোৎনবদা মসিনা লমজীং লমতাক্কী শহম শীরিম্মী।

মহাক্তা তৌরিবা থবকশিংদা য়াম্না তোম্বনা থোকপা থৌদোকশিংগী মনুংদা অমা ওইরিবদি ওন্থোকপগী থবকশিংনি। নুঙাইতবগী নুঙাইবদা, খুদোংথিবদগী অশোয় অঙাম য়াউদবদা, অশিবদগী অহিংবায়োমদা, খুদোংথীবা তারগদবদগী নাম্থোকপয়োমদা। পৃথীবি শিন্দুনা য়াম্না ঈংনা-তপ্পা উবা ওস্বা মীশক অমা ওইবা মরম্না মহাক মশাগী ওইবা নুংশি-নুংঙলদা পামজনা খোঙদাবা অইবনি। তশেংনা হায়রবদি, মহাক মীনুংশি য়াউদনা চাংয়েং চথবা পাম্বা মীশক অমসুং অসুক্কি মতিক অতোপ্পা মীওইশিংগী মতপু য়ানিংদবা ফোংদোকপা মদুদি লৈবাক অমগী চিদায়গী লম শিংথাহনদুনা, নুংশি চান্নবা লেজা লেজা থেংননা কোনশিন্নবগী শুগাইনা তাক্লিবা মকম অদু মহাক্কি পুন্সি হিংলিঙৈ মতমদা খুদোংথীবা কয়া মশামক্তা থিরনবগুম মরু ওইনা মহাক্ল লৌই। অয়েকপা লাই, তমথিবগী শতম চেন্নবা লাই ফাওবদা, মখোয়

অদুবু মতম অমদা French শিংনা Les fauves হায়না কৌরম্বা, লমলক্কি শাশিং মমুনা মশানা তানা শাক্তিশী মতৌ হৌরকফম ওইনা ওন্থোকলম্মী। নহাক শোক ১৯০৬ তা Cezanne দা য়েংবা ঙমগনি অমসুং নহাক পুক্কিংদা অপনবা শীরদুনা খোয়রক্কনি মদুদগী, অদুবু শোক ১৯২৬ তদি নহাকপু মতম অমদা করেম্ময়কখিবা অদু নহাক নিংশিংলয়োই। Leo Stein না অহানবা ওইনা লাই লল্লোনবা Ambrose Vollard কি নাক্তা চংগা মতমদা, Bernard Berenson না Cizanne গী মরমদা বারী শয়কপা মতুংইন্না মদু য়েংনবা চংলম্মী, মহাক মথক মথা ওন্থোক্নুনা অমগী মতুংদা অমা উকুননা কুপশিন্নবা মপৈরক্তগী থিরম্মী। Leo অমসুং Gertrude Stein, মরুওইনা Leo না অহিং অমসুং নুংথিল মরুপ মপাংশিংদা অয়েকপা লাইশিং অসি য়েংলনবা বারী শাবম্মী। New York তা শাগৈগী লময়াম্বশিংনা খোমজিন্নকপা লাইশিং অসিগী মেনা The Museum of Modern Art তা পাংথোকপা মতমদা, কা অদু নুমীৎকি মঙালনা মৈশা শীবগুম লংখংনা উরম্মী।

অয়েকপা লাইশিংনা কা হেন্না অইবশিংদগী কোঙদোক্লিবা মীওইবগী অশেংবা হয়াউ তয়াম্বগী মতৌ হেন্না উংশা ঙম্মী। ফজনা ভাব তারম্মী, মদুদি; মহাকপু কবিনা পূক্লিং মথুম মরাং হৌহল্লি, অইবা অমা ওইনা, লাই য়েকপা হায়বা শিনফম্না মতমগী চাউখৎ- খোঙথাংদগী অবাবা কোক্লবা আশা অমা শীরম্মী, পামজবিবা লমদম খুংনা লাম্বা ফংবনি। Hero ওইরিবা Hemingway মহৌশাগী তম্বাক্তা নাইতোম তাই, অমসুং মহাক্না উকবা লমদমগী ওইবা মহৌশাগী শক্তম কুপশ্রবা মচাক্না তিল্লবা মহাক নক্তনা অতৈনা উবা ঙমদ্রবা ওইরম্মী। হন্না হন্না মহাক্কি থবকশিংদা অসিগুম্বা মীনুংশি খঙদ্রবা অইবা অসিনা তোঙনা উংলম্মী মশামক ইকাইখ্না খঙদ্রবা আমেরিকা মচা নুংশি- নুংঙলদা তাউবা হায়বা তারে Beauty (ফজবনু) উরগা থম্মোই মহি চেনবা মীশক ওইরম্মী। A Farewell To Arms কি অহৌবা বাহে্ পরেংদা খুদম ওইনা য়াউরি। মখোয় খোইদেক্লা বাখল থিংজিন্নুবগী বাকম ওইরমদে মীৎনা উবা পাউদমগী মমী নক্তনা, Hemingway গী অসিগুম্নবা বাখলগী মমী উংনবা হোৎনবগী বাকম হন্না হন্না শল্লম্মী অমসুং খোম্থাং য়ৈবম্মী।

"In the late summer of that year we lived in a house in a village that looked across the river and the plain to the mount ains. In the bed of the river there were pebbles

**and boulders, dry and white in the sun, and the water was clear and swiftly moving and blue in the channels. Troops went by the house and down the road and the dust they raised powdered the leaves of the trees. The trunks of the trees too were dusty and the leaves fell early that year and we saw the troops marching along the road and the dust rising and leaves, strirred by the breeze, falling and the soldiers marching and afterward the road bare and white except for the leaves."**

ঐখোয় চহি অদুগী মনুং কালেন থাগী মমৈ ওইবকপা তাঞ্জাদা খুঙ্গং অমগী মনুং য়ুম অমদা লৈরম্মী মদু তুরেল ৱাংমদা চীংজাউশিংগী নাপোম তম্পাক্তা লৈরম্মী। তুরেলগী ঈবোলনুংদা নুঙ মচাশিং অমসুং নুঙজাউশিং, তৌরদুনা অমসুং ঈশিং চোংথ্রদুনা নুংশা মঙালদা লৈবম্মী, অমসুং ঈশিং অদু অরুবা অমসুং য়াংনা চেনবা ওইরম্মী অমসুং শংবাম্ননা লৈবিবা খোংশিংদা। সিফাইশিংনা য়ুম অদুগী থোরকলম্মী অমসুং সড়ক্তা কুমথরকলম্মী অমসুং মখোয়না হৌহনবা উফুলনা উগী উনাশিংদা চুরম্মী। উপাম্বীশিংগী মউশিং অদুসু উফুল তৈরম্মী অমসুং চহি অদুমক্তা উনাশিং ঙম্লানা কেল্লম্মী অমসুং ঐখোয় সিফাইশিং অদুনা চংপা উবম্মী সড়ক্কি পৰিংদা অমসুং উফুল হৌরম্মী অমসুং উনাশিং, মলয়া নুংশিংনা ওৎলদুনা, কেল্লম্মী অমসুং সিফাইশিং অদু চৎলম্মী অমসুং অদুগী মতুংদা সড়ক অদু পুমহাং হাংলম্মী অমসুং উনাশিং তৌরোক তৌনা লৈবা নত্তনা।

Cezanne গী চাউরবা শিংথানিংঙাই ওইবা মতাংদা সংসারগী অরেম্বা নাইদবা মতৌদগী subject শিংবু লৌথোকপা তাবগদি ৱারেং মতেক অসি অদুগুম্নবা লৌথোকখিবগী মতৌ তম্বা মওংনি। মসি মপালথোংদগী ফংলকপা ৱাখলগী মমী মরাং কায়না য়াওরবা অমনি, মসি য়েংদুনা পুথোক্লিবা মীশক্তুগী মমীত্তা লেংদনা লৈবিবা পোংশক্লি। মমী অমা ওইনা মসি হোংবা নাইদ্রবা পোংশক্লি, মরমদি মসিনা য়েংদুনা থিজিল্লিবা মীশক অদুগী পুক্লিং চিংশিম্নবা হোংনবা তশেংনা লানফমদা ওইহল্লিবা লাম্লক্কি দৃশকি মহত্তা অকুপ্পা মরোলশিং লমগী মথংদা অমা ফংবা ঙম্নবা হোংনবনি। Hemingway গী ৱারেংশিংদা য়াম্না তোয়না থোকপা ৱাফম লাম্লক্কি থৌদোক, মার্শিন ঙা ফাবা, শাদানবনি, অরোইবা ৱাহৈ পরেংদা মহৌশাগা মান্নদবা তোঙানবা শক্তম অমা উবা ফংলম্মী। "leaves stirred by the breeze" নমদুনা লাই য়েকপা (paintings) না উৎলিবা দৃশশিং অদুগী ৱাহৈদা

ওস্থোকহনবনি। ঐখোয় মহাক্কি উনা চনবা ক্রেমগী মনুংদা অইবা মীশক অদু ওইংখোকপা য়ানা উবা ওম্মি।

Stein না লাই য়েকপদগী করি ফঙবা ওমখিবা - মসি সাহিত্যগী বাখল ওইরম্মী। মদুনা অইবা অদুবু খুংথা খুদিংমক্তা পূক্লিং থিংজিনবা ওমহল্লম্মী। Hemingway না হায়রম্মী, "Writing is architectare, not interior decoration." (ইবগী শিনকম খুং হৈবগী থবকনি, মনুংগী লৈতেং নত্তে)। মহাক হায়বা ইনবা ছাত্র অমা ওইরল্লগী পৃথীবি শিঙ্গুনা ফাউরবা Hemingway ওইরকপা মতমদা, মহাক শিংথানিংঙাই ওইরবা পোইন্ট অমা পুথোকলম্মী, মহাক্কা ইরিবা পুম্বগী মরমদা বারী শাদুনা ফোংদোকপদা অতৈ অইবশিংবু তুক্কচনা য়েংবগা লোয়ননা, ফোংদোক্লদুনা অসুম্না মখোয়শিং অদু "Unreadable" ওইরম্মী হায়না পাবা য়াবা হায়বগী অথদি পৃথীবি পুম্নবু বাহে পরেং অমদা হফুহল্লগা তশেংনা লংনা ওানবা বাহে পরেংশিং ওইগদবনি। Stein না Hemingway গী অহানবা খুংথা লাইরিক্তা য়ানিংদবা উক্নুনা Inaccrochable ওই ফোংদোক্লম্মী, ফক্লাংদা য়ানবা য়াবা ওইদে, য়েংগে খনবা বাফম থৌরাং তৌদবা ফৈ। মসি ওইরম্মী, লামাই লিশিং লিশিং পানবা লাইরিক চোইরোল অমসুং পাম্দম লৈতবা বাঙাং কয়াগা লোয়ননা, মহাক inaccrochable (শম্নবা য়াদবা) ওইনা ওস্থোক্লম্মী। মহাক Hemingway গুম্না মীয়ামগী মীৎয়েং কঙবা থৌরাংজরম্মী। শোক ১৯৪৪ দা মহাক অমসুং G/s শক্কা উনদুনা মায়োক্লরবা মতমদা, মহাক মহাক্কি পীরিবা মত অদুদা চুম্মী হায়না মরৈ য়েংলম্মী।

Hemingway মশাদা মীংচংকি খুদোল য়োংচাবিগুম চিংশিনবগী শক্তি লৈজরম্মী। বাহে খুদিংমক্তা মীশিংগী পূক্লিং চিংশিনবা ওম্না, পুম্নমক অদু Stain গী লৈরমদে । মহাক stein দগী পারা পুম্বা ফজনা তম্লকখিবনি। মহাক তশেংনমক পারিবা মীশক অদুবু মঙক্তা থৌরি কোক্লোয় হুক্কা চিংশিনম্মা ওম্মী, মহাক্কি মমীং অমসুং মনাকোং Cezanne নত্রগা Matisse না পূক্লিং চিংশিন্নবা থকতোরকপা মঙালগুম, মসিগী অকোয়বদা খুদিংমক লৌথোক্লুনা হাংহল্লম্মী। বাফম অসিনা হেন্না ফনা Hemingway গী অঙকপা বারীশিংদা থবক তৌই, মদু পুম্না লোয়নরিবনি, পুম্নমক "Composition" ওাক্তনি, খোইরুকি অদুগী ইফি খুদিংমক্তা, মহাক্কি উপন্যাসশিংদগী হেন্না। মহাক মফম অদুদা য়াম্না তোয়না Scene painting গী থবক লেপ্পী অমসুং মশা হাইনা- হুম্না মশামক ময়াই কারম্মী, মশামক্কি শক্তম য়েকচবা

মীশক অমা ওইনা অমসুং ফজবা ফল পুথোক্কুনা শেম্বা ঙম্বা আর্টিস ওইনা অনিমক্তা পাংথোকই।

ফোটো অমা হায়বসি থবক ওইনা উৎপনি মদুনা ফংলিবা লম খর কনগদৌরিবনি। Stein অশেংবা লাই য়েকপা শিনফমগী মরমদা, পূক্লিং থিংজিন্দুনা থবক পায়খৎপনা মহাক্কি পামজবা ওইরম্মী। মহাক্কা মতম পুম্বদা পুক্লিং থিংজিন্নবা হায়রম্মী। Hemingway ভশেংনমক পুক্লিং থিংজিনবা তম্লমগনি। In our Time হায়বা লাইরিকুগী মনুংগী পন্দুপশিংদা পন্দুনা য়াওবি মদুদি মরাল লৈরবা মীওইশিং চৌকি অমদা ফাঁসি তৌনবা পুরকপনা মরম ওইদুনা মখোয়গী তোংশাশিং অশোক-অপন থোক্কুনা মখৌ তৌরক্কুবা মতম অমসুং মাখল মাংশিন্নকপা তাঞ্জা অমসুং German সিফাইশিংনা চেকপল মথক্তা কাবগা one two three লাউরগা নোংমৈনা কাপলম্মী। "ঐখোয়না মখোয়বু মতৌ অদুগুম্না কাপ্পনি" মসিনা উস্তুনা তাক্লি Hemingway মতম পুম্বদা পুক্লিং থিংজিল্লম্মী। শারিবা মীশক্কুদা পুক্লিং চঙলম্মী। Hemingway না মীবোল খুদিংমক্কি শাউমীশিংদা ঈথিল পীরম্মী তৌশিন্নবা অইবা মীশকশিং ওইনবা, মকওইনা Time গী অকোয়বদা, মফম অদুদা শিকপ্পবা article কাওবা "বারী" অমনি হায়না কৌরম্মী, অমসুং অমুক হন্না কয়ারক হন্না ইথোকলম্মী paragraph অমগী মতৌগুম Flaubert না তৌবগুম Luceites কি হেজিন্না হায়জিল্লবা মশাগী ওইবা মত পীরদুনা করিগুম্বা মরুওইবা থৌদোক্তা মবি লৈননা ইবগী মহুত্তা অমসুং মদুমক্তা হাণ্ডাগী চেফোংগী মথুম ওইরম্মী।

থৌদোক্তা মরি লৈননা, Hemingway গী চৈথেংনা মশামক্তা শহুম পীবা কা হেন্না হৌরকলম্মী। অফাউবা অয়েকপা লাইশিং মুক হাজিল্লরক্কম্মী অমসুং করিগুম্বা মতমদা তম্বুবা ফাউবগী মত ফোংদোক্লম্মী মদুদি আমেরিকাগী লৈরিবা অফবা অইবা পুম্বা ইবনা অথোয়বনি থন্না থোঙদারক্কম্মী। Hemingway ফজনা ভাব তাবা ঙমলম্মী মদুদি short story অমা হায়বসি মসিগী সুপচিল্লবা মওংনা Lyric poem নত্রগা haiku গা য়াম্না নকশিন্নবা চৎলি মসিগী অপুম্বা শক্তম য়েংলুরগা। চৎনবিগী মতুংইন্না Novel অমা হায়বসি পোইন্ট অমদগী অতোপ্পা পোইন্ট অমদা লাম্না চৎপা লিশাং শিংপা মতৌ লৈবা, অরিবা লাইগী বারীনচিংবা পাক শন্না শন্দোকপা ওই। Hemingway গী উপন্যাস পুম্বগী মনুংদা, The Sun Also Rises না খ্বাইদগী তুং কোইনা চৎননবা হিংদুনা লৈননবগী তাঞ্জা ফংই মরমদি

মসিগী ফোংদোক্লিবা ৱাফমদা লেংবা নাইদ্রবা মচাক কয়া য়াউই, মসিগী দৃশ, অমসুং Hemingway গী অশাউবা A Farewell to Arms তগী হেন্না উৎলি, মশাগী ওইবা লুরবা তাঞ্জাদা নুংশি-নুংওলগী ৱাফম অমসুং Hemingway গী অপাম্বা ছন্দ-মাত্র শীবগী মচাক অনিগী মরক্তা অহানবা লাঞ্জাউগী মনুংদা Italian-Austrian front উরুরগা মহাক্কি মায়ওন খঙহোং হোংবগী ৱাফমনি।

মহাক্কি অচৌবা লাইরিকশিংদা, হেন্না হেন্না Hemingway, অবা- অনা ফোংদোক্লুনা মশক তাকপদা অমসুং মীওইবনা হিংবদা থেংনরিবা খুদোংথিবা মতাং উৎপদা, মহাক্কি নিংথিজরবা style না কবিত্ব শক্তি রোমদা ওন্থোক্লুনা মশাদা লোয়নদুনা লৈরিবা ৱাখলগী শক্তি শিজিন্নে। অরিবা মওং কয়া তাদবা হোংদোক হোংজিন তোয়না তৌদবা লন্নাই মীলইশিংনা করিগুম্বা খরদি হৌবদগী খঙবা লৈরম্মী মদুদি মথংগী লাক্কদৌরিবা শতাব্দি অসি লাঞ্জাউ থোক্লগনি লন্নাই মীওইশিংগী মায়োক্তা। মদু অমম্বা মতৌ লৈরবা অমসুং পুক্নিংদা মাংজৌননা কিহল্লকপগী নুংশিং চেন্নে হায়রা ফাওবা য়ারে। খজিত্তমক ফংলম্মী, করিগুম্বা মওং অমদা দন্দি শীবগী ৱাহৈশিং মহাক মহাক্কি.চাউববা বারীশিং "Big Two -Hearted River" ৱাবী অসিনা তেল্লগ্না শিংথারি Hemingway হেরোগী থৌনা অমসুং নিংবা কায়বা ৱাফম, করিগুম্বা মওং অমদা তেল্লগ্না শিংথারি নোংচুপ আমেরিকাদা লৈরিবা মীওইশিংনা নুপা অমসুং নুপীগী ওইবা (Gender ) না মহৌশা লাবেম্বীগা লাম্ফেংলবগী ৱাফম মহাক্কি লৈতেং ৱাহৈ অমসুং অকি তুজুংবগা লোয়ননা ইকাই খুম্নবা মহাক মশামক্তা মদুগীদমক্তা মতিক চাদে খনজবা, খুদক্কি ওইবা, খঙহৌদনা মহৈ ফংবা শুম্নরোইদবা ৱাফমগা মতম অমদা মীওইবা জাতিদা শীবা খাইদগী চাউবা খুদোলনি উরম্বা পোৎশক্তা, মায়োক্লবা তাবা অদুবু করিগুম্বা মওং অমদা মদুনা মহাকপু মতম পুম্বগী ওইনা কাউথোক্লম্মী।

Hemingway মতম পুম্বদা মশাগী ওইবা নুং.ইঞ্জিন্না লৈরিবা ৱাফম ফোংদোক্লুনা ইবা মীশক অমনি। হকথেংনননা, করিগুম্বা মতমদা মবম চানা মীনুংশিং খঙদবা থৌদোক য়াওনা অদু পুম্নমক্কি মথক্তা মহাক্কি অশোক অপন মায়োক্লবা, খঙনিংবা পোকপা, অশাউবা, পেন্দবা ফাউবা, অমসুং নিংবা কায়বগা মরী লৈননা পুম্নমক অদুনা মঙোন্দা অকনবা ৱাখল ঈথিলগী শক্তিনা নকশিন্না পুশিন্দুনা মপু ওইবা ওমহল্লী। মহাক করিগুম্বা তাঞ্জাদা অসুক্কি মতিক নাপল কাই মদুনা মরম ওইদুনা কনাগুম্বা মীওই অমবু শাথিনা শোকহল্লম্মী মদুদি পারিবা মীশক্লুনা হন্না হন্না

মঙোন্দা লাম্লে হায়জরম্মী Hemingway না ওইরিবা ফিভমগী মরমদা নহাক্কি পূক্লিংদা ফাওগনি অরাবনা থল্লবা মীওই মপোক্কি অকুপ্পা মরোল অমসুং পৃথীবি অসিনা চয়া মসিগী মরমদা কয়াম চাং বাংনা লোইবনাইদ্রবা মীওইবগী থম্মোইনুংদা হৌরিবা নোংলৈ-নুংশিংকি মরমদা খোঙ্গাং য়ৈরিবা পারিবা মীশক্তুনা ফংবা ঙমগনি।

"A head the river narrowed and went into a swamp. the river became smooth and deep and the swamp looked solid with cedar trees, their trunks close togather, their branches solid. It would no be possible to walk through a swamp like that. The branches grew so low... He did not feel like going on into the swamp. he looked down the river. A big cedar slanted all the way across the stream Beyound that the river went into the swamp

Nick did not want to go in there now he felt a reaction against deep wading with the water deepening up under the armprint, to hook big trout in places impossible to land them In the swamp the banks were bare, the big cedars came togather overhead, the sun did not come through except in patches, in the fast deep water, in the half light, the fishing would be tragic In the swamp fishing was a tragic adventure. Nick did not want it he did not want to go down the stream any further today"

"মাঙদা লৈরিবা তুরেল অদু অনেম্বা মাইকৈদা চেম্থবম্মী অমসুং চোংলি চোংলি লাউবা ঈশিং তুংবা মফমদা চংখিবম্মী। তুরেল অদু তনাল্লি অমসুং লুবা ওইরম্মী অমসুং চোংলি লাউবা লমহাং শেদব পাম্বীশিংগা লোয়ননা পুল্লপ উবম্মী, মখোইগী মশাশিং কুংশিন্না পাল্লম্মী অমসুং মউশিংসু কুংনা হৌরম্মী। চোংলি চোংলি লাওবা লমহাং ফাওদুনা চংপগী ওইথোকপা লৈরমদে। উশাশিং অদু নেম্না শন্দোক্লম্মী....

মহাক্কি পূক্লিংদা চোংলিবা লমদম ফাওদুনা চংপগী বাখল লৈরমদে চেল্লিবা তুরেল অদুদা য়েংথরম্মী। চাউরবা সেডার পাম্বী অমনা [illegible] তুরেল ফাউদুনা হৌরম্মী। মদুগী বাংমদনা তুরেল অদু চোংলিবা লমদম ফাওনা চেল্লম্মী।

থৌজিক Nick মফম অদুদা চৎপা পান্নমদে। মহাক্কি পূক্লিংদা লুথনা চেল্লিবা তুরেল লোয়ননা মহাক্কি শেগ্রাক থুম্না চেল্লিবা ঈশিং অদুদা, চাউরবা trout খোয়দা ফারগা কংফালদা পুখৎপা ওইথোকপা লৈতে হায়বা পূক্লিংদা ফাওরম্মী। চোৎলি চোৎলি লাউবা লমদম অদুদা তুরেল খোঙবালশিং অদু পুমহাং হাংলম্মী, চাউরবা সেডারশিংনা কোকথক্তা, নুমীৎকি মঙাল চৎলমদে, মচি মচিদা লাংনা ফাউবা নত্তনা, লুথনা য়াংনা চেল্লিবা তুরেল অদুদা, মঙাল ফংবোই ফংদবোই তৌরিবা মফম অদুদা, ঙা ফাবা অৱাবা মতৌ ওইগনি। চোৎলিবা লমদম ঙা ফাবা অৱাবা খোঙচৎ ওইগনি। Nick মদু পান্নমদে। ঙসিদি মহাক মখা চথনা তুরেল অদুদা কুম্না পান্নমদে।

Hemingway অৱাবা মতৌগা লোয়ননা গুন কয়ানা লৈতেংলবা মীশক ওইবম্মী তশেংনমক পীথোবকপগী হৌনশা, হোয়, “brave” (থৌনা ফৈ) মহাক্না হায়বগুম। মহাক মহাক্কি থবক তৌজবম্মী। মীওইবা ঐখোয়না তৌবগুম মহাক্কি তোংশাগী মরমদা ৱারেপ লৌবমদে পুন্নমক অদুবু মহাক্না চেবাংথক্তা তঙাইফদবা চয়েৎনবা কয়াবু নুংশিনা পল্লদুনা য়েকলম্মী। অখন্ননা মসি তোংশাগা মবি থমদে। নত্রগনা মহাক্কি উপন্যাসশিংদা য়াউবিবা অৱা অনা অমসুং সমস্যা কয়াগী চয়েৎনবা লাম্থেং মায়োক্নবা মহাক চাউরবা অতৈ অতোপ্পা উপন্যাসকারশিংনা তৌবগুম মশাদা মদুগী ৱাখল চেনৱ্রা? মঙোন্দা পীথোরকপা গুন চেল্লবা অতৈ অফাউবা আমেবিকা মচাশিংগুম, মখোয় অদুগী মশাদা লোয়নজবকপা মগুন অমসুং হকথেংননা অশোক অপন মায়োক্নবা অনিগী অহাংবা মবক্কি থৌদোক্ন ঙাউহনবগুম অমসুং মদুগী মতৌগুম Hemingway কা হেন্না মপুং ফাদবা অমসুং মশাগী অনিংবা মতুং ইন্না থবক তৌবা মীওই ওইরম্মী। কবম্না পোৎশক্না Hemingway নু মক ওইহল্লিবা, মহাক্কি শ্বাইদগী ফরবা থবকশিংবু করিনা মতম পুম্বগী ওইনা তেকথৎনা থম্না ঙমগদৌরিবা, মখল অমগী খুদোংথীববু শুগাইনা তাক্নুনা ফোংদোকপা ঙম্বগী শক্তিননি মদুদি হায়বিবা ৱাফম অদুদা মীওইবনা থোয়না খজিক্তফাওবা ৱাবা তৌদে মবমদি মখোয় মদু থেংনগে হায়দুনা তাইবংদা খোঙদারকপনি। খুদোংথিবা, মীপাইবা, অৱা অনা কয়া অসিবু কয়া য়াম্না চাং ওন্দুনা থোকখিবগে হায়বা ঙমগদৌরিবা, মদুবু তোয়না অরোইবা খোংচৎকি মাংজৌননা চাংয়েং কয়া পাংথোকপগা লোয়ননা তশেংনমক লানফমনি হায়বা ফাওবা য়াই। শিবা হায়বা ৱাফম জগৎকি লোয়নরিবনি, মদু ঐখোয়খক্তগী নত্তে, কনানা হায়গনি Hemingway না কয়া য়াম্বা চাংদা মদুখু তান্নদুনা থিরি মরমদি মসি মহাক্কি মহৌশা লাইরেম্বীনা পীথোরকপা মরু ওইবা ছিরমনি, মহাক

মশামকপু হন্না হন্না চাংয়েং তৌননবা মসিনা মহাকপু তোয়না ফুবোইদ্রা? Gregory Hemingway গী অইবা বেকোঁডতা, মহাক্তা হায় মদুদি মহাক অবাবা কোক্লম্মী মখোয়না ঐগী ইপাগী হকচাং লৈমায়ম্মক্তা থাংথবকপা মতমদা অমসুং ঐহাক পূক্লিংদা ফাওবম্মী মহাক তশেংনা শিবা ওইবম্মী, মদুদি ঐহাক্তা মহাকপু নিংবা কায়হনবা ওম্লবোই, মহাকপু মখা চম্থনা শোকহনবা ওম্লয়োই।

ঐনা আশা তৌই মসি শান্তি মপুং ফানা লৈ, অবোইবা ওইনা। অদুবু হে ঈশ্বর! ঐহাক শিববা মতুংদা শান্তি লৈতে হায়বা খঙলম্মী। মসি খেন্নবা খক্তা ওইববদি, মবমদি কনাগুম্বা অমত্তনা মতম পুম্বগী ওইনা মঙ মঙবা, নত্রগা যৌবাংবা তৌদে, নত্রগা মঙোন্দগী হন্থনা শান্তি লৈবগী জ্ঞান ফংলম্মী।

Hemingway গী মবমদা মসি অচুম্বনি মদুদি মহাক্তা য়ু ঙাওবা অমসুং নাপল কাখিবা যৌদোক পুম্বা লোংশিন্দুনা থম্বা ওম্লমদে। অদুম ওইনমক মসি তশেংনা পাবিবা মীওই পুম্বনা যৌজালগা লোয়ননা থম্মোইগী অমম্বা কাচিন্দা লৈবিবা মতৌ খঙবা ওমগনি মদুদি Hemingway কাউওমদনা ফোংদোক্লম্মী: চুমথোকপা ওমদনা লাম্লবা কবিগুম্বা ৱাখল খব। মসিগী মায়োক্তা, Hemingway শাউনা মহাক্কি মঙ ইং তপ্পনা থম্লবা লাম্লোকই, মহৌশা লাইবেম্বীগী মবমদা পামজবা লমদম ওইনা, মদুগীদমক্তা লেংশিল্লম্মী লাইয়েকপা মীশক অদুগী ৱাহৈশিং লেংশিল্লম্মী মহাক্কি ফিদমনিঙাই মতৌ লৈববা ৱাহৈশিং মফম চানা অচুম্বা মওংদা ৱাহৈশিং শিজিন্নবগী মত ফোংদোকলম্মী। A Farewell to Arms কি ৱামাঙ যানবদা Ford Madox Ford না যাম্না ফজনা ৱাহৈশিং মসি লাম্খোকই, "Hemingway গী ৱাহৈশিংনা নঙোন্দা চৈথেং পীগনি, খুদিংমক্তা, ঈচেল্দগী খুদক্তা লৌখৎলকপা নুঙ মচাশিংগী মতৌগুম। মখোয় হিংলি অমসুং ঙাল্লি, খুদিংমক মশা মশাগী মফমদা। মবম অসিনা মহাক্কি লামাই খুদিংমক্তা ঈচেলগী ঈবোলনুংগী ফল লৈ নহাক্তা চেল্লিবা ঈশিং মনুংদা য়েংখিবা মতমদা।"

মহৌশা লাইবেম্বী হায়বসি তাইবং মীওই মপোক নত্তবা ফিদম্লিংঙাই ওইববা মতৌ লৈ হায়না আমেরিকাগী নুংশি নুংওনগী মঙলান ওইদুনা লাক্লি। আমেরিকা লমদমগী ফজববু খোইদানা য়েক্কপা পামজবা লাইয়েকপশিংনা মহৌশা লাইবেম্বীবু চাংঙমদগী য়েংথরকপা মতমদা নাইতোক তাববা মীওইশিংগীদমক্তা কা হেন্না চাউববা পোৎশক্লি হায়না শিংথাবম্মী। ওম্ম তৈনবা ক্সওংদা, Malraux না Man's তা ইবগুম্না, লাই য়েকপা হায়বা ৱাফম নোংপোক লমদমগী মীওইশিং "charity"

(দান) গী হৈনবিনি। অয়েকপা লাইশিংদগী থিরুবা নত্রগা জগৎ শিফুংনা য়েংলুবদা দানগী থবক থিবা অরুবা ওই। মহাক্কি খুৎইশিংদসু দানগী বাফম থিবা ফংদে, মরম চানা ঈংনা চিক্লা লৈবা, করেম্লবা মওংদা ফাগী তৌবা অমসুং শান্তিগী লমদম থিবনি। মহাক মশাগী অচেংপা ফিবেশ লৈবা মীশক, অতোপ্পা মীশিংগা লোয়নবা মতমদা তশেংনা অচুম্বা বাফম খক্তবু শাক্লা চৎপা, মরমদি মহাক খমথেংনা চোকথবগা লোয়ননা লাম্থোক্লশ্মী, মহাক্লা ঐখোয়দা মীনুংশিং য়াওদবা সতাব্দিগী মরমদা লাম্থোকই অমসুং মদুগী মনুংদা ঐখোয় হিংদুনা লৈরিবনি।

---

# ROBERT PENN WARREN
## Ernest Hemingway

শোক ১৯২৯, মে থাদা Scribner's Magazine গী মনুংদা A Farewell to Arms কি অহানবা শরুক খুদোল তৌবা উরম্মী। October থাগী চেকোংদা নোভেল অদুগী মপুং ফারবা শক্তম উবা ফংলম্মী, অমসুং লাইরিক ওইনা চহি অদুদা ফোংলম্মী। মতম অদুদগী হৌরদুনা Hemingway বু সাহিত্যগী লমদা খোঙদারিবা মীওই পুম্বনা তোঙানবা মখলগী অইবা, তোপতোপ্পা মহাউ অমসুং শক্তি চেনবা মীশক অমা ওইনা উবা হৌরকলম্মী, তশেংনমক American fiction গী অনৌবা মওং শেম্বা মীশক্তি হায়না শিংথারম্মী। A Farewell to Arms হায়বা উপন্যাস অসি Hemingway গীদমক্তদি ওল্লিবঙে মতমগী হোৎনমলগী মহৈ ওইনা পোৎশিংবু কুপ্না থিজিন্দুনা অচুম্বা বিচারগী মওং উৎপগী মীৎয়েং শিংথাবা য়ারবা মচল কয়ানা লৈতেংলবা খুদোলনি। অমসুং মসিগী মীংচৎ মখোয়দগী পৃথিবীগী অতোপ্পা প্রজাশিংদা মতিক মঙাল চাউনা শন্দোক্লম্মী। মসিগী মরুওইবা মচাক পুম্বা মীয়াম্বা খুদক্তা খঙবা হৌরকখিরম্মী, অমসুং মসিগী মীংচৎ অহোংবা মচাক কয়াগা লোয়ননা মীয়াম্বা শাম্বনা চহি কয়ামরুম চংনা হিংদুনা লৈরম্মী।

লাইরিক অসিগী করম্বা খুদক্তি ওইবা মচাক্লা মীয়ামগী থম্মোই চিংশিনখিবা? মসিনা First World War গী মরমদা অচুম্বা থৌদোক জিদুনা তাহল্লি, লাঙ্গাওনা মরম ওইদুনা মতম অদুগী মীয়োল, মদুবু লাক্কেংনবদা শরুক য়াখিবা, মখোয়গী পুন্সিবু মীনুংশি য়াউদনা তমথিনা ফোয়দংশিখিবা হান্নদগী লৈরম্বা অরিবা চংনবি অমসুং থাজনবগী পনখৈনুংদগী মংশিখিরম্মী। অতোপ্পা অইবশিংনসু লাঙ্গাউ অদুগী মরমদা অচুম্বা মান্নাবা মওংদা হায়খিরম্মী অমসুং হায়দুনা লৈরি। John Dos Passos না Three Soldiers কি মনুংদা, i.e. cummings in The Enormous Room দা, Willian Faulkner না Soldiers's pay দা, Maxwell Anderson অমসুং Laurence Stallings না What Price Glory গী মনুংদা? হায়রিবা অইবা পূম্নমক্না লাঙ্গাউগী মরমদা হকচাংগী ওইবা অশোক- অশন, খাঙবকনবগী শক্তি অমসুং ইচং থৌনা উত্তুনা লম্মাই মীওই অমগী মতাংদা য়ৈখায়

থিজ্জায়বনা থল্লবা হৌজিক মতমগী মেছিনগী শক্তি য়াওরবা খুংগু- খুংলাই মরক্তা লাম্বেংনবগী মরমদা উত্তুনা তাক্লি অমসুং মখোয় অচুম্বা মরম ফংবা ঙম্নবা লাম্বেংনরম্মী, মদুগুম্নবা য়াকম অদুবু মীচম প্রজাশিংনদি তাব তাবা ঙমদনা লৈরিবা অচুম্বা মরম থিরুবা মতমদা মতিক চানা চুম্মী হায়বা য়াফম উৎনবা হোৎনবদা মতিক চাদবা ওইবা, নত্রগনা অচুম্বা মরমগীনি হায়না থাজবা ঙম্নমদে। অমসুং A Farewell to Arms হায়রিবা লাইরিক অসি নুপা অমসুং নুপীশিংগী মরক্তা থোকখিবা লাইবক থীবা থৌদোক অৱা-অনা কয়া শিংথাদুনা রেকোর্ডি তৌবগী মরমদা অহানবা লাইরিক ওইরমদে, লাঞ্জাউনা মরম ওইদুনা, পুন্সিগী অরিবা চৎন-পথাপকা তোৎন-তিন্নবা চুংশিন্নদুনা হীংবা ঙমলমদে। Hemingway মশামক্তা The Sun Also Rises কি মনুংদা শোক ১৯২৬ অ শক্তম অমা উৎলম্মী মদুগী মনুংদা নহা ওইরিবা ইংলিশ মচা অমগা মীরৈবাক American মচা অমগগী পুন্সিদা মওং তানা চান্ন-নুংশিননা হিংমীন্নৌ য়াদ্রবা পুন্সি মরেল Paris সহরগী বারদা ওইখিরম্মী, Gertude Stien না মখোয় অদুবু "lost generation" হায়না শিংথারম্মী। তৌইগুম্বসুং মদুগী মমাংদা; F. Scott Fitzgerald, মহাক মশামক লাঞ্জাউগা নকশিন্নবা ওইদ্রগসু সিফায়শিংগী ট্রেনিং কেমপ অমদা লৈরম্বনসু lost generation (মাংতাক্লবা লৈখা তারবা মীরোলগী) মরমদা ইরম্মী। মতম অদুগী নহারোলশিংগী পুন্সিগী মরমদা Fitzgerald না ইরম্মী, মখোয় সিফায় ওইনা মপুং ফাবা জ্ঞান লৈতবা ওইরগসু, নত্রগনা মখোয়গী নুংশি-নুংওনগী য়ারীশিং পার্কিংগী মনুংদা খামদুনা লৈবা কারগী মনুংদা ওইবগুম, নুংশি চান্ননা শিনফম তিন্নরুবদগী হেন্না নকশিন্নবা মরি অরোনবা কাদা থম্বগুম অমসুং country club নচিংবা মফমশিংদা পাংথোকপগুম, Paris কি হোটেলশিং অমসুং café শিংগী মনুংদা নত্তনা, Hemingway গী মীরৈবাক মচাশিংসু মান্নবা মওংদা লাঞ্জাউগী মরমদা চথরম্মী অমসুং অতোপ্পা সংসার অমগী মনুংদা অমম্বদা করিগুম্বা পেনবা য়াবা মচাক থরা ফংবা ঙম্না হায়না মাদুনা থিরম্মী, হায়রিবা মফম অদুদগী অরিবা চৎন-পথাপ লৌথোকখিবা ওইরম্মী। শোক ১৯২০ গী Great Boom দগী থক্তোরকপা অরংবা মঙালদা মীরৈবাক মচাশিং অদুনা তুং ওনশিন্দুনা থৌশাদনা লৈরম্মী, অমসুং Fitzgerald গী নহারোলশিং অসিনা মরুওইনা নুংশি-নুংওন, লন-থুম অমসুং ময়াই কাবা পোৎশকশিংগা লোয়ননা মশানা তানা চিংশিনখিরম্মী, তৌইগুম্বসুং অনিগী মরক্তা চাউনা খেন্নবা লৈরিবা অদুদি তোপতোপ্পা মওংশিংগীনি।

করিগুম্বদা Hemingway গী নহারোলশিং অসিনা চাউরবা Great Boom বু য়ানিংদবা ফোংদোকপা লৈরবদি, Fitzgerald গী নহাবোলশিং অসিদি নিংবা কায়বনা পোলোই্ ওইবা মওংনি করিগুম্বা মাই পাকপগী খুদম খরা ফংলবসু। "Fitzgerald গী অরা-অনা নংলবা নহারোল পুম্বা" মহাক্না খোমজিল্লকপা রারীশিংগী মনুংদগী অমখক্তং খনগৎলগা মদুগী মিংথোল পীবম্মী অমসুং Hemingway গী "lost generation" মহাক্না থিরম্মী ইতিহাসকি ওইবা শিংথাবা য়ারবা অক্কক অমা থীবা অমসুং লাল্লা য়েকপ্রবা মেপ শাক্লবা লমহাং অমগী মনুংদা লেপ্পুনা মপুং ফারবা কিরেপকা লোয়ননা অখাঙ কল্লা লৈবগী মওং উৎলি।

A Farewell to Arms হায়বা লোয়ননা অখাঙ কল্লা উপন্যাস অসি পৃথিবীগী অহানবা লাঙ্গাউ অমসুং the Great Boom না নিংখায়রকপা লোয়রমদাই্ তাঙ্গাদা খোরকপা উরম্মী, মসিনা অকুপ্পা রাবোল অমসুং মমাংগী চহি তবা অদুগী মরমদা ওইরক্ল অরংবা মঙালগী নুংগী ওইবা অর্থগা লোয়ননা উৎলম্মী। মসি অসিগুমনা থবক তৌরম্মী, মসিনা চহি্ তরা অদুগী অবোইবা ফল হায়দোরকপা খক্তা নত্তনা মীওইবগী পুক্লিগা মবি লৈননা পেন্দবা অমসুং অরা-অনা কয়া অমা খঙবা হৌরকলম্মী ইচম চম্বা রাখলদা মদুগী মমী তাদবা মীওই্ ফাওবনা মরমদি মসিনা ওইরিবা ফিভম অদুবু হৌরকপগী মরম তেল্লগ্না উৎলম্মী, হায়রিবা তাঙ্গাদুমক্তা য়াওরিবা অকুপ্পা মরোলশিং শুগাইনা তাক্লবগী ওইরক্লিবা ফিভমগী মখা তারকপা ফল ওইনা উৎলম্মী।

লাঙ্গাউগী মনুংদা চাউরকখিবা মীওই্ খিবিক্লা নত্রগা মসিগী মরুমদা লৈবিবা মীওই্ পুম্বনা হৌখিবা থৌদোক কয়াবু মীনুংশিগী থৌরাংবা মীৎয়েংগা লোয়ননা মীকুপ, অশেংবা রাখল্লোন কয়াবু নাথৈরগা চৎখিবগী তাঙ্গা ওইনা লৈবম্লে। শেংলবা রাফম কয়াগী অমাং-অতা থোকপগী মীকুপ, অশেংবা রাখলল্লোন কয়াবু নাথৈরগা চৎখিবগী তাঙ্গা ওইনা লৈরম্লে। তুংগী মীরোলগী হিংননবগী চপচাবা রাখল্লোন্নি খন্দুনা অদুগুম্বা শেংলবা রাফম কয়াগী অমাং-অতা থোকহল্লবা অমসুং অশেংবা পোংশকশিংগী অরংবা মঙাল শিথহল্লবা মীনা শিনবা থৌশিল ওইনা থোকপা ওইরগদি, অদুগুল্লবা মীওইশিং অদু য়াম্না চাং য়াংনা হিংদুনা লৈরি। মসি তশেংনা হায়বা তারগদি লম্লাই্ মীওই্ অমগী মরালদি নত্তে, মখোয় অদুনা হুক্লংনা য়েংখিবা মতমদা অচম্বা অরিবা মওংগী মমী তম্বা উগনি Frederisk নত্রগা catherine দা মতিং লৈনা থৌনা উখোরকপা থেংনগনি, তৌইগুম্বসং লম্লাই

মীওই অমগা মরি থমদনা জগৎকি খোংজেলগীদমক উংলিবা চাউরবা চক্রগী ফলনা ওইহনবনি। A Fare well to Arms না উত্তুনা তাক্লি, হিরম অমদা মীরোল অমগী চাউরবা নুংশি- নুংওলগী থোকখিবা থৌদোক, অমসুং মখোয় অদুনা মীরোল অদুবু মতৌ তমদুনা হেন্না ফজনা থবক তৌরি উৎনবা ওইরম্মী। মসিনা উত্তুনা তাকলি মতৌ করম্না Greek দর্শন শাস্ত্রগী মতুংইন্না নুঙাইবা অমসুং লাইনা হিংববু তুরুচনা য়েংবা মীৎয়েং, নত্রগা নুঙাইববু মাঙহনবা অদুবু অরানবা মাইকৈদা থাজবা অমসুং ফিদল্লফমরোমদা মীৎয়েং থম্না, আত্মাগী মায়থিবা মতৌ নত্রগা পোৎশিংগী মায়পাকপা রোমদা মীৎয়েং থমদুনা ইরাৎ-পূজা তৌবা, য়ু ঙাউবা নত্রগা নিঙবা কায়বা, পুম্নমক অদু থৌনা লৈবা থবক্তি হায়না শিংথাবা, অচম্বা মওং অমসুং নুংশি- নুংওলগী খোঙফম চেৎপনি হায়বা য়ুম্ফমদা শাগৎপা ওইরগসু অরোয়বদা য়াম্না তমথিরবা মওংগী মায়থিবা ওক্করম্মী। ওল্লিভৈগী অবা-অনা থৌদোক্লা লোয়শিনবা ৱারী অসিনা উত্তুনা তাক্লি মখল অমগী চিরোল চিথাই অমসুং অরানবা তৌবগী ৱাখল্লোন মদুনা নুমীৎ তাপ্রবা মতুংদা অরংবা মঙালগী শরুক খব লৈহৌবগুম তুংদা থোক্লগদবা থৌদোক্তি মবমগা মবি লৈননা, উৎলম্মী। A Fare well to Arms কি লানফম্না শুগাইনা তাকলম্মী The Sun Also rises কি বাবদা থোকখিবা থৌদোকশিং অমসুং ৱারী লাইবিক "Soldier's Home" গী নহারোল Krebs শিংগী মরমদা শন্দোক্লা তাক্লম্মী মখোয় অদুনা Middle Western town দা লৈবা ময়ুমদা তপ্না তপ্না মচোই তারবা ফিভমবু মশানা য়াজরদুনা হল্লকখিরম্মী। A Fare well to Arms হায়বিবা উপন্যাস অসি মমল লৈতবা হস্থবা থাক্কিনি হায়বা ৱাফম লৈরমদে। পুম্নমক খন্থববা মতুংদা, মসি ওই, লাইরিক অদুগী মঙ-হাগুম লৈরিবা শুহৎয়াই শক্তমবু হেন্না মপুং ফাহন্বা ওই। লাইরিক অদুগী শুমহৎয়াই শক্তম শিংথারগদি অহৌবমক্তগী পুক্লিংদা ফাউরম্মী, মসি মহৌশাগী ওইরিবা শক্তমগা মান্নদবা মখলনি, অহানবা পারিবা মীশক্তুমক্তা অখন্নরবা অচুম্বা মরম লৈবনা য়াম্না খোয়দাজনা পাবা ওইরম্মী অমসুং তঙাইফদনা চংবা মগুনগী খল্লুদনা তুংদা লাকপা অপাবা খুদিংমকসু অদুগুম্না খল্লি।

A Farewell to Arms হায়বা লাইরিক অসিনা অপাবশিংগী থম্মোইদা শীরিবা খুদক্তি ওইবা Appeal দি, লাইরিক অসিবু ইরিবা মীশক অদুগী মশাগী ইতিহাসকা য়াম্না নকশিন্নবা মরী লৈনৈ। ৱারেং অসিবু ইরিবা মীশকসিনা Hemingway বু শোক ১৯২৯ দা খঙবগা মরি লৈননা, মহাক নহা ওইরিবা

মীশক অমা মহাক্তুমক্রা মতাং চানা মহৎশিনবগী জ্ঞান ফংলবা মীশক লৈরিবা মীয়োম অদুগী ময়াই চবুক্কি লৌশিং লৈরবা মীশক অমা খওলম্মী। A Farewell to Arms কি মতুংদা থোক্লকপা লাইরিক খুদিংমক, মশামক্কি ওইবা থোকখিবা ৱারীশি মমী তারম্মী, মদুনা মহাক্কি Fiction শিংদা থোকখিবা থৌদোকশিংগী শোয়নাইদ্রব মচাক কয়াগী প্রমান ফংলম্মী অমসুং শৃক্লিংদা হেন্না মমী তাননবা হায়দোবকপ খুদিংমক মমল ৱাংনা লৈবম্মী। মহাক চৎন-পথাপ অমা অমসুং হিংননবগী লাম্লো অমা শীবা গুন্নম্মী করিগুম্বা তাঞ্জাদা মায়থিবা অমসুং নিংবা কায়বা থেংনববসু, অমসু অদুম ওইনমক মশামক্কি ৱারী অদুবু ঐথোয়না মতম পুম্বগী ওইনা পামজনা লৈবিবা আমেরিকাগী মায় পাকপগী ৱাবী।

মহাক Middle West কি মনুংদা Illinois কি Oak Park তা পোক্লম্মী হায়রিবা লমদম অদুবু য়ানিংদবা ফোংদোকপদা লেমজনিঙাই ওইববা, নুংশি নুংওনগী ৱাফম লৈত্রবা, তৌইগুম্বসুং মহৌশাগী ওইবা লমদম অদুগী মগুন চাং ৱাংনা লৈববা লমদম, ওন্ন-তৈনবা মওংনি হায়বা মতিক চায়, অয়াম্বা আমেরিক মচাশিংগী নুংশি-নুংওনগী থোঙদাফম লমদমনি মহাক্কি মপা অদু Physician অম ওইরম্মী। মখোয়গী ইমুংদা নুপামচা অনি অমসুং নুপীমচা মবি লৈবম্মী। কালেন খতুদা মখোয়গী ইমুং-মনুং অৱাং খংবা Michigan দা লৈবম্মী হায়বিবা মফম অদুদা Indian শিং লৈরম্মী পাং, ঈচেল, জঙ্গলগী লমদমদা নুপামচা ওইবিঙেগী তাক্কক্তা মতিক চানা হৈননা লেল্লম্মী। নিংথমথাগী মতমদা মহাক Oak Park ত স্কুল কারম্মী। হায়স্কুল তম্লিঙৈদা মহাক football শাস্নরম্মী, য়ুমদগী নাম্থোক্তুন চেল্লম্মী, হল্লক্লম্মী অমসুং শোক ১৯১৭ তা গ্রেজুয়েট ওইরম্মী। গ্রেজুয়েট লোয়রব মতুংদা মহাক মতম খরগী ওইনা Kansas city star গী reporter ওইরম্মী, তৌইগুম্বসু লাঞ্জাউনা অসুম চথবক্লবদা অমসুং মহাক ইটালিদা চৎলম্মী মশান তৌগে খম্না Ambulance driver ওইরম্মী। মহাক লানফমদা শোকখিরম্মী অমসুং লায়েংলম্মী, মহাক্তা ফগৎলক্লবা মতুংদা Italian Army দা সিফায় ওইনা য়াওরম্মী। মতম খরগী ওইনা লাঞ্জাউ মতুংদা Toronto star গী মীরৈবাক্তা থবব তৌবা শাউমী Near East তা ওইরম্মী।

লাঞ্জাউ মতুংগী চহিশিংদা মহাক অকনবা মশাগী নিয়ম ওাক্তা মহে মশিংগী মরমদা জ্ঞান তানশিল্লম্মী, খুৎশা হৈবা অমসুং ইবগী লৌশিং ফজাবা হোৎনরম্মী।

মহাক্কি শিন্দম্নগী মতম অয়াম্বা Paris সহরদা লেল্লম্মী, হায়রিবা মফম অসিদা মীরৈবাকমচা কয়ামরুম্না কলাবিদ্যাগী মরুওইবা ময়োল ওইরিবা Paris সহরদা থোমজিন্নরক্লম্মী। অইবা অমা ওইনবগী শিন্দম্না, লাইয়েকপগী, নুংদা অমসুং উদা হক্কুনা মুর্তি শাবগী, নত্রগা জগোইগী লমদা, নত্রগনা অচম্বা মওংদা পুন্সিগী নিংখা তম্না নুংঙাইথোকপগী হৈনবী থিবা আমেরিকাদগী নত্রগা ব্রিটেনদগী মীরৈবাক মচাশিং পুল্লম্মী। "Young America", Ford Madox Ford না হায়রম্মী, prairies গী ওয়খৈ নাইদ্রবা লমদমদগী খঙচোং চোংখৎলম্মী, ফোংদোক্লম্মী Paris কি মনুংদা। মখোয় শগোল মচা অঙাওবগুম থোঙদাররুম্মী মখোয়না অকংবা লমদম অমসুং নাপী হৌবা লমদমদা রেল লম্বী শেন্নরুবা মতমদা। মখোয়না চংশিল্লকপগী খোঞ্জেলনা খোঞ্জেল খুদিংমকপু লাকহংখিরম্মী। মখোয়গী মশিং থিঙমদ্রবা মওং মতৌনা সহরগী পাক চাউস্রবা নাক-য়েত্তা উপাল হৌবা সড়কশিংবু লোংশিল্লম্মী। মখোযগী মতম চুপ্লদা লৈরবা লেং ওৎপা মতৌনা নহাকসু কোক ঙাওহনগনি। "অমসুং Hemingway মশামকপু : 'মহাকপু ঐঙোন্দা Ezra Pound and Bill Bird না খুদোল তৌবম্মী অমসুং হায়বপ্পা Eton-Oxford বাখল্লোন লৈবা মহাক্কি Britannic Majesty গা লোয়ননা midland regiment তা Captain ওইবা খোঞ্জেল শিবপ তৌবা নহা ওইবা মীশক ... অদুগুম্বা চং-চং লাউবা শক্তমদুনা য়াম্না তপ্না Hemingway ওম্থোক্লম্মী, ফিবেপ চাং পুবা ওম্নবা হোংনরম্মী, মহাক্কি পৌববা খুৎশাশিংনা ঐগী কোক্তা শোক্লদুনা Paris গী Land Lord মরমদা যানিংদবা ফোংদোক্লদুনা ঐঙোন্দা বারী লিররুম্মী। মহাক্না বারী লিবা মতমদা খোঞ্জেল তপ্না বাহৈ নাইতোম খনগৎলগা শিজিন্নরম্মী।

মশাগী হৌরকফম লৈজবা অমসুং চেপ্লিবা শক্তিগী মতাং মহাক্কি ওপ্লিঙৈ মতমগী বারীশিংগা মরী লৈননা, অপিক অপিকপা মেগাজিনশিংদা অমসুং France কি অতোপ্পা চেফোঙশিংদা য়াওরকপা উরুবগা মীয়াম্না মহাকপু অহানবগী ওইনা শকখঙবা হৌরকখিরম্মী। In Our Time হায়বা মহাক্কি খরা থেংথরকপা মতমগী বারীশিংদা, মরু ওইনা মরী লৈননা আমেরিকাগী মনুং হক্সিল্লা লৈবিবা লমদমগী দৃশ উত্তুনা পুক্সি মহিং তাক্লি, অমসুং নুপামচা অমনা লমদম অদুগী শক্তম পূক্লিংদা ফজনা ভাব তাবা ওম্বগা লোয়ননা চাউবরুম্মী। লাঞ্জাউগী মতমদদি কাংখোং চায়রবা শাহিং চাবগী শাজৎ মওংদগী তরংনা চাউনা খেন্নবা লৈরম্মী অমসুং লাঞ্জাউ মতুং

ফাওবা ইউরোপ্তা হায়রিবা আরাজককি শক্তম উবা ফংলম্মী। In Our Time হায়রিবা লাইরিক অসিগী মনুংদা ফিডম অনিমক্কী থেন্নবা অমসুং মদুগী শক্তম চথদুনা লৈবা মচাকশিং উরম্মী। মফম অদুদা নহা ওইরিঙৈ মতমগী সংসারদা নুপামচা অমা ওইনা ইথক ইরাংগী পুন্সি অমসুং লাঞ্জাউগী মতমদা থোকখিবা তশেংবা থৌদোক্কি মবমদসু চাউনা থেন্নবা অমসুং শাংথনা চথদুনা লৈবা উবম্মী।

শোক ১৯২৬ তা মহাক্কি লাইবিক The Sun Also Rises ফোংলকপা মতমদা, Hemingway গী থবকশিংগী ভাবক পাক শনবা হেন্থংলকলম্মী, অমসুং মতম অমত্তদা মহাক্কি থোইদোক হেন্দোকপা লাইশোক ওইবগী তাঞ্জা লাক্লম্মী অমসুং মহাক্কি থৌদাং মীবোল অদুগী মবমদা মাঙজিল থানা ব্রা ঙাংবা মীশক ওইরক্লম্মী। তৌইগুম্বসু A Farewell to Arms হায়বা উপন্যাস অসিনা থবক ওইনা উত্তুনা মহাক্কি মীংচং শাগংখ্রবনি অমসুং হোংনজমল চাউনা শিংথাখ্রবনি। মসি অবংবা মঙাল চাউবা থিংঙমদ্রবা উপন্যাস অমনি; মসিনা পীবি মতিক চাববা সাক্ষী কয়া; মসিনা Middle West তগী আমেবিকা মচা অমদা মায় পাকপগী লুহুপ উন্নিরি, মহাক্কুনা শা তান্দুনা অমসুং ঙা ফাদুনা লেনখিবা, হায়স্কুল তম্লিঙৈদা foot-ball শান্নবমখিবা, খবব কাগজগী পাউমী ওইখিবা, লাঞ্জাউদা য়াউরুদুনা অশোক-অপন থোকখিবা অমসুং লৈতেংখিবা, অঙক-অঙকপা মফম কয়াদা মীবৈবাক্তা চত্তুনা পাউ থোমজিল্লুবা মীশক, য়াম্না নিংখা তম্না Paris কি মনুংদা Latin Quarter দা লেনখিবা, অমসুং মশাগী চহি কুন্থা শুবকপদা অইবা অমা ওইনা মহাক্কি লাইবিক খ্বাইদগী মশিং য়াম্না যোনখিবা শান্নবোই, লম্নাই শান্নবোই, পাউমী, সিফায়, অনৌ অনৌবা থিজিনবগী থবক তৌবা মীশক অমসুং অইবা ওইবম্মী।

A Farewell to Arms হাযবা লাইবিক অসি অতৈ অতোপ্পা মহাক্কি পোথোকশিংদগী তোঙাম্না খায়দোক্লগা খন্ন-নৈনবনা হেন্না মবমচাবা অমসুং হেন্না শেন্দোং লৈগদবা মওংনি হায়না ফাউবা লৌবা য়াই। অদুবু Hemingway তোপতোপ্না মশাতগী ওইবা অইবা মীশক্তি, মহাক্কি অনিংবা মতুংইন্না মীংনা উব্বা ঙম্না থল্লিবা পান্দম অমসুং মহাক্কি নমুনাদা মশাগী পূক্লিং লাকশিনবগী মতৌ য়েৎজুরগা, মহাক্কি থবকশিং অসি, মীয়াম খ্বায়গা মান্নদবা মওংদা থবক পুম্বা চথরম্মী। লাইবিক অমগী শকক অমনা অতোপ্পা শকক অবু অর্থ হন্দোক্কুনা তাকই। ঙক্লিঙৈ মতমগী লাইবিকশিংদা য়াউরিবা মচাক অথেংবা মতমগীগা চাংদম্নকবদা অহোংবা কয়ামরুম

লাকখিরম্মী হায়বা ৱাফম অচুম্বা মরম কয়ামরুম লৈরম্মী, মদুদি মহাক মশাগী ওইবা ভাব তাবগী চাং হেনগংলক্রম্মী, মদুদি ৱাখল মীৎয়েং নিতি-নিয়ম পুম্বা হৌরকপদদি পূক্লিংগী ঈথিল চাউনা শীরম্মী অমসুং অচম্বা পুম্বা হোৎতোক্রগা শিজিন্নবা অমসুং শাকথোক চাউথোকপা হেন্জংলক্রম্মী। তৌইগুম্বসু মহাক্কি লাইরিক অমবু ফজনা ভাব তানা লৌশিনবা ঙম্নবগী খ্বাইদগী ফরবা শাক্মেদি, ঙম্নিঙৈ মতমগী পোথোকশিং অমসুং অথেংবা মতমগী পোথোকশিংগা চাংদম্নবগী মথক্তগী কবম্বা বাখক্লোন অমসুং নমুনা শিজিন্নবগী অচুম-অরান থিবগী মরম্বা ওইরি।

ৱাহং পুম্বগী ওইথোকপা য়াবা খ্বাইদগী চম্বা পাম্বেদি Hemingway না কবম্বা সংসাবগী মবমদা ইবিবগে থিবনি। অইবা অমনা তোপতোম্না সংসাব অমগী মবমদা ইবা য়াই য়াম্না চম্বা মওংদা মবমদি হায়বিবা সংসার অদু মহাক মশক খঙই অদুবু মহাক্না অদুগুম্বা সংসাব অদুগী মবমদসু ইবা য়াই মদুনা খ্বাইদগী ফবা মওংদা ড্রামাদা ওম্বোক্রম্মী। ৱাফম অদু মহাক্কিদমক্তা অমসুং নৈনবিবা ৱাফমপুম্বা মহাক্কি তঙাইফদনা তৌদ্রবা য়াদ্রবা মথৌ ওইবম্মী - মবমদি মসিগী মহৎ শিনবা য়াবা ৱাহৈ অমদনা তোঙানবা মখলগী সংসাব অদু মখল অমগী নিংসিং খুদম ওইবা য়াববা কান্নববা মচাক কয়ানা তিল্লিবনি মহাক্কিদমক্তদি।

কবি কবম্বা অবম্বা অমসুং লমচৎ শাজংকি মবমদা Hemingway ইবিবা ?

মখোয় মহৌশানা হিংশাগা লোয়নৈ। য়ু কা হেন্না থকপগী ৱাফম লৈগনি, হকতিন্নবগী নিয়ম ঙাক্তবা মওং The Sun Also Rises কি সংসাবদা থোকপঙ্গুম; তংদু লৈতাদবা, শাহিং চাবগী মতৌ লৈববা লাঞ্জাউ, A Farewell to Arms তা থোকপগুম, For Whom The Bell Tolls কি মতৌগুম, In Our Time দা পন্দুনা য়াউবিবা ৱাবী খবদা, শান্ন-খোংনবগী সংসাব "Fifty Grand", "My Old Man", "The Underfeated", "The Snows of Kilimanjaro"; মীহাৎ-মীপুনগী সংসাব "The Killers", "The Gambler, the Nun and the Radio" অমসুং "To Have and Have not" তা তৌবগুম। কবিগুম্বদা ৱাবী অমগী থোক্লিবা অবস্থানা অতোপ্পা ৱাবী অমগা মান্নদবা লৈববসু, মশানা তানা মহৌশানা খুদোংথিবা মায়মোক্লগনি, মদুগী মকমদা অমাং-অতা থোকপা, হকচাংগী ওইরসু নত্রগা পূক্লিং ৱাখলদা ওইবা য়াই। মহাক্না পুথোক্নুনা উৎলিবা পাত্রশিংগী লমচৎতা, মখোয়

মহৌশানা অচেৎপা খোঙফমদা লেপ্পা হোংবা নাইত্রবা ওাক্লি, মখোয়না হিংদুনা লৈরিবা অরুম্বা অবস্থা কয়ানা থল্লবা সংসারবু ফজনা মমুৎ তানা খঙবগী লৌশিং লৈরবা ওইরম্মী, ম্বাখল ঈথিলনা লমজিংদুনা নিংঙক নিংঙকপদা থবক পাংখোকপা ওইদবা মীওই ওাক্তা ওইরম্মী – Rinaldi নত্রগা Frederick Henry গুম্বা মীওইশিং A Farewell to Arms কি মনুংদা, Robert Jordan গুম For whom the Bell Toll কি মনুংদা, Henry Morgan, To Have and Have not তা, the big game hunter গুম্বা "The Snows of Kilimanjaro" গী মনুংদা, The old bull fighter গুম। মহাক্লা পুখোক্তুনা উংলিবা "Fifty Grand" গী boxer গুম। মহাক্লা পুখোক্তুনা উংলিবা typical character অয়াম্বা শিনফমগী মতম কয়াগী মমাংদগী চুংশিন্নবা গুম্বা মীওইশিং ওইরমদে, মখোয় অয়াম্বনা নহা ওাক্তনি। খুদোংথিবনা থল্লবা হিংলাগী সংসারদা অহানবা ওইনা খোঙদাবা অমসুং মদুদগী কবম্মা মখলগী লৌশিং ফঙবগে থিরিবা মীশকমক্তনি।

ঐখোয়না অসুম্না হায়বে Hemingway না শেম্লিবা অবস্থা পুম্বা অমাং-অতা থোকপগী উরমদা পুম্নমক ওই। পুখোক্লিবা মরুওইবা পাত্রশিং মায়থিবা অমসুং শিবা মায়োক্লে। অদুবু মায়থিবা অমসুং শিবা লৈরগসু কবিগুম্বা খবা অমাং-অতা থোক্কদবদগী কনবা ওম্নবা শিল্লাংলম্মী। খুদম ওইনা কায়দুনা লুপথববা জহাজদগী নত্রগা মৈহৌ লাংপোক্তগী নাম্থোক্লবা থৌবাং তৌরম্মী। অদুনা মফম অসিদা ঐখোয়না Hemingway না পুখোক্তুনা উংলিবা অবস্থা অমসুং পাত্রশিংগী লমচৎ হেন্না পূক্লিং চংবা উবা ফংই। মহাক্লি মকওইবা থৌদাং লৌরিবা পাত্রশিং য়াম্না কা হেন্না লাউখোংদুনা অকল-অথৌ উংপা, পূক্লিং লৈতাদনা থবক পাংথোকপা, মরম চাদনা য়াম্নথোকপা নত্রগা মীরক মীচনথি ওইরমদে, অমসুং মখোয় মায়থিবা থেংনরবা মতমদা মখোয় খঙই মখোয়না লেপ্লিবা অচেৎপা খোঙফম, অম্রা-অনা থেংনরবা মতমদা পূক্লিং ফাথরগা খাঙলম্মী অমসুং মায় হাইগৎনা মায় পাকপা মখল অমনি হায়না লৌরম্মী। মখোয় মায়থিবা তাববদি, মখোয় মখোয়গী পূক্লিংদা মায়থিবনি য়াজে; মখোয় অদু তশেংনা কদুনা থমই, থবক্কি লমদা মায়থিবা লৈরগসু, মখোয়গীদমক্তদি কিদমিন্নুওাইনি - মীওইবনা মতৌ কবম্মা করম্মা লমচৎ চৎকদগে হায়না তাকপা তারগদি, [illegible] নাইনা নত্রগা নিয়ম ওাক্তনা - অদুম তৌদুনা মখোয় হিংলিবনি। অসুম তৌদুনা মখোয় চৎন-পথাপ অমগী

কাংলোনগী মহৎ শিল্লি, ইজ্জৎ লৈবা য়াবা কাংলোন মদুমক্তা মী অমবু মী ওইহল্লি, মহাক অদুনা অতোপ্পা মীওইশিং থোইদোক্তা থৌশাদনা পূক্লিংগী ঈহল মতুং ইন্না থবক পায়খৎলিবশিং অদুদগী খেন্নবা উহল্লি, ফল ওইনা, মখোয় অদু "অমোং-অকাইনা থান্নবা ওইহল্লি"।

থৌদোক অমগী মতুংদা অতোপ্পা থৌদোক অমা, ঐখোয়দা উত্তুনা তাকপা য়াগনি অসিগুম্বা মথলগী "শান্ন-খোংনবগী নিতি নিয়ম", ৱারী অমগী ময়াই চবুকমক্তা নত্রগা উপন্যাস অমগী মনুংদা। Robert Jordan না For whom the Bell Tolls কি মনুংদা মেছিনগননা পান্দুনা শোক্লম্মী অমসুং তাদুনা লৈরম্মী অদুবু মহাক্কি পূক্লিংদা নুংঙাইবা ফাউরম্মী মরমদি মহাক্কি মরুপ অমসুং মহাক্কি চান্নবীনা Franco গী Fascists তগী নাম্থোকখিনবা কুপশিনবা ঙম্বগীদমক। অহল ওইরবা bull fighter অদুনা "The Undefeated" কি মনুংদা মহাক্কি মতিক চাব্রবা থৌনা উত্তুনা লাম্থেংনরম্মী মদু উরুরগা তিল্লিবা মীয়াম্মা করেম্নবগা লোয়ননা লাউশিং দুনা চথবম্মী, লমষণ অদুনা শিত্রিফাওবা অমসুং মহাক মশামক্তা অশোক-অপন থোক্লম্মী। Francis, Macomber থৌনা শক্তি লৈরবা শান্নরোই মহাক "The short, Happy Life of Francis Macomber" গী মনুংদা নোংশা ফাননবা শাদাল্লম্মী অমসুং অশোকপা নোংশা অমা উবদা অকিবা ফাউরম্মী অমসুং মহাক্কি মমাংদগী খঙচেন চেল্লম্মী অমসুং মমৈথংদা মহাক পারা অমা ফারম্মী মদুদি শা তানবগী শিনফম নিয়ম অমা ঙাক্লা চংপা দরকার ওই খঙলম্মী। মরম অসিনা মহাক জঙ্গলদা মহাক্লা শোকহনখিবা শা অদু থিবা চংলম্মী। Brett কৌবি The Sun Also Rises কি হেরোইন অদুনা Romeo কৌবা শাফরবা নহা bull fighter, মহাক্লা য়াম্না পামজনা নুংশিজবা অদু থাদোক্লম্মী, মরমদি হেরোইন অদুনা খঙই মহাক্লা মরম ওইদুনা নহা শাফবা অদু লৈখা তাহল্লগনি অমসুং মহাক্লা Jake তা, হাযবদি পাউমী অমসুং অদুগুম্বা নোভেল অদুগী মরমদা ৱারী লিখিবা মীশক্তা মহাক্লা থৌনা লৈনা ফোংদোক্লম্মী, মসিমক্তা Hemingway না উপন্যাস অসিগী মনুংদা চেল্লিবা ঈচেল তাক্লি, "নহাক খঙলেদনা ঐঙোন্দা অসিগুম্বা ৱাখল্লোন অমা ফাউই মদুদি ঐহাক হুই অমোম অমা ওইবা পামদ্রে।"

মসি চংনবীগী থৌগল্লোন কায়দবনা মী অমবু মী ওইনা শিংথানহল্লি, মসি ৱাখল খম্বরগা থবক পাংথোকপগী মহৈনি অমসুং অফবগী খুঁদমনি। থক্তা পনখিবা

খুদমশিং নাইস্থ্রোম ভাববা ম্রামাগা মরী লৈনবা ৱাকমথক্তদা শিজিন্নগদবা নত্তে, মকম খুদিংমক্তা পাকশন্না মতিক মঙাল শব্দোক্তুনা লৈরিবা ৱাফম্নি। শান্ন-খোংনবগী থৌগল্লোন, শান্নবোইগী মওং মতৌ, মখোয়গী মশান্না, লাইয়েকপা অমগী পিথোরকপা মগুন পূম্নমক মীওবগী থকশি-খাশিগী নিয়ম শেল্লি, লমচত্তা কান্নবা পীবা ঙম্মই। অমসুং মকম অসিদা ঐখোয়না Hemingway না লাঙাউ অমসুং শান্ন-খোংনবগা মরী লৈনবা উবা ফংলে অমসুং মদুদগী লাম্ভোবক্তুনা সাহিত্য লমদা খোঙদারে।

# EDMUND WILSON,
## Literary Editor of the New Republic
## Hemingway : ৱাজবগী চাং ওনবা

### (I)

Hemingway গী In Our Time হায়রিবা লাইরিক অসি ময়মগা মান্নদবা তোপতোপ্পা অমসুং মশাতগী ওইবা হৌরকফম লৈজবা লাইরিক্নি। মসি ৱারী মখল মখা কয়া অমসুং ৱারেং মতেক মচেং তারবা কয়ানা শেমদুনা পুথোকপগুম উরম্মী; অদুবু তশেংবদি শরুকশিং অদু অমত্তা ওইনা পুনশিল্লি অমসুং মপুং ফারবা ফল পীবা ঙমই। মফম অসিদা তোঙানবা মহাউ য়াউরবা ৱারেং কাংলুপ অনি ফংগনি। অনিমক অদু অমনা অতোপ্পা অমগী মচাক্তগী ওন্ন-তৈনবা ওইবা : অহানবদা ৱারেং পরেং অমা; তেল্লগ্গা পন্দুনা তাক্কনি। Police না নোংমৈ কাপ্পগী থবক শাহিং চাবগী মতৌগুম, bullfighting গী ৱাথোক, মরাল লৈরবশিংবু ফাঁসি তৌদুনা হাৎপা অমসুং লাঞ্চাউগী থৌদোকশিং; অনিশুবদা short stories কাংলুপ অমা মথং মনাউ নাইনা ৱারীশিং মরুওইনা মরী লৈননা আমেরিকাগী ইনখৎলক্লিবা নুপামচা অমনা Michigan গী ফজরবা ঈংনা চিক্না লৈরিবা মহৌশাগী ফজবা শক্তমদা খোঙদা, অদুগা লোয়ন-লোয়ননা মরক্তা আমেরিকাগী সিফায়শিংনা লানফমদগী ময়ুমদা হল্লকপগী মতাং হেক হেক থেংনগনি। In Our Time দা থোক্লিবা থৌদোক পুম্বা Hemingway না তৌগে খন্না পাংথোকপা মাল্লম্মী - মদুদি লাঞ্চাউনা শোজে ওইদুনা পুম্নমক অদু থোকহনবনি। লানফমগী ওইরিবা তমথিবা মীনুংশি য়াউদ্রবা মতৌ অমসুং মরাল পীশিন্দুনা শিবগী দন্দি পীশিনবনচিংবনা নুপামচা অদুনা ইউনাইটেড স্টেটসতা হল্লক্তুনা ময়ুমদা লৈরবা মতমদা মহাক্কি পূক্নিংদা য়ানিংদবা উত্তুনা য়াম্না ৱাখল খঙ্গয়গা পুকচেল তিংনা হায়রিবা লাইরিক অসি ইখিরম্মী; মতম অদুদা নুপামচা অদু ইউরোপ্তা Italian army দা সিফাই ওইনা য়াওদুনা লৈরিঙৈদা থোকখিবা থৌদোকশিংগী মরমদা তেল্লগ্গা খুদোল তৌবা,

মেছিলগন্না মহাক্কি spine দা পান্দুনা লোকখিবা অমসুং মহাক্কা ইটালি মচা Santa Rinaldi দা ৱারী শাম্নবা হোৎনরম্মী। মহাক্কা হায় 'নহাক অমসুং ঐ, ঐখোয়না শেগ্নে তোঙান্না মওংদা শান্তি।'

তৌইগুম্বসুং তোঙান তোঙানবা ৱারী কাংলুপ অনিগী য়াউরিবা শরুকশিং তৎন-থানবা য়াম্রবা মরী লৈনবগী হেন্না তঙাইফদবা উংলি। Nick পু লাঞ্জাউ মনুংদা নোংমৈ গুলিনা পানখিবা অদু তোঙান তোঙানবা মখল অনিগী সংসারগা তশেংনমক মরী লৈনদে : মপাল লৈবাক্তা মহাক শাহ্যংশঙদা শা হাংপা থেংনখিদবরা মান্নবা সংসারদা ওইরিবা ফিভম মহাক্কা Michigan দা হন্নক্লবা মতুং খঙনখিবরা ? Michigan গী জঙ্গলদা লেনবা পুন্সি মান্নবা মওংদা খুদোংথিবনা থল্লি অমসুং মীনুংশি পোক্তে হায়বা ? মহাক মতম অমদা মহাক্কি মপা, ডাক্তরনি, মহাক্কা Indian squaw নুপী অমদা Ceasarean Operation অমা - চাউরবা ছুরি অমনা লেনখাইদুনা পাঙথোকপা অমসুং Anaesthetic কি হিদাক লাংথকসু য়াওদনা মহাক অদুবু ঙা ফাবদা শিজিন্নবা চাউরবা খোইরি অমনা ফোংচিনবা মতমদা, Indian husband অদুনা খাঙবা ঙমদ্রদুনা মহাক্কি bunker দা মহাক্কি মখৌরি মতোমতা ককথৎচরম্মী। অতোপ্পা মতম অমদনা, ডাক্তর অদুনা Squaw অমগী পুন্সি কনবা মতমদা, নুপী Indian অদুনা খৎনবা হৌরকখিরম্মী মমল পীবগী মহুত্তা। অমসুং Nick মশামক্কা মহাক্কি চান্নবীবু মমানা অৱাবা ফিভমদা তারবা মতমদা মতেং পীননবা থারম্মী। ঙা ফাবগী থবক চথরকপদা Big Two - Hearted River হায়বা খঙনিংবা পোক্কা খৌরাংবগা লোয়ননা ঙাদুদা কয়াগী মতিক মীনুংশি পোক্তবা তমথিৱা মতৌ ওইনা অৱাবা পীবিবা, খোয়চাক ওইবিবা পোংশক অদুনা কায়গী মতিক ফোংদোকপা তৌদনা অৱা মৈচাক খাঙলিবা, grasshopper শিংনা খোইদা কাওরদুনা ফ্রিং-ফ্রিং চোংলি।

মীওইবগী পুন্সি নুঙাইবা য়ারবা ৱাফম নত্তবরা। কনাগুম্বা মীওই অমগী মরুপ মপাংশিংগা চান্নিন-থকমিন্নবা অমসুং ৱারী শামিন্নবা, চাউরবা কুম্মৈগী মওংনি। Big Two - Hearted River গী মনুংদা ঙা ফাবা য়াম্না চিকপা ফাউবা খমথেংনা নুঙাইবা পোকপা মতৌনি। অদুবু শাহিং চাবা মীনুংশি খঙদবগী মতৌদি মফম অদুদা মতম পুম্বগী ওইনা লৈ, অমসুং মসি করিগুম্বা মওং অমদা নুঙাইবা য়াউরবসু। Bullfight চথবা নুঙাইরবা কুম্মৈ মখল অমনি। মসিসু নুঙাইবা মখল অমনি য়েক্লববু পল খাগত্তুনা অথিংবা পীবা অমসুং মখোয়না খুদুম চল্লবা মতুংদা শা অদু

থোংলগা চাথোকই। পুন্সিগী ওইরবা ফিভমদি অরাবা মতৌনি; মপালথোংগী নুঙাইনবা হোৎনরিবা পুম্না মরাল লৈতবনি হায়না খল্লবসু খম থেংলবা অরাবা কায়ন মৈচাক্কি তেংথাখোল লৈ।

অসিগুম্বা য়ানিংদবা ফোংদোকপগী ৱারেপ্পা Hemingway গী কলাদা ফজরবা ৱারী পুথোক্লম্মী। মহাক্না অসিগুম্নবা মখলগী খুদোল্লা অঙক অঙকপা ৱারী কয়ামরুম পুথোক্লম্মী। আমেরিকা লমদমগী অঙক-অঙকপা ৱারী কয়ামরুম পুথোক্লম্মী। আমেরিকা লমদমগী চৎনবী ৱাঙাংগা লোয়নননা, য়াম্না চম্বা declarative sentence শিজিন্নদুনা অমসুং Nordic monosyllables কা মরি থম্না; মহাক্না খমথেংনা ওন-ওন্দুনা শিজিন্নবনা মদুগী ফল ফঙবা ঙম্লম্মী। F.M. Ford না অসিগুম্বা অইবা পোৎশক অসিগী মান্নবা মওং মহাক্কি পূক্লিংদা মমি তারিবা ৱাফমনা মরী নৈনা অসুম্না ফোংদোক্লম্মী, "Hemingway গী শিজিন্নবিবা ৱাহৈশিংনা নঙোন্দা চৈথেং পীগনি, ৱাহৈ খুদিংমক, করিগুম্বা মখোয়না নুঙ মচা ওইবা তারবা নৌহৌনা খুদক্তা লৌথোরকপা ঈচেলদগী। মখোয় হিংদুনা লৈরম্মী অমসুং ঙাল্লম্মী, মশা মশাগী লৈফমদা। মরম অসিনা মহাক্না ইবা লাইরিক্কি লামাই খুদিংমক্তা ঈচেলগী ঈরোলনুংগী ফল লৈ নহাক্না চেল্লিবা ঈশিংগী ঈচেল ফাওনা য়েংথখিবা মতমদা। ৱাহৈ পুম্বদু মচু কয়ানা তিল্লবা নুঙনা শেম্বা লৈমায়থকুম খুদিংমক অমগী নাকন্দা অমা লৈগনি।

হন্জৎনা য়েংলুবদা, মহাক্কি শিজিন্নরিবা লুববা খুৎফোংদোক ফজনা অমোৎ অকায় য়াওহন্দনা চাউখৎপা নাইনা মতম অমত্তদা পুথোক্লম্মী চহি ৫০ গী মমাঙদা - মসিবু তোঙান-তোঙান্না মফমদা লৈরিবা সাহিত্যগী নৈন-কাংলুপ্না সাহিত্যগী মচাক য়াউদ্রবা চোয়ঙাংনি লৌনরম্মী। Huckleberry Finn গী তাঙ্কক ১৯ য়াউবা লাইরিক অদু লৈবমদ্রবা তাববদি ? অহিং ২ নত্রগা ৩ চৎনরম্মী, ঐহাক নিংশিঙ্গি, ঐহাক্না য়াই মখোয় ঈরোইরম্মী; মখোয় অসুক্কি মতিক যাংনা তাউথরম্মী। নাম্না অমসুং ফজবা মওংদা। মসিনি ঐখোয়না মতম শিজিন্নবগী থৌদৌ হিংচাবগী শক্তম লৌরবা চাউরবা তুরেল মফম অদুদা চেম্বরম্মী - করিগুম্বা মতমদা মাইল অমা মখায় পাকই অমসুং অসুম তৌদুনা মখা তারম্মী। অসিগুম্বা লামায়শিং অসি, ঐখোয়না Carl Van Doren গী Anthology of World, literature দা উরুবদা Turgenev না শিংথারিবা দৃশশিংগা য়াম্না মান্নবা মতৌ ওইনা নক্লনা লৈবা; অমসুং Hemingway না মমৈথংদা ইরকপা লামাইশিংদা

আমেরিকাগী জঙ্গলগী লমদমগী মতাংদা অমসুং চেল্লিবা ঈশিংগী মরম Turgenev কা য়াম্না মান্নবা মওং লৈরম্মী। Turgenev কি Sportsman গী note book পু Hemingway না য়াম্না পামজবম্মী - Russia গী জঙ্গল অমসু লৌবুক্কী মবমদা ইরম্বু।

খুদিংমক্তা মরাং কাইরবা লমহাং অমসুং লৈবাক্কি চিদাইগী মবমদা তেকখৎনা অনৌবা বাঙাং কয়াগা লোয়নননা জ্ঞান তানা খুদোল তৌবম্মী। মদুবু অদুম ওইনমক সাহিত্যগী সংস্থান পুম্বনা চৎনবীগী বাংমনি হায়না লৌরম্মী। Big Two-Hearted River উরুরগা ইউরোপিয়ানশিংনা ভাব তাবা ঙম্লম্মী, হায়বিবা মফম অদুদা Indian শিংনা হৌজিক ফাওবদা কুইনা চৎলোইদৌবা ঙাইহাক ঙাইহাক্কি পুন্সি মরেল লৈরিবা লমদম; অদুগুম্লবা অচিকপা মফম অদুদা পুন্সিগী অহানবা ওইনা অঙৈংবা ঈচেলগী শহুম ফাওবা ঙমই, অয়ুক্কি নুঙাইববা নুংশা মঙাল, উচাল পাম্বীগী উতুপ উই, নুংশিরবা উনা অকংবগী মনম ফাওই। মচু কয়ানা তিল্লবা trout, মসিগী লুরবা ঈশিংগী মচু মান্না, American Middle West তগী নুপামচা অদুনা ফজববা ঙা অমা ফাবম্মী।

তাঙ্গা অদুমক্তা মফম অদুদা Ringh Lardner, Sherwood Anderson, Gertude Stein, আমেবিকাগী লোনবু কবেম্নবা বাঙাং শিজিন্নদুনা, শৈবেং নত্রগা মনুংগী শক্তমদা মনোবিজ্ঞান মচাক উত্তুনা ইবম্মী। Hemingway মখোয় পুম্বদগী তল্লকখিবা মতৌগুম উরম্মী। অদুবু হৌজিক মহাক মশাতগী ওইবা লুববা বাঙাং শিজিন্নদুনা অনৌবা চযেৎনবা বাখল ঈথিলনা পীবা মচাক কয়াগা লোয়নননা, অনৌবা মখলগী বাখলগী মমি অমা শাগৎপা ঙম্লম্মী; ওস্থোকপা মখল লায়নানি লাইওং খঙদবা। মীওইবগী পুন্সিদা ওইবিবা খুদোংথিবা পুম্বা মায়োক্লরগা অমসুং মদুদা মহাক শরুক লৌবদুনা মহাক অৱা-অনা মীপাইবা থেংনখিবম্মী।

(II)

মথংগী ঙা ফাবা খোঙচৎ মমাংদা ওইখিবগা য়াম্না চাউনা খেন্নবা লৈ। অহানবগী খোঙচৎ ফিদম্লিংঙাইগী মতৌ লৈনা উরম্মী। পূক্লিংদা পিরকপা খুদোল ফঙবগী ওইথোকপা লৈ ইচম চম্না উমং ফাউদুনা চৎলগা ঃ মৈখু থকপা অমসুং

চাবা থকপা তৌবা, কনাওগুম্বী ৱাখল পূক্লিংদা থমদনা নত্ৰগা করিগুম্বা পোংশক খরা কনাওগুম্বা মীওই অমনা মতম পুম্বদা পাংথোক্লুনা লৈরিবা অমসুং মতম পুল্লমক্তা তৌদবা য়াদবা মথৌনি খন্দুনা তৌগদৌরিব্রা ? অমবু ওইরে অমবু ওইরে ঙসিদি, The Sun Also Rises কি মনুংদা, পোং খুদিংমক অরানবা ওই মীওইবগী পুন্সিগা মরি লৈননা মফম অদুদা ছুটিগী মনুংদা লৈরম্মী, অসুম্নসু ওই - কনাওগুম্বা মীওই অমনা মাংজিল থানা থবক তৌরম্বদগী তুংদা লৈখরগা trout ঙা ফাবাগা Pyrenees গী ইচেলদা, স্টেটতগী চহি লেজ্জা মরুপ অমগা লোয়ননা শিনফম ওইনা পায়খৎলম্মী। মহাক্কি ৱাখলদা মশা কঞ্জনবগী ৱাকম লৈতাদবা ওইরম্মী। নহা ওইরিবা অমেরিকান অদু হৌজিক শাথিনা অশোক- অপন থোক্লুনা মাঙ তাকপা ফিভমদা লৈরম্মী। মহাক করিগুম্বদা হকতিন্নবগী শক্তি ফঙবা ঙমলমদে লাঞ্জাউ মনুংদা শাথিবা শোকথিবা থৌদোক্লা। মহাক নুংশি নুংওনগী লমদা পৃথিবীগী থাক্তা অকে-অমৌনা থল্লবা অমসুং য়াম্না কিনিঙাই ওইবি নুপী অমগা খোঙদাই হায়রিবি নুপী অদু cafes শিংদা লাঞ্জাউ মতুংদা হৌরকথিবি ওইরম্মী অমসুং নুপী অদুগী তমথিবা মতৌ স্বতিন্ত্র গুনবু করিসু লৈতনা খনবী নুপী, অদুগুন্নবা মওংগী খুন্দারিবা অকোয়বা লমদম Hemingway না য়েক্তনা তাক্লি, অসুম্না ওইরিবা ফিভম অসিনা নুপা অমসুং নুপীগী মরক্তা লমচৎ শাজৎ ঙাক শেন্দুনা থম্বা অরুবা ওইগীনি। অসিগুম্বা নুপী অমগা নুংশিনবগী থবক নমদুনা কাইনবা থৌদোক থোক্লম্মী কুইনা মরি থম্বা য়ারমদে ময়মদি নুপী অদুগী পেন্নবা তৌবা মহাক্কি শক্তি লৈরমদে।

Pamplona গী bullfight তা অশোক- অপন থোকথিবা, মদুদা নহা ওইরিবা নুপা পুম্বনা মশানা য়ানা চোংথোক্লুনা লানথেংনরিবা, moral য়াউদ্রবা মীওইবগী লাকঙম ফাঙমদ্রবা ওৎনৈবগী চৈথেংগী মমিতমক তাবা উই। হৈনিংদবা ৱাউরবা নুংশিবা মহাক্তুগা লোয়ননা নুপী অদুনা মঙোন্দগী মরক- মরক্তা হেক হেক লাম্থোকপা, নুপা অদু কাঙখাথাঙ ওইরে হায়বা মহাক্না লৌশিম্বা ঙমদবা, অদুবু নুপা অদু bull ring তম্না চৎলকপদা, শল্লাবা অদুনা ৱাইখায়দুনা খুদোংথিবা নংলম্মী।

নহাওইরিবা আমেরিকা মচা অদুনা ৱারী অসি লিরি অমসুং মহাকথক্তা মরুওইবা শরুক লৌরিবা মীশক্লি লমচৎ- শাজৎকি থাক ঙাক্লা চৎলিবা, অমসুং মহাক অদুবু অথিংবা পীরম্মী মহাক্কি হকতিন্নবগী থৌনা লৈতবা মরম্না নুপী অদুবু লমজিং

পীবা অমসুং লাকশিন্না লোয়নবা ওন্নমদে, নুপী অদু অতোপ্পা নাকল অমরোমদা, নুংশিনবগী মওং উবা ফংলম্মী অমসুং নুপা অদু মহাক্না নুংশিরম্বা য়াই। মকম অসিদা শিজিন্নরিবা style গী পারবা কুয়োম চেকশিন্না শন্দোক্না তাক্লদুনা পাউজেল অসিগুম্লবা চিংনবগী ব্রাকম লৈরবা তনিকপা খোঞ্জেল শন্দোক্লম্মী। ঈরিক য়াওন্নবা নুংশা মঙাল অমসুং অশং- অমালনা থল্লবা কালেনগী খতুগী ওইরিবা লমদমগী শক্তম পুখোক্লুনা উৎলম্মী য়ানিংদবা ফত্তবা খোক্লগনি হায়বগী মত কোংদোকপা শোয়দনা ইনৌ নৌবা সাহিত্যগী মওং ওইকম খোকই। কনাগুম্বা মীওই অমনা নুংশা মঙাল অমসুং অশংঅমাল উরগা নুঙাইবা ফাওবগুম ওকখোংবা চাবা অমসুং স্পেনিশ য়ু থকপগুম, অদুবু তরাইবা ওইদবা অমসুং চিংনবগী ব্রাকমদি তৎন- থানদনা লোইনরিবনি।

সমাজগী লোয়নরিবা তৎদু লৈতাদ্রবা পুন্সি অমসুং য়ু থকপনচিংবা পূম্নমক নহাক্না অদুম ওইনমক উবা ফজনি অকক্লবা নিয়ম অমগী মখাদা চখনা। 'নহাক্না মসি চখদুনা লৈরবদি মহাক করিগুম্বা খর ঙাঙলম্মী' Jake, the hero অদুনা হিরম অমদা ব্রাখলদা মমী তাই ঐহাক পূম্নমক অদুগী মরমদা খোয়না চেকশিন্নমদে। ঐহাক্না পুম্নমক অদুবু খঙবা পান্নম্মী মতৌ করম্না মদুগী মনুংদা হিংদুনা লৈগদৌরিবা হায়বা ব্রাকম। মতৌ করম্না হিংদুনা লৈগদগে হায়বা নহাক পাম্বে পুখোক্লম্বা যাই মরমদি নহাক খেংনবনা মরম ওইদুনা তমদুনা খঙলম্মী পূম্নমক অদুগী মবমদা।' মী খুদিংমক ফত্তবা লমচৎ চৎলম্মী। মখোয়দা মতিক চানা তাঞ্জা পীয়ু, মহাক অখেংবা মতমদা Lady brett তা হায়।

"মহাক্না ফত্তবা শাজং চৎলোইদবনি।" brett ঐঙোন্দা য়েংলকলম্মী।" অরোইবা তাঞ্জাদা মহাক থিরকলম্মী, মহাক হোটেল অমদা মতোমতা লৈ। মহাক মহাক্কি চাং নাইনা হৈনবী নহা bull fighter অমগা হকতিন্নবা থাদোকস্রে, অমসুং নুপা মচা অসিনা পুন্সিদা অহানবা ওইনা নুপী অদুবু পূক্লিং খৌগৎলম্মী ব্যবহারগা লোয়নননা মরমদি নুপামচা অদুগী লৈখা তারগদবা পুন্সিদগী নুপী অদুনা নাখৈন্সিবগীদমক্তা।

'নহাক খঙই মসি মী খুদিংমক্না ব্রাখলদা ফাওই হায়মরগ্গা অফবা মওংদা হুই অমোম অমা ওইরোই হায়বগী ব্রারেপ্পা। ঐখোয় হায়, ঐখোয়না অবাবা শেপ্পি, মী খুদিংমক অরোইবদদি লৈখা তাগনি; লোয়নননা তাঞ্জা অদুদা ঐখোইগী ইজৎসু মাঙবা ঙমগনি।

নিতি নিয়ম অদু হৌজিক কাওবা শিংথাবা য়ানা চাউনা উরি, হৌজিক কাওবদা মরু ওইবা য়াংলেন শরুগী মচাক শীদুনা লৈরি, হায়রিবা অসি Hemingway গী মথং লাইরিক বারী মচাদনি, Man without women নি। মফম অসিদা Hemingway মরক ময়ক্তা কান্নরা শেনমিংলোনগী ওইবা তরু-তনানবা নিতি নিয়ম শিজিন্নবনা পুন্নমক অদুগী মপু ওইবা ঙমহল্লি অমসুং নাকোইননা তশেংনা মরি থম্বা ঙমই, অমসুং মহাক্কি বাখলনা করি থোকলিবগে হায়বরোমদা ওনশিল্লি মদুগী ফগনা মগং ওইবা অরংবা পোংশক থরা পুথোকই অদুবু চাওরবা শৈরেংগী লাইরিক অমা ওইনা অপনবা শীরি। অদুম ওইনমক মসি থৌনা লিংজেল উৎপগী নিয়মনি, ইকাই খুম্নবা, মীনুংশি মদুনা ওই শান্নখোংনবগী নিতি নিয়ম কাংলোন থরা মীওইবগী বাখলনা লাম্বা ফঙবা মওংদা মদুগী মথক্তা ড্রামা শানখৎলি। The Undefeated কি মনুংদা অহল ওইরবা bullfighter অদুনা মাইথিবা ফংই মহাক্কি আত্মানা মাইথিরে হায়বা য়াজবা ঙম্বা বাফম নত্তনা। নহাক্না মন লাবা অদুবু জয় তৌগনি নত্রগা মহাক্না নহাকপু মায়থিবা পীগনি: নহাক শিবা তারবদি, নহাক শান্নবগী শক্তি মাংলগনি; মফম অসিদা নহাক্না তৌবা ঙম্লোইদবা পোংশক থরা লৈবে। A Persuit Rice বারী মচা অদুগী মনুংদা কাহেন্না মতৌ তম্বা মান্না করেম্নরিবা অদুনা মহাক্কি মাঙজৌননা পায়খৎকদবা Publicity agent পু চৌদোকপা তৌবমদে মহাক্না মহাক্কি মথক্তা খুদোংচাবা লৌনবা হোৎনরকপা তাঞ্জাদা অমসুং খঙই মদুদি নুপা অদু অশাউবা খুদিংমক্কি মায়োক্তা লাম্ভেংনগদবা মতম কয়ামরুম মাঙহল্লুরে মরম ওইদুনা মহাক য়ু থকচিল্লি নেশা চায়। 'মশোয় মদুগী লায়েংনথা পাম্বে মা ফংই,' মেনেজর অদুনা অসুম্না হায়রে মঙোন্দা মহাক্না তুমদ্রিঙ্ঙেগী মমাঙদা; "নত্তে" Willian campbell না হায়রম্মী, "মখোয় লায়েংনবা পাম্বে ফংবা নত্তে খুদিংমক্তা।" মৈ চাক্লবা অদুনা A Simple Enquiry গী মনুংদা অদুগুম্বা অঙকপা শক্তম পুন্সি অসি করিসু লৈতবনি খন্দোকপা নুঙাইনা হরাউ তয়াম্না লেনগদবনি হায়বা কাংলোনগী যুম্ফমদা খোঙকম চেংনা শাগৎপা বাফমগা লাঞ্জাউগী ওইরিবা শক্তমগা চাংদম্নরুবদা চাউখৎপগী খুদম লৈবা থেংনৈ orderly অদুবু থবক্তগী লৌথোক্তনা মহাক্কি হুকুমদা য়াদবা উৎপা লৈরগসু। শরমচং চংলবা Alpine গী লৈমী মহাক্না হৈনবী ওইনা চথরম্মী মহাক্কি শিরবা নুপীগী হকচাং চুমদ্রিং লেপ্তুনা লৈরিবগী থয়াত্তা লেন্টরন অমা য়ানবা মদুনা বসন্তরিতু ঙাইদুনা মহাকপু ফুম্নবা তাঞ্জা উপাক্না শাবা শঙ অমগী কাচিন্দা থম্নম্মী,

ইকায়বা ফাউরম্মী Sexton গা লোয়ননা যুম থকমিন্নবা অকোনবগী মীশক্তুনা মহাক্তা করি তৌরিবগে খঙলকপা মতমদা। যিশু খৃষ্টপু শাং ভিংদুনা হাংলবা মতুং ইকুই- কুইদনা বোমান সিফায়শিংগী তেল্লপ্পা পীবা ৱারীশিং লৈবম্মী: 'নহাক ঐনা অরিবা তা অসিগা লোয়ননা মঙোন্দা থিনবা উরেদনা? নহাক অৱাবদা তারগনি নোংমদি মদু তৌকবগী। - মসিখক্তনি মহাক্কিদমক্তা ঐহাক্তা তৌবা ঙম্বা ঐহাক্তা নঙোন্দা হায়গনি মহাক ঐঙোন্দা য়াম্না ফজনা উবম্মী মফম অদুদা ঙসিদি।'

কুনগুবা শতাব্দিগী ময়াই চল্লকপদা Hemingway- The Sun also Rises 1926 তা পুথোক্লম্মী মঙলান্দা তাওবা নুংশি- নুংঙনগী নিংবা কাইবৱা মতৌ ফোংদোক্লম্মী মফম অদুগী ওইরিবা খুদোংচাবগী ফিরেপ ওইনা। হায়রিবা মীকুপ অদু থৌনা ফবগী নিংবা কায়বা মওংনি, অৱাবা শক্তম চেন্নবা অমসুং নুঙাইবা ফাওদ্রবা মতৌনি, থৌনা লৈবগী কান্নদ্রবা থৌওংনি। মতম অদুগী চাউনা লৈবিবা মীংয়েংদি 'Have a drink' New York কি নত্রগা Paris কি বাবদা নহারোল কাংলুপ্পা Hemingway গুম্না ৱাবী শাবম্মী।

## (III)

A Farewell to Arms কি মতুংদা Man Without Women লাক্লম্মী, হায়রিবা ফিভম অসি নাকল অমদা ৱাখল মীংয়েং থন্নগা য়াম্না হেন্না হকচিনবা ৱাফম লৈতে। য়াম্না ফজনা ইবা অমসুং ঈচেল ইংনা তপ্পা চত্থবা ওই। ওইথোকপা য়াবা ফিভম অমনা অতোপ্পা লাইরিক অমগুনা লাইরিক অসিগুম্না পুন্সিদা অঙকপা থৌদোক কয়াদা তিল্লবা আমেরিকা মচা সিফায় অমনা লাঞ্জাউগী মনুংদা থেংনরম্মী। পুন্সিদা অমুক্তা মমীং তাদ্রিবা অনৌবা মফমদা কনাগুম্বা অমবু লাল্লক্তা থাবা, অমসুং হায়রিবা থৌদোক অদু মখোয়না থেংনরম্মী, অতোপ্পা মীবৈবাক মচা মীচমশিংনা কনাগুম্বা অমনা মখোয়বু উবগুম মহাক অদুনা মখোয়গা লোয়ননা পুম্না লৈমিন্নরবা মতমদা নত্রগা মখোয়না লোয়নমা মীয়ামগী থবক অমা পাংথোকমিন্নবা; মদুগী নুঙাইবা থৌদোকশিংনা কনাগুম্বা মীওই অমনা লাল অদুবু লৌনম তৌননবা শিল্লম্মী, অকিবগী তুজুংবা অরেপ্পা নাইদবা থৌদোক কুংশিনবা হেক্লিল্লক্লম্মী- অমসুং পল্লেপফম খঙদবনি অদুগী মথক্তসু, তোয়না থোকপা থৌদোক্লি, অকি-তুজুংনি হায়না অয়াম্বা শরুক য়াদবা ঙক্লোই; নুংশি-নুংঙনগী

থৌদোকশিং, মতম খুদিংমক্তা কায়নবা য়ারবা তাঞ্জা লৈবা অদুওইদুনসু অদুমক চত্থরি মখা তানা মখোয় দম্নিত য়াওদবা নিতম্বা আম্বানা ওইরিবা ফিভম অতোপ্পা হিরমদা কনাগুম্বা মীওই অমগী লাকশিন্না শিজিন্ননবা শক্তিবু মৎশিন্নবা ফিভমদগী ওইরকখিবনি। মসি Hemingway না মহাক্কি লাইরিক্কি মনুংদগী ফংবা ওন্নবা শিল্পি থৌদোকপুম্বা অদুগী মতুংদা অচম্বা নুংঙাইরবা থৌদোক কয়ানা তিন্নবা থারেং নত্রগা শৈরেংদা শাংনা ইদুনা ফোংদোকলম্মী।

অদুবু A Farewell to Arms হায়বা উপন্যাস অসি অবাবনা পোল্লোই ওইবা লাইরিক্কি অমসুং মদুগী মনুংদা নুংশি- নুংঙন চত্থরিবা অনিমক মরাল লৈত্রবা ঙাকনি, শোকহল্লিবা অনিমক মখোয়বু ওৎলিবা শক্তিশিংগা থোইনা মরি লৈনদে। মখোয় মশামকপু মখোয় মশাগী ওইবা অপেম্বা অমসুং অরা অনা পুম্নমক শরুক য়ামিন্নবা রাফম্না থোইদোক্না মী ওৎমীনৈ অমসুং য়ানদবগী রাফম লৈরমদে মসিমক্তনি Hemingway না নোবেল অসিবু লাম্থোরকপদা মায়পাকপা মতৌ লৈরিবসি। A Farewell to Arms হায়বা উপন্যাস অসি, অইবা অসিনা অসুম্না ফোংদোক্লম্মী, Romeo and Juliet নি হায়না। অমসুং Catherine অমসুং মহাক্কি নুংশিনবা Fredrick না থবক্কি লমদা নুংশিগী ঈচেলদা খোঙদারকপা মতমদা Caporetto দগী খোঙফম হন্দোরকপা তাঞ্জা শিংথারকপদা খ্বাইদগী ফজরবা রারী লিবগী শক্তিগা লোয়ননা খুদোল তৌই। মখোয়না মীরৈবাক মচাগী খুত্তগী নাম্থোরকপা মতমদা মদুগী তঙাইফদনা চংবা মচাক্না নুংশি- নুঙনগী লমদা খোঙদাবা হায়রিবা অসি ইচম চম্না খুদোংথিবা তাঞ্জা অমনি, মদুগীদমক্তনি মখোয়গী মরমদা রারী অসি ইরিবা, অদুগী মতুংদা ঐখোয়না উরে মদুদি মখোয় মীওইবা অমগী লৈরিবা মশা মশাগী তৌবওম্বা শক্তি উৎনবগীদমক্তা ভাবতাবা ওন্নবা শিনবা নত্তে। ঐখোয় হৌজিক ময়ামগী লৈরিবা ফিভমগা মান্নদবা মওং অমা মায়োক্নবা তারি মদুদা Hemingway, সমাজগী নত্রগা জাতিগী থাক্তা চৎনলোনচৎকি চুংশিন্নবা য়ারবা খোঞ্জেল ফংবা ওন্নবা হোৎনরিবা অসুক্কি মতিক শিংথানিঙাই ওইবা মতৌ তম্বগী পামজবা লৈরবা গুন্না লৈতেংবা মীশক্তি অমসুং মহাক্কি মতমগী মনুংদা লৈরিবা পুজাশিংবু মরম চানা রারী রাতাই শাবা পামজরম্বা মীশক্তি, উৎলিবা পাত্রশিংগী মপুং ওইবা লিচৎ মপং ওইনা শাগৎপা তৌদবা নত্রগা হেন্না পামশিন্না লমচৎ শাগৎপা তৌদবা ওই। মহাক্কি রারী মচাশিংদা য়াঙরিবা পুজাশিং লোয়না শেনবা পোকই মরমদি পুম্নমক অদু মহাক্না শেমদোক শাদোক্লে; রারীগী মরুওইবা হিরমসি তোঙানবা

মীওইবগী তৌবা ওন্বা শক্তিপা মরি লৈনদে, অদুবু ৱাখল ঈথিলগী পরিংদা ওইরিবা ফিভম লাকপগী ৱানি। হায়রিবা ৱাফম অসি The Sun Also Rises ফাওবদা চুমই হায়না লৌগনি, মরমদি মফম অদুদা পাত্রশিং অণ্ডকপা হৈশিংবগা লোয়নননা য়েক্লুনা উংলি। অদুবু A Farewell to Arms কি মনুংদা, ঐখোয় য়াম্না থুনমক নুংশিনরিবা অনি অদুবু খণ্ডবা ওন্নবা তশেংনা পুশিল্লকপা তাঞ্জা লাকপদা, য়াম্না থুনমক অইবা অদুনা খণ্ডবা ওস্মী মশাগী থিজিন্নগী লৌশিং শিজিন্নদুনা, ঐখোয় ইচম চম্বা ফিদম্লিঙাই ওইরবা নুংশি মবিগী ঈচেল ফণ্ডবা ওস্মী, মশক উদনা লৈবি হায়না লৌশিন্না ওন্বা ৱাখল ঈথিলনা পুরকপা খুদোলনি।

Death in the afternoon ফোংবগা লোয়নননা, চহি অহমগী মতুংদা, Hemingway গীদমক্তা অতোপ্পা অনৌবা অহোংবা অমা লাকই। মহাক্ন। লাইবিক অমা First Person দা ইচম চম্বা মওংদা ইবমদে, অদুবু Hemingway ওইনা মহাক্কি character দা, অমসুং মদুগী তাবকপা ফল থাজদনা থোকপা অমসুং পুক্লিংদা চবাংনবা ফাউবা ওইবস্মী। Death in the Afternoon হায়বা লাইরিক অসি bullfighting গী মবমদা উত্তুনা তাকপগী গুন চেল্লি; মসিনা Hemingway বু হিবম অমা ওইনা শিজিন্নবা ওমহল্লি অমা ওইনা মীওইবা কাংলুপকি ৱাখল্লোন অমসুং মদুমক মহাক্কি থম্মোইনুংদা তুংদুনা লৈরিববু শুগাইনা তাকপদা মতেং পী মহাক্না খল্লি bullfight থমগী থৌরমগুম শাশিংগী শক্তিগী মায়োক্তা অমসুং নাতৈ চাদনা শিবগী মায়োক্তা হায়বিবা লাইবিক অসি অণ্ডকপা মখলগী পীরাং শিম্মদুনা মীনুংশি ফোংদোকপা ৱাফম্না শকক অমা ওইনা থুমহংলি, মদুনা শিংলিনা নাউবিদা চৈথেং পীবগুম অমসুং যুণ্ডাউবা মতৌ লৈবগুম উংলি। মহাক্না হেঞ্জিন্না হায়জিল্লি মহাক্কি থৌনাফবগী অবংবা মঙাল অমসুং সহিদ ওইবগী চেল্লিবা গুন bullfighter অদুদা চিংননিঙাই ওইদে শিনফমগা মরি লৈননা হৈশিংলবা মীওইশিংনা মশাগী পুন্সিবু মমী তাবা ওমগনি, মদুগী ওল্লতৈনবদা ইতিং তিংনা হৌজিক্কি মতমদা জগৎতা কাববারগী ওইবা অয়াম্বা লৈরিবা শেংদবা ৱাফমগা য়েংরুবদা; অদুবু অসিগুন্নবা পীকতক দৌবা লাইরিক অসিনা ৱ রেংদা পোইন্ট অদু শেমলে হায়বপ্রা হেন্না য়ানিংবা ফাউই অপিকপা ৱাবেং শৈবেংগী নুঙাইবা পোক্লুবা ৱারিনি হায়না।

অদুগুম্বা তেল্লপ্রা অমসুং তরু তনানবা শুংলাহোক অদু হৌজিক্তি ময়াই কাবগী মতৌ ঙাংলৈননা মচনা মচি- মচিদা লাংনা তারশ্মী হায়রিবা ৱাফম অদ লামায়

খুদিংমক্তা শন্দোকই। ঐহাক Death in the Afternoon গী অরোইবা chapter অদুবু পামজবা মীওইশিংগী মনুংদা অমা ওইরমদে, মসিগী মরাং কায়রবা মচাঙ্কা লোয়ননা, থোয়দো- হেন্দোক্লা ইনাকখুল্লবা মচলশিং, স্পেনদা নুঙাইনা মতম লেপ্লিঙৈগী থৌদোকশিং ফোংদোরকপা, অমসুং মদুনা ঐঙোন্দা Ulysses তা Mrs. Bloom না মতোমতা মরুম মকম শোন্বগী নৌহৈনা পীবা নিংশিং মমীশিং অদু মরি থোয়না লৈনদবগুম উবা য়াহংনা ওই। অসিমসু ওই লিলাগী মনুংদা তোল্লবা মতম ঙাইহাক ঙাইহাক্কি ওইবা থোরক্লিবা পাত্রশিং মদুবু Hemingway না চেকশিন্না খুর্জি পায়রিবা লৌশিংগা লোয়ননা, মখোয় অদুবু মহাক্লা মাগী মাগী মথৌ পাংথোক্লবা শিনবা মতমদা, অদুবু হায়রিবা থৌশিল অসিগা মবি লৈননা মহাক্কি য়াখল লৌশিং অমসুং অফবা মহাউ পীবা ঙমদবগুম উই মখোয় অদুবু মহাক্লা থুনা পায়খৎলকপা মতমদা মশামক্লা (মতৌ তম্না মাম্বী Torrents of Spring ঙাল্লিঙৈগী তুংদা করি ওইবক্কদগে খঙদবা খুদম্লি মসিগী), শম্না হায়রবদা, ঐখোয় মশানা তানা মদুবু মশক খঙবা ঙমই। নিতিনিয়ম ঙাক্লা কালাগী অপাম্বা পান্দম ফংননবা হোৎনরিবা Hemingway মখুত্তগী মৈহৌনা চাক্লবা গ্লাস থাদৈ মদুগা লোয়ননা মহাক পূক্লিং লাকশিনবা তক্লম্মী। য়ারি অমদা য়াখল ঈথিলগী মঙাল ফঙবা ঙম্লবা মদুনা মঙোন্দা ঈচাউগুম থোকহল্লি, মহাক চুমদ্রিং চমম্লবা ফাওই অমসুং পৈথরকই।

চমম্লবগী য়াফম মখা শাংথনা চত্থরম্মী, অদুবু তাঙ্গা অদুদদি মহাক অতোপ্পা মথং- মলাঙ নাইবা ভোলুম পরেং অমা ফোংই-Winner Take Nothing - মসি অয়াম্বা শকক মমাংদা ফোংখিবা অদুগী অয়াম্বা শরুক্লি। অসিগুম্লবা য়ারী পরিং অসিদা মহাক হেন্না ফল পীবা ঙম্না Death in the Afternoon দগী হেক্ দাক্লা নৈনদুনা ফোংদোকই অমসুং লোয়ননা মতম অদুগী ওইরিবা সাহিত্যগী, কলাবিদ্যাগী অমসুং লমচৎ- শাজৎতা অরংবা মঙাল লৈরম্বদগী লৈখা তারকপা bullfighting গী হিরমদা শিংথারম্মী। য়ারীশিং অদুগী মনুংদা অহান্বা অদু, After the storm , অতোপ্পা মখলগী থেম্নবনি- য়াইদগী ফজবশিংগী মনুংদা অমা ওইরিবা- পুলিগী খুদোংখিবা অমসুং অবা-অনাগী মরক্তা চউখৎপগী নিয়ম ঙাক্লা চৎপগী অর্থ চেনবা উৎজি। তামী অমনা কায়রবা জহাজ অমবু লুট তৌনানবা থোয়রকই; মহাক জহাজ অদুগী অহোবা মখুল অমনা কাওথিজিনবা চংননবা হোৎনরম্মী, অদুবু মনুংদা মহাক নুপী অমা লৈবা উই অমসুং মহাক্কী খনম ঈশিংদা

কানা চায়না তাউদুনা লৈবা, অমসুং মহাক passenger শিং অমসুং crew member শিংগী মরমদা খুদক্তা চোংশিন্দুনা শিরবগী মওংগুম (মহাক মশামক মমাঙগী অহিং অমদা য়ু ঙাউরগা ফুনরুবগী মশা মতোমতা হান্তোকচবগী মওংদা লৈরম্মী)। মহাক্তা সমুদ্রগী উচেকশিংনা শত্তু পাইদুনা খোঙবা তারম্মী, অমসুং মহাক গ্লাস অদু মহাক্তা ফনকন্না হোৎনদুনসু থুগাইবা ঙমদ্রদুনা অমসুং মদুদি মহাক অমুক্তা হেন্না কন্না হোৎনদুনা মখাতানা মদু থুগাইনবা হোৎনরম্মী। অসুম তৌদুনা মহাক থোরক্লমই হায়রিবা থবক অদুবু গ্রিকশিংগী থবক ওইনা থল্লগা, মখোয়না হী অদুবু থুগাইদুনা হাংদোক্লম্মী অমসুং নুপী অদু চিংথোকই।

অদুবু সাধারনগী ওইবা বাখল পরিং য়েংলুরগা মশা কঞ্জনবগী খুদোংচাবা লৈতবা মফম অসিদা উবা ফংই মখোয় মশামক য়ানিংদবা ফোংদোকই অমসুং লাইরিক অদুবু মদুনা থুমহৎলি। বারী অনিথক্তি, লাঞ্জাউগী থেংনরকপা লৌশিংগী মতুংইন্না সিফায়শিংনা লাংতক্লবগী লাকশিনবা ঙমদ্রবা মতৌ মখোয়গী শিংলি নাউরি লৈখা তারকপগী মতৌ অমসুং অবা- অনা কয়া অমশিং থাদুনা য়াওই, মদুনা মরম ওইদুনা মফম অসিদা বারেং শৈরেংগী ফজরবা শক্তম অদু য়াওদ্রে; অতোপ্পা অমদনা অনাবা অশোক-অপন থোক্লবা কয়া অমা হোসপিতালদা লায়েংবা য়াওরি লোয়ন-লোয়ননা মতম অমতদা শোয়নাইরবা, উগ্রাকনা শিক্তুনা চংপা আশা মাংলবা কয়া পন্দুনা য়াওই; অদু ফাওবদা অতোপ্পা অমদনা হোটেলগী waiter অমগা লোয়ননা, মহাক অদু, মশামক্তি অমসুং মফম অদুদা চংলক্লিবা মীশিংগী বাখল য়েংলুবগা, অহিংদা ময়ুমদা হনবা য়ানিংদবা ফোংদোকই, মরমদি মহাক্তি বাখলদা a clean well-lighted café কি মরুওইবা বাখল ফাওই করিসু লৈতবা হায়বা বাফমদগী তাংজফম লৌবা ওইনা মদুমক্তি প্রজাশিংনা কিনরিবসি। God Rest You Merry, জেন্টলম্যেন অদুনা হন্না হায় নুংগী ওইবা হকতিন্নবগী ইন্দ্রি লৌথোকপ্লবগা মরী লৈননা The Sun Also Rises কি বারীগা মরী লৈননা; অমসুং বারী মবিথক্তি মরী লৈননা উংলি য়াম্না নত্রগা য়ামদবা থিদনা নুপী নত্রগা নুপাশিং মাল্লবা সেক্স মশেন ওনশিল্লদুনা হকতিল্লবগা বাফম ইকোন কোনবা বারী, Fathers and sons, Hemingway না Michigan গী উমংদা ওষ্থোক্তুনা উংলি, তৌবগুম্না লেমহৌরিবা পুম্নগী শাপ কোক্লবা ওইনা: নহা ওইরিবা মতম অমদা মশা পেঞ্জবা ফাওরম্মী মশক মতৌ মজরবী Indian লৈ[illegible]মী খোং থোংনৌনা শাংলপ তৌবি থবাক শীকতক চেংতক তৌবি অমগা লোয়ন[illegible] হুচেল্লবা পাম্বী মপাল স্তৌনা শাবা তিঙ্খংলক্তা জঙ্গলগী মনুংদা নুংশি নুংঙল চ[illegible]ম্মী।

Death in the Afternoon গী বারী মনুং মরক মরক্তি থৌদোক পুম্বা Stock-market কি বাথোক লৈবা মতমদা ইরম্মী। মখোয় মশানা মশাবু লাকশিন্না থম্লবা হোৎনরকপদা চিংনদবা ওমদবা তাঞ্জা ওইরম্মী সমাজগী ওইরিবা ফিভম অমসুং শেলথুমগী অবস্থা খুৎনা লাকশিন্দুনা শিজিন্নবা ঙম্বা মতম ওইরমদে, লোয়ন-লোয়ননা হকতিন্নবগী শক্তি মাঙখিবগী অকিবা মসিমক্লা সমাজবু খুদুম চন্দুনা মপু ওইবা ঙম্লমদে। অমসুং মফম অদুদা অদুগুম্বা বারী মখল অমা লৈরে A clean Well- Lighted place কুম্বা মসিনা ইরোই লোয়বদা পূক্নিংদা কাওরকপা বাখল ওইনা, থৌনা ফুদোকপগী বাখল্লোন থাদোকপা অমসুং শান্তিগী মতৌ ওইবা মায়াগী শক্তম পাম্বগুম।

—— ————

## Chronology

| | | |
|---|---|---|
| 1899 | - | Born July 21 in Oak Park, Illinois |
| 1917 | - | Works as reporter on *Kansas City Star*. |
| 1918 | - | Service in Italy as amb ulance driver for Red Cross, wounded on July 8 near Fossalta di Piave. |
| 1920 | - | Reporter for *Toronto Star.* |
| 1921 | - | Marries Hadley Richardson; moves to Paris. |
| 1922 | - | Reports Greek-Turkishy War for *Toronto Star.* |
| 1923 | - | *Three stories and Ten poems* published in Paris. |
| 1924 | - | *In Our Time* published in Paris. |
| 1925 | - | *In Our Time,* which adds fourteen short stories to the earlier vignettes, is published in America, Hemingway's first American book. |
| 1926 | - | *Torrents of Spring* and *The Sun Also Rises* published. |
| 1927 | - | *Men without Women* published, Marries Pauline Pfeiffer. |
| 1928 | - | Moven to key west. |
| 1929 | - | *A Farewell to Arms* published. |
| 1932 | - | *Death in the Afternoon* published. |
| 1933 | - | *Winner takes Nothing* published. |
| 1935 | - | *Green Hills of Africa* published. |
| 1937 | - | *To Have and Have not* published. Returns to Spain as war correspondent on the Loyalist side. |

| | | |
|---|---|---|
| 1938 | - | Writes scripts for the film, *The Spanish Earth, The Fifth Column and The First Forty-nine Stories* published. |
| 1940 | - | Marries, Marth Gellhorn, *For Whom the Bell Tolls* published. Buys House in Cuba, where he lives throughout most of the 40s and 50s. |
| 1942 | - | Edits *Men at War.* |
| 1944 | - | Takes part in Allied liberation of Paris with Partisan unit. |
| 1946 | - | Marries Mary Welsh. |
| 1950 | - | *Across the Rivers and into the Trees* published. |
| 1952 | - | *The Old Man and the Sea* published. |
| 1954 | - | Receives Nobel Prize for Literature. |
| 1960 | - | Returns to United States and settles in Ketchum, Idaho. |
| 1961 | - | Suicide on July 2, in Ketchum. |
| 1964 | - | *A Moveable Feast* published. |



